

শ্রীমতি চোংথাম নিঙোল যামিনী দেবী খৃ ১৯৩৬ কী দিসেম্বব ১৫ দা কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা পোকই। অপোকপগী মিংনা চোংথাম বেনুধর সিংহ, অপোকপীনা রাজকুমারী সনাতোম্বী দেবীনি। পুগ্রম্বম বাইকুমার সিংহ তেবা কৈথেলদা লৈবগী লোইনবীনি। মচানুপা অনীগী মমানি। মহাক এল্যাহাবাদ ইউনিভসিটিদগী মাষ্টর অফ এদুকেশন, প্যাটনা ইউনিভবসিটিদগী দিপ্লোমা ইন ফিজিকেল এদুকেসন এন্দ স্পোর্টস, গৌহাটি ইউনিভসিটিদগী বিটি অমসুং পিঐচদি, বৃটিশ ইন্সটিটিউটদগী দিপ্লোমা জর্নেলিজমনি। মহে মশিং তমলকপদা মকোক থংদুনা বৃত্তি ফংদুনা লাকই। শান্ন-খোংনবগী লমদা প্রাইজ, সার্টিফিকেৎ, থ্রি ষ্টারস ফংবা মীশকনি। দি এম. কোলেজ পুম্নিঙৈদা ফিজিকেল এদুকেশন অমসুং স্পোর্টসকী ওজা, জি পি বুইমেন্স কোলেজদা এদুকেশনগী বিদম, দি এম কোলেজঅফ কম্মসগী প্রিন্সিপাল ওইরম্মী। শ্রীমতি যামিনী একাদেমিক, কলচরেল, সোসিয়েল ওর্গানাইজেসন কয়াগী মেম্বব ওই।

মহাক শান্তিগী থৌমী ওইনা মণিপুব পীছ কমিটি, ওল ইন্দিয়া পীছ এন্দ সোলিদারিটি ওর্গানাইজেসন, মণিপুব চেপটরগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইনা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী লমদা পাঙথোকপা সেমিনার, কনফরেন্স কয়াদা শরুক য়াই। ইউনাইটেদ রিলিজনস ইনিসিয়েটিভকী মেম্বব অমা ওইনা আমেরিকাগী পিটসবর্গতা খৃ. ২০০০দা চৎতুনা দিক্লেরেসন ফোর বার্ল্ড পীছতা সহি তৌরুই। নেসনেল বুক ট্রষ্ট অফ ইন্দিয়াগী এদভাইজরী কমিটিগী (২০০০-২০০৩) মেম্বর ওই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, রাইটর্স ফোরম, লৈমরোল খোর্জেকোল (লৈকোল)কলচরেল ফোরমগী লাইফ মেম্বরনি। খৃ. ১৯৯৯ -২০০০ দা রাইটর্স ফোরমগী প্রসিদেন্ট ওইনা সাহিত্যগী সেবা তৌই। মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা ফোঙবা চেফোঙদা, জরনেলদা, মেগাজিন্দা আর্টিকল ই। অঙাংগী তম্নবা লাইরিক, এসে, ৱারীমচা, লমকোয় ৱারীনচিংবা ই। থবক্তগী লোখারবা তুংদা আশ্রম অমা লিংখৎতুনা নুপী অমসুং অঙাংগী চাওখৎ থৌরাং কয়া লৌখৎতুনা মীয়ামগী সেবা তৌরি।

# ꯁꯨꯕꯙꯨꯅꯤ ꯒꯉ꯭ꯒꯥ ꯃꯄꯥꯟꯗꯥ

# সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা

*দা যামিনী দেবী*




ꯔꯤꯟꯗꯥ ꯄꯕ꯭ꯂꯤꯀꯦꯁꯟꯁ

**RINDA PUBLICATIONS,**

**RINDA LIBRARY AND PRESERVATION FOUNDATION MANIPUR**

Sagolband Khamnam Leirak Imphal West 795001

E mail rinda krs@gmail com rajenkhumukcham@yahoo com Phon 0 9856265796



শ্রীশ্রীঅনুপ্রভুগী চবন্দা
তোল্লবী ননাই ঐনা ইজবা
*সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা*
কচ্চবি।

*সুরধুনী গঙ্গা মপান্দা* - *দা: যামিনী দেবীনা ইবা (লমকোয ব্রাবী খবা, নৈন ব্রাবেং খবা)*

অহানবা খুৎনম - ২০১৩, দিসেম্বব

কোপিবাইট - দা চোংথাম যামিনী দেবী

অফোঙবা - বাইপ্রবীনা ব্রদর্স, তেবা বাজাব, ইম্ফাল, শগোলবন্দনা বিন্দা পব্লিকেসন্স, ইম্ফালগীদমক ফোঙজবা

ISBN 978-93-81544-37-2

কোপি মশীং - ৫০০

*ফংফম* - *মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ অফিস, পাউনা বাজাব,*

*বাজেস বুক ষ্টোবস, গোভর্নব বোদ।*

*অইবীগী যুম (শগোলবন্দ তেবা বাজাব, পুখ্রম্নম লৈবক)*

*মথক্কী মখুম* - *সুবধনী গঙ্গা মপান্দা ঙান্থোইবিবা শ্রীঅনুপ্রভুগী মন্দিব*

*মনিংগী মখুম* - *আকাশি গঙ্গাগী ঈচেল মতেক অমা*

*মমল লুপা* - *লু ১৫০/- (মখুম অপাবা)*

*লু· ২০০/- (মখুম অথাবা)*

---

নম্ফম - সি দি বাইটস কম্প্যুটবস, যাইস্কুল পুলিস লেনদা টাইপ তৌবগা নম্না।

# অইবীগী ৱাবোল খবা

লমকোযবগী থোইদোকপা মহাও অমা লৈ। মহাওদুবু খৌবাংজদুনা মী কযানা লমকোযবা চৎলি। মীওই কযাগা উন্নদুনা ৱাবী-ৱাতাই শান্নৈ, নুংশি-চান্নবা ফোংদোকনৈ। অসুম্না লমকোযবনা অমগা অমগা নকশিন্নহল্লি। লোযননা লমদমদুগী ইতিহাস, নাৎ, চৎনলোল বাবহাব, মীশিংদুনা হিংবগী থাকসু খঙ্গজিনবা ঙমহল্লি। লমদমদুদা মহৌশা লাইবেন্থীনা খুদোল তম্বিবা হৈপাল লৈপাল, শা-উচেক, চীং পাৎ কযা অমসু উবা ফংই। পুম্নমক্কুবু যেংববু হৈববদি ফজবগী ফজবা ঙাকনি। কাউঙমদবা মহাওনি লমকোযবনা ফংনবিবসি। লমকোযবশিংনা মখোয মখোযনা উবকপা থেংনবকপশিংগী মহাওদু যেম্থোক্কবা লমকোয ৱাবী ইদুনা ফোঙদোকনৈ।

ঐহাকসু লমদম খবদা চৎপগী খুদোংচাবা ফংখবে। ঐনা উবকপা, তাবকপা কযাবু পাউদমনীংদুনা লমকোয ৱাবী খব ইদুনা পুথোকচখবে। হন্দক্কী অসিদি লমদম অমা চৎলুবগী লমকোয ৱাবী মপুম অমা নত্তে। ঐনা লমদম খবদা নোংমা নীনিদং চৎলুবদা ঐনা খবদং খোৎচিন্দুনা থমহৌবা চে চাং খব মচোই মচোই তাদুনা লৈবদু খোমজিল্লগা লমকোয ৱাবী মচা "সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা" হাযবসিগা লাইবিক ওইনা ফোঙদোকচবনি। ৱাফম অমনা ঐঙোন্দা মতম মতমগী ওইনা সেমিনাবগী, সুভেনীবগীদমক নৈন-ৱাবেং ইন্নবা শিন্নবীবকপা যাওই। মদুদগীসু খব খন্দোক্লগা লমকোয ৱাবীসিদা হাপচিজবে। চহীনগা ৱাইশিনলকপনে, লাইবিক অতৈ পংফোঙ ফোঙদোকপসু ইঙম ঙমলোইদৌবে খনবদগীনি। ঐনা হান্না ইদুনা থমখ্রবা মেনুস্ক্রিপ্ট খবসু লৈজবি, ইনীংবা কযাসু কাযাৎ যাখোক্লুনা থমজবি। ঈশ্বরনা কৃপা তৌবীবগী মখা পোল্লে।

*ঐনা ফোঙদোকচবিবা লমকোয ৱাবীসি লৈশি লৈথোল যাওদনা ইচম চন্না ইজবনি। ঐনা লমকোযকুবদা থেংনবকপা ইতিহাসকী, ধর্ম্মগী, কলচবগী মচাক-মবলশিংদু হৌবক্লিবা নহাবোল, ছাত্র ছাত্রীশিং, বিসার্চবশিংনা হেন্না কুপ্না থিজিন্দুনা ঐখোযগী কলচববু, সাহিত্যবু পাকথোক চাউথোকহন্নিংবগী পান্দমদা লাইবিক অসি পুথোকচবনি।*

*অবোইবদা, ঐগী চোইখোম লাইবিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা পূক্লীং থৌগৎপিবা, সজেসন কযা পীবিবকখিবা ঐগী ইপ্পা বী এম মাইস্নাম্বু লম্মন তোনসিঞ্জবে। ঐনা মচেৎ মচেৎ খব পীশিনবদু নীংথিনা শাগৎতুনা নীংথিনা নমথোক্লুনা মপুম তাহনবীবা ঐগী ইচা সি দি বাইতস কম্পুটবগী কেবীনচন্দ্রবু কবি ৱাহৈনা মাবু থাগৎকনি' লাইবিক ফোঙবগী মতাংদা ISBN হাপ্লিবিবা বিন্দা পব্লিকেসন্সগী মেনেজিং ডাইবেক্তব বাজেন খুমুকচম্বু হাযনিংঙাই লৈতনা থাগৎচবি।*

*লাইবিক অসি মযামগী খুত্তা শীন্নজবি।*

-যামিনী

# যাওবিবশিং


| | | লমায |
|---|---|---|
| ১। | সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা | ১ |
| ২। | হিমালযনা নাওকোল্লিবা নেপালদা | ১৭ |
| ৩। | শিযাং শিপুগী মশাইকোন্দা | ৩১ |
| ৪। | বাংলাদেশতা পাবী-পুবীগী খোঙ্গুল লীকবা | ৪১ |
| ৫। | বাংলাদেশতা বাসেশ্ববী পালা | ৬৬ |
| ৬। | দা কমলনা শৈথাবম্বা শিলংদা | ৯৬ |
| ৭। | ঈচেলদুর্নাদি ঐবু কাউবিবর্মদ্রি | ১০৬ |
| ৮। | শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ | ১২০ |
| ৯। | মণিপুবদা জগোয বাস শেমগৎলকপা | ১৩১ |
| ১০। | পণ্ডিত খেলচন্দ্র অমসুং মণিপুবী লোন | ১৩৫ |
| ১১। | মণিপুবী সাহিত্যদা নুপীনা খুদোল তম্লকপা | ১৪৮ |

# সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা

সুবধুনী গঙ্গা ! আঃ কযাদা নুংশিথ্রবা, ফজখ্রবা গঙ্গাগী মিংলেননো ! মাগী ঈচেলদা অযুক্কী ঙাঙ্গ্রানবা কোবৌগী মশেক মঙালনা যৈবদা, মাগী ঈথক ইপোমনা হবাওনা জগোয খুথেক্কা লোযননা সমুদ্র তম্না চেন্থখি। ভক্ত, বৈষ্ণব যাত্রিকশিংনা তাম্লবা লমদম কযাদগী লাক্লুনা মাগী ঈচেলদা লুপচদুনা, তর্পণ কৎতুনা পূক্নীংগী তপথবা অপেনবা ফংজবি।

সুবধুনী গঙ্গা মপানসিদা ধর্ম্মগী, লাইনীং লাইশোন, সংস্কৃতিগী তোপ তোপ্পা শক্তম লৈজৈ। দ্বীপ মাপলনা পুনশিন্দুনা শেম্বা তীর্থ মফম ওইবিবা নবদ্বীপধামদনি সুবধনী গঙ্গানা চেল্লিবসি। মাগী নোংপোক্তা অন্ত দ্বীপ, সীমান্তদ্বীপ, গোদ্রুম দ্বীপ, মধ্য দ্বীপ লৈ। মাগী নোংচুপথংবা মাযকৈদনা কোলদ্বীপ, ঋতুদ্বীপ, জাহ্নুদ্বীপ, মোদদ্রুম দ্বীপ অমসুং রুদ্রদ্বীপ লৈ। দ্বীপ মাপলনা কোযশিনবা নবদ্বীপকী মাযাপুবদা শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনা অবতাব তৌখিবনি। সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা মণিপুবদগী শ্রীঅনুপ্রভুনা লেংবিবক্লুনা ঙাম্ভোইবীবি।

মহাকাব্য ওইববা মহাভাবত্তা গঙ্গাগী মতিক মগুণগী মতাংদা ফজনা শৈথাবি। গঙ্গাদি ব্রহ্মাগী মমোমনি, পূন্য চেনবী খ্বাইদগী শেংলবা তীর্থনি। পৃথিবীগী লৈতেং ওইবিবী গঙ্গানা স্বর্গ, মর্ত্ত, ব্রহ্মলোকতগী পাতাল তম্না চেন্থবকপনি। আর্যবর্ত্ত ফাওদুনা চেল্লিবনি। মাবু দর্শন তৌজবদা, স্নান তৌজবদা মীদুগী পাবোন পুবোন তবেৎ, তুংদা লাক্কদৌবিবা চাবোন শূবোন

কনবা ঙমই হাযবি। শিববা মী অদুগী হকচাংগী শক্ল মচেৎ অমতং নত্রগা উৎ থাদবসিনা মহাক্লা তৌবম্বা পাপ পুম্নমক্তগী কোকচদুনা স্বর্গদা লৈবা ফংই হাযবা অসিদা থাজবা মীশিংনা অশিবা মীগী সংস্কাবগী উৎ পুবক্তুনা গঙ্গাদা থাদনৈ। ভাবতকী অহানবা প্রধান মন্ত্রি ওইখিবা পণ্ডিত জৱাহবলাল নেহকনা মাগী Will অমসুং Testament তা হাযবমই - মানা শিবগা সংস্কাবগী উৎ খুবাম অমতং এলাহাবাদতা পুবগা গঙ্গাদা থাদবিযু হাযনা। মহাক্লা গঙ্গাগী মগুণ থাগৎতুনা নীংথিজবা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলি - ' The Ganga specially is the river of India beloved of her people, round which are intertwined her racial memories, her hopes and fears her songs of triumphs her victories and her defeats She has been a symbol of India's age-long culture and civilization ever changing ever flowing and ever the same Ganga The Ganga has been to me the symbol and a memory of the past India running into the present and flowing on to great ocean of future

অচুম্বনি গঙ্গানা হৌবকফমদগী সমুদ্র যৌনা চেন্থবকপদা কিলোমিটব ২,৫০৭ গী খোঙচৎতা, মাগী তোর্বান্দা য়ুগ কযাদগী সম্রাজ কযা চাওখৎলকখ্রে, কযানা অমনা থুপচিনখ্রে। মানা ঐখোযদা ৱাবী লীবি - অকন অথৌশিংনা লাল শোক্লখিবগী ৱাবী, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, কখোকপা ঙম্না মীশিংগী ৱাবী কযা। মাগী মপান্দা লৈবি লাইনিং লাইশোনগী মফম, লাইশং মন্দিব, ফজববা যুবা-দলাল, লানবর্নাচিংবা। মাগী তোর্বান্দনি লিববা সহবশিং - হবিদ্বাব, এলাহাবাদ, বেনাবস, পাটনা, কলিকাতা শেমগৎলকখিবা। লোযননা লৌব দিল্লি আগ্রাস্ মাগা যমুনা তুবেলগা তিন্নফমদা।

অসুম্না গঙ্গানা যৌক যৌকবা মফমশিংদা তোঙানবা মিংলেন অমমম থোল্লি - জাহ্নবী গঙ্গা, সুবধুনী গঙ্গা, ভাগীবথী গঙ্গা। ভাগীবথী গঙ্গাগী মবমদি ঋষি বাল্মীকিনা ইদুনা থম্লীবম্বা গঙ্গানা হৌবকপগী বাবীদগী থঙবা ভমই। ইক্ষ্বাকু শাগৈগী নিংথৌবেল সাগবগী মচানুপা লিশিং হুমযুনা কপিল মুনিগী শাপতগী উৎ ওনখ্রবদা, মখোযগী আত্মানা অবান খুভম ফংনব' শাগৈসিগী নিংথৌ শুথাং ভগীবথনা তপস্যা কন্না তৌজবদা বিষ্ণুনা পেনবীদুনা ব্রহ্মাদা হাযজদুনা ব্রহ্মালোকতগী গঙ্গাবু চেন্থহল্লকখি। গঙ্গাগী অকনবা ঈচেলদুবু ভগবান শিবনা মাগী জটানা ওকপীখি। ভগীবথনা মোইবুং খোভদুনা গঙ্গাগী তুংইল্লকখি। ভাগীবথী গঙ্গা কৌদুনা ঈচেল চেন্থবকখি। লম্বাদা জাহ্নু মুনিগী আশ্রমনা অপনবা

*পীববদা ভগীবথনা মুনিদা হাযজবদগী ঈচেলদু জাহ্নবী গঙ্গা কৌদুনা অমুক চেন্থবকখি। গঙ্গানা সমুদ্র যৌববদা সাগব নিংথৌগী মচানুপা ৬০,০০০ গী উৎ অদু চামথোকপিববদা মখোযদু অবান খুভম ফংখি হাযবগী ৱাবী লৈ।*

ভুগোল নৈনবশিংগী ওইনদি গঙ্গাসি হিমালযগী মিটব ৩৮৭০ৱাংনা লৈবা গঙ্গোত্রি হাযবা উনপাক (Glacier) গী মখোঙদা লৈবা উনগী শুরুং অমদগী চেন্থবকপনি। হাযবিবা গ্লেসিযবসি কিলোমিটব ৩২ শাংবা কি মি অমা পাকপা পাকচাউখ্রবা উনপাকনি। চহী কযা উননা ফমজিন্দুনা লৈবোন কযা লৈখ্রবা নু৬ মবক্তগী কোবাল্ট যাওববা অঙৌবা তুবেল ওইনা চেন্থবকপনি। কিলোমিটব ১৯ চৎলগা লৈবা গোমুখতগী গঙ্গানা স্বর্গদগী কুমথবকই থাজনৈ। ঈচেলদব ভগীবথী গঙ্গা কৌই। ভগীবথী গঙ্গানা অলকা তুবেলগা তিন্নবগা বিষ্ণুগঙ্গা তুবেলগা মন্দাকিনী তুবেলগা তিন্নদুনা চেল্লক্লগা শিবালিক চীংশাং পবীং লাল্লগা অদুদগী ঋষিকেশ যৌবকই। লখনৌগী মনাক্তা অমুক বামগঙ্গাগা তিন্নবগা চেন্থবকই। অদুদগী এলাহাবাদ যৌবকপদা যমুনা সবস্বতীগা তিন্নবগা ত্রিবেনী সঙ্গম হাযবা তীর্থ অমা শেমলমলে। অদুদগী গঙ্গানা উত্তব প্রদেশ, বিহাব যৌবকই। বিহাব যৌবমদাইদা ঘাগবা, গন্দক, ভাগবতি, কোসি তুবেলনা গঙ্গাদা তিল্লে। গঙ্গাগী ঈচেল পাকথোক চাউথোবকই। কিলোমিটব ৪৮০ বোমগী লমদা হিগোন্দুনা লল্লোন ইতিক তৌবদা খুদোংচাবা পীবমই। নবদ্বীপতদি গঙ্গাসি সুবধুনী গঙ্গা কৌই। নদিযা জিলা হেক লাম্থোকখিবদা হুগলি তুবেল কৌখ্রে। পদ্মা তুবেল গঙ্গাগী মশা অমনি। পদ্মানা বাংলাদেশ যৌখি। কিলোমিটব ৩০ বোম চেন্থবগা ঈচেলগী পোৎলুম পুবা ঙমদবদগী মশা মবেং কযা লোংথোকখি। সুন্দববনগী গঙ্গাসাগবদা সমুদ্রনা গঙ্গাবু মথানুংদা কোনশিনখি। অসুম্না গঙ্গাগী হৌবকফমদগী সমুদ্র ফাওবা কিলোমিটব ২,৫০৭ ফাওবগী খোঙচৎ লোইশিল্লি।

সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা ঐহাক কযাবক হন্না লাকখ্রে, পাবী পুবীগী খোঙ্গুল লিজনিংদুনা। সুবধুনী গঙ্গাগী মশাইগোন্দা ঐখোযগী ইপা ইপু, নিংথৌবেলশিংনা কলা, সংস্কৃতিগী সনা পুকৈ ফুমদুনা থম্বীবমই। অদুবু মচা মশূ ওইবা ঐখোযনা থিজিনবা ৱাৎপদগী লনগৈদু অযাম্বা মাঙখবে। সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা মণিপুবগী নিংথৌ কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা কলা অমসুং সংস্কৃতিগী খুদোলপোৎ কযা থম্বীবমই। মচাইবেম্মা বিম্বাবতী/শিজ লাইওইবীনা মফম অসিদা শ্রী অনুপ্রভুগী সেবা চৎতুনা লৈবম্বনি। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজসি নীংতম্বা মণিপুবগী ৫৪ শুবা নিংথৌবেলনি। মহাক্লা চহী ৪০ চুপ্পা (খৃ কুম ১৭৩৯-১৭৬১) (১৭৬৩-১৭৯৮) নিংথৌ

ওইবম্বনি। মহাকসি শাদা, লান্দা থৌবতা নত্তনা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা, ঋষিগী গুণ চেনবা, ধর্ম্ম লৈবা, নাৎ, সংস্কৃতি চাওখৎনবা চাউনা খুদোল তমলম্বা রাজর্ষি মিংথোল ফংবা নিংথৌনি। মহাক্লনি শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌদুনা, সেবাগী নীতি নিযম শেমগৎলম্বসি। মালেম শিন্থুংনা ফাওববা মহাবাস জগোয হৌদোকপিবম্বনি। মচাইবেম্মা বিম্বাবতী / শিজ লাইওইবীনা হাযজবদগী মণিপুবগী অহানবা নুপীগী সংকীর্ত্তন বাসেশ্বরী পালা লিংখৎপিবম্বনি। শ্রীঅনুপ্রভুগী মূর্ত্তি খৃ. ১৭৭২ (শক ১৭০১) দা নিরূপণ তৌবগা সুবধুনী গঙ্গাগী নাকতা শ্রী অনুপ্রভুগা লোযননা তীর্থ যাত্রা লেঙলকখিবনি। মহাক্লা মুর্শীদাবাদকী জিযাগঞ্জ পাট ক্ষেত্রদা খৃষ্ট কুম ১৭৯৯ গী মেবাগী হুমনি পানবদা অবোইবা যাহিপ তানখ্রে। তুংদা মচাইবেম্মা শিজ লাইওইবীনা সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা শ্রীঅনুপ্রভুগী সেবা চৎতুনা লৈহৌখি। শ্রী গোবিন্দগী সেবাদা পাঙথোকপা নিত্য সেবা, পুজা হোম, মঙ্গল আবতি, ধুপ অবতি, শৃঙ্গাব আবতি, ভোগ আবতি, সন্ধ্যাবতি, শযণ আবতি, পর্ব্বদিন উৎসবকী পবম্পবা কাযদনা শ্রী অনুপ্রভুগী সেবা পাঙথোকই। শিজ লাইওইবীনা শ্রীঅনুপ্রভু সেবা চৎলম্বা মফম শ্রীধাম নবদ্বীপ অসি মণিপুবগী বৈষ্ণব সম্প্রদাযগীদি অশেংবা তীর্থ মফম ওইহৌবে। ভক্ত বৈষ্ণব কযানা শ্রীধাম নবদ্বীপতা চৎতুনা শ্রীঅনুপ্রভুবু অমুক্তং দর্শণ তৌজবা, সুবধুনী গঙ্গাদা স্নান তৌজবা হাযবসি লাইনিং ওইর্জবিবনি। মসিগীদমক চহী খুদিংগী মীওই কযানা শ্রীধাম নবদ্বীপতা তীর্থ যাত্রা তৌনবি। মণিপুবদগী সংকীর্ত্তন পালা, হোলি পালা কযানা মফমদুদা চৎতুনা শ্রীঅনুপ্রভুদা সংকীর্ত্তন কৎলি, জগোয বাস কৎলি। লৈখিদ্রবা কনাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মসু ইবুংঙোগী নাক্তা পাঙথোকপা চৎনবি। সুবধুনী গঙ্গাদা লৈখিদ্রবগী উৎ থাদনবি। মসিদা পক্লীংগী অপেনবা ফংনবি।

মফম অসিদা মণিপুবগী ইপা ইপগী চাউদা নাউদাশিংসু লৈবি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা তীর্থ যাত্রা লেঙবদা খোঙলোই, নিংথৌ শাগেগী মচা মশ . মবা মতা, নিংথৌকোলগী যোইবু যোইহে, বিম্বাবতীগী মত্রাবোই কযা লোযনবিবনি। মখোয থবদি সুবধুনী গঙ্গা নাক্তা শ্রীঅনুপ্রভুগী সেবাদা লৈহৌখি। মখোযদগী চাউদা নাউদানা ঙসিসু শ্রীঅনুপ্রভুগী সেবা চৎলি। লোযননা মফমদদা মণিপুবগী নাৎ সংস্কৃতিবু যোকখৎতুনা, হিংহন্দনা থম্লি। মণিপুবদগী মফমদদা চৎপদ [illegible] অপিকপা মণিপুব অমদা লৈবগুম ফাওজে।

নবদ্বীপতা মচাইবেম্মা অমসুং লোযনবর্কাশিংগী [illegible]
মন্দিব শান্নবগীদমকসু রাজর্ষিনা শীনবীবমই। মদুগীদমক [illegible]

বেঙ্গলগী নিংথৌ শ্রীবিশ্বচন্দ্র ৰায়গা. হায়নদুনা লম বিঘা ১৬ খাজনা থিদনা লৌবমই। মফমদু ঙসিসু মণিপুব বাজবাবী হায়না সুবধুনী গঙ্গা নাক্তা লৈবিবসিনি। মফম অসিদানি শ্রী অনুপ্রভুগী মন্দিব লৈবিবসিসু। মন্দিবগী মনাক্তা যুম মচা অমদা লৈবগা শিজ লাইওইবীনা শ্রীঅনুপ্রভুগী সেবা চৎলম্বনি। অনুপ্রভুনা জাগৃত ওইবগী (অহিংবা লাই) ৰাবী তাবদগী দেশবন্ধু চিত্তবঞ্জনগী মচল ইবেম্মা অমলা দেবীনা ইবুংঙোগী দর্শন তৌবখি। মহাক্কা ইবুংঙোগী মন্দিব অসি যাত্রা হুলম্বনি। অদবু মপুং ফাবমদনা নোঙ্গাখ্রবদা ভক্তশিংগী দানগা লোযননা লোইশিন্দুনা খৃ কুম ১৯১৯ দা শ্রীঅনুপ্রভুনা মন্দিবদা লেঙশিনখিবনি। শ্রীঅনুপ্রভুগী সেবা চৎলম্বী, বাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা বিম্বাবতী / শিজলাই ওইবীদি মণিপুবগী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা চাউনা খুদোল তৌবম্বা, ধর্ম্ম চেনবী, ঈশ্ববগী ভক্তিদা পৃক্লিং লুপচবী, অধ্যাত্মিকী লমদা কথোকলবীনি। দা সুনীতি কুমাব চট্টোপাধ্যায়নদি মচাইবেম্মা বিম্বাবতীসি মণিপুবগী মাবাবাইনি হায়না শিংথাবিবনি। মহাক শ্রীধাম নবদ্বীপতা পৃন্সি লোমদনা শ্রীঅনুপ্রভুগী চবণদা চংজখ্রবনি। অসিগুম্বা অধ্যাত্মিকী লমদা কথোকলবী মণিপুব ইমাগী তাংলবা মমোম অসিগীদমক মাগী মচা মশৃশিংনা মাগী নীংশিং খুদম অমত্তসু মফমসিদা থম্বা লৈতে। অদুবু শ্রীঅনুপ্রভুনদি মাগী নীংশিং খৃদম ওইবীবি। অসুম্না সুবধুনী গঙ্গানা ঐখোযদা মণিপুবগা নবদ্বীপধামগা লৈনবিবা ধর্ম্মগী, লাইশোলগী



সুবধুনী গঙ্গা মপান্দু ঙাইহ্মোইবিবা শ্রীশ্রীঅনুপ্রভু

সংস্কৃতিগী মবী অসি হৌবকুলিবা মীয়োল ঐখোয়দা লীবিরী। সুবধুনী গঙ্গাগী মপানসিদা ঐনা হৌজ কয়াদা লাকচখি। লাকপা খুদিং মাগী ঈচেলদা লুপচদুনা, তর্পন কচ্চবনি। খৃষ্ট কুম ১৯৮৪ দা লাকপদদি গৌবাঙ্গ আদ্বৈত্য থোং মনাক্কী ঈচেলদা কুমথরগা তর্পন কৎলি। চহী অদুদা নোং কন্না চুবদগী গঙ্গা তুবেলগী ঈমায ব্রাংখৎলকখি। সুবধুনী গঙ্গাগী ঈমায পাথোক্তুনা শ্রীঅনুপ্রভু মন্দিবগী ধাট অদু ঈশিংনা থুমজিনখ্রে। চেন্থবকপা কাওশিংনা তোর্বান্দা পৈদুনা লৈবে। ঈশিংসু যাম্না মোৎলে। খোঙচৎ অদুদা বাসেশ্ববী পালাগী অহল ওইববী মেম্ববশিং কয়া লোযননা লাকখিবনি। মণিপুবগী কলা সংস্কৃতিবু মপান্দা শন্দোকলুনবগী পান্দমদা শ্রী অনুপ্রভুগী নাক্তা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী ১৮৬ শুবা নীংশিং থৌবম পাঙথোকসি লাকখিবনি। খোঙচৎ অদুদা লোযনবিবদি ঐখোয ২০ নি । পূং যৈবীনবা লোইনবিবা সনখ্যা বাজকুমাব মনিস্না সিংহ, সনখ্যা বাজকুমাব অচৌবীস্না অহল ওইববনি। অদুদা অহল ওইববী ইমাসি বা কু ইমাশি তস্ফাস্না, গৌবীস্না, বা কু জানোস্না, বা কু: ইনেমসি সনাতোম্বী নচিংবা যাওবি। মচেমশি মুখবাসনাসু যাওই। ঐদি মযামগী পাখোল্লোইনি, অবাংফমনি। অশিন অবাংনি। মখোযদুবু শেন্নবদা ঐ যাম্না ব্রাখি। মাংই শেংই, তৌহৈ তৌহৈদে যাম্না খাযবা লৈমশিজ যক লাওবী ঙাকনি। ফনেক শেৎপী, চন্দন থিনবী মৈতৈলোন নত্তনা লোল অতৈ খঙদবী অহলশিংদুগা, পূং ও, কবতাল ও লোযননা হাউবা ষ্টেসনগী মীগী সমুদ্র মবক্তুদা ঐনা কোযচেন চেন্দুনা হুমাং জিবি জিবি শিন্থনা মযামদু শেন্নদুনা, ট্রেন টিকেৎ ককতুনা ট্রেননা হাউবাদগী নবদ্বীপধাম ফাওবা যৌবকপদা ফনা ব্রাখি। শ্রীঅনুপ্রভুদা কৎনবনি, গঙ্গাদা তর্পন কৎনবনি হাযদুনা অহলশিংদুনা পুবকপা লৈ, তুলসীমনা, বর্তিনচিংবা হাপ্পা পোলাংদু মীনা শোক্কনি হাযদুনা, ফনেক কৌনা তাখৎতুনা পোলাংদু ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা ট্রেনগী মী চিনখ্রবা মবক্তুদা তৌবিবদু যেংবা হৈববদি কুস্মেনি। ট্রেন থাবমদাইদা লাকমিন্নবা পার্টিগী ইচেম্মা ইবেতোম্বীগা, ইমাসি জানোম্নাগদি থিবা ফংদ্রে। ট্রেন থাগদবা ঙহাক্তা ঙাইববা মতমদুদা ঐহাকনা থব্রায কযাদা ব্রাখিবা ! কোয়চেন চেন্দুনা থিবগা মখোযদি খা ভাবতলোমদা চৎকদবা লেপ্তুনা লৈবিবা ট্রেন অদুগী কমপার্টমেন্ট অমদা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈবমই।

নবদ্বীপধামদা শ্রীঅনুপ্রভুগীদা থুংলবদা ময়ামদু নুংঙাইজবে। মৈতৈলোন লোনবা মী মবক্তুদা অপাম পামদা ফোংদোক্রবা ঙমজবে। গঙ্গাস্নান তৌনবা, তর্পন কৎনবা খন্নবদুদনি ঐখোযনা গৌবাঙ্গ আদ্বৈত্য থোং মনাক্তা চৎলিবদু। নহা ওইবা ঐখোয খবদি গঙ্গাগী অনৈবা ঈশিংদা লুদ্রবসু অনুপ্রভুগীদা লৈবিবা

কুহাগী ঈশিংনা ইকুজবসি হাযনবনি। অদুবু অহলশিংদুনদি যাদ্রে। মখোযদি গঙ্গাদা ইকুজবা হাযবগা যাপোৎ নত্তে। গঙ্গাস্নান হাযবিবনি। গঙ্গাগী ঈশিং হাযবা যাপোৎ নত্তে। গঙ্গাজল হাযগদবনি তাকপিবিবনি।

মতম কুইনদগী মণিপুবী ঐখোযগী লোলদা বাংলালোন চংশিনখ্রবনিনা অহলশিংদুগী পূক্লীংদা গঙ্গাগী ঈশিং হাযববুদি গঙ্গাজল হাযবগা খবা হেন্না শেংবা মগুণ লৈবগুম খঞ্জে। ঈশিং হাপ্পবা পাত্রবুসু জলপাত্র হাযনৈ। অদুনা ঐসু ৱাবেংসিদা গঙ্গাজল, গঙ্গাস্নান, আবতি, পুজা, ধর্ম্ম কর্ম্ম নচিংবা ৱাহৈশিং অদুম থমজবে।

ঐখোযদি গৌবাঙ্গ আদ্বৈত্য থোংলোমদা চৎকদবা লম্বীদু খঙদবনা শ্রীঅনুপ্রভুগী সেবা পুবিবা সনখ্যা বাজকুমাব টোকেন্দ্রজিৎ সিংহদা লম্বী তাকপিনবা হাযজবে। সনখ্যানা লুচিংদুনা বিকশা তোংদুনা গৌবাঙ্গ আদ্বৈত্য থোং যৌবে। সুবধুনী গঙ্গাগী থক্তা শাবিবা থোংদুগী নাকল অনীদা শ্রী গৌবাঙ্গ মহাপ্রভু অমসুং শ্রীআদ্বৈত্যগী মুর্ত্তি খিল্লি। মমাংঙৈদা থোং শাদ্রিঙৈদা মফমদুদগী নিমাইনা যুম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌনবা হি তোংদুনা গঙ্গা লাম্থোকখিবা হিদেনদুনি। অদুদগী চৎতুনা মহাক কতোৱা যৌখি। মফমদুদা মধু নাপেৎপু শম কোকথোকহল্লগা শ্রীকেশব ভাবতিদগী দিক্ষা ফংলবদা গৌবাঙ্গ মহাপ্রভু ওইখি। অদুনা কতোৱাসু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপশিংগী অশেংবা তীর্থ মফম ওইবি। অসি পূম্নমকসি থোংদুনা নীংশিংহল্লি।

ঐখোযনা ঈচেলদা কুমথদুনা স্নান তৌজবে, তর্পন কৎনবে। ঐদি ইবোইদুনা ঈচেলদা লৈ। গঙ্গাজল শোক্লুনা পুনবগী শেম-শান্নবে। ইনেমসি সনাতোম্বীনা জল পাত্রদু ঐঙোন্দা পীবগা হাযবকই - "যামিনী নহাক ইবোইবা হৈবা নত্রা ? খবা লুথনা কুমলগা অহ্নবা গঙ্গাজল শোকলকউ।" পাত্রদু পাযদুনা ঐনা থবাক যৌনা লুবা ঈশিংদা কুমথবে। ঈশিং শোক্কে তৌবদা ইনেমসিনা অমুক লাউবকই - "নহাক জলগাযত্রী মন্ত্র ফাববনে ? জলগাযত্রী মন্ত্র শোন্দনা শোকপা গঙ্গাজলদি কবি কান্নগদগে, লাইগী পুজাগীদা শীজিন্নবা যাবোই"। অহলশিংদু তান্নবা ঐনা মন্ত্রদু লাউনা শোল্লি - ওঁ জলাবিম্বায বিদনহে বিষ্ণুকপায ধিমহি তনোজল প্রচোদযাৎ।" অদুগা ঈশিং শোকই। ঐনা মন্ত্রদু শোল্লকনি হাযবা অহলশিংদুনা থাজদবনি। ঐদি মখোযগুম্না লাইগী, লাইনিং লাইশোনগী মবমদা যৌনা খঙবা নত্তে। নহা ওইবি। অহল অমনা হাযবকই - "ইবেম্মা নঙসি শনশুইকো"। মদু থাগৎলিব্রা চৈবিব্রা ঐ ভাব তাদে। মখোযনা ঐঙোন্দা চৈবা

মতাংসু যাম্না যাওখ্রবনি। মখোযনা ঐঙোন্দা অসুম্নসু হাযখি - "লৈমা শাবম থোক, হুমদাং লাইওইবী।" মদু কবি হাযবিবনো ঐ খঙদে। অদুবু মদু হাযবদা ঐনা শাউনীংখি।

ঐনা জলগাযত্রী মন্ত্র চীন্দা পুবসি পিকলিঙৈদ্দগীনি। পাবুংহলনা তুলসীবোংদা লাই খুরুম্বগী চন্দন উপ্পু ঐনা হেক হেক পুথোকই। বৃন্দাদেবী চাইথনবগী ইমাবোক্না জলগাযত্রী মন্ত্র শোল্লগা পৃথ্রিদগী ঈশিং শোকই। মদু তাবদগী ঐহাক মন্ত্রদু ফাবকখিবনি। মদুগী কান্নবদু সুবধুনী গঙ্গানা ঐঙোন্দা ফংহনবিখি।

ঐনা ইবোইবা হৈবসু পিকলিঙৈদা খুঙ্গংদা চাউবকপদগীনি। ঐদি খুঙ্গংগী লবুক লমহাংদা চেন-চোংদুনা শান্নবকখি। চীংদা কাদুনা, পৃথ্রিদা কুমদুনা ইবোইবকখি। মদু খৃ· কুম ১৯৪২ দা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও থোকপদা মণিপুবদা বোম তাখি, মীশিং লানচেন্নখি খুঙ্গংগী লমদা মাগী মাগী খুদোংচাগদবা মফম যেংদুনা। ঐখোয ইমুংসু মফম কযাদা হোং হোংদুনা লাল চেল্লি। কোম্বৌজম লম্বাইদা, বমদিযাবদা, কোংবদা। খুঙ্গংদা লৈবিঙৈদা মফমদুগী ইনে, ইন্দোলশিংগী মতুংইন্দুনা লবুক্তগী ষষ্ঠি খুনবা, কৌখা কাওথুম তানবা, এলাং কেঙোই হেকপা যাওবকই। মচীন মনাও চীংদা কাদুনা চেনখৎ চেন্থ শান্নবকই। কোংবা কৈথেল মনাক্তা লৈবিঙৈদা কোংবগী পৃথ্রি অচৌবদা ইমান্নবা, ইমান্নবীশিংগা ঈশিংদা কুমথদুনা খোৎ-খোৎতুনা শান্নে। লাংবন থাদদি লৈকাইদুগী মীশিংনা পুখ্রিদুদা তর্পন কৎলি। ঈশিংদা হৈশোয তাওদুনা লৈবদু ঈশিংদা কুমথবগা লোক্তুনা চাবদগী ইবোইবা হৈববকখিবনি। ঐবু ইবোইবা হৈহল্লকখিবা কোংবগী পৃথ্রিদু যাম্না পাক চাউবমই মতমদুদদি। চবাং, হৈকক যেল্লি হৌই। ঙমু ঙাক্রা, পোবোম উকাবীনচিংবা ঙা যাম্না লৈ। লৈকাই মীশিংনা নুমিদাং খোই থাবমলগা অযুক্তা কাইবদা অচৌবা পোবোম ফানৈ। হৌজিক্তি পৃথ্রিদু যাম্না পিকশিল্লে। ফিবাল চনশিল্লে। শ্যাম পুখ্রি হাযনা খংনদুনা ইবোইবা তম্নবা পৃথ্রি ওইবে। লাল চেনবদা পিকলিঙে চহী ৬ লোম শুবদা হান্নগী পৃথ্রি অচৌবদুদা ঈশিংদা খোৎ খোৎতুনা শান্নবদগী ইবোইবা হৈবকখিবদুননি ঐনা সুবধুনী গঙ্গাগী ঈচেলদা ইবোইদুনা গঙ্গাজল শোকপা ঙমজবকখিবদু। ঐনা গঙ্গাদা ইবোইবসি বিহাবগী কোনুং পাটনাগী মহেন্দ্রুঘাট হাযবা হিদেনদুদসুনি। মদু খৃ: কুম ১৯৫৮ দা পাটনাদা ফিজিকেল এদুকেশন অমসুং স্পোর্টসকী ট্রেনিং চৎঙৈদনি। ট্রেনিং অদুদা স্বিম্মিংগী কোর্স অমা যাওই। ইনষ্টিটিউট অদুগী স্বিম্মিং পুল লৈতবনা প্রাকটিকেল ক্লাস লৌবদা গঙ্গা তুবেলগী মহেন্দ্রুঘাটতা ইবোইবনি। হান্না ইবোইবা হৈবনিনা ইবোইবদা নম্বব যাম্না ফংবা ঙমখি।

ইবোইবা নত্তবা গঙ্গাগী ঈচেলদা লুপচদুনা স্নান তৌজবা, তর্পন কৎপদি মফম কযাদা ফংজবকখ্রে। খৃ কুম ১৯৬০ দা ঐনা এলাহাবাদ ইউনিভবসিটিদা মাষ্টব অফ এদুকেশনগী লাইবিক তম্লিন্ডৈদা ত্রিবেনী সঙ্গমদা কযাবক হন্না, অদুগা খৃ কুম ২০১৩ দা এলাহাবাদতা সাহিত্যগী মনা "সাহিত্য সাগব" দু লৌবা চৎপদসু গঙ্গা, যমুনা, সবস্বতীগী সঙ্গমদা অমুক্কসু ঐনা তর্পন কৎপা ফংজখি। খৃ কুম ১৯৮৯দা মুর্শীদাবাদকী জিযাগঞ্জদা লৈবা বড গোবিন্দগী মন্দিবদা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র লৈখিদবগী চহি ১৯৯ শুবা নীংশিং কুমওনগা মবী লৈননা কলচবেল ফেষ্টিভেল অমা পাঙথোকপা চৎলুই। বাজর্ষিনা মফমদুদা অবোইবা যাহিপ তানখ্রবদা মফমদুগী গঙ্গাগী ঘাটতা সংস্কাব তৌখি। হাযবিবা গঙ্গাগী ঘাটতুদা বাসেশ্ববী পালাগী চৎমিন্নবা ঐখোয মযাম্না গঙ্গাদা স্নান তৌজবকখি, তর্পন কৎচখি।

মুর্শীদাবাদগী জিযাগঞ্জদা লৈবিবা বড গোবিন্দ, মন্দিবদুনা ঐখোযদা নীংশিংহল্লি বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রবু। মহাক্না বৈষ্ণব ধর্ম্মগী তত্ত্ব হেন্না খঙনিংবদগী *নবোত্তম ঠাকুবগী খোঙ্গুল লিবকপদা নবদ্বীপ, মুর্শীদাবাদ যৌবকখিবনি।* মফমদুদা, বাজর্ষিনা নবোত্তম ঠাকুবগী শিষ্য গঙ্গানাবাযন চক্রবর্ত্তীদা দিক্ষা লৌই। গুরু প্রানমিকা ওইনা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা গুরুগী লৈফমদুদা শ্রীবাধা গোবিন্দগী মন্দিব, নাট্য মন্দিবনচিংবা কৎলমই। খৃ কুম ১৭৯৮ দা বাজর্ষিনা তীর্থ লেঙবদা মফমদদা অমুক যৌবকখি। অদুবু চহী অদুমক্কী মেবা হুমনি পানবদা মুর্শীদাবাদকী গম্ভীলাপাটতা অবোইবা যাহিপ তানখিবনি। অসুম্না হাযনৈ - "নবোত্তম ঠাকুবনা সমাধি ওইববদা হকচাংনা গঙ্গাদা ষঙ্গোম ওন্দুনা তিনখি। মহাক্কীনি হাযদুনা শেম্বা চিতাদু গঙ্গাগী তোর্বান্দা মতম কুইনা লৈহৌখি। চিতা অদুমক্তা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী হকচাংদু পোৎলোইখি।"

ঐখোযনা চৎপা মতমদা বড গোবিন্দগী চেকপলগী মচি অমদা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রগী সমাধি খুভমদু লৈহৌবি - নাপী শিংনাং মবক্তা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা কৎলমই হাযবিবা লাইগী মন্দিব, মাগুপ চেকপলদুসু লোযনা তেক কাযবে। মফমদুদা নুমিৎ হুমনি লৈদুনা চৎলিবা ঐখোযনা লমতু শেংদোকই। মন্দিবগী সেবা তৌই। সন্ধাবতি শকই। ঐখোযগা লোযননা চৎপা ব্রাহ্মননা লাইগী সেবা তৌই। লুক হৌদুনা লাইদা কৎলি। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী সমাধি খুভম লৈবিবা মফমদু শেংদোক্লুনা ধুপ থাউমৈ কৎলি। মেবাগী হুমনি পানবা ভাগ্যচন্দ্রগী লৈখিদবা নুমিৎতুদা মফমদুদা নুপা পালা সংকীর্ত্তন বাসেস্ববী পালা সংকীর্ত্তন শকই। মফমদুগী শকনাইবা স্কোলাব কযাগা লোযননা "মুর্শীদাবাদকা মণিপুবগা অনীগী মবক্তা লৈনবিবা কলচবগী মবী" হাযবসিদা খন্নৈনবা সভা পাঙথোকই।

শ্রীবাধা গোবিন্দদা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র অমসুং মণিপুবগী নিংথৌবেল ১৩ গীদমক পুজা, আবতিগা লোযননা কৎলবা তুংদা সভাদুদা যাওবিবা পুম্নমক্কা লোযননা মহাপ্রসাসি ফংমিন্নখি। অদুদগী ঐখোয নবদ্বীপ ধামদা সুবধুনী গঙ্গানাক্তা হল্লকতুনা মথংগী নুমিৎতা শ্রীঅনুপ্রভুগী মাঙুপতা মুর্শীদাবাদতা পাঙথোকপগুম কনফবেন্স অমুক পাঙথোকই, বাসেশ্ববী পালা সংকীর্ত্তন কৎলি।

গঙ্গাগী ঈচেলদা স্নান তৌজবখিবা অমুক্লা খৃষ্টকুম ২০০৩ দা ঐগা ইপুবোইবগা ঋষিকেশতা, হবিদ্বাবদা লাই খুকমলুসি হাযনা চৎপা খোঙচৎতনি। মদুদা হবিদ্বাবগী "হবকি পৌবী"দা গঙ্গা স্নান তৌবা ফংজবকখিবনি। হবকি পৌবীদি মমাংঙৈ লাই হাতক্তগী হৌনা যাম্না শেঙলবা তীর্থ মফম অমা ওইদুনা লাকখি। কুম্ভমেলা, পুর্ণ কুম্ভ অমসুং অর্ধ-কুম্ভ মেলা হবকি পৌবীদা হেক হেক পাঙথোকলিবনি। কুম্ভ মেলাগী মতমদুদা হবিদ্বাবগী ব্রহ্মকুণ্ডদা স্নান তৌবা, ধ্যান, জপ তৌবা ফংজববদি পাপ কোকই, পূক্নীংদা শান্তি ফংই হাযনা থাজনৈ। গঙ্গাগী আবতি যাওজনিংদুনা ঐখোযনা নুংথিল পুং ১ তাবদগী হবকি পৌবীদা যৌবকই। সন্ধ্যাগী পুং ৬ তাবদা গঙ্গাদেবীদা আবতি কৎলি। মীযাম্না খোঞ্জেল অমতদা আবতিগী ঈশৈ শকৎলকই - ওঁ জয গঙ্গে মাতা আবতি তৃমহাবী . । তুবেলগী ঈচেলদনা ভক্ত যাত্রিকশিংনা দোনাদা হাপ্পা ঘীগী বর্ত্তি, লৈশুনা আবতি কৎলগা ঈচেলদা থাদনখি। অদুদা ঐখোযসু যাওজখি। মশীং থাঙমদ্রবা বর্ত্তিগী পিকলবা মৈঙালশিংদুনা ঈচেলদা থব্রানমিচাক্লম তগুপ তবেংনা ইপোইদা নোমনা নোমনা তাওথখিবদু যেংবদা পূক্নীং শুমহৎলি। মঙ লৈবাক অমদা লৈবগুম ফাওই।

খোঙচৎ অদুদা ঋষিকেশ যৌবে। ওস্থোক্লা ফজখ্রবা, যেংবদা পূক্নীং হুখ্রবা, হিমালয চীংশাংনা পল ওইনা লৈবিবা মফমদু ফাওদুনা গঙ্গা তুবেলনা চেন্থবি ঈথক ইপোমগা লোযননা। ২৬।৩।২০০৩ গী অযুক্তা ঐখোযনীনা শিবানন্দ কুটিবগী মনাক্তুদা লৈবা স্বামী শিবানন্দ মহাবাজনা গঙ্গাবু খুকমজবা, ধ্যান তৌবম্বা মফম গঙ্গাগী তোর্বান্দুদা কুমথদুনা গঙ্গাদা ঈশিং খুজোকনা তর্পন কচৈ। মিৎতগী পি চদুম চদুম শিন্থবকখি। লাইবমলেন পাংখ্রবা ইমা পাবুং, অহল লমনশিংবু, অমতা পোকচবী ইচানুপীবু নীংশিংদুনা মখোযগী আত্মা শান্তিগীদমক গঙ্গাদা নিজৈ। অসুম্না ঐন গঙ্গাগী তুংইন্দনা মফম কযাদা চৎলুবে।

সুবধুনী গঙ্গাগী নাক্তা খ কম ১৯৮৬ তা লাকপর্দদি শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী চহী ৫০০ শুবা মপোক কৃমওন পালনগা মবী লৈননা চৎপান। পালন অদুগীদমক মণিপুবদসু চহী অমা চুপ্না প্রোগ্রাম পাঙথোকই। মরু ওইবা মহাপ্রভুগী,

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোনগী মতাংদা খন্ন-নৈনবা লাইবিক ফোংবা, লাইবিক থিবা হাযবা ফাংনবনা মকুওই। প্রোগ্রাম অদুগী শরুক অমা ওইনা নবদ্বীপতা শ্রী অনুপ্রভুগীদমক খৃ কুম ১৯৮৬ কী মার্চকী তাং ১৭ অমসুং ১৮ দা কলচবগী ফেষ্টিভেল অমা পাঙথোক্লবা লাকখিবনি। মদুদা শরুক যাননবা নট সংকীর্ত্তন পালা, হোলি পালা, রাসলীলাগী কাংবু, রাসেশ্বরী পালাগী কাংবু যাওনা ষ্টেট লেভেল কমিটিনা ফেষ্টিভেল অদুদা শরুক যাননবা থাই। ঐবুনা ফেষ্টিভেল অদুগী মেনেজর ওইনা থাবনি। ঐগা লোযননা চৎমিন্নবদি ওজা অশাংবম মীনকেতন সিংহ, ওজা হবাইবম রবীর সিংহ, অজ্ঞা জি চন্দ্রকুমার শর্ম্মনি। ওজা মীনকেতননা সভাপতিনি। "রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিদা তমলম্বা খুদোল অমসুং শ্রীধাম নবদ্বীপ" হাযবসিদা ওজা রবীর অমসুং অজ্ঞা চন্দ্রকুমার, রিটাযার্দ মেজর শ্রী দযাময সিনহা, শ্রী রাজকুমার টোকেন্দ্রজিৎ সিংহ খন্ন নৈনবদা শরুক যাই। অজ্ঞা জাতিস্বর শর্ম্মানা শ্রী চৈতন্য লীলা ব্যাখান তৌই, অজ্ঞা মধু শর্ম্মা, সঙ্গীত বিশারদ অমসুং মাগী কাংবুনা শৈগৌ ঈশৈ শকই। রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন শকই। শ্রী শ্যামচান্দ অমসুং মাগী কাংবুগী নুপা পালা সংকীর্ত্তন শকই। শ্রীমতী থৌরানীশাবী অমসুং মাগী কাংবুনা মহারাস জগোয কৎতুনা থৌরমদু লোইশিল্লি। ফেষ্টিভেল অদু নবদ্বীপকী এম এল এ শ্রী দেবী প্রসাদনা মৈরা ৫০০ চুখৎতুনা সভা হৌদোকই। নুমিৎ হুর্মনিদুদি অনুপ্রভুগী মন্দির, মাণ্ডপ, মীথুংফমদু মীনা কৃক কৃক ইন্নে। মেলা হাযবদুনি সুবধুনী গঙ্গাগী মপান্দা ঐখোযনা তৌরিবসি।

খৃ কুম ২০১২ দা অমুক হন্না ঐ সুবধুনী গঙ্গাগী নাক্তা লাকচখি রাসেশ্বরী কাংবুগা লোযননা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র চহী ২১৪ শুবা নীংশিং উৎসব পাংথোক্লবগীদমক। খোঙচৎ অদুদা নবদ্বীপকী সুবধুনী গঙ্গা নাক্তা লৈরিবা স্কোলার শ্রীপরীব ভট্টাচায্যগা উনবগী তাঞ্জা অমা ফংবা ঙমখি। মঙোন্দগী শীজ লাইওইবীনা নবদ্বীপতা কবম্বা চহী ফাওবা হিংলম্বগে হাযবগী মতাংদা লংলা লংজিন খর ফংবা ঙমলকখি। 'শীজ লাইওইবী অমসুং মহারাস' হাযবা লাইবিকতু ঐনা ইবা মতাংদদি মদু খঙবা ঙমখিদে। শীজ লাইওইবীবু নদিযাগী নিংথৌ গীবিশ্চন্দ্র রাযনা মাগী কোনুংদা খৃ কুম ১৮০৫ দা জগদ্ধাত্রী পুজাদা লাকপিনবা রার্ত্তন তৌই। মদুদা মণিপুরগী মীরাবাই হাযনা খঙনখ্রবী শীজ লাইওইবীনা দেবীগী পূজাদা লাই থুকুম্বা লাকখি। মানা জগদ্ধাত্রী দেবীদা মুক্তাগী নাসিকা অমা, লুপা চান্দি তবাসু যাওনা কৎলমই হায। মসিগী মতাংদা শ্রীপররীর

ভট্টটার্য্যনা ঐঙোন্দা মোহিত বায়না ইবা "চাষাপাড়ায় জগদ্ধাত্রী প্রতিমা দর্শনে মীবাবাঙ্গ" হায়বা আবটিকল অমা শীন্নবীবকখি। মদুদা অসুম্না ইবি - "প্রববর্তীকালে ১৮০৫ সালে বিম্বাবতী দেবী নদীয়াবাজ গিবীশ্চন্দ্রেব আমন্ত্রনে জগদ্ধাত্রী পূজাবি ভক্তিভবে, দশাটি মোহবদিয়ে প্রনাম কবেন এবং দেবী জগদ্ধাত্রী প্রতিমাদেব মানিকখচিত স্বর্ন টিকলি (কপালে পববাব টিপ) উৎসর্গ কবে।"

শিজ লাইওইবীনা নবদ্বীপতা অনুপ্রভুগী সেবা চৎতুনা লৈবম্লগা মফমদুদা পূন্সি লোমখি হায়। অদুবু মহাক্কা লৈখিদবগী চহী কুম , তাবিখ, মফম, চপচানা খঙবা ঙমদে। অদুবু হন্দক্কী খোঙচৎসিদা থিজিনবদগী খঙবদি বিম্বাবতীনা খ্ কুম ১৮০৫ ফাওবদি নবদ্বীপতা লৈবম্বগী প্রমান ফংই। মহাক পোকপগী চহী কুম তাবিখসু থিবা ফংদে। শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবদা মহাবাস জগোয় কৎলি। মদুদা মহাক্কা বাধা শাখি। মতমদু মহাক্কী চহী ৮ নি হায়। অদুনদি মহাবাজ কুমাবী বিম্বাবতীনা পোকপসি খ্ কুম ১৭৭১ দা ওইবা যাই মবমদি শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবসি খ্ কুম ১৭৭৯ দনি। অদুনদি মহাক চহী ৩৪ ফাওবদি লৈবম্বগী প্রমান ফংই। মখা তানা থিজিনবা চংলি।

বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী চহী ২১৪ শুবা নীংশিং উৎসব অদুদি শ্রীঅনুপ্রভু সেবাইত সমিতিনা মণিপুবগী আর্ট এন্দ কলচব বিভাগকী শেলগী মতেংনা নুমিৎ হুমনি চুপ্পা তাং ১৬-১৮, ২০১২ ইং ওক্তোবব থাদা পাঙথোকই। মণিপবদগী মীওই কযা, সংকীর্ত্তন পালা, বাসেশ্বৰী পালা, শৈশকপা শৈশকপী কলাকাব কযা লাক্লুনা মদুদা শরুক যাবে। শান্তি নিকেতনদগী অমসুং নবদ্বীপতগী অখণ্ড অহে স্কোলাব কযাসু যাওই।

সংস্কৃতিগী উৎসব পাঙথোকপগী শমলপ্পা পাউদম অমা থমর্জাব।

তাং ১৬।১০।২০১২ ইংদা পূজা-লংজাগা লোয়ননা অধিবাস হৌববা তুংদা ইকায়খুম্নববা শ্রীপুষ্পদবিকাঙ্ক্ষ্য সাহ, ব্রেস্ত বেঙ্গলগী এম এল এনা চীফ গেস্ত, জে এন দান্স একাদেমী, ইম্ফালগী সিনিযব গুরু শ্রীএল লাকপতি সিংহনা প্রসিদেন্ত, শ্রীমতী বৃন্দশাবী দেবী শক্লাইববী গৌব লীলাগী গুরু, শ্রীআব কে অচৌবীস্না সিংহ, জে এন দান্দ একাদেমীগী হান্নগী প্রিন্সিপালনা গেস্ত ওব ওনব ওইদুনা সভা অমা পাঙথোকই। ফেস্তিভেল অদু পাঙথোকপগী কি নোত এদ্রেস অদুনা দা যামিনী দেবীনা পী। দাইজ ফম্লিবশিংনা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মবমদা ব়া ঙাঙদুনা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলি। নুংথিলদা শ্রী অনুপ্রভুগী সন্ধ্যাবতি লোইববা তুংদা শ্রীতিঐচ হবিদাসকী নিমাই সন্ন্যাস কীর্ত্তন, শ্রীমতী মেমচা দেবীগী নিমাই সন্ন্যাস দান্স ড্রামা পাঙথোকই।

মথংগী নুমিৎ ১৭।১০।২০১২ ইংদদি ইকাযখুন্নজববী মণিপুবগী সোসিযেল ৰেলফ্যাবগী মিনিস্তব কুমাবী এ কে মীবাবাইনা চীফ গেস্ত অদুগা শ্রীপ্রবীব ভট্টচার্য্য, নবদ্বীপকী স্কোলাবনা প্রসিদেন্ত ওইদুনা সিম্পোজিযম অমা পাঙথোকই। ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা কলচবগী মতাঙদা খূদোল তম্বিবম্বগী মতাঙদনি। সিম্পোজিযম অদুদা শরুক যাখিবা বিসোর্স পার্সনশিংদি কোবস বিপর্তবী থিযেতবগী প্রসিদেন্ত শ্রী বতন থিযাম, শান্তিনিকেতনদগী মণিপুবী জগোযগী ওজা শ্রীমতী দেবযানী চালিহা, মণিপুবদগী বাসেশ্ববী পালাগী প্রসিদেন্ত দা যামিনী দেবীনি। মণিপুবগী জে এন দান্স একাদেমীগী দিবেক্তব শ্রী এল উপেন্দ্র শর্ম্মনা ৰেল-কম এদ্রেস পী। নুংথিলদনা অপূনবা হবি সংকীর্ত্তন নৈনশঙগী গুরু শ্রীতিঐচ হবিদাস অমসুং মাগী কাংবুনা নুপা পালা সংকীর্ত্তন শক্লগা, ওল মণিপুব গৌবলীলা অমসুং শনশেনবা এসোসিযেসনগী গুরু বৃন্দাশাবী দেবী অমসুং মাগী কাংবুনা গৌবলীলা শান্নে।

যেস্তিভেলগী হুয়ি চনবা নুমিৎ তাং ১৮।১০।২০১২ ইং, মেবাগী হুয়ি পানবা, বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মুর্শিদাবাদকী জিযাগঞ্জদা নোঙ্গাখিবা নীংশিং নুমিৎ অসিগী প্রোগ্রামদি ওন্থোক্লা কৃংখ্রে। অযূক্তা মীযাম্না নবকীর্ত্তন শক্লুনা গঙ্গাদা তর্পন কৎলি বাজর্ষিগীদমক। অদুগী তুংদা বাসেশ্ববী পালানা সংকীর্ত্তন কৎলি। অযূক্কী থৌবমদু নবদ্বীপকী শ্রীঅনুপ্রভু লালসা পালানা হবিনাম সংকীর্ত্তন শক্লুনা লোইশিল্লি।

সন্ধ্যাবতি মতুংদা শ্রীএল লাখপতি সিংহ অমসুং মাগী কাঙবুনা নুপা পালা সংকীর্ত্তনগা হৌবগা ঠাকুবধন নৃত্য কলা মন্দিবগী গুরু শ্রীবি গোপাল শর্ম্মগী কাঙবুনা মহাবাস জগোয কৎলগা লোইশিল্লি। শরুক যাবা লাকখিবা যামখ্রবা মীশিংদুনা অনুপ্রভুগী নাক্তা লৈবিবা ধর্ম্মশালাদা খবা, খবনা মহাবাণী ধনমঞ্জুবীনা সেবা চৎলম্বা হৌজিক্লা ইম্বোয়া সেবা চৎলিবা শ্রীগোপালদেবগী মীথুংশঙদা লৈবে। মযাম পূন্না শ্রীঅনুপ্রভুগী দর্শন ফংমিন্নবে। প্রসাদি ফংন্নিবে। মযাম পূন্না সুবধুনী গঙ্গাদা স্নান তৌমিন্নবে। খোঙচৎ অদু ওন্থোক্লা নুংঙাইখ্রবা মপূং ফাবা হাযবদু ওইখ্রে।

অদুবু শ্রীঅনুপ্রভুগী ঘাটতা গঙ্গা স্নান তৌবা চৎপদা তোর্বানগী মতাই অমদা মণিপুবগী মহাবাজ চূড়াচন্দগী সমাধি মোংফমদু উবদদি নুংঙাইতবা ফাওই। মণিপুবগী মতিক মযাই লৈখ্রবা নিংথৌ অদুগী মোংফম অদুদা ফূবা অমা কবি অমা শাদুনা লৈতে। নাপী মোংশোঙ মবক্তুদা চেকনা খুকউমুক ৱাংনা খাজিনবা



*সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা লৈবিবা চূড়াচান্দ মহাবাজগী মং*

মতেক অমা লৈবা থেংনৈ। মহাবাজনা লৈখিদবসি চহী ৭০ হেল্লবনিনা, চেক্তু ইশং কাবে, ইহো হোবে। মনাক অদুদা লৈবিবা চেক শাফম অদুগী অমোৎ অকায লংশিনফম, দষ্টবীনগুম ওইবে মবমদি মফমদুদা পাম্বী খবা, উবী ৱবী খবনা মংশিন্দুনা কনা খঙদা উদনা লৈ।

চূড়াচান্দ মহাবাজদি চহী ৮ দা, যাম্না পিকলিঙৈদা নিংথৌ ওই হাযদুনা নিংথেম পিশক হাযবগা খঙনৈ। মহাক লাইবিক হৈবনি, অফবা শান্নবোইনি, লৈঙাক শাসন হৈবনি। মহাকতি শান্ন-খোৎনববু, শান্নবোইশিংবু যোকখৎপিবনি, নুপীশিংগী মহৈ তম্নবা স্কুল লিংখৎপিবস্পা মীশকনি। বৃটিশনা মাবু কে সি এস আই সি বি ই মিংথোল পীদুনা ইকাযখুম্নখিবা মণিপুবগী নিংথৌনি। মহাক্না অবোইবা যাহিপ তানখিবদি নবদ্বীপকী সুবধুনী গঙ্গা মপান্দনি। মহাক মতম শাংনা নবদ্বীপকী গোপালজি কুঞ্জদা লেঙশিন্দুনা লৈবম্মী। হকচাং ইববসু নুমিৎ খূদিংগী দোলাই তোংলগা গঙ্গা দর্শন তৌবা হেক হেক লেঙবা উহৌই হাযনা মচাইবেম্মা এম কে বিনোদিনীনা মাগী লাইবিক "চূড়াচান্দ মহাবাজগী ইমুং-মনুংদা" ইবি।

চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না লা চন্দুনা লৈ "১৭ নি শগোলসেনগী (৬।১১।১৯৪১ ইং) নুংদাং পৃং ৯ মি ২০ দা শ্রীধাম নবদ্বীপতা মণিপুবেস্বব মহাবাজ নৃপচুবামনি চূড়াচান্দ সিংহ বাহাদুব কেসি এস আই সি বি ইনা লৈতেংবা

স্বর্গতি ওই।” মানা পামজবম্বা মতুংইন্না সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা মাগী সংস্কাব তৌখিবনি। মহাকপু ইকাই খুম্নবা উৎতুনা মচা মশৃশিংনা নত্রগা মণিপুব সবকাবগী আর্ট এণ্ড কলচব বিভাগনা নিংথৌসিগী ফৃবা অমতং, পিল্লব অমত্তং, নিংথৌগী মতিক ম গুণগী অইবা ব্রাবোল হক্তুনা মূর্ত্তি অমতং ওইববসু মং অসিদা শাববদি ফখ্রনিদা থল্লকই, হন্দক্কী সুবধুনী গঙ্গা মপানগী খোঙচৎসিদা।

খোঙচৎ অদুনা লোইশিল্লকপদা ঐনা সুবধুনী গঙ্গাগা নকশিন্নবকখিবা, মাগী মতম্বাকতা শান্নজখিবা কযাদু নীংশিংজবদা পূক্লীংদা ফাওজবা ব্রাহৈ খবনা মহাক্কী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চবি-

হে ইমা সুবধুনী গঙ্গে, খুবমজবি নচানা হন্না হন্না,
নীংথিজৈদকো ইমা নংগী মাযথোংসে,
অযুক্কী কোবৌ মঙালদা ইমা নংনা
মোমোন নোক্লা জগোয শাবিবা
নুমিদাংব্রাইগী মতমদা মালেমনা
অমম্বগী ফিজং হাইবকপদনা
নুংশুক নুংজানবা শক্লোন লৌবীবি।

নিংথমথাগী মতমদনা ইমা নংদি
চীংলেন্নবা ঈচেল মচা ওইবীদো
নোংজুনা ঈপাল লাংবকান
পাঙ্গল্লবা সমুদ্রগী শক্তম লৌদুনা
ঈথক ইবাখোলগা চেম্থবিবীনি ।

হে ইমা গঙ্গে, হিমগীবিগী মমোমলোই!
ইমা নংদি পীনহৈবী, চানবী হৈবীনি
অচান মীবাই নাইদবীনি
ইমা নঙসে ঐখোযপুম্বগী
ঙবাং, ঙসি, হযেংগী লর্নানি।

ইমা নঙগী ঈথক ইপোন্না
জগোয শানা, ঈশৈ শক্লা শক্লা

চেন্থবি শান্তিগী পাউজেল পুবদুনা,
নংগী ঈচেলনা যৌকবা মফমশিং
ওইহনবীবে অশেঙবা তীর্থ মফমশিং
নপাবী নমোমশিংবুসু ধর্ম্ম চেনবা ওইহনবীবে।

ইমা নংগী নশাইগোনসিদা ঙাম্থোইবীবি
শ্রীঅনুপ্রভুনা মণিপুবদগী লেংবীবক্তুনা
শন্দোক্লবি মণিপুবগী কলা, সংস্কৃতি, সভ্যতা।
মীওই কযাবু নথানুংদা কোনশিনবীদুনা
অবান খুভম ফংহনবীবিবী মঙ্গলগী মশক ওইবী
জয ওইবীযু হে ইমা সুবধুনী গঙ্গে!

## হিমালযনা নাওকোল্লিবা নেপালদা

ৱাংথোইববা চীংনিংথৌ হিমালযবু লৈব-লৈবদুনা এবোপ্লেন্দা ঐখোয নেপাল তম্না পাইবে। নুমিৎ অদু খৃ কুম ২০০৯গী নভেম্বব ২০দনি। তবাম্না ওকপিবমই ঐখোইবু হিমালযনা, উনগী ভৌশ্রোক ভৌবা লুহুপ উপ্লদুনা। কোবৌহনবনা মবানযাই পাংলমদাইগী ঙাঙ্গ্রানবা মশেক মঙালনা যৈবদা নোংচুপথংবা অতিযাদি অঙাংবা ফিজোল থোনখবে তাঞ্জাদু। ঙসিদি ঐসে কযাদা লাইবক ফববা অতিযা মকোযদা লৈনা লৈনা পাইবদুনা ৱাংথোইববা হিমালয চীংজাওগী অশেংবা শক্তম অদু উবা ফংজবে। ঐনা তম্ফাম্না গার্লস স্কুলগী মহৈবোই ওইবিঙৈ, ভুগোলগী পাবা তল্লকপদা হিমালযগী মবমদা যাম্না চীনফা পুবকখি। ওজানা মেপ যেক্কুনা তাকপিখি - অসিনা শিবালিক বেঞ্জনি, অসিনা নঙ্গ পর্ব্বতনি .। পবিক্ষাদা মার্ক যাম্না যংখিবনি ঐ। অদুনা ঐহাক হিমালযবু খঙলে হাযনা খঞ্জবম্বনি। ঙসিদি ইমিৎসিনা উবা ফংজবে, মাগী শাংলবা পবীংশিং, মাগী নীংথিজববা শক্তম, উননা কুপশিন্দুনা লৈবিবা মতৌ, মালেমগা অতিযাগা খূৎশম্নবিবা, মাগা লৈচিলগা কেকু লোৎপী শান্নবিবা শক্তম, হিমালযনা ঐবু মঙলৈবাক অমদা পুবীবে। মহাক অসি কযাদা মগুন লৈখ্রবগে হাযবসি ঙসিতা খঙলি।

শক্লোন যাম্বা চীংনিংথৌনি হিমালযদি। নোংমগী মনুংদা শক্লোন কযানি হোংলিবা। ঋতু হোংবা খুদিংগীনি, নোংজু নুংশাগী, মাগী মবেপ ৱাংবগী

মতুংইন্নসু শক্লোন হোংলিবনি। হিমালযগী মকাইফমদা লৈবি, চীংশাং পবীং পবীং। মদুদা লোৎতুনা থল্লি শিদ হিদাক পান্বী, মমল যান্নবা উপাল ৱাপালশিং। চীংচেপতা লৈবি শুকং কযা, লোকচপ কযা, ঙমথনা লৈখ্রি পাল্লবা তম্পাক কযাসু। যেংলু যেংলুবা খুদিং মীৎফম হোংবা যাদে। মতম চুপ্পদা কুপশিন্দুনা লৈবিবা উনগী মপৈ, উনপাক (গ্লেসিযবস), উন শৌদোবকপদগী শেমখিবা পাৎশিং, মঙোন্দগী চেন্থবকপা মালেমদা শিংথান্নবিবা তুবেলশিং অঙকপগী অঙকপা, ফজবগী ফজবা ঙাক্তনি । হিমালযগী মকাইফমদা লোৎতুনা থল্লিবা সনা পুক্কেবু মাযকৈ কযাদগী থিজিল্লিবনি লৈবাক কযাগী বির্সাচবশিংনা, স্কোলাবশিংনা, জিওলোজিষ্টশিংনা। মানা নাওকোন্দুনা থমলিবা লমদমশিং চাইনা, টিবেৎ, ইন্দিযানচিংবনা মাগী মাগী ওইনিংবদগী মুন্নবি, বাজনীতিগী ৱাথোক ওইনবি।



*হিমালযগা শক্তম অমা*

উননা মতম চুপ্পদা কুপশিন্নদুনা লৈ হাযদুনা হিমালয (হিম - উন, আলয - লৈফম) কৌই। মুনি ঋষিশিংগী লাইনিং লাইশোনফমনি হিমালয। মখোযনদি কৌই হিমগীবি। মহাভাবতকী বাবীদা পাণ্ডব মচিন-মনা নো স্বর্গ কাই হাযবিবদু হৌজিকসু লৈবি মহাভাবত বেঞ্জ হাযদুনা। হিমালযগী মিটব ১০ ০০০ বোম বাংবা শিবালিক বেঞ্জদগী মিটব লীশং অনী অহুমগা ... লৈবদা পবীংদনি মহাভাবত বেঞ্জ লৈাববসি। অদুগী অৱাংদনি টিবেৎকী প্লেটো, খাগংবদনি ভাবতকী গঙ্গা তুবেলগী তম্পাক (ইন্দো গেঞ্জেটিক প্লেন) লোববাস। মহাকসি

ভাবতকী ওইনদি মাগী মমল যাম্লবা সংস্কৃতিগী পুক্কৈনি। হিমালয়দগীনি গঙ্গা তুবেলনা চেম্থবক্লিবসি। ভাবতবাসিশিংনদি গঙ্গাসি ইমানি, লাইবেম্বীনি হায়দুনা খুরুমজৈ, পূজা কৎনবিবনি। হিমালয় উবদা নীংশিংলকই-

মানা খা-এসিয়াগী কলচবদা হেন্দোক থোইদোকপা খুদোল তমলিবা। মাগী মকাইফমদা হিন্দু অমসুং বুদ্ধিষ্টশিংগী যাম্না শেংখ্রবা লাইফমলেন কয়া লৈবি। চাইনা টিবেৎকী লমদা লৈবিবা হিমালয়গী চীংদোল মাউন্ট এভবেষ্টসি পৃথিবীদা খ্বাইদগী ৱাংবা চীংদোলনি। মাগী অৱাংবদি মিটব ৮,৮৪৮ (ফুট ২৯,০২৭) নি। অশাংবনা কিলোমিটব ২,৮০০ (মাইল ১,৫০০) নি। মালেমগা অতিযাগা উন্নফম ওইবিবা হিমালয়নি। মাগী ফজবা, নীংথিজববু উকবদা শুমহৎলোইদবা কনা লৈগনি? মাগী চীংলেম্লবা, ফজখ্রবা চীংদোল কাঞ্চনজঙ্গগী শক্তমদো ঐনা উবা ফংজবকখ্রে। মদু ঐনা খ্ কুম ১৯৯২গী জুলাই ২ অমসুং ৩দা সিকিমগী কোনুং গেংটোক্তা সাহিত্য অকাদেমি নিউ দিল্লি অমসুং সিকিম সবকাবনা পুন্না শীনমিন্নবা ইষ্টর্ন জোনেল উইমেন বাইটর্স মীটতা শরুক যাবা চৎলুবদনি। ঐখোয় দিলিগেটশিংদু সিকিমগী চীংদোংমচা অমদা লৈবা সিনিওলচু লোজদা লৈমিন্নবকখি। অদুদগী উবা ফংখি, অযুক্তা কাঞ্চনজঙ্ঘগী মকুমদগী নুমিৎ থোবকপগী ফজবদো। অযুক্কী মেংলবা কোবৌ মাগী মশেক্লা যবদা কাঞ্জনজঙ্ঘনা ফজবদো ঐনা কবম্না শৈথাবা ঙম্মগনি?

কোবৌহনবনা ইবোন্নুংদগী অঙাংবা ফিজোলনা লৈতেংলদুনা মখুন্তা অঙাঙবা আবেব পায়দুনা লেঙথোক্লগা হিমালয় চীংশাংদা আবেব চাইশিনবিবে। পূমঙাঙ ঙাঙখবে কাঞ্জনজঙ্ঘসু। শংবানবা অতিযাসু অঙাঙবগী ফিজংনা খনজিনখবে। ঙহাক্কী মনুংদা কোবৌহনবনা সনা ফিগে অমূক থোল্লকলে। উহল্লগে মতানি তাইবং মীওইবদা। কাঞ্জনজঙ্ঘসু সনা মচুগী ফিজোল হোংলে। মখোয় অনীগী নুংশিচান্নবগী শক্লোন অমা উথোবকই। অমূক ইকাইনুংশি যাৱৈজে। তপ্না তপ্না থাদোকনৈ পায়নবম্না মখুৎতো। ঙহাক্কী মনুংদা কোবৌহনবনা মশানৌবু বিদায় পীবম্লগা তাইবং শিন্থা যেন্নবা যাঙনা খোঙদোই হুনখবে। মশাবী কায়নবগীবা কাঞ্জনজঙ্ঘনা অঙৌবা ফিজোল হোংলিবদো? নুমিদাংবাইদা কৌবৌহনবনা মবানযাই পাংখ্রবদা কাঞ্জনজঙ্ঘনা অমুবা ফিজোল হোংই।

কোবৌহনবগা কাঞ্জনজঙ্ঘ অনীগী নুংশি কুম্মৈদু উজনিংবগী ইখৌ লাংদুনা মীওই কয়ানা অবাপ্পদগী লমকোয়বা কয়ানা দার্জিলিংগী টাইগব হিলসতা লাকনৈ। মখোয়না নোংঙাল্লমদাইদা কুম্মৈদু যেংনবা ঙাইদুনা লৈনবিবনি। লাইবক ফবদগী ঐদি কুম্মৈদু সিকিমগী সিনিওলচু লোজদগী উবা ফংজবকখি

কোবৌহনবনা সমুদ্রগী ইবোন্নুংদগী খোঙদোইবকপসু মফজ অমনি। শক্তমদু ঐনা খৃ কৃম ১৯৭৫ দা পোণ্ডিচেরীগী সমুদ্র তোর্বানদা উবা ফংলকখি। খোঙচৎ অদুদি শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটিজগী ব্রুইমেন কমিশনননা শিনবা "ব্রুইমেন এন্দ ইউনিটি" হায়বা কনফরেন্স অমা যাওবা চৎপদনি। দিলিগেট ঐখোয় খবা সমুদ্র তোর্বান্দুদা লেপ্তুনা নুমিৎ থোবকপা যেংগদবগী অঙনবদগী ঙাইদুনা লৈখি। ঙহাক্কী তুংদা অঙাংবা বোল অমা ইবোন্নুংদগী চোংখৎলকখি। ঈশিংগী ঈমায়দগী হেক চোংখৎলকপা মিকুপতো, মদুদা ফজবা কোবৌহনবগী শক্তমদো ঐনা অতৈবুসু উহন্নিংই। "যেংলো লাউ ফজবসি" হায়দুনা ঐনা অতৈসু কৌশিল্লি। মখোয় ঙাযবা ঙমপোৎ নত্তে। সনা ফিগে ফিজোল হোৎলদুনা থুনা যাঙনা যাঙ্গাই খুরুপ থৌদুনা খোঙদোইখি কোবৌদো।

হিমালয়দগী ঐনা বঙ্গ সাগর যৌরুবে কোবৌহনবগী যাদুনা শুমহৎতুনা। হিমালয়গী খ্বাইদগী ৱাংবা এভরেষ্ট চীংদোলবু জয় তৌনবা হোৎনবদা মীওই কয়াগী পুন্সি লোমখিবা কয়ানি। জিওলোজিষ্টশিংনদি মাগী অৱাংবসি অসুম হেনগৎলিবনি হায়বিবনি। অদুবু বিজ্ঞান অমসুং টেকনোলোজি চাওখৎলকপদগী মীওইবনা থাদা খোঙদারুবা ঙম্লে, এভরেষ্ট চীংদোল জয় তৌবা ঙমলে ঙসিদি।

মীওইবনা এভরেষ্ট চীংদোল জয় তৌবগী ৱাবী ঐনা এরোপ্লেন তোংনা তোংনা নীংশিংই।

এভরেষ্ট চীংদোলসি পৃথিবীগী লৈমায়দগী খ্বাইদগী ৱাংবা মফমনি হায়বসি হান্নদি খঙনবমদবনি। খৃ কৃম ১৮৬৫ দা Sir George Everest হায়বা British Surveyor of India গী মমিং লৌদুনা থোনখিবনি। এভরেষ্ট চীং কান্নবা মীশিংনা হোৎনবকপসি খৃ কৃম ১৯২০ দগীনি। অদুবু অৱাংবা মফমদুদা ওক্সিজেন লৈতবা, থোইদোক হেন্দোকনা ঈংবা, নুংশিৎ কন্না শিৎপা, উন মবোল মবোল তাবিবা, গ্লেসিয়রস মপাক কয়া লৈবিবা কয়ানা মীওইবদা অপনবা পীদুনা লাক্লি। এভরেষ্ট চীংদোল কাবা হায়বসিদা অঙকপা থৌনা লিংজেল, অখাঙকনবা, হৈশিংবা চঙলিবনি। খৃ কৃম ১৯২১ দগী ১৯৩৩ ফাওবদা অৱাং নোংপোক চীংলম্বীদগী এভরেষ্ট কান্ননবা তরেৎলক হন্না হোৎনখিবনি। খৃ ১৯২১-৫২ ফাওবদা খাবোমগী চীং লম্বীদগী অহুমলক হন্না কাননবা হোৎনখিবনি। অদুসু মায় পাকপা ঙমখিদে। অদুবু খৃ ১৯৫৩ দদি Royal Geographical Society গা Joint Himalayan Committee of Alpine Club কা খুৎশম্মনা হোৎনদুনা ওক্সিজেন সার্ক্যুট শেমলে, ইনসুলেটেদ বুট শাবে, অখন্নবা ফিবোল তুবে,

পোর্টেবল বেদিওসু যাওনা চীংকাবোইশিংদা শীজিন্নহনবা ঙমলে। অদুগা লোযননা লন্বীদা কেম্প নিপালসু হাংদোক্কুনা থমলে। Khumbu Glacier ফাওদুনা ফুট ২৬,০০০ (মিটব ৮০০০ লোম) ফাওবগী লন্বী অমসু শেমলে।

খ্ কুম ১৯৫৩ গী মে থাদা নিউজিল্যাণ্ডগী চীংকাবোই Edmund Hillary না মাগী শেবপা নেপালগী Tenzing Norgay গা লোযননা খা নোংপোক লন্বীদগী কাদুনা এভবেষ্ট চীংদোল যৌখি। ইতিহাস অমা শেমখি।

অদুগী তুংদা খ্ কুম ১৯৬৩ গী মে ১দা James W Wittakar অমসুং নেপালগী Nandang Gumbu না চীংদোল যৌখি। চহীদুমক্কী মে ২দনা মী মবীনা চীংদোল যৌখি।

মী অতৈনা কান্নদ্রিবা লন্বী-নোংচুপলোমদগী কাবগা খাবোমদা কুমথবা লন্বীদা Thomas F Hornbein অমসুং William T Unsoeld না কাবা ঙমখি। অদুগী তুংদগীদি তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংনা স্পোন্সব তৌদুনা চীংকাবোই কযা অমনা এভবেষ্ট চীংদোল যৌখবে। এভবেষ্ট চীংদোল যৌখিবী ইহান হানবী নুপীদি নেপালগী Tabei Junko নি। মহাক্না খ্ কুম ১৯৭৫ গী মে ২৬ তা ANG Gsering গা লোযননা চীংদোল যৌখিবনি। ভাবতকী ওইনদি অহানবা নুপী চীংকাবোইদু বাচেন্দ্রি পালনি। মহাক্না খ্ কুম ১৯৭৮ দা কাখিবনি। টিবেটকী মাযকৈদগী খ্ কুম ১৯৮০ গী মে ১১ দা জাপানীজ অনীনা অব্রাংথংবা লন্বীদগী কাদুনা চীংদোল যৌখি।

ঐহাক ব্রাখলদা মুন্দুনা এবোপ্লেন তোংলি কাউথোকলুই। এযাব হোষ্টেজনা "ঙহাক্কী মনুংদা প্লেন অসি কাঠমাণ্ডুগী ত্রিভুবন এযাবপোর্টতা লেন্দিং তৌবগনি, পেসেঞ্জবশিংনা খ্বাংদা বেলট ফাজিনবীবো" লাউথোবকপদা ভাব খঙতা তাবকই। যৌবমদাইদুদদি হিমালযনা অশংবা ফিজোল থোল্লদুনা মাগী মশাইগোন্দা নুংশিনা চেৎনা কোনশিন্দুনা থন্বীবিবা নেপালবু ঐখোযদা উহনবীবে। এবোপ্লেনদু এযাবপোর্টতা তাগদবগী নেমথবক্লে। তাঞ্জাদুদা কোবৌহনবনা তাবমদাইদগী ঙাক্ৰানবা মঙালদুনা প্লেনগী থোঙনা ওগী মিংশেলদা কৃফেৎ কাফেৎ তৌদুনা ঐখোযবু বিদায পীবকলে।

ঐখোযদি হিমালযবু জয তৌবা চৎপা নত্তে। নেপালগী কোনুং কাঠমাণ্ডুদা ইণ্টবনেসনেল কনফবেন্স অমা যাওনবা FEMINIST DALIT Organisation (FEDO) গী লুচিংবা M C Raj না বার্ত্তন তৌবকপদগী চৎপনি। অতেনবা খোঙচৎনি, নুমিৎ ৫গীদনি। চৎমিন্নবিবা খোঙবুনা মনিপুবগী আর্ট এন্দ কলচবগী

মিনিষ্টব ওইবম্বা দা: মোইবাংথেম নবগা, দি এম কোলেজ সাইন্সকী অঙ্কগী ওজা ওইবম্বা কে ঐচ জয়ন্ত সিংহগনি। তাং ১৯।১১।২০০৯ ইংদা ইম্ফালগী তুলিহল এযাবপোর্টতগী কিংফিসব এযাবলাইনগী প্লেননা ইম্ফাল থাদোক্লগা মথংগী নুমিৎতা দিল্লিদগী ইন্দিযান এযাবলাইন্সকী প্লেনা ত্রিভুবন এযাবপোর্ট যৌবনি।

শিল্লি লাংলিবশিংনা ঐখোযবু এযাবপোর্টতা তবাম্না ওক্লমই। অদুদগী কিলোমিটব ৮দং লাপ্পদা লৈবা Hotel Himalaya দা লৈনবা ঐখোযবু মদুদা পুবীবে।

হোটেল হিমালযদি ফাইব ষ্টাব হোটেলনি। মদু মিনি নেপালনি হাযবদা থোযনা লাল্লোই। মদুদা ফংদবা লৈত্রে। নেপালগী হোটেলদুগী ফজববা কম্পাউণ্ড, লৈকোল, পোত্থাফম, শান্নবুং, স্বিম্মিং পুল, লৈতেংদুনা শেল্লিবা হিমালয মথক্তগী চেম্ভবিবা ঈশিং যেংবদা ওম্থোক্লা ফজৈ। হোটেল মনুংদুদা কনফবেন্স হোল, বিসেপসন হোল লৈ। মদুদা মী ৫০০ হেনবগী পার্টি তৌবা, লুহোংবগী মাণ্ডপ ওইবা, মখল মখা কযাগী মেনু যাওবা বেষ্টুবেন্ট, বাব সোপ, দাইনিং হোল লৈ। লমকোযবশিং, কাববাব তৌবশিংনা শেল ওম্থোক-ওনশিন তৌবদা খুদোংচানবা বেঙ্ক লৈ। অনা-অযেক যাওবকপদা লাযেংনবা দাক্তব লৈ। হিদাক লৈফমসু লৈ। হোটেলদা থুংলবশিং, লৈবিবা মীশিং অৱাৎ-অপা যেংনবা, মতেং পাংননবা মশা নানখ্রবা নহা কযা অঙৌবা ফুবিৎ, অমুবা পেন্ট, টাহগী ইউনিফোর্ম শেৎতুনা মীশিংগী মতেং পাংবদু হৌন খঙবা মতৌনি।

হোটেল হিমালযগী গ্রাউণ্ড ফ্লোবগী কা অমদা ঐ লৈবে। কাদা লৈবিবা ফমুং, উপু, সোফা, টেলিফোন, টিভি, কম্প্যুটব, পাক্লবা শকযেং মিংশেল, ইরুজফমদা মনম নুংশিবা সাবন, লোসন, ঙৌবোক ঙৌবা টাউৱেল মবক্তুদা নুমিৎ হুমনিদি ইনিং তৌনা লৈবে। সেবাবীনা হৌনা খঙলিবা। ঙহাক্তং চখোকলুবিঙৈদা কাদু ফজনা শেংদোক্লমই, ফমুংগী অনৌবা ফি শিন্দোকলমই, ফৈজুপ লোন্দুনা নীংথিনা থম্বিবমই। ফৈজুপ মথক্তুদা অপিকপা কার্দ অমদা লৈ মচা অমা থেৎচিল্লদুনা ফজনা ইবমই "Sleep Well, Sweet Dream"

হোটেলগী বেলকোনীদা কাদুনা যেংবদা অকোযবগী ফিভম, হিমালযগী ফজবা শক্তম, কাঠমাণ্ডুগী হেবিটেজ সাইট পটন স্কাব, সম্ভুনাথকী স্টুপানচিংবা উই। অসিনা ঐখোযনা লৈকবা নেপালগী হোটেল হিমালয অদুগী শক্তমনি। মরুওইবদি ইন্টবনেসনেল কনফবেন্স অদুগী মতাংদুনি। কনফবেন্স অদুগী

দিলিগেটশিংদি নিউজিলেন্দ, নোবৱে, জর্ম্মনি, ইন্দিযা, শ্রীলঙ্কা, পাকিস্তান অমসুং নেপালদগীনি। মদুদা শরুক যামিন্নখিবশিং অদুগী মমিংশিংদি পনদ্রে, মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবদি নিউজিলেন্দগী ইউনিভরসিটি অফ ওকলেন্দগী Prof Anne Sullivan, জর্ম্মনীদগী Walter Hann, Dr Asta, বিহাবদগী Sakti, নেপালদগী Gojen কাবনাটাকাদগী বাপুনচিংবনি।

কনফরেন্স অদু তাং ২১।১১।২০০৯ইংগী অযুক্তা নেপালগী আর্ট এণ্ড কলচবগী মিনিষ্টবনা অথোইবা অতিথি ওইদুনা হৌদোকই। খন্ন-নৈনবিবনা Electoral Reform গী মতাংদনি। দিলিগেটশিংনা মাগী মাগী লমদা ওইবিবা Electoral System মাগী মাগী লমগী ফিভমগী মতাংদা মোত পীনৈ। যাম্না কন্না Interaction তৌনৈ। নুমিৎ নীনিগীদু Brain Storming Session ঊাকনি, যাম্না serious ওইনা অযুক্কী অমসুং নুংথিলগী সেসন চথৈ। লঞ্চকী মতম পুং ১দগী ২ ঘাওবদং কাইথোকই।

তাং ১২।১১।২০০৯ গী অযুক্কী সেসনদদি ঐনা মোদবেটব ওই। লাইজদা ফমিন্নবদি দা নবা, জর্ম্মনীদগী Dr Jo Walter Hann গনি। মোদবেটব ওইবগী ঐনা অহানবদা ৱাবোল অমা পীদুনা সেসনদু হৌবে। লংশিচান্নবগী অমগা অমগা ভাব তামিন্নবগী, শান্তি পুবকপগী, অমতা ওইবগী কোনম অসিদা ঐবু যাওহনবীবগীদমক অশিন অবাং ওইবিবা মকওইনা FEDO গী লূচংবা M C Raj বু থাগৎতুনা ৱা ঙাংবা হৌই। মনিপুববু মযামদা নীংথিনা শক তাক্লবগী খুদোংচাবা লৌবে - মনিপুবগী লম্মিৎ তুমিৎ, ইতিহাস, কলচব, স্পোর্টস, নত্তাশিংগী থৌনা মবিংজেল, নুপীশিংনা লৌবিবা থৌদাং কযাগী লম্মদা। মনিপুবদা ইনসবজেন্সি নৈবা, আর্ম ফোর্সেস স্পেসিযেল পাবাব এক্ট লাইবিবা, কনফ্লিক সিচুযেসন্দা মীচম প্রজা, নুপী অঙাংশিংনা অৱাবা নংলিবা ফযাসু পল্লে। মযামদু যাম্না খৱায যাওনা বাদু তাই। নুপী অমসুং মাইনোবিটিনা এসেমব্লীদা মপুং ফানা বিপ্রেজেন্ট তৌদে, অদুনা ঐনা Electoral Reform সি সপোর্ট তৌই হাযবে। দা নবানসু ফজনা ৱা ঙাংদুনা মযামদা তাহল্লে। ডবাং দা নবা, জযন্ত ঐখোয অহুমনা ৱা তানখ্রবনি। ইন্টবনেসনেলগী ওইবা ফোবমসিদা মনিপুবব নীংথিনা খঙহল্লমসি হাযদুনা। মী অতৈনা ফোঙদোবকপা মাতাশিংদু ঐনা নীংথিনা ৱাতেমদুনা খন্ন-নৈনবগী সেসন অদু লোইশিল্লি।

নেপালদা চৎলবনিনা মফমদুদা লৈলিবা ইতিহাসকা মবী লৈনবা মফমশিং, পশুপতি নাথ শিব মন্দিব, বদ্ধিষ্ট মন্দিব, সম্ভুনাথ মন্দিব, ভগবান বুদ্ধগী পোকফম লুম্বীনিনচিংবা মমিং চৎলবা লাইফমলেন কযাদু যেংনিংবনি। নেপালদা

যেংবা যাবা মফম কবি কবি লৈবগে হাযবসি লাইবিক পাবদগী খব খঙই। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা ঐনা দিল্লিগী এযাবপোর্টতা লৈবিঙৈদা নেপালদগী নুপীমচা অমগা ফমিন্নদুনা ৱাবী শান্নবকপদগীসু ফন যাম্না খঙজিল্লবনি। নুপীমচা অদুগী মমিং সেবীং লামা (Tsering Lama) কৌই। ইন্দিযাদা মমা অনাবীবু পুদুনা লাযেংলুবদগী হল্লকপনি হায। মহাকতু মী পীকতক তৌবদুনা কুচু ঙৌই, যাম্না ফজনা ইংবাজী লোল্লি। ঐনা ইশাবু মশক তাক্লে- "ঐহাক মনিপুব ষ্টেট কমিশন ফোব ৱুইমেনগী চেযাবপার্সন ওইবি। কাঠমণ্ডুদা ইন্টবনেসনেল কনফবেন্স অমা যাওবা চৎলিবনি। ঐহাক নুপীগী মতাংদা নেপালদা ওইবিবা নুপীগী স্টেটসগী মতাংদা খব খঙনিংই। মখোযনা কবি কবম্বা (problems) থেংনবিবগে হাযবগী মবমদা খঙননবা নুপী ওবগেনাইজেসনশিংগী মেম্বব খবসু উনদুনা ৱাবী শান্ননিংই" হাযনা ফোংদোকলে। সেবীং লামানা "গোকবনা (Gokarana) দা লৈবা মৈত্রী নেপাল হাযবা নুপীগী ওবগেনাইজেসনগী নুপীশিংগা উনৌ" হায। গোকবনাদা চৎতুনা মখোযগা উন্নবদি তৌদ্রে। হোটেল হিমালযদা, কনফবেন্স মফমদুদা মৈত্রী নেপালগী নুপী খব যাওবমদুনা মখোযগা উন্নদুনা ৱাবী শান্নবকখি। মখোযগী ওবগেনাইজেসননা ৱুইমেন ট্রাফিকিংগী মতাংদা থবক লৌখৎলি হায। দিল্লি খঙদে, নেপাল খঙদে, মনিপুব খঙদে নুপীশিংনা থেংনবা অৱা অনং খুদোংথিবদি মফম খুদিংদা লৈ হাযবা তাই। নেপালগী নুপীশিংগী এমপাৱমেন্টকীদমক এদুকেশন, হেলথ অমসুং সোসিও ইকোনোমিক সেক্তবদা অৱাৎপা যাম্না লৈবিসু ফোংদোবকই।

ঐখোযগী খোঙচৎ অদু মতম যাম্না তেল্লি। অদুগা কনফবেন্স অদুদা যাম্না থৱায যাওনা সেসনশিংদুনা শকক যাবদুনা লম কোইবগী তাঞ্জা ইফং ফংলক্তে। অদুবু তাং ২৩/১১/২০১১ ইংদা ঐখোযনা হনগদবা নুমিৎ তুগী অযুক্তা ঙাইহাক্তং নেপালগী হেবিটেজগী মফম ওইবিবা পটন স্কাবদা চৎলি। ঐখোযনা লৈবিবা মফমদুদগী ইনক নক্লা কিলোমিটব ২ বোমদং চৎলগা লৈবে মফমদু।

নিংথৌ পাল্লম্বা লৈবাকনি নেপালসি। নিংথৌশিংনা লৈবম্বা কোনুং অমনবনি পটন স্কাব হাযবিবসি। কোনুং ওইবম্বা শঙলেন্দুগী ফকলাংদু যোৎকীনি। শঙলেনদুগী কা অমদা পিথ্রাযনা শাবা বাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লাৎলি। নিংথৌনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপনা বাধা কৃষ্ণ লাৎলম্বা মাল্লি। মুন্না থিজিল্লুবদি নত্তে। নেপালদদি অযাম্বা মীনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলি। হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীসু লৈ। কোনুং অমনবদুগী মশাইগোন্দু ফন পাক চাউই। মতাই অমদা চাউববা মাণ্ডপ অমসু লৈবি। কোনুংদুবু নুংশিজবা,

যেংজনিংবা মী কযানা মফমদুদা লাকই, নুপা নুপী অঙাংশিং। মখোযনা অকোযবদু যেংলগা মাগুপতুদা ফমদুনা পোত্থাহৌই। লম্পাকতুদা মচিঞ্জাক খুন্দুনা লৈবিবা যাম্লবা খুনুশিংদুদা মচিঞ্জাক হুনবিবসু যাওই মখোয খবনা। মখোযদু অবাপ্পা খুঙ্গংদগী লাকপা মীওই ওইনা তৌই। ঐসু ঙহাক চংশিন্দুনা মাগুপতা ফমই। মখোয খবগা ৱাবী শান্ননিংবনি অদুবু পাউ ইফাউ ফাওনদে। নেপালদা লৈবিবা জাতিদি দলিত, জামাটি, মধেলি, বেকৱার্দ বিলিজনগী মী অতৈসুনি। নেপালগী খুঙ্গংশিংদা কাঙলুপ ১০১ না খুন্দাবিবনি।

নেপালগী কোনুং অমনবদু উৰুবদা মনিপুব নিংথৌশিংগী কোনুং অমনবা কংলা নীংশিংই। চাউববা কংলাশা অনীদু মীৎতা উবগুম তৌই। কংলাগী থাঙ্গপাৎ, শ্রীগোবিন্দগী মন্দিব, সনামহিগী শঙলেনসু। খৃ কুম ১৮৯১ দগী বৃটিশনা লৌশিন্দুনা থম্লুববা কংলাগী ৱাবী মথং মথং নীংশিংলকই।



*নেপালগী কোনুং অমনবগী হোজংদা অইবী*

অদুদগী দববাব মার্গতা চৎলে। থোইদোকপা পোৎ লৈবক্তে। হল্লকপগী লম্বীদা নেপালগী খুঙ্গংগী শক্তম খব উবা ফংলকই। নেপালিগী নাৎকী ওইবা যুমশা কৈশা, মীশিংনা শেৎ ইন্নবিবা ফিজেৎ ফিজোলশিং খবা। তাং ২২/১১/২০০৯ গী নুমিদাংদা কনফবেন্স লোযববা মতুংদা নিযু বোদ মার্কেটতা কৈথেলদু ঙহাক চৎলুবনি। চৎমিন্নবিবা ঐখোয অহুম টেক্সি অমদা চৎলি। সুপব

মার্কেট তাইপনি। লম পাংচাও চাউদবা মফমদুদা বিলদিং মথক মখাদা দুকান খবা ফমই। পোৎ অযাম্বা ইন্দিযাদগীনি। থোইদোকপা মশক থোকপা য়াওদে। নেপালগী ওইবা নীংশিংনিংঙাই ওইবা পোৎ কয়া যোনবা দুকানশিং থমেলগী বাটেনীদা লৈ হায। অদুবু মফমদুদি য়ৌবা ঙমলক্রে। হোটেল হিমালযাগী দুকান অমা লৈবিবদুদগী নেপালগী সুভেনীব ওইগদবা পোৎচৈ খবদি মমল তাংনা লৈবকই। লাইবিক খবসু লৈবকই। নেপাল টুবিজম বোর্দনা ফোংবা বুকলেট খবদি ঐখোযদা মমল যাওদনা পীবকই। মদু পাবদগী খঙবদি খৃ. কুম ২০১১ দা নেপাল টুবিজম ইযাব পাংথোক্কনি হাযবসিনি। মদুদা পূম্নমক লাকপিযু হাযদুনা মযামদা বার্ত্তন তৌই-ইবি মখাদা - Naturally Nepal once is not enough। মদু চুমই মবমদি নেপালদা ফজববা টুবিষ্ট স্পোর্ট, কলচবগী পোৎচৈ, বাইওদাইভবসিটি তোপ তোপ্পা লৈ। দুকান্দগী লৈবকপা লাইবিকতু পাবদগী খঙবদি নেপালসি সমুদ্র ঈমাযদগী মিটব ৬০ ৱাংনা লৈ। মাউন্ট এভবেষ্টনা মিটব ৮৮৪৮ ৱাংবদগী মিৎযেং শাংখৈনবা লমদম ওইবিবনিনা অতে লমদগী তোপ-তোপ্পা শা-উচেক, লৈশু ফংই। লমদমদুনা ফংলিবা উচেক মখল ৮৪৮ নি, কুবাক মখল ৫০০ নি, উবৈ মখলনা ৩২৯ নি, উপাল মখলনা ৬০০ নি হাযবসি খঙই।

মফমদুদা ট্রেক্কিংগী, মাউনটেনিযাবিংগী, বাফটিং, কাযাকিং, কেনোযিংগী খুদোংচাবা লৈ। জঙ্গলদা শামু তোংদুনা সফাবী চৎপা যাই, মদুদা মখল মখাগী শা, শামু গণ্ডা, শজী, শঙাই, ৱাহোং উগনি হায। অদুবু নেপালদা অমুক্তং লাক্লগা নোংমা নীনি লৈবগা য়েংনিংবশিংদু কবম্না উবা ফংগদৌবিবনো?

তেনখ্রবা খোঙচৎ অদুদা নেপালদা পাংথোকপা ইন্টবনেসনেল কনফবেন্স অদু যাওকবদা ফোবেন কন্ট্রিদগী লাকপা মীওই কযা দিল্লিগেটশিংগা ৱাবী শান্নবকই, উন্নবকই। নিউজিল্যেণ্ডদা চৎনবিবা Sami system of Govt হাযবদু কবম্না চলাইবগে খঙবা ঙমলকই। কাঠমণ্ডুদা ফোংবা হিমালযা কৌবা খববদু পাবদগী খঙবদি নিংথৌ পাল্লম্বা লৈবাক নেপালদা দিমোক্রেসি চৎনবা খোঙজং চঙশিল্লিবদুগী মোত কযা ফোংদোক্লবদু খঙজিল্লকই। খোঙচৎ অদুনা হিবম কযাদা ঐগী মীৎনা শিংহল্লকখি, পুক্নীং ৱাখল পাকথোক চাউথোকহল্লকখি। হিবম কযা থেংনবকখিবদু ঐগী ইবল ওইজহৌবে।

মনিপুব ষ্টেট কমিশন ফোব ৱুইমেনগী চেযবপার্সন ওইবনা ঐবু কনফবেন্স অদুগী সেসন অমদা মোদবেটব ওইবনি। মদু মালেমগী চাউববা সভা অদুদা মনিপুববু ইকাইখুম্নবা উৎপনি। মদুদা ঐনা নুংঙাইজৈ।

ঐগী নেপাল খোঙচৎতি লোইবে। যুম যৌববা মতুংদসু অসুম অসুম নীংশিংদুনা লৈবে, হিমালযগী ফজবা শক্তম, মাগী মতিক মগুন। নেপালগী, সিকিমগী প্রজাশিংদি হিমালযববু, কাঞ্চনজঙ্ঘবু লাইনি নিংজদুনা খুকমজবিবনি। পুজা তৌজবিবনি। মদু মখোযগী জগোয ঈশৈনা ফোংদোকলি। মদুগী কলচবদু উকুবদগী ঐহাক মনিপুবগী চীংশিংবু হেন্না নুংশিবকই। মনিপুবগী প্রজাশিংগা চীংগা লৈনবা মবী হেন্না মযেক লানা চোংথোবকই।

মনিপুবদি চীংনা কোযশিন্দুনা চীংনা পল ওইনা ঙাকতুনা লৈবিবনি। মনিপুবগী চীং অমসুং তমগী প্রজাশিংদি চীংদগা লোযনদুনা চীংদা তাংজদুনা হিংলিবনি। মৈতৈশিংগীদমক্তদি চীংসি লাইনি হাযদুনা খুকুম্নবিবনি। মৈতৈশিংগী চহী অহৌবা নুমিৎ চৈবাওবদা মীশিংনা অনকপদা লৈবা চীংদা কাদুনা লাই খুকুম্নবিবনি। বাকনী নুমিৎতা নোংমাইজিং চীং কাদুনা মীশিংনা লাই খুকুম্নবি। চহী খুদিংগী ওইনা অককনবা মতম অমদা মীশিংনা কৌব্রু চীং, থাংজিং চীং কাদুনা খুকুম্নবিবনি।

নেপাল, সিকিম, মনিপুবগী কলচবদা চীংনা পীবিবা ইথিল, মীগা চীংগা লৈনবিবা মবী অসিদা মান্নবা কযা লৈবি হাযবসি ঐগী নেপাল খোঙচৎ অসিদগী খবগী মখৈ খঙবা ঙমলকই।

মনিপুব তম্পাকপু কোযশিল্লিবা অৱাংদগী খাবোমদা শন্দোকলিবা চীংশাং পবেং অসি হিমালয চীংদগী শন্দোবকপা মশানি। নোংচুপতা লৈবি ফুট ৮৪০০, ৱাংবা কৌব্রু চীং। নোংপোক্তা লৈবি নোংমাইজিং চীং, খাদনা লৈবি থাংজিং চীং। চীংশিং অসিবু লমদমসিদা খুন্দাবিবা মীশিংনা মাযকৈ ঙাকপা লাইনি হাযনা লৈবাকসিগী নুংঙাই যাইফ মবাং কাইনবা খুকমজবিবনি। কৌব্রুবু শৈথাদুনা ঈশৈ শক্লবিবনি-

*অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা*
*লোইনাই খুন্তা অহানবা*
*চবিক মপাল থাবীবা*
*নোংথ্রৈ মউ লিংবিবা।*

কৌব্রু মাগী চীংখোঙদনি লমদমসিগী মীনা খুন্দাবা হৌবকখিবা। লাই হবাওবদা শক্লিবা ঈশৈসিনা তাক্লি। জগোয মতেক শাদুনা মাইবীনা লাই হবাওবগী অহৌবদা মচা মনাইশিংনা থাকল খন্দুনা ছত্র ফিবাল পাযদুনা মাইকৈ মবীদা লৈনা লৈনা কোয়বিবা ফিবুল হাবী হাযবা থৌবমদু মাযকৈ ঙাকপা

লাইশিংবু খুকমজবিবনি। অঙৌবা ফি অমা তিংথোক্তুনা থন্নিবদু কৌব্রুগী মতোন্দা লৈচিলনা কুপলিবদুনি হাযবনি। মদুগী মখাদা থৌবম কয়া পাংথোকলি। চৈথাবোল কুম্বাবদা লা চন্দুনা লৈবি কৌব্রু চীংদগী উ যান্দুনা হি শাবগী। মৈতৈশিংগীদি হি হাযবসি মখোযগী থানবা যাদ্রবা পোৎশকনি। কলচব অমসুং ধর্ম্মগা যাম্না নক্লবা মবী লৈখ্রবনি। সাহেবশিং. পেম্বরটন, মেক্রোকনা ইবম্বা বেকোর্দতা চীংদা শামু, কৈ অমসুং লমলক্কী শা মবাং কাযনা লৈ হায। মেক্রোকনা চীংদা হৌবা উ মখলশিংগী মবমদা ফজনা শীংথাবমই। চীংগী নাপোমদা চীংশু, ওক, ব্রালনট, থৈবোঙনচিংবা হৌই হায। হি-শান্নবগীদমক নিংথৌনা অচৌ অচৌবা উ যানবা, নিংথৌনা কৈ ফাবা, শামু ফাবনচিংবগী মবমদসু নীংথিনা ফোংদোকলমই।

নোংমাইজিং চীংগী অব্রাং নোংপোক্তা লৈবিবা চীংসি মাবজিং লাইগী খুভমনি। মাযকৈ পনঙাকপা লাইনি মাবজিংদি। মনিপুবগী শগোল কাংজৈগী লাইনি। মাবজিংনা কাংজৈ খুত্তা পাযদুনা শগোল তোংই হাযবা থাযনগী ব্রাবী লৈবি। অদুনা শগোল কাংজৈগী কাংহু অমসুং কাংজৈ মাবজিংদা চহী খুদিংগী মীশিংনা কৎনবি। নোংমাইজিং চীংদি নোংপোক নিংথৌ অমসুং পান্থোইবীগী শান্নফমনি হাযনৈ। লাই হবাওবদদি পান্থোইবীসি চীংগী লাইবেম্বীনি হাযনা শৈথাই। অসুম্না মৈহৌবোলদগী মৈতৈশিংনা সনামহি, পাখংববু নীংজবগা লোযননা চীংগী লাইবু নিংজদুনা ইবাৎ থৌনী তৌনবকই। মদুগী প্রমানবু খাগেম্বা নিংথৌনা খৃ কুম ১৬৩১ দা কংলাবু কৌব্রু অমসুং অতৈ লাইশিংদা কখোকখি, শা হাৎতুনা ইবাৎ থৌনি তৌই হাযবগী ব্রাফম লৈবি।

মসিনা থাযনগী ব্রাবী ওইবে। হৌজিক্কী মতম ২১ শুবা চহীচা অসিদদি মনিপুবী মচাশিংনা হিমালযগী এভবেষ্ট চীংদোল জয তৌবে। মসিগী মবমদি লিংজেল লৈবা, চীংদগা লোযনদুনা লৈবা নহাশিংবু মনিপুব মাউনটেনিযাবিং অমসুং ট্রেনিং এসোসিযেসননা (MMTA) ট্রেকীং এক্সপিদিসন তম্বীবদগীনি হাযবা যাই। খৃ কুম ১৯৮০দগী হৌনা চীং কাবা পাম্বা নহাশিংবু শিকই চিংদোল, উখুলগী চীংনচিংবা ট্রেকীং এক্সপিদিসন চৎহনবদগী হৌদুনা মথং মথং ট্রেনিং পীদুনা ঙসিদি মখোযনা এভবেষ্ট কাবা ঙম্লে।

তৌবগীদি MMTA লৈত্রিঙৈগী মমাংদা NCC যাওবা নুপামচা, নুপীমচা কযানা হিমালয চীং কাবদি হান্ননা হৌখ্রবনি। পনবা যাই।

ঙসিদগী চহী ৪৪ গী মমাংদা খৃ· কুম ১৯৬৯ দা মৈতৈ নুপী লক্তগী থৌনা ফবী নুপীমচা ৬ খকনা ইহান হান্না হিমালয চীং কাখি। মখোযদু 65 Manipur

Girls Battalion NCC গী cadet লক্তগী খনগৎলগা Himalaya Maountaineering Institute Darjeeling দা থাখি। মখোয মখোযশিং অদুনা চীংকাবগী বেসিক কোর্স লোইদুনা এদভান্স কোর্স চত্থখি। মখোযদুগী মবক্তা খোযাথোংদা লৈবী Ng Pramodini Devi দি Himalayan Expedition গীদমক সিলেকসন ফংবনি। অদুবু পৈশা লৈতে হাযদুনা মাবু মনিপুব ষ্টেট গোর্ভনমেন্টনা থাবীযু যাখিদে।

হিমালয চীংবু ইহান হান্না কাখিবা মৈতৈ চনুবাশিংদুদি -

(১) চোংথাম নলিনী দেবী - কৈশামথোং তোপ লৈবক
(২) এন জি প্রমোদিনী দেবী - খোযাথোং পুখ্রি মপাল, থাংমৈবন্দ
(৩) এস তোম্বী দেবী - মোইবাংখোম লোকলাওবুং
(৪) দবলিযু উষাবানী দেবী - মোইবাংখোম লোকলাওবুং
(৫) জি, ইবেম্মু দেবী - বামন লৈকাই, নহাবম
(৬) কে এচ, পদ্মাশিনী দেবী- থাংমৈবন্দ মখোযশিং অসিনি।

মখোযনা অহানবা থাংবা খোঙথাং অদু যান্নমক শিংথানিংঙাইনি। Space তা পাইদুনা আর্ম স্ত্রোংনা থাগী লৈমাযদা অহানবা খোঙথাং অমা থাংদুনা ইতিহাস অমা শেম্বা হৌখিবদু নীংশিংই। A single foot step in the right direction is a start for a thousand mile stone হাযনবিবদুনি। মখোযনা চহী ৪৪ গী মমাঙদা মৈতৈ নুপীশিংগী মীংচৎ উবোং খিন্নবা হোৎনখিবদু লেম্না মাংখিদে।

MMTA লিংখৎপদগী মনিপুবগী নুপীমচা নুপামচা কযাদা মখল মখাগী এদভেঞ্চব কোর্সশিং হিমালযান এক্সপিদিসনগী, মাউনটেনিযাবিং ট্রেনিং পীখ্রে। এভেঞ্চব কোর্স কেম্প কযাদা মখোযবু শক্ক যাহনখ্রে। অদুগী তুংদা মনিপুবগী চীংকাবোই নুপীমচা নুপামচা কয়া পুথোকপা ঙমখ্রে। পনবা যাই B Umeshwari Devi, Smt M Jamini Devi, Smt Kh Bedamani Devi, G Anita Devi সি খৃ কুম ১৯৯৩দগী 5th May দা Everest কাখি। খৃ কুম ১৯৯৪ দা National Adventure Award পীদুনা ভাবর্ত সবকানা এৱার্দ পীদুনা ইকাইখুম্নখি। অদুবু মনিপুবগী নুপীনা ইহান হান্না এভবেষ্ট চীংদোল লোমনা কাখিবদি মোংজম মনিং লৈকাই, মন্ত্রিপুখ্রিদগী নিংথৌজম বিদ্যাপতিনি, খৃ. কুম ২০১৩ দনি।

খৃ কুম১৯৬৯ দা মনিপুবী নুপীমচা ৬ না হিমালয চীংদা লাইবক কৎতুনা খোঙথাং অমা থাঙ্গৎপদগী চহী ৪৪ গী তুংদা মনিপুবগী নুপীমচা অমনা চীংদোল যৌবা ঙমলে। নুপীমচা ৬ তুনা চুখৎলম্বা মৈবাদুনা ঙসিদি মালেম শিঙ্গুংনা ঙানখবে।

নুপীশিংদা নত্তনা মনিপুরগী নুপামচাশিংনসু এভবেষ্ট চীংদোল যৌবা ঙমলে। মালেমদা চাওথোকচনিংঙাইনি মখোয়সু। মনিপুরগী নোংমাইথেম সুবজ সিংহনা ২০০৮ কী মে ২২দা এভবেষ্ট চীংদোল জয় তৌবা মনিপুরগী অহানবা চীংকাবোই ওইখ্রবনি। খৃ:২০১৩ দদি কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাইদগী অথোকপম বোবাট, পুযাম মোহেন, লমশাং বজাবদগী; নম্বোলদগী চিবোম সঙ্কব, মোইবাংদগী বিদ্যাচান্দসু এভবেষ্ট চীংদোল যৌবা ঙমখ্রে। মখোয়না নেপালগী খা থংবা মাযকৈদগী কাখিবনি। মতৌ অসুম্না মনিপুরগা হিমালয়গা নকশিন্নবা মরী লৈনৈ হায়বসি ঐনা নেপালদা চৎলুবা তুংদা থিজিনবদগী খঙবনি। লমকোয়বা হায়বসিনা ঐখোয়গী পূর্ব্বীং ব্রাখলগী ঙমখৈ পাকথোক চাউথোকহল্লি, মীশিংগী মবক্তা অমগা অমগা নকশিনহল্লি। নুংশি চান্নবা হেনগৎহল্লি নেসনেল ইন্টিগেসন পুবকই হায়বসি ঐগী হন্দক্কী নেপাল খোঙচৎ অসিনা হেন্না মযেক লাহল্লকই।

# শিযাং শিপুগী মশাইগোন্দা

শিযাং শিপু অনীগী চীনদিন্নফমদগী পুবকপা ফজখ্রবা নুংঙৌ খবা ঐগী টৈবলদা থমলিবদুনা ঐগী অরুনাচল প্রদেশ খোঙচৎতুবু তোযনা নীংশিংহল্লি। অরুনাচল প্রদেশকী আলোং জিলাদা চেল্লিবা শিযাং শিপু তুবেল অনীগী পাকচাওববা শুমহৎযাই চেল্লবা ঈচেলবু উখিবদু খৃ কুম ২০০৪গী জুন থাগী ৩০দনি। তোর্বান্দুদা লেপ্তুনা মফমদুগী নীংথিববা দৃশ্যদু যেংদুনা ঙহাক লৈরুই। ওম্হোক্লা পূক্নীং নুংওল্লি।

ব্রাংলবা চীংজাও অমদা শিযাংনা ঙাথদুনা শান্নজবি। চীংজাওদুদা হৌবিবা লাইওইববা পামেলদা তোংলিবা চেক্লাশিংদুনা নুংশি চান্নবগী কুম্মৈদু যেংদুনা হবাও নুংঙাইনা শৈশক্লি। অদুগুম্বা পূক্নীং শুমহৎলবা মহৌশা লাইবেম্বীগী খুদোলদু ঐনা আমেরিকাগী নিযুযোর্ক সহবদসু উবা ফংখি। হদসন তুবেলনা কেটসকিল চীংজাওদা ঙাথদুনা থেংথদুনা শান্নজবা দৃশ্যদো নীংশিংহল্লি। হদসন তুবেলদগী ঐগী ব্রাখলনা মথং মথং যৌরুই গঙ্গা, যমুনা, ব্রহ্মপুত্র, সুবানশ্রী, ইবমদমগী নম্বুল তুবেল, ইম্ফাল তুবেল।

তুবেল অযাম্বা ইমান মান্নববসু মাগী মাগী তোপ-তোপ্পা শক্তম লৈজবনি। অরুনাচল প্রদেশতা চেল্লিবা শিযাং (আলোংদদি ফেমগো নত্রগা সিযোম হাযনসু কৌনৈ) দি চীনাগী ঙমখৈদগী নোংপোক পাংনা চেম্থবরুই। খাবোমদগী চেল্লকপা শিপুগা আলোংগী কার্বু খুলগী চিদাইদা তিন্নবগা নোংপোক

পাংনা চেন্থমিন্নদুনা ব্রহ্মপুত্রদা তিনখিবনি। শিযাং শিপুগী থোইদোকপা শক্তমদি ফজনা যেংদ্রবদি খঙবা ঙম্বা নত্তে। তোর্বান ৱাংমগী চীংমাযদা হৌবিবা উপাল ৱাপাল মদুদা শাইদাংলিবা শা-উচেকশিংদুগা তুবেলগা লৈনবিবা মবীদুনা মখোযগী শুমহৎযাইদুনা ঐবু ঙাওহন্দুনা তোর্বান্দুদা ফন কুইনা থম্বীখি। নুংশা কন্না শাগৎলকই। হুমাং শৌগৎলকপদুদা তোর্বান্দগী খবদং কুমথবগা শিযাং শিপু তাইনফমগী লুববা লাইজদুনা মায-মিৎ তাথোক্লে। ঈচেলনা পুথবকপা নুংঙৌ মচাশিং খোঙনুংদা তাবিবদু খবদং খুনগৎলকই।

ঐনা শিযাং তুবেলবু উনিংখিবসি দেলব্রোস ইন্দিযাগী দোবেননা শিযাং তুবেলদা খোইচোপ্তুনা ঙা নিংথৌ মহিসিব ফাকবগী ৱাবী ইবকপদু থেংনবদগীনি। অরুনাচল প্রদেশকী ৱেষ্ট শিযাং হাইড্রো ইলেক্ট্রিক প্রোজেক্টতা থবক তৌবিবা ইচানসু শিযাং তুবেলগী পাক চাওখ্রবা, চীং লেমখ্রবা শক্তমগী ৱাবী তাহনবদুনা ঐবু অমুক্কা হেন্না মফমদুদা চংনিংহনখিবনি। ঐনা ইমুং-মনুং যাওনা অরুনাচল প্রদেশকী খোঙশানবদু তাং ১৬।০৬।২০০৪ইংদনি। লম্বী চৎপদু যাম্না ৱাই। এবোপ্লেননা গৌহাটি ফাওবদি চৎলগা অতৈদি বসনা খব অদুদগী অমুক অপীকপা গাডী মচা জিপ নত্রগা টাটা সুমোনা মখা চথবা তাই। আসামগী শিলাপথব যৌবদগীদি চীংলম্বীনি। থেক খোই তৌবা লম্বী মচাদুদা অপীকপ গাডীদুনা হুৎ হুৎ শৎ-শৎ কোক ইঙাও ঙাওই। নাকল অমদনা চীংশাংনা পল ওই, অমদনা লোকচপ। লম্বীদুনগা পীশক পীক গাডী থৈনবা পাক যাদে। নাক যেৎতা, চীঙ্গোল মবক্তুদা প্রকৃতিগী ফজববা খুদোল উপাল ৱাপাল কযা লৈদুনসু যেংনিংলুবা তৌদ্রে লমশাং লাকপদা ৱাববনিনা। দিল্লি বোম্বেগুম্বদা ওইববদি মতম খজিক্তদা যৌবা যাবনি, ইম্ফালদগী অরুনাচল প্রদেশ, পংলাপ লাপ্পবা নত্তে। অদুবু অৱাং নোংপোক লমদমদি লম্বী থোং ফত্তবনা লম অমগা অমগা থাপ্পা অদুম লৈ। মীগা মীগগী মবীসু লাপথোক্লে। ঐনা থা অমবোম অরুনাচল প্রদেশকী আলোংদা লৈবিঙৈদুদা মীওই কযা উন্ননিংবনি, লম কযা কোযনিংবনি অদুবু ইফং ফংলক্তে। লম্বী থোংনা ফত্রিবা। নোংনা মবোল অমা জিবি জিবি চুদুনতা লৈ। নুংশা শাদোবক্লে যক লাওই। 48°C যৌবা যাওই। ওম্ব্লোক্লা শাখ্রে। সেপটেম্বব ওক্তোববদদি ক্লাইমেৎ নুংঙাই হায। লম্বীদা খোঙনা শাংনা চৎপা ওইথোক্তে। চীং কক্লগা শেম্বা অমুক নেম, অমুক ৱাং তৌবনি বিক্লাসু ফংদে অদুদবু কদাযদা পংচৎ চৎতোইনো? থাপ্পা যেংবদদি যুম অমগা অমগা নক্লা উই অদুবু চীংগী লম ওইবনা অমগা অমগা লাপ্লে। যাম্না উবক্তে, খঙলক্তে। মবক মবক্তা গাডীনা চৎতুনা মক মকওইবা মফম খবা, মী খবা উন্নবকপদনি।

হান্নদি অরুনাচল প্রদেশসি নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিযর এবিযা, নেফা হাযনা খঙনবম্বনি। খৃ কুম ১৯৭২দা অরুনাচল প্রদেশ "The Country in the lap of the sun rays" হাযনা নৌনা মিং থোনখি। বৃটিশ শাসন মখাদা লৈবম্বদগী ভারতকী ২৫শুবা ষ্টেট ওইবকখিবনি। লমদম অসি চীংলৈবাকনি। ঈবৈ কল্লবা তবেল কযা লৈ। অঙম্বা লোকচপ কযানি, ফজববা প্লেটো, উন্না কুপশিল্লবা চীংশাং পবেং, মহৌশা লাইবেম্বীগী ফজ ফজববা খুদোলপোৎনা লৈতেংবা লমদমনি, অরুনাচল প্রদেশ। লমদমসিদা খুন্দাবি ট্রাইবশিংনা। মশীং যাম্বা কাংলুপতি আদিজনি, মথংদা মেমবাজ। আদিগী সব ট্রাইব খবদি গালোং, মিনযোং, বোবী, বোকাব, পাইলিবো অমসুং বামোনি। মখোয মখোযগী ফজববা জগোয ঈশৈ, ফিজোল লৈ। অমগা অমগা খেন্নবসি নুপীশিংনা শেৎলিবা ফনেক্কী ফিমাযগী শক্তম অদুনা খঙহল্লি। নুপীশিংনা শেৎলিবা ফনেকতু গালে কৌই। অপৌবা লংনা শাবনি। খ্বাংদা শেৎলি। ফুবীৎ লিৎলি। ফি ইন্নদে। ফনেকতু মপাল খোপতে তেল্লি। খাউ তুবগা শেৎতে। মণিপুবদা নুপীশিংনা শেৎলিবা ফনেক্কা খেন্নে।

তাং ০৫।০৭।২০০৪ইংদা আলোংগী হেন্দলুম অমসুং হেন্দিক্রাফট সেন্টবদা চৎলুই। মফমদুদা খুৎশা হৈবনা শাবা পোৎলমশিং থেন্দুনা থল্লিবদু উবকই। ৱাদগী শেম্বা পোৎচৈ, উতোং, খোংনবা যন্ত্র, হাবপুন, তেন-লিরুং, দাওনচিংবা খবা, বাসকেৎ, লৈবাকনা শাবা চফুদা যেকখোৎ তৌবা, শামু মযাগী পোৎ, নূংনা শেম্বা খুৎলাইনচিংবা খব লৈহৌই। শেৎন-ইন্নবা ফিবোল, কাবপেৎনচিংবসু উপুদা থেন্দুনা লৈবা উই। পোৎশিং অদুগী মমলদি যাম্না ৱাংই। সেলস দিপার্টমেন্টকী মেনেজব নহাদুনা হবাও-হবাও তৌদুনা ঐনা হংবা ৱাহং কযাগী পাউখুম পীবকই। মহাক্না পুবীদুনা ফিশাবীশিং, উশুবশিং খবসু উন্নদুনা ৱাবী শাবগী তাঞ্জা অমা ফংলকখি। পাউ ফাওনবা ঙমই মবমদি মীশিংদু হিন্দি লোযনা ঙাংবা ঙমই। হিন্দি লোলগী চপচাবা খোম্থোকতি ওইদে, তোঙাল্লি। কবিনা হাযববু ট্রাইব অমগা অমগগী ফাওনলোল হিন্দিনা ওইবননি। অরুনাচল প্রদেশতা মেজব লোল ২৫ অদুগা দাইলেগ ৬০নি লৈবিবা। নুপীশিংদুনা শাবিবা আইটেমদি গালে, গালুম, ঝিম অমসুং সোল্টনি। মনিপুবদা নুপীশিংনা শাবা লৈকমগুম্বা যাওই। লমথাং খৃৎহৎ, হকচাং উবী অপাবী লৈবোং হৎপী মোইবাংফিগুম্বদি যাওদে। নীংশিংপোৎ ওইনবা ৱাগী উতোংমচা অমা লুপা ৫৫ পীদুনা লৈবকই।

ৱেষ্ট শিযাংগী লাইব্রেবী, মিয়ুজিযম যেংনিংদুনা জুলাই ১২দা চৎলুবনি। লাইব্রেবিযানদু নুপীনি। হৈ শিংই, মঙোন্দা হংদুনা লাইবিক খবা যেংলকই। লাইবিক পংলৈ লৈতে। মিউজিযমদসু পোৎচৈ ইবৈ লৈতে। মমিংতা ওইনা লৈবি। আর্ট এণ্ড কলচব দিপার্টমেন্টসু সেক্রেটবিযেৎকী কা অমদা লৈ। কলচবগা মবী লৈনবা চেচাং খবা পাম্বনি অমত্তসু লৈতে। অৰুনাচল প্রদেশতা নুপীগী ষ্টেটস কবম তৌবগে হাযবা খঙনিংখি। মদুগী মতাংদা ঐনা জাবজুম ইটে অমসুং হোকসুম ওবীগা উন্নদুনা ৱাবী শান্নবকই। জাবজুম ইটেদি ২০০০দা হাইদ্রাবাততা পাঙথোকপা বুইমেনস ষ্টদীজগী কনফবেন্সতা দিলিগেৎ ওইমিন্নখিবনি। মানা অৰুনাচল প্রদেশতগী চৎপা অদুগা ঐনা মনিপুবদগী। মহাক আলোং দিষ্ট্রীক্তগী পার্বলিযামেন্টকীদমক ভোৎ লেপকদৌবি হাযনা যাম্না চিলহৌই। হোকসুম ওবীনা "যোমগো কোলীং" কৌবা চযোলগী চেযোংগী ইদিটবনি। মখোয অনীগা ৱাবী শান্নবৰখিবদগী লমদমদুগী নুপীশিংগী, কলচবগী মতাংদা খবদং খঙজিনবা ড়মলৰখি। নুপীগী লাইবিক হৈবগী চাংদি বাংই ৫৯ ৯০%নি। লাইবিক হৈববী নুপী কযানা সবকাবগী অফিসতা ফম অচৌবা পাযদুনা থবক তৌবি। আলোং জিলাদতা নুপী অহুম কমিসনব ওইবি। এম এল এ নুপী ৪নি লৈবিবা। মনিপুবগী মৈতৈ সমাজদা মাইবীগী কলচব লৈবগুম মখোযগীসু ধর্মগী পুজা লাংজা তৌবীনবা, শইখুৰুম্বীনবা নুপী প্রিষ্ট লৈ। মখোযবু নাযিবো হাযনা খঙলৈ। অৰুনাচল প্রদেশকী সমাজসু প্রেট্রিযাকেল সোসাইটিনি।

নুপানা মথক থোংনা লৈবা সমাজ ওইনদুনসু নুপীবু নমথবা তাথি তাওইনা তৌবদি লৈতে হায। অদুম ওইনমক মপা মমাগী লম্ভুমগী মতাংর্দদি নুপীগী থুংদে। অযাম্বা ইমুং তৌজিকসু জোইন্ট ফেমিলি ওইবি। থবক ইনখাং সবকাবগী তৌবশিংগী নিয়ুক্লিযব ফেমিলিসু লৈবে খবদি। অৰুনাচল প্রদেশকী নুপীশিং পর্দা শীজিন্নদে। চাইল্দ মেবিযেজ, অঙাং ওইনা লুহোংবগী চৎনবী লৈতে। অউনপোৎকী সমস্যা লৈতে। নুপীশিংনা মখোযনা লোইবা শা, অকে অমৌগী পোৎ, লীক কোল পুই লুহোংবদা। মখোযনা পুবকপা পোৎতুগী মতুংইন্না নুপা মযুমনা শন্দং পীবা তাই। লুহোংবদা শন্দং হাৎলগা মযাম্ভু পিজ পিথক তৌবা তাই। ঐনা হোকসুম ওবীদা হংই, "শন্দংদি অসিৱাইদা ইউ উদে কদাযদা যোকই?" "ঐখোযগীসির্দদি হুবানবা লৈতে। জঙ্গলদা, চীংদা শাশিংদু থাদোকতুনা অদুম লৈজে।"

- শাশিংদু মসিনা ঐগীনি, অসিনা মাগীনি কবম্না খঙবগে?

- শাশিং অদুগী মনাদবা, মশাদবা খুদম অমা থাংনা হক্তুনা থমই। দবকাব লৈবদা শাদু ফাকই অদুগা শীজিন্নৈ।

ঐনা হায, "নখোযনা নুপী লুহোংবদা অমসুং উৎসব মেলাদা শন্দং হাৎ হাৎতুনা চাথোক্লবদি মখোযগী ধাব মুৎখিবোইদ্রা'?"

হোকসুমদি লাইবিক হৈববনি, এনভাইবোনমেন্ট প্রোটেকসন, ইকোলোজিকেল বেলেন্সকী মবমদা ভাব তাববনি। ঐগী ৱাহংগী পাউখুমদা মানা হায, "ঐখোযগী চৎনবীদা হোংদোক্লদবা লৈবি। লুহোংবদা উন্নবিবা জেৰেলবীসি মমল যাম্না তাংই। লাখ ৩ হেন্না পী। মদু ওবিজিনেলসু ফংদ্রে ঐগীদি সনাগী লীকমবী ওইনা পীযু হাযগনি।"

নুপীমচা অযাম্বগী ঙকশমদা সনাগী লিক মবী সি। শালৱাব, স্কর্ট শেৎপসু উই। মখোযগী খ্বাইদগী চাওবা ফেষ্টিবেলদি মাপীননি। অতৈদি সোলুং, দোংগীং অমসুং লোসাবনি। মখোযদি নুমিৎপু পুজা তৌবা কাংবুনি। দানী পোলো হাযবা লাইগী লাইশং অচৌবা অমা উবকই। চহী অমদা অমুক্তং পুজা লাংজা পাংথোকই হায। চর্চ, মন্দিবনচিংবা অমত্তা উবক্তে। যাম্না ঈংনা শান্তি ওইনা লৈ। মীসু কুংনা তাদে। মনিপুবদা লৈবিবা আর্মি, সিক্যবিটি ফোর্সকী মীওই অসিগুম্বা অমত্তসু উবক্তে মফমদুদা।

খুঙ্গংগী লমদা কবম তৌবনো যেংনিংদুনা মফম খবদং যৌকই। মী লন্না-লন্না তাই। মখোযগী যুমশাগী মওংদি যুম্বী মখোঙ বাংনা যুংলগা খাংতপ্না ফম্বাক হাবগা যুমথক্লা কোনা পাম্বী মনানা নত্রগা ৱা মনানা কুপ্পী। যুম মনুংগী কা নাইদে মযাযদা ফুঙ্গা লৈ। অকোযবদা ফম্লগা মৈ তিকপা থোংবা থাকপা তৌই ফাল অমমমদা ফমদুনা। নুপীশিংনা থাগী ঋত লাক্লবদি মখোয তোঙান্না ফমহল্লি, মখোযনা চাবগী কোল তোঙান্না থমই হায। যুমলৈ কৈবৈ চমই। যুম মনুংদা উপু ৱাপু ফনিচব ইবৈ লৈতে। মখোযগী মবল-মথুম, জেৰেলবী, ফৌচেং লৌবুক্তা কৈ শাবগা পুন্না থমই। কনানা কনাগী মপোৎ হুবান্নদে হায। অদুবু মীবমদগী লাক্লনা খুন্দাববা মীশিংনা হুবান চিন্থি তৌবা হৌবক্লে অদুবু ঙসি ফাওর্বদি যুম শো লোন্দ্রবসু চিংনবা লৈতে হায। মখোযগী যুমদু শাং ঘব (নাম) হাযবগা খঙনৈ। মখোযনা মদুগীদমক যাম্না চাওথোকচৈ। হৌজিক মতমগী আব সি সি যুম শাববদসু শংঘব অমদি শোযদনা থমনৈ। তুবেল খোংবান্দা, লম্বীদা কোনা পাম্বী, ৱা পাম্বী যাম্না হৌই। পোৎ-চৈ ইনশাং নাপী, উহৈ ৱাহৈদি ইহৌ হৌদে। পোৎ যাম্না তাংই। ফংনিংবা কযাসু ফংদে। মপালদগী পুশিল্লকপা ঙাক্লনি। চীংদা ফংবা মনা-মশিং লফোইগুম্বা খবদং নুপীশিংনা যোল্লি। নুপীনা কৈথেল ফমই হাযবদুদা নোংমা যেংলুই, অদুবু মনিপুবগী নুপী কৈথেলগুম্বদি ওইবমদে। নুপী খবনা মনামশিং খব যোনবগী বাদনি।



*শাংঘব (নামঘব) হাযনা খঙনবা আলোংগী যুম*

অরুনাচল প্রদেশকী টুবিষ্ট সেন্টব মালিনীথানদু যৌরুবা নুমিৎতুদি জুলাইগী তাং ১০দনি। নুমিদাংৱাইবম ওইবে। নোংসু থিৎলি থিৎলি তাই। মালিনীথান হাযবসিদি আবকিওলোজিকেল মোনুমেন্ট অমনি। আলোংদগী কিলোমিটব ১৪৯ চৎলগা লৈবা লিকাবলিগী মনুংচন্না লৈবনি। আবকিওলোজিকেল সবভে অফ ইন্দিযানা চীংদোংদু তৌথোক্কুনা খৃ ১৯৬৯-৭১ দা যেংবদা ইতিহাসকী মরুওইখ্রবা পোৎলম কযামরুম ফংলকখি মফমদুদগী। মদু আসামদা পালা নিংথৌনা পাল্লিঙৈ ১২শুবা সতাব্দীগী পোৎচৈনি। মদুদা ফংবদু ওবিষাগী ষ্টাইলদা সেন্দ ষ্টোননা শাবা, খবনা নৃংদা হকপা, কার্ত্তিক, গনেশ, দুর্গা যাওবি। মাণ্ডপ, মন্দিব, ৱালহৌশঙসু ফংখি। মফমদুদা মালিনী দেবীগী মন্দিব লৈ। মানা মানা নিংজবা থুংহল্লি হাযদুনা অথাপ-অথাপ্পা মফমদগী দেবী খুরুম্বা লাক্লে হায। মতমদু থেংবনা লাই পান্নবসু লৈবমদ্রে। থোঙ লোনশিন্দুনা লৈবমলে। মপান্দা অদুম খুরুমজবে। লৈবাক তৌবদগী ফংবা পোৎলম কযা মিউজিযমদা থম্লি হায অদুবু মিউজিযমদুদি আ চীংথক্কনি। কাখৎফমদু নৃঙপাকনা শিডি শেমদুনা লৈ। থেংলবা মতমদুদা যৌশিনবা ঙমলক্রে। চীংদোং অদুগী অকোযবদা হৌবিবা উজাও মথক্তা হবি নোংনাং খোংগৎলকই। উনাদগী ঈশিং তপ তপ তাবকপদুনা ফিবোলসু ফন নীংথিনা চোৎলে। চীংখাদা গাডীদা ফমহৌবশিংনা লাউবকই - "অসুক থেংলবা মমলবসিদা কৈদৌবিনো থুনা লাক্লো"। অদুনা যেংনিংবশিংদু

যেংলক্তে। মালিনীথান উরুবদা ওবিষাগী খন্দগীবি উদযগীবিগী গুফাশিংদু নীংশিংলকই। ঐনা খৃ· কুম ১৯১০দা মফমদুদা চৎলুবদা খৃষ্টগী মমাংগী ইতিহাসকী পোৎলম কযা, চেদী নিংথৌ খাববোলানা লানঙম ফিবাল থেৎপগী শুরুংগী ফল্লাংদা ইদুনা লৈহৌবদু উবকখি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বরগী মুর্ত্তি কযা এলিফেন্টা কেভতা হক্তুনা লৈহৌবদুসু নীংশিংহল্লি মথং-মথং মালিনীথাননা। ঐনা খল্লি ইনাক খুনখ্রেদকো ভারতকী সংস্কৃতি। অরুনাচল প্রদেশকী টুরিষ্ট সেন্টর অতৈ মেচুকাদা লৈবিবা গোমপা, আকাশি গঙ্গা, পরশুরাম কুণ্ডনচিংবদু যৌনিংবনি অমুক হন্না লাক্তুনা। অদুবু লন্বীদা থেংনবকপা খুদোংথিবদুনা নিংহন্নহল্লি। তৌববুদি মদু লমকোযবগী এদভেঞ্চর হাযদুনি। লন্বী চৎলিঙৈদা চীং নীংখাইবকপা, উজাও তুথবকপা, চীংদগী শাফুগা লোযননা চেন্থবকপা ঈশিংনা লন্বী চেকখাযহন্দুনা লোকখাদা ওন্থখিবা, সিনেমাদা উৎপদু মঙায। তশেংনা ইমাংদা থোক্লবদুদদি নীংদোল পি পিং চোংই।

চীংথেক অমদদি চীং তুবেল, ঈশিংগী কুম্মৈ অমা উবকই। নোংগী ঈশিংদু চীংথক্তগী ঙৌশ্রোক ঙৌনা স্প্রে অমগুম চাইথবকই। চীংখোঙদা চেল্লিবা তুবেলনা খোইবাং খোইশাওই। ঈচেলদু ৱাংনা ৱাংনা হাইগৎনা ঈশৌ লাংনা ওকই থাংবা ঙমদ্রবা পোৎলুমদু। কবিনা দৃশ্যদু নীংথিনা শৈথাববদি কযাদা ফজগবা! অদুবু লন্বী চৎলিবা ঐখোযদি তোর্বান পাথোক্লা চেল্লিবা ঈশিং মবক্তা গাডীনা লানবদুদা মিহুন শুদ ইপা পাখৎলি। চীংখোঙ যৌববদা নুংশা স্বর তপ্লা হোন্দোকচৈ। মালিনী দেবী ইমাগী মন্দিরলোমদা ওন্দুনা খুৎ লোন্নদুনা খুরুমজবগা হাযজে "ইমা ইবেম্মা ননাইবু অমুকতগা কৌবিবক্তুনা, ইমা নংগী দর্শন ফংজবগে"ঐনা হাযজবদু মালিনী ইমানা তাবিবমাল্লে ঐহাক খৃ· কুম ২০০৮ দা মালিনীথানদা লাক্লবগী তাঞ্জা অমা ফংহনবীবে। নেসনেল কমিশন ফোর ৱুইমেননা ১৮।১১।২০০৮ দা গৌহাটীদা পাঙথোকপা প্রোগ্রাম অমদা শরুক যানবা বার্ত্তন তৌবকখি। "দাযন প্রথা ব্রিচ হর্ন্টি মণিপুরদা হাযবগনা হিংচাবী চঙবা হাযনা খঙনবা নুপী খবদা ফজদবা মীংচৎ থিহনবা চৎনবী অসি মুথৎনবা পাংথোকপা ৱার্কশোপ অদু গৌহাটীগী শঙ্করদেবা কলাক্ষেত্রদা পাঙথোকই। মদুদা শরুক যাববা তুংদা মথংগী নুমিৎতা ঐহাক এরোপ্লেননা গৌহাটীদগী লিলাবাডী ফাওবা চৎলে মলিনীদেবী খুরুমজবগে খন্দুনা। লোৱাব সুবানশ্রী হাইড্রো ইলেক্ট্রিক প্রোজেক্তা মেদিকেল অফিসর ওইরিবা ঐগী ইচা দাক্তর পৃথিবাজগীদা গেরুকামুখতা নোংমা লৈবে। মথংগী নুমিত্তা ইচানা গাডী

থৌদুনা মালিনীথানগীদমক খোঙশাল্লে। অরুনাচল প্রদেশ সবকাবগী লিকাবলিদা লৈবিবা ইন্সপেকসন বাংলোদুদা অহিংদু পোত্থাবে।

ইন্সপেকসন বাংলোগী মনাক নক্লা রুক্মিনীদেবীগী মন্দিব লৈ। সন্ধ্যা গৌবী শকপা তাবকখি সন্ধ্যাগী মতমদা । চৎতুনা লাই খুরুজবে। সন্ধ্যা গৌবীগী ভজনদু নুপা ৫ / ৬ না বামকর্তাল পাযদুনা ঈশৈ শক্লি। অহল অমা অনীসু ভাবোক ওইবি। গৌবী শকপা তাববা তুংদা অহল অমগা ৱাবী শাবগী তাঞ্জা ফংলে। মফম অদুদা রুক্মিনী মন্দিব লৈবিবা, লাই লাৎলিবদুগী মতাংদা খবদং হংজবে। মন্দিব মনুংদা লাৎলিবা দেবীগী মুর্ত্তিদুদি মালিনীথানগী লৈনুংদগী ফংবনি হায। মদুদি সেন্দ ষ্টোনদা হকপা মুর্ত্তিনি। ৱাবীদুদি শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিনীবু সযম্বব সভাদগী পুদুনা লাক্লগা মফমদুদা পোত্থাবম্বনি হাযবিবা মফমদুদনি রুক্মিনী দেবীগী মন্দিব শাবিবসি। শ্রীকৃষ্ণবু কনানসু সেবা তৌদ্রবদুদা দুর্গাদেবীনা লৈ লেংবী অমগী শক্তম লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণদা লৈ কচ্চখি। শ্রীকৃষ্ণনদি মহাক্তু দুর্গা দেবীনি খঙলদুনা মাবু থাগৎলদুনা মালিনী মিংথোল পীদুনা মালিনীথান্দা লৈহনখি। মালিনীথানগী মবমদা খবদাং খঙজিঞ্জবে। থাযনগী মহাভাবতকী শ্রীকৃষ্ণ-রুক্মিনীগী বাবীদু অরুনাচল প্রদেশকী লিকার্বলিদা মালিনীথান্দা হিংদুনা লৈবমলে।

অরুনাচল প্রদেশতি ভাবতকী অৱাং নোংপোক লমদমনি। ট্রাইবেলনা খুন্দাবা লমনি। মী চঙবদা কিনবম্বা মফমদুদা কবম্মা হিন্দুগী কলচব অমা লোৎতুনা লৈবমলিবা। মালিনীথান্দা লাইখুরুম্বা লাক্লবিবশিংদু হিন্দুসু ট্রাইবেলসু যাওই। মানা মানা নিংজবদু মালিনী দেবীদা নিজবৈ। অদুনা মালিনীথানদা ট্রাইবেল অমসুং হিন্দু কলচব অনী যানশিন্দুনা লৈবি। কলচব হাযবসিদি চেন্থবক্লিবা তুবেলগী ঈচেলগা পাংখকনি। লম্বীদা চেন্থবকপদা ঈচেলদুনা থেংন থেংনবা পোৎলম কযা চুপশিনবনি অদুদগী মাযকৈ কযাদা ইবোং ফাংনা চেন্থখিবদুগা পাংখকনি হাযনা স্কোলাবশিংনা মোত পীনবদু চুমই হাযবসি মালিনীথানদা লৈবিবা কলচবদুনা ঐবু থাজহল্লে।

কৃষ্ণগী কলচব অমা মফমদুদা লৈবমই হাযবসি লাৱাব দিবোং ভেলিগী বোইং মনাক্তা মিসমী চীংগী চীংখোঙদা লৈবিবা ভিস্মক নগব হাযবা লানবনদুনা তাক্লি। ভিস্মক হাযবসি রুক্মিনীগী মপাবুং নিংথৌদুনি। তেক কাযববা লানবনগী শক্তমদুদি খৃষ্টগী চহীচা ১০ দগী ১২ ফাওবগী ওইগনি হাযনা স্কোলাবশিংনা পানবি। মিসমী চীংগী চীংখোঙদা রুক্মিনী নগব লৈ। মদুদসু লানবন অমা লৈ। মদুগী অযাম্বা শরুকতি খৃ কুম ১৯৫০ গী যুহাবাবদা নীংখাযখ্রে। হৌজিক্তি

মদুদা চেক্লা শাবা কা অনীখক্তা ঙাযবে লৈবিবা। আবকিওলোজিকেল সবভে অফ অরুনাচল প্রদেশনা মফমদু তৌথোকতুনা যেংবদা লৈনুংদগী চেক অমসুং চফু কযামা ফংলে। মদুদা লৈবমলিবা পোৎশকশিংদুগা ভিস্মক নগবদা ফংবা পোৎলমশিংগা মান্নে। রুক্মিনী নগববু মফমদুগী মীনদি চীদু চীমবী হাযনসু কৌনৈ। তেক কাযববা চেকশিং অদুবুনা মখোযনা রুক্মিনী নটি হাযবদি রুক্মিনী চেক হাযনা খঙনবি।

ইতিহাসকী খোঙচৎতা অহোংবা কযা লাকখ্রে। সম্রাজ কযা, সভ্যতা কযা ইবোল্লুংদা লুপখ্রে। কযা অমনা নৌনা ফাওগৎলকখি। মফম অদুদা লৈবা সাধু বাবা অমনা হায - "রুক্মিনীগী মপাবুং ইবুংঙোনা লৈবম্বা মফমদু আসামগী সদিযা হাযবা মফম অসিদনি"। মহাভাবতকী ৱাবীদদি রুক্মিনীগী মপাবুং ভিস্মকনা পাল্লশ্না লৈবাক্তি বিদবভনি। ঐনা খল্লি বিদবভ হাযবিবসিবু সদিযাবা" অদুবুদি কম্বোদিযাদা লৈবি অযোধ্যাগী বাম, সিতা, হনুমান। সাধুবাবাদুনা অসিমসু হাযবকখি - "মালিনীথানগী আকাশি গঙ্গা ফাওবা শুকং অমা লৈবমই। শুকং অদুদা রুক্মিনীনা লাক্লগা আকাশি গঙ্গাদা স্নান তৌখিবনি। হাযবিবা শুকংদু খ্ কুম ১৯৫০ গী অকনবা যুহাবাবদা চীং নমথবদগী কাযখ্রে।"

মালিনীথানগী অকোযবদা লৈবিবা মফমদুগী মবমদা খবদং হেন্না খঙনিংবদগী চীংদোঙদুদা কাখৎলগা কোযচৎ চৎতুনা যেংলে। হন্দক্তি ইমা মালিনী দেবীগী দর্শনসু ফংজবে। আবকিলোজিকেল সবভে অফ ইন্দিযানা মালিনীথানদগী ফংবা পোৎলম কযা, মূর্ত্তি কযা থল্লিবা মিউজিম অদুদসু চংদুনা যেংলকলে। ঐনা থেংনবকখি তুবেল, নৃংজাও, লৈনুং হন্দোকপদগী ফংবা মুজিযমগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈহৌবিবা কাং (বথ)গী কাংখোং, তেকলবা মূর্ত্তি, মন্দিবগী ফম্বাক্লচিংবা কযা মালিনীথানগী অকোযবদুদা।

মথংগী নুমিৎতা আকাশি গঙ্গদা চৎনবা শেমশাবে। খোঙবু যাওদ্রবদি ঐ ইদোমতা চীংলক্তু ফাওদুনা চীংখাদা চেল্লিবা ঈচেলদু যৌবা ঙম্বা নত্তে। খোঙবু শেমলে ইচা, ইমৌ, ইশূ, লিকাবলিদা থবক তৌদুনা লৈবিবা মণিপুবী মচা খ্বাইবাকপম বসন্তগী নুপী দেবলাগা মচাগা, ঐখোযনা তোংলকপা গাডী টাটা সুমোদুগী ড্রাইভবদুসু যাওনা। গাডীনা থেক খোই তৌবা লম্বীদুদা কিলোমিটব ৬ লোম চৎলগা লম্বীগী মতাইদা থেল অমদা গাডীদু থনম্লগা খোঙনা মখা চখবে। মফমদুদা মী তাদে। চীংমায ককলগা শেম্বা সিডি থাক ৭৮৫ লৈ। মী ইচৎ চনদবনিনা সিডিদু নাল্লি। নাকল অমদি লোকচপনি। লোকখাদগী উপাল



*আকাশি গঙ্গাগী ঈচেল মতেক অমা*

উবীনা অমগা অমগা ৱাংবা তান্নদুনা হৌগৎলক্লি। ৱাংল চাউববা লাইওইববা উপাল কযানা চীং নাপোমদুদা মশা মবেং ফন্দোকতুনা মনিংতম্না হাযনা হুম্না হৌবি। চেক্লাশিংনা উপালশিংদুদা তোংদুনা মখৌ পোঙনা খোঙলি। হবি নোংনাংগী নেং নেং খোঞ্জেলসু তাই। উমংদুগী উপালশিং ফাওজিল্লক্তুনা কোবৌহনবনা মাগী মশেক মঙালদু চাইশিল্লকই। অদুগুম্বা ফজখ্রবা মহৌশা লাইবেম্বীগী খুৎশেমদু আকাশি গঙ্গাগী তোর্বান্দা ঐনা উবা ফংজবকখি।

ঐনা চৈশু শুবগা তপ্না তপ্না কুমথবকপদা লম্বী তংখায যৌবদা থেল অমা যৌবে। মদুদা শিব মহাদেবগী মন্দিব অমা লৈ। সাধু বাবা অমনা শিব মহাদেব পুজা কৎলমই। লাকমিন্নবিবা ঐখোযনা লাই খুকমজবে। আবতি লোযববদা লাইদা কৎপা বালভোগ চাবে। লাইগী সেবা চৎলিবা সাধু বাবাদুদা আকাশি গঙ্গাগী মবমদা খবদাং তাকপিযু ঐনা হাযজে। মানা মহাভাবতকী ৱাবীদা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিনী হুবানবগী মতাংদা লীবিবকখি- "রুক্মিনীনা শ্রীকৃষ্ণবু মাগী মপুবোইবা ওইজগে নিংজখি। মাগী মবুং রুক্মিনদি মচলবু শিশুপালদা থাজনিংখি। সযম্বব সভা লাংদুনা লুহোংগদৌববা রুক্মিনীমা ভাবানী ইন্দ্রানী পুজা তৌনবা মন্দিবদা চৎপদা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিনীবু পুবক্লগা আকাশি গঙ্গাগী তোর্বান্দা মালিনীথান্দা লোৎতুনা থমখি। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংনবা স্নান তৌগে

নিংবদা ঈশিং ফংবা ঙমখিদে। শ্রীকৃষ্ণনা হাযজবদগী মহাদেবনা মাগী জাটাদগী গঙ্গা কৌথদুনা ঈচেল নাইনা চেন্থহলকখি। ঈচেল অদুনি আকাশি গঙ্গা হাযবিবসি। আকাশি গঙ্গাদা রুক্মিনীনা স্নান তৌজখি। মফম অদু অশেংবা তীর্থ মফম ওইহৌখি।”

ঈচেল তপ্না চীংলক্কুদা চেল্লিবা আকাশি গঙ্গাসি অযাম্বা মীনদি ইখঙ খঙনদে। অদুনা মফমদুদা মী যাম্না তিনদে। ভাবতকী তীর্থ মফম অতৈ হবিদ্বাব, ঋষিকেশ ত্রিবেনী সঙ্গমদা মীযাম্না তিনবা, পোৎচৈ যোনবা, পান্দাশিংনা অবাকপা মীশিংদা মন্ত্র শোনবীগে, লাই খুকুমবীগে পৈশা পীযু হাযবনচিংবা তৌবদুগুম্না মফম অদুদা লৈতে।

তপ্না তপ্না কুমথদুনা মোং হাদনা চেল্লিবী আকাশি গঙ্গাগা উন্নবে। সিডিগী অবোইবা থাক অদুদা চাউখ্রবা নূংপাক অমা লৈ। মদু মীগী খুৎশেম নত্তে। অদুদগী অমুক কুমথবগা ঈচেলদুদা স্নানতৌজবে। লাইওইখ্রবা ইমা ইপা, অহল লম্মন, মদোম পোকচবী ইচানুপী নীংশিংদুনা ঈশিং খুজোকনা তর্পন কচ্চবে।

তোর্বান বাংমগী চীংথক্তগী লিক্লাই মহী গুন্নবা লুববা লাইজনা ঈচেলদুদা খিকথবক্লি। খিকথবক্লিবা ঈশিংদু চীংথক্তা লৈবা কোম অমগী মনুংদা ইবং লংবা পাত্র অমা লৈবদুদগীনি হায সাধু বাবাদুনা। খিকথবক্লিবা ঈশিংদু শাফু কনবা ঈশিং চাইবীগুম্বা নত্তে। ঈশিং খব খবদং ঙহাক ঙহাক লৈবগা চাইথবকপদনি। ঈচেল অদুদা তাবগা তুবেলদুনা খা পাংনা চেন্থখ্রি। যেংবদা ওন্থোকনা পৃক্রীং শুমহৎলি। এনভাইবোনমেন্টপু নৈনবা থিজিনবা বিসার্চব কযা লাক্লুনা শিযাং শিপুগী চাইগোইনুংদা, আকাশি গঙ্গাগী, মলিনীথানগী মশাইগোন্দা লৈবিবা ইতিহাসকী, কলচবগী মচাক মবলশিংদু কুপ্না থিজিনহন্নিংই। ঐখোযগী কলচববু সভ্যতাবু পাকথোক চাউথোকহন্ননবা। ঐগী ওইনদি মমল যান্নবা পোৎলমশিংদু ফিগাউ চোন্না যোমশিল্লগা পুবক্কুনা পৃক্রীংগী তাবুংনুংদা থমজিল্লে।

# বাংলাদেশতা পাবী-পুবীগী খোঙ্গুল লীকবা

(১)

বাংলাদেশতা ঐহাক ইং কুম ২০১২ গী জানুৱাবী থাদা পাবী পুবীগী খোঙ্গুল লীবা চৎলুই। অতেনবা খোঙচৎনি, তাং ১৯-২৩ ফাওবদনি। চহী তবেৎ খুন্তাকপদা পোক্লফম লমদম মনিপুব থাদোক্তুনা চৎখ্রগা মফমদুদা লৈখ্রবা ইপা-ইপুগী চাউদা নাউদাশিংদু উননীংদুনা চৎপা খোঙচৎনি। বাংলাদেশকী শিলেটতা শ্রীগোবিন্দ লেঙশিন্দুনা লৈবম্বা মনিপুবী বাজবাবি হায়না খঙনবিবা মফমদুসু যৌজনিংখি।

সনা লৈবাক মনিপুবদি চহী লীশিং অনীগী মমাঙদগী নীংতম্না লৈবক্লবনি। মশাগী পুৱাবী লৈজবা, মশাগী লোল, মযেক, চৎন-পথাপ লৈজবা লৈবাকনি। মাগী মচা-মশৃ প্রজাশিংদি ফিজেৎ চাকচা চঙখোনবা, মীযোক মীচান ফজবা, হৌন-লোনচৎ খঙবা, খৃৎকন পাঙ্গনবা, শাদা লালদা ঈচঙ থৌবনি। যেক্লবনা লমদমসিগী সনা পুক্কৈবু মিহৌদুনা লান্দাবক্লবসু মাগী মচাশিং চীংবুবোই তম্বুবোই পুন্না পলেম ইমাবু ঙাবশেন্দুনা লাকপনি। অদুবু ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদা নিংথৌমচাশিংনা খুভম মুন্নবদগী, পুকচেল মান্নদবদগী যেক্লবা অৱানা খুদোংচাবা লৌদুনা লান্দাবকখি। চৌবজিৎ, মার্জিৎ মচীন মনাওনা পুকচেল খোযজেল তিন্নদবনা যেক্লববু মাযোক যাবা ঙমখিদে। মচীন-মনাও যেংথিনবগী মতাংদা চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না পল্লি - "সোইবম লাইবাগী কুমদি শক ১৭৩৩

শজিবু থাদি লৈবাকপোকপনা হনএ। ৬নি লাংমাইচিংদা শ্রীমনাও ইবুংঙো যুববাজগা শ্রীযুৎ মহাবাজ ফালোক ৱাইবং পামহৈবগা (চৌবজিৎ) ককচিং পনজাউদা নুমিৎ ১১নি শোক্লববু মনাও মার্জিৎ যুববাজনা ঙমদুনা শ্রীযুৎ ফালোক ৱাইব পামহৈবদি মযাংলম চঙখিএ।"

মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা অৱানা লান্দাবকখিবনি। অৱানা মনিপুব খুদুম চনশিনখি। নিংথৌদি প্রজাবু হুন্দোক্লমদুনা মনিপুবগী ৱাংমদা নাথৈদ্না লৈখি। মীনুংশি হৈত্রবা যেক্লবা অৱানি। মনিপুবগী প্রজাশিং অহল, নুপী- অঙাং, নহা খাক্তনা ওৎ নৈবীখি। মীশিংবু মখুবাক্তা যাইবীনা লেংশিন্দ্না শা ষন গুম হোইদুনা পুখি। যাবৰা মীশিংবু বন্দি ওইনা পুবগা নমদুনা মখোযগী মীনাই ওইহনখি। পীক্লিবা অঙাংশিংবু ইমুংদা হোইজিল্লগা মোবোক মৈ থাদুনা স্বব যুলহন্দুনা শিঙমদনা হাৎতোকপিখি। মশানা যানিংদবা নুপীশিংবু মখোযনা নমদ্না লৌখি। খাঙবা ঙমদ্রবা প্রজা কযানা মযুম মকৈ থাদোক্তুনা চীংনুং মানুংদা লোৎতনা লৈখি। খবনা কাছাব, সিলেট, তখেল, সুবমা ভেলিদা চেন্দুনা লৈখি। প্রজানা মবৈবাক থাদোক্তা চৎখ্রবদা মনিপুব সনা লৈবাক্তা চহী তবেৎ খুন্তাকখি খৃ কুম (১৮১৯-১৮২৫) দা। চৈথাবোল কুম্পাবদা অসুম্না লা চন্দুনা লৈবি - "লাইশ্রম তাম্রশিংগী কুম শক ১৭৩৯ ৱাকচিং থাদি থাঙজনা হনএ। ২নি পানবা লাংমাইচিংদা অৱা লাকএ হাযদুনা খুবায খুনযমদগী লৈপাক পুম্না শ্রীযুৎ মহাবাজ নোংপোক ৱাইবং পামহৈবনচিংনা অৱা লান শোক্লবা হৌএ। ১২নি লৈপাকপোকপদা লৈপাক কাযএ। শ্রীযুৎ মহাবাজদি মযাংলম চেনখিযে"।

অসিমসু হাযবি - "মৈদিংঙু মার্জিৎ মহাবাজ নোংপোক ৱাইবং পামহৈবা খৃ ১৮১৩ দগী ১৮১৯ ফাওবা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানখি। কছাবদা লান্দাদ্না মযাংঙম্বা হাযবা মিংথোল লৌখি। সনা হাক্তক অসিদা খৃ ১৮১৯ দা ঔৱানা লান তাবক্তুনা চহী তবেৎ খুন্তাকখি।"

চহী তবেৎ খুন্তাকপদা মীবমদা চেনখ্রবা মনিপুবী প্রজাশিংদু মনিপুবনা নীংতম্লবদসু মনিপুবদা হল্লকখিদ্রে। মনিপুবনা নীংতম্লা হণ্ডিনবা মনিপুবগী নিংথৌমচা হিবাচন্দ্র (তাকু নিংথৌ) না চীংযা তমযাদা লৈখিবা মনিপবী মচাশিং খব খোমজিন্দুনা গোবিলা লাম্লোঙ শিজিন্দুনা যেক্লবা কযাদি মাঙহন তাকহনখি। মপূং ওইনদি গম্ভীব সিংহ (১৮২৫-১৮৩৫) অমসুং নবসিংহ (১৮৪৪ ১৮৫০) নিংথৌমচা মচীন মনাও অনীনা মনিপব লেভি শেমগৎতনা ব্রিটিশকী মতেঙগা লোযননা অবাবূ তাম্লোক্তুনা মনিপবগী নীংতম্লা হাংনবা হুর্মহি লৈ।

লাল লোইববদা লাঞ্জেন্নদুনা লৈখিবা মৈতৈ পাঙলশিং মনিপুবদা হল্লকখিদ্রে। মানা মানা লৈকবা মফমদুগী প্রজা ওইদুনা লৈখ্রে হাযবসি ইতিহাসনা শাক্ষি ওইবি।

ঐনা উননীংখি বাংলাদেশতা লৈবিবা ঐখোযগী নুংশিববা ইবৈচাশিংদুবু। মখোযদু মফমদুদা কবম্না লৈবিগবা খনখি। মফমদুদা মখোযগী নাৎকী চৎনবোল, ব্যবহাব, শক্তম ঙাক্নুনা থাম্লিববা নৎএগা মশীং যামজদবা মখোযবু অতৈনা নমহৎতুনা থম্বিখ্রববা খঙনীংঙি। মখোযগা ব্রাবী শাননীংঙি। মখোযগী নাক্তা চৎনীংঙি। শিলেটতা শ্রীগোবিন্দনা লেঙশিল্লম্বা মফমদু যৌনীংঙি। ঐনা খনবদদি মনিপুবগী শ্রীগোবিন্দসি চুম্লগী লাইশঙদা লাৎপা মূর্ত্তি অমা নত্তে। মহাক্তি কলচবগী এপ্লেসেদব অমনি। মানা যৌকবা মফম খদিংদা মণিপুবগী কলচবগী প্রভাব খবদি শোযদনা থনম্মী। মহাক্তি নিংথৌনি। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা (১৭৫৯-১৭৯৮) শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগা শ্রীগোবিন্দবু অভিষেক তৌই। অভিষেক হাযবসি নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা হাযবদুনি। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মহাক মশামকপ্ অমসুং সিংহাসনবু শ্রীগোবিন্দদা কৎথোকচৈ- "ইবুংঙো নঙনা নিংথৌ ওইবিয়্। ননাই ঐনা সেবা তৌদুনা লৈজগে।" মসিমক মাগী ব্রাখল্লোন্। মদুমক থবক ওইনা পাঙথো ক্রুনা চৎনবা হৌখি। অদনা শ্রীগোবিন্দনা লেঙথোকপদা চোঙ শেকপিন শাজিন্নৈ। গাবোৎনা থৌগল তৌই। বাজাই বেঙ্গুল খোংঙি। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মাগী কোনুংদা শ্রীগোবিন্দ লাৎতুনা সেবা তৌবদগী মণিপুবগী হান্না লৈবম্না সংস্কৃতিগী পবীংদা হাপ্তোক-হাপচীন খবা তৌদুনা হেন্না পাকথোক-চাওথোকহল্লকই। শ্রীগোবিন্দবু অভিষেক তৌবদা মহাবাস জগোয শেমগৎতুনা কৎলি। নট সংকীর্ত্তন, শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকালগী পবাং পথাপ, নূপীগী অহানবা সংকীর্ত্তন পালা, বাসেশ্ববী পালা হৌদোকপা, ব্রাবী লীবগী কলা শেমগৎপা, ধর্ম্মগী লাইবিক হন্দোক্নুনা ফোঙবা, কোনুংগী চৎনলোল ব্যবহাব অদু শ্রীগোবিন্দনা মযাইদা থম্লগা সংস্কৃতিগী শক্লোল অমা শাগৎলকখি। নিংথৌনা কবি গুম্বা মফম অমদা শাগী-লানগী লেঙলবসু শ্রীগোবিন্দ (বিষ্ণু) লেঙঙি। মণিপুবগী নিংথৌনা লাল চেল্লবসু শ্রীগোবিন্দ লোযনৈ। মবমদি শ্রীগোবিন্দ যাওদ্রবদি নিংথৌদু মীচম ওইবে। শ্রীগোবিন্দনা লেঙশিল্লম্বা মফমদু মনিপুবগী কোনুং বাজবাবী হাযদুনা লৈহৌই।

চহী তবেৎ খুন্তাকপদা গম্ভীবসিংহ মহাবাজনা শিলেত্তা শ্রীগোবিন্দগা লেঙঙি। শ্রীগোবিন্দ লেঙশিল্লম্বা বাংলাদেশকী মফমদুনি ঐনা যৌনীংলুবা। শ্রীগোবিন্দনা লেঙথবীবম্বনা মফমদুদা মণিপুবগী সংস্কৃতি খবা শোযদনা শন্দোক্লমগনি খন্দুনা মদু খঙনীংবদগীসুনি ঐনা বাংলাদেশতা চৎলুবদু।

মতমগী খোঙচৎপু কনানা থিংলুগনি'? মতম্না পুবকপা অওনববু কনানা লৌশিন্দবা যাগনি'? বার্লিনগী চেকপল তুখি। জর্মন অনী থোকখি। তুবেল কয়াগী ঈচেল থৈখি। চীংজাও কয়া তেমখি। নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবম্বা মচীন-মনাও, শাগৈ-নাতৈ মবী থাদৎনখি। তোঙান-তোঙানবা মফমদা লৈনখি, লান থোবকপদা। ভাবত অনী থোক্লা খাযদোকখি-হিন্দুস্তান পাকিস্তান ওইবকখি। নোংচুপ পাকিস্তান্না বাংলাদেশ ওইবকখি। হে মতম কৌবা শকউদবা' নঙগী খৃৎশেমর্নিকো পুম্নমক অসে।

চহী তবেৎ খুস্তাকপদা শ্রীগোবিন্দ লেঙশিনখি হাযবিবা শিলেট হাযবা লমদমসি মতম অমদদি আসামগী মনুং চন্না লৈবম্লনি। হৌজিক্তি বাংলাদেশতা লৈখবে। বাংলাদেশতি মুস্লিমগী মী মশীং মিলিযন চাম্মকুন হেন্না লৈবা লৈবাক্তুদা হিন্দগী, খৃস্তানগী, বুদ্ধিস্ত অমসুং ত্রাইবেলগী মশীংদি যাম্না লীক্লা লৈ। মবক্তুদনি মণিপুবী মচাশিংনা লৈবিবদু। মখোযবু উন্নীংবদি কুইববনি। অদুম ওইনমক উননীংঙি হাযদুনসু মখোযবু পাক হেক উনবদি যাদে। মখোযদু অতোপ্পা লৈবাক যোবেন কন্ত্রী অমগী প্রজা ওইখ্রবনি। লমদমদুগী নীতি-নিযম কযাবু ঙাক্তুনা ইন্দুনা চৎপা তাই। ঐখোযনা বাংলাদেশতা লৈবা মী উনবদা অথীংবা লৈ, পাক উনবা যাদে। পাসপোর্ত, ভিষা লৌবা তাই। কস্তমগী, ইমিগ্রেসনগী ঙাক্কদবা নিযম মযাম অমা লৈ। নিযমশিং অদু ঙাক্রবদি ভাবতকী ঙমখৈগা বাংলাদেশকী ঙমখৈগা তাইনবদা লৈবিবা অখৌডা পোস্ত অদুগী লৈইগী ব্রাংম-ব্রাংমদা লেপ্তুনা লৈবা তাই। মীনা শেম্বা আইন্না, নিযম্না মী অমগা অমগা লাপথোক্লহনবনি। লাংদাইদু লাম্থোক্তুনা চৎলবদি ভাবতকী বাংলাদেশকী পাক্লবা লৌবুক্তা হৌবিবা প্রকৃতিগী খুদোলশিং উপাল-ব্রাপাল, হৈপাল-লৈপাল ভাবতকীগা ইমান মান্নে। মালেম ইমানদি মচাশিং তোঙান-তোঙান্না লৈবদু পান্নপ্লোই।

(২)

বাংলাদেশতা চৎকে হাযনা খৃ ২০১০ দা ঐ অখৌডা পোস্ত যৌবকখ্রে। অদুবু মদুগী খুদোংচাবদু ফংবা ঙম্নখিদ্রে। মদু ঐনা ত্রিপুবাদা চৎপদা মখা শমথগে তৌকুবনি। চহী অদুগী জানুৱাবী থাদা ত্রিপুবা বুইমেন কমিশনগী চেযবপার্সন দা তাপতি চক্রবর্তীনা ঐবু বার্তন তৌবকখি। মাগা ঐগা সেমিনাব, কনফবেন্স কযাদা শরুক যামিন্নখিবনি, মব্দপনি। ঐনা থবক্তগী পোৎথাদ্রিঙৈদা মাগী কমিশন্দা লাক্তবা যাদে হাযদুনা কৌবকপনি। ঐবু মণিপুব বুইমেন কমিশনগী চেযাবপার্সন ওইনা। দা তাপতি চক্রবর্তীনা মাগী কমিশনগী কনফবেন্স হোলদা

যাম্না চাউনা কন্সলতেসন মিতিং অমা শীল্লি। ত্রিপুবাগী অখণ্ড-অহৈ, অচৌ অশাং, এন জি ওগীনুপী কযাগা লোযননা খন্ন-নৈনবা সভাদু পাঙথোকই। ঐবু স্তেত গেস্ত ওইনা ইকাইখুম্নবা উৎতুনা সিক্যুবিতিগা লোযননা ঐনা চৎকে হাযবা মফমদা চৎপনি। কন্সলতেসন প্রোগ্রাম অদু লোইবগা ঐহাক বাংলাদেশ চৎনবা মখোযনা অখৌডা পোস্ত ফাওবা থিল্লি। অদুবু মফমদু যৌবদা নুংথিলগী পূং ৪ তাশিনখ্রে। ইন্দিযাগী অমসুং বাংলাদেশকী লৈই অদুগী ৱাংমদা যুংলিবা ফীবাল চিংথখবে। বেঙ্গুল খোংদুনা লম্বীদু থিংজিনখবে। বাংলাদেশতা চঙবা যাদদুনা ঐ হল্লকখ্রে।

খ্ কুম ২০১২ দদি শোযদনা চৎলগে খন্দুনা মদুগীদমক শেম-শাবে। জানুৱাবী তাং ১৭ তা ত্রিপুবাগী নাবাযণ খামাবদা মণিপুবগী নীংতম লাম্মী, খোংজোম লানগী কমান্দব মেজব চোংথা মিযাগী নীংশিং থৌবম পাঙথোকপসু যাওবগে হাযনা মতম চানহল্লে। চহীগা ৱাযশিল্লকপনে চৎহৌদদুনা তোক্লবনি নীংদুনা মদুগী শেম-শাবে। মী লোযননবসু ইবৈ লৈতে। ঐনা ২০০০ দা আমিবিকাদা ইদোম চৎখি। ইন্দিযাদগী খঙনবা মী অমা ফাওবা লোযনখিদে। খোঙচৎ অদুদা পিতসবর্গতা পাঙথোকপা শান্তিগী সভা অমদা যাওনবা যুনাইতেদ বিলিজন্স ইনিসিযেতিবগী হেদ অফিস সানফ্রান্সিস্কোনা বার্ত্তন তৌবকপদগী চৎলুবনি। মালেমগী লৈবাক ৩৫০গী মহুৎশিংগা লোযননা ঐনা পিছ একোর্দতা সহি তৌকই। খোঙচৎ অদুদা আমেবিকাগী নিযুর্যোক, নিযু জর্সি, নিযু বৃন্দাবন্নচিংবদসু যৌবকখি। মদুদা থোইনা ৱাবা খঙখিদে। ঙসি চহী ৱাযশিল্লক্লবসু ঐহাক লংফৈ চৎনীংবদি অদুম লৈবি। অদুবু লংফৈ চৎপসি মী লোযনদ্রবদি কযা নুংঙাইত্রবা মতাঙনি। অদুম ওইনমক ঐঙোন্দা মদু থোইনা খল্লুদ্রে। তৌবতদি ঐনা শক্লাইববা অইবা মণিপুবী সাহিত্যদা খুদোল তম্বগীদমক এৱাদি কযা ফংখ্রবা মৈতৈমচা বাংলাদেশতা লৈবা শ্রীশেবাম অনন্তকুমাব (একে শেবাম) দা ই মেল অমা থাদুনা "ঐবু অখৌডা পোস্তা খবা ওকপিবম্মু। ঐনা বাংলাদেশ যৌবগা লৈগদবা হোতেল শীনবিবম্মু। বাংলাদেশতা ঐখোযগী পাবী-পুবীগী খোঙ্গুল লীবা লাকচগদবনি" ঐনা হাযজখি। মীনদি হাযনৈ, কবিগুম্বা সংস্থান অমনা বার্ত্তন তৌবক্রবদি বাংলাদেশতা চৎপা যাবোই। বার্ত্তন তৌবক্রবসু ঐবুদি থোইনা অথীংবা পীবক্তে। পাবী-পুবীগী খোঙ্গুল লীবনি হাযবদুনা ওইবা তাই। ঐনা হান্না যাম্না মুন্না খঙনখিবা নত্তে একে শেবাম। মানা মণিপুবদা এৱাদি লৌবা লাকপদা উনখিবদনি। অদুবু মানা যাম্না লৈবাক মচা তানা ঐবু অখৌডা পোস্তা ওকপিবখি। মাগা লোযননা পত্রকাব ওইবিবা ইবুংঙো মাইস্নাম বাজেসস্ মাগী

মথৌ হুন্দোক্তুনা ঐবু ওকপা লাকখি। অখৌডা যৌবমদাইদা শেবামনা ঐঙোন্দা ফোন তৌবকখি, "ওজা ঐ লাকচবে। ঐনা লৈবিবা মফমসি ফাওবা ওতো বিক্নো তোংদুনা চঙবিবক্লো। মতম খবা থুজিন্নবা।" ত্রিপুবাগী নাবাযণ খামাবদগী ঐবু থিন্দোবক্লিবা নহাশিংদুনা ঐঙোন্দা হাযবে, "ঐখোয একে শেবামগী মবমদা যাম্না তাবে। মশকতি উদ্রি। অদুনা মহাক পোস্ত অসিফাওবা লাকপিনবা হাযবিযু। মহাক্না উনজহৌগে।" মখোযনা হাযবদুমক ঐনা ফোন্দা হাযখ্রে। ফজনা কোত-সুত শেৎতুনা নোকমি নোকমি তৌনা খোঙনা অখৌডা যৌশিল্লকখি। মযামদা ঐনা শক তাকখি। মখোয হবা ওজখি। মযামদি লৈহৌবে। মেজব চোংথা মিযাগী নীংশিং থৌবম যা ওবা লাকমিন্নখিবা কে থাইবেম্মদি ঐনা বাংলাদেশ চৎলিঙৈদা যা ওহৌবনি হাযদুনা খোঙবু ওইবে। হৌনবী মতুং ইন্না চেক তৌবা লোইবদুনা অখৌডাদগী ওতো বিক্নোনা খবা চঙশিল্লে। মতম অদুদি ত্রেনগী মতম হেনখ্রবনা বসনা চৎপা তাবে। খাঙ খুউ নাববা ঐনা বস তোংবসি কযা পামদবনি। ঐনা তাখিবদি মদুদগী বাংলাদেশ যৌবদা পুং ৩ গুম্বা চঙঙি অসিনি। অদুবু পুং ৬ হেন্না চংখ্রে। অদুনু থোইনা বাবা খঙহৌদে বাংলাদেশপু উনীংবগী ইখৌ লাংবনা। অদুগীসু মথক্ত বসকী থোঙনা ওদগী যেংথোকখিবদা পাক্র-পাক্লবা লৌবুক লমহাঙনা শাংথ-লেংথনা তমযা যৌনা শন্দোক্তুনা লৈবদু উই। লৌবুক্কী লৌকোলদা মহয মবোঙ চুন্না চুন্না হৌবি। হরাই উবী যাম্না হৌবা উই। হৈকোল, লৈকোল কযাসু লৈহৌই।

বাংলাদেশ যৌবে। ঐহাক কদাযদা লৈগনি হংবদা একে শেবামনা "ওজা, ঐগীদা লৈবসি। হোতেলদা লৈবদা নুংঙাইবোইদা।" একে শেবামগী যুমদু শিলেতকী লালদিঘীব পূর্বপাড, কলকাকলী হাযবদুদনি। মাগী যুমদু মথোল অহুমগী চেক্কীনি। মহাক কমর্সিযেল নেস্নেলাইজ বেঙ্ক অমগী একজিক্যুতিব অফিসব ওইবম্বনি। মহাক্না বেঙ্কতকী লোন লৌবগা শাবনি হায। মাগী যুমদুগী হেক মমাঙদা পাক-চাউখ্রবা লালাদিঘীব পুখ্রীদু লৈ। লূ-নানখ্রে পুখ্রীদু নাপী মকা অমা তাদে। পুখ্রীদু মযুংনা ঙম্লদনা নীংথিনা বিতেনিং ব্রাল চনশিন্দুনা থম্মী। খা অরাংদা সিডি চল্লি ঈশিং শোকপা যাননবা। পুখ্রী অদুগী নোংচুপ ফীবান্দা সাপম লৈকায মৈতৈ খুল তাবি। একে শেবামগী যুমগা হেক থংনবা অইবা শোণী (মণিহাব) গী যুম লৈবে। মহাক্তি কানাদাগী সিতিজেনশিপ লৌদুনা লৈখ্রবনি। শোণীগী যুমদুদা মী লৈতে। যুমদু মথোল নাইদে, জীজ্ঘনা কুপ্লি। মাগী মবী-মতা অমনা যেংশিংবিবি হায। ইমন মল্লে।

একে শেবামগী যুমদা চঙলে। মাগী নুপীনা ঐবু তবাম্না ওকই। মহাক্না হান্না খঙনখিবা নত্তে। একে শেবামগী নুপীদু জাতি অতৈগী নুপীবা? কবম

তৌবমগদগে খনখি ঐনা। মাগীদা লৈনি খঙদবনা মাগীদমক কবিসু পুবক্তে। ঐসি ব্রা খঙদবা হাযবদু ওইবে। মহাক্তি হৌনবী ব্যবহাব খঙবী মৈতৈ নুপী ওইবগ্লে। মঙোন্দা ঐনা পুবকপা মৈতৈনুপীনা শাবা লৈক্নমফি অমা মবেংবান্দা যানশিল্লি। মানা তপ্লা হায- "ঐখোয ওজানা (মাগী নুপাবুনি) মণিপুবদা চৎপদা ফিসি মঙোন্দা থাবকখে।" ঐনা হায-"মদুনা মাগীনি। অসিনা ঐনা নঙোন্দা খৃদোল তৌবিবনি।" মখোযগী মী ফমফম কাদা ঙহাক ফমদুনা ব্রাবী শানবে। একে শেবামগী নুপীদু চন্দ্রকলা কৌই। মী পিতক তৌই, কুচু ঙৌই, যেংবদা নুংশিবা অমা ফাওই। মযাম্লা মাবু কলা, মাগী নুপানদি চন্দ্রাদং কৌই। মহাক শৈশকপী কলাকাবনি। লৈশাবীঙৈদদি জগোযশু শাবন্মী হায। মচানুপী সনাবৈ, মশক যাম্লা ফজবী যিল্ম এক্রেসনি। জগোযসু শাই। মহাক ঢাকাদা মযুম পানখ্রে। মচানুপা চীঙ্খেদি কম্প্যুতব তৌই, গিতব খোংঙি হাযবা খঙলে। ঐনা বাংলাদেশতা লাকপগী মবম খঙহল্লে মখোযদা।

ঐগীদমক কা অমা শিন্নবে। খঙঙি মদু মচানুপাগী কানি। ঐ লাকপগীদমক মচানুপাদু থৈদোক্লিবনি। কা অদুদা লৈবিবা তেবলদুদা কম্প্যুতব, ইলেক্ত্রিক্কী মবী-মবাঙ লৈ। তেবল মখাদুদা উপাক মচা গুম অমদা ইলেক্ত্রিক্কী মৈ পিৎ-পাৎ ঙানবা কবিনো অমসু লৈ। ফিযানখোক্তা ফৃবিৎ ফিবোল খবসু যাল্লি। ফমুংগী নাকন্দা অশাংবী তেবল অমদা লাইবিক খবা, গিতব অমসু ঙাদুনা লৈ। মাগী যৃমদু কা যাম্লা লৈ। মযাযথংবা মথোলদা মৈতৈগী ইমুং অমসু ভাবাদা লৈ। মখোযগী মী যাম্লা লৈতবদুদা চাউখ্রবা যৃমদুদা মী খবা লৈমিন্নবা পান্নদগী মখোযবু লৈহনবনি, ভাবা যাম্লা লৌবা নত্তে হায। চন্দ্রকালা ঐখোযনীনা মথংগী নুমিৎতা মাগী যৃমগী মথক্কী তেবেসতা মানা শেল্লিবা কিতচেন গার্দেন্দা হৌবিবা মনা-মশীং লৈ-শু যেংমিন্নবদা ব্রাবী শান্নবদগী খঙবনি।

ঐনা কাদুদা লৈবকান্দা নুপামচাদুনা তপ্লা চঙলক্লগা মাগী মপোৎ-মচৈদু খবা হোন্দোকখি। মহাক মশক ফজৈ, নোয-নোয লাউবদনা মপোপ-মতাঙ ফৈ। ঐনা হাযহৌই-ইবুংঙো, নঙদি গিতব খোংঙি হায। ঐহাক নঙনা গিতব খোংলগা ঈশৈ শকপা তাখিদৌবিনিকো। নোকফেৎ তৌনা মানা খুন্মী, "তন্না কুইদ্রিদা, যাম্লা হৈবা নত্তেদা"।

চন্দ্রকলানা চা অমসুং অচাপোৎ পুশিল্লকই। চাকতি খবা থেঙবা তাবে। গ্যাস পুং ৮ দা থাবক্কনি হায। বাংলাদেশতা লৈবিবা খুদোংচাবদি যৃম-যৃমদা গ্যাস পাইপ শমদুনা লৈবসিনি। মদুদা চাক-ইনশাং থোংবা, ঈশিং লুম্বা ইনীংনি।

অদুগা থা অমদা তাকা ৪৫০ তনি পীবিবা। ইন্দিযাগী পৈশাদনা লুপা ৩০০ দনি। কবিনা বাংলাদেশকী তাকা ১৫০ গা ইন্দিযাগী লুপা ১০০ গা মান্নৈ। মণিপুবগীদি কদায? থা অহুম মবিগী মনুংদা গ্যাস সিলিন্দব অমখক লৈবা ফংঙি এজেন্তগী। বন্দ ব্রোকেদ মতমদা ব্রেক্তা লুপা লীশীং অনী যৌই। অদুনা যূমদা নুপীশিংনা মৈফৃদা খবা, ব্রাইনমদা খবা, থোং-থাক্লবা হোৎনবনা অযাম্বনি। বাংলদেশতা নোংমতা ইলেক্তিক মৈ মৃৎতে। মোমবতি কেবোসিন শীজিন্নবগী মথৌ তাদে ঐখোযগী অসিদা তৌবগুম্না।

চন্দ্রকলা চাক-ইনশাং থোংবা যাম্না হৈ। মানা ইলিশাগা পানগা থোংঙি। অতৈ মথেলসু যাওই। ঐদি ঙা কযা হৈনদবনি। অদুবু মানা ইলিশা ঙা থোংবদু চামিন্নবে। চাক চাবিঙৈদা ব্রাবীসু যাওবে। হযেংগী প্রোগ্রাম যাৎথোক্লে। পূথ্রী ব্রাংমদা সাপম লৈকাইদা লৈবা একে শেবামগী মবাই শ্রীথোকচোম অনিল কিষননা ব্রেকফাস্তকী ঐবু বার্ত্তন তৌবি হায। মথংদা গাডীদা চৎতুনা মণিপুবী বাজবাডীদা শ্রীগোবিন্দনা লেঙশিন্দুনা লৈবম্বা মফম, ম্যুজিযমনচিংবা মফম খবা যেংবা, নুমিদাংদনা মফমদুদা লৈবা মৈতৈশিংনা ঐবু একে শেবামগী যূমদা বিসেপসন অমা পীবা অসিনি।

নোংঙাল্লে। অযুক পূং ৭ তাবদগী যূমদগী থোবক্লে। চন্দ্রকলা, একে শেবাম লোযনদুনা খোঙনা চৎলে, পূথ্রী ব্রাংমা ফাওবা। লম্বীগী নাকন্দা লৈবিবা যূমশিংদু মুস্লিম ইচীন-ইনাওশিংগীনি। থোইনা ব্রাং-চাউবা যাওদে। সাডী শেৎপী নুপী খবা পূথ্রী মপান্দুদা লৈবিবদুনা ঐখোযদা মুনা মুনা যেংঙি। তপ্না তপ্না চৎতুনা সাপম লৈকাই যৌবে। থৌকচোম অনিল কিষনগীদা থুংলে। মাগী পীক্তক তৌবা যূমদুগী দ্রোইং রুমদা মৈতৈগী ইপা-ইপুশিংনা শীজিন্নবম্বা হীদাকফু থম্বাল শাবা, খূদৈশেল কাউশেলনচিংবা পোৎলম কযানা লৈতেংদুনা থম্লি। শূমাংদা তুলসী হৌবি। শ্রীঅনিল কিষন অমসুং মাগী নুপী শান্তি বাণীনা ঐবু তবাম্না ওই। থোকচোম অনিল কিষন ঈশৈ মযেক ইবা, ঈশৈ তম্বিবনি হায। মচননুপী চন্দ্রকলা অমদি লৈকাইগী নুপীশিংনা কাংগী, ঝুলোনগী, বেদিওগী অমদি লৈকাইগী শকখিবা ঈশৈ কযাদু মহাক্লা ইবনি, তম্বীবা মহাক্লি। মহাক চহী যনা যাম্লন্লনি। মবেপ ব্রাংলগা মশা পাবপ তৌই। আনোক শীজিন্নদে। মিংগৌ কবি কৌনগদগে থিনবকপদা চহী পাথোক্লবে। মহাক্কী চহী ৭৩নি হায ঐনা হায ঐগী চহী ৭৬নি। ঐনা হল্লে হাযদুনা ঐঙোন্দা ইচে কৌবে। শোণীনা ইম্ফালদা বেঙ্গলী হাযস্কুলদা তম্লিঙৈদা পাবুংনা শোণীদা ঙাঙবা, তাকপি-তম্বিবগী ব্রাবী লীবকই। ব্রাবীদুনা

অমুক হেন্না নকশীন্নহল্লে মণিপুবগা বাংলাদেশকা, ঐখোযগী ইমুংগা মখোযগীগা। মচানুপীনা তল হৌদুনা কোবী শাক্কা, চা যাওনা পুন্না চামিন্নবে। ৱাবী মখল কযানি শানবিবা। ঐনা খঙনীংবা কযা অমগী পাউখুম ফংলে। সাপম লৈকাইদুদা মৈতৈগী যূম্লাক ৩০ বোম লৈ। লৈকাই খূদিংগী মন্দিব, মাণ্ডব লৈ। চহীগী হবাও-কুম্মৈ কাংচিংবা, ঝুলোন হৈবা, জগোয বাস কৎপা, নিঙোল চাক্কৌবা, চৈবাওবগী নাৎকী ওইবা কুম্মৈশিং উৎতুনা পাঙথোক্লি হাযবা খঙবা ঙল্লে। মাগী যূমদগী থোবকপদা লৈকাইদুগী লাই লাৎলিবা মন্দিবদা চঙদুনা লাই খুকমজবে। মন্দিবদুদা লাৎলিবদি বাধা কৃষ্ণ, জগবন্ধু, গৌবাঙ্গনি। মাণ্ডবকী মনাক্তুদা চাউববা বোবোই পান্বী অমা হৌবিবদুদগী বোবোয খবা হেক্তুনা লাই লাৎলিবা ইমুংগী নহা অমনা ঐখোযদা হাপ্লকই। ঐখোযনা হল্লকপদা মৈতৈগী ইমুং অমা অনীদসু চঙলকই। অতৈদসু চঙলকখো হাযবনি। অদুবু শ্রীগোবিন্দনা লেঙশিল্লম্বা মফম মণিপুবী বাজবাডীদা চৎকদবা গাডী লাক্তুনা লৈববনা খবা থুনা মফমদুদগী হল্লক্লে।

মণিপুবী বাজবাডীদা চৎপদি একে শেবাম, চন্দ্রকলা, মবুং অনিল কিষন, মনম্মা শান্তি বাণীসু লোযনবে। শিলেটকী মণিপুবী বাজবাডীদা থুংলে। মফমদুদা মৈতৈ নিংথৌশিংনা মতম খবা লাঞ্জেন্দুনা লৈববসু ওম্থোক্লা মঙাল লৈনা লৈবম্বগী খূদম খংঙি। শিলেটকী বাজবাডী হাযদুনা লৈবিবসি মহাবাজ গম্ভীবসিংহনা ১৮২৪ দা কোনুং ওইদুনা লৈবম্বনি। মহাক্লা কোনুং শেমগৎনবা একব ৬০০ বোম পাক-চাউবা মিবজা হাযনা খঙনবা জঙ্গল অমা তকথোক-তেমথোক্লগা শেমগৎপনি। মফম অদুদা লৈবি। মণিপুবগী লৈবাক্কী কোনুংদা লৈবগুম শঙ্গাযুম্ফম, সনথোঙ শেমদুনা থম্লম্মী। নিংথৌগী মহাবাণীগী পূখ্রী তৌবম্মী। মৈতৈ নাৎকী ওইবা লাই পাখংবা, যুমজাও লাইবেম্বী, লাইনিংথৌ নোংশাবগী খুবমসু যাদুনা থম্মী। মন্দিব শাদুনা মদুদা শ্রীগোবিন্দ লেঙশিল্লম্বনি।

শ্রীগোবিন্দনা লেঙশিল্লম্বা মন্দিব অদুদি লৈত্রে। মফম অদুদা নৌনা মন্দিব শাদুনা বাধা কৃষ্ণ, গৌবাঙ্গ প্রভু, জগবন্ধুগী মূর্ত্তি লাৎলি। মফমদুদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা কৎলম্বা অচৌবা শবীক অদু লৈহৌবি। শ্রীগুরুমযুম অনিলচন্দ্রগী মচাইবুংঙোশিংনা লাইগী সেবা চৎহৌবি। মতমগী খোঙলৈদা মৈ ঈশিং নুংশিৎকী শাফুনা গম্ভীব সিংহগী ফূবা অদুসু তেক কাযবে। বাজবাডীগী মফমদু ফুত ২০০/৩০০ লোমতমক ঙাযহৌবে। অকোযবদুদা অতৈগী দুকান, যুম শজিনখ্রে। অদুবু তেকথ-কাযথবক্লবা ফূবা, লাইশঙ, সনথোঙগী ফীবম অদু জানুৱাবী ২০১২



*বাংলাদেশকী সিলেটতা গম্ভীবসিংহ মহাবাজনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলম্লা ফুবা মমাঙদা যামিনী*

দা মুতুৰা ম্যুজিযম্না দাযত্ন লৌদুনা শেমজীল্লে হাযনা সাইনর্বোদ থেৎতুনা থম্বদু থেংনবকই। শেমজীনবগী মওংদি ফুবা অদুগী মনাক্তা চেক মবক্তা হৌজিনবা পান্বী, উবা ফক্তোক্লগা, অমোৎ-অকায শেংদোক্লবা তুংদা শুনুগা চেক্পকা শুর্কি শেম্লগা মেনশিনবনি নোং যুবা মফম, ফক্লাংগী অহোবা, অকাযবা শকত্তুদা। মদুদা সিমেন্ত শীজিন্নদবগী মবমদি মমাংঙৈদা সিমেন্ত শীজিন্নবমদে চেক্কী যুম শাবদা।

বাজবাড়ীগী অকোযবদু যেংলে। লাইগী সেবা চৎলিবা শুকময্মগী বামনশিংগী মৌশিংগসু উনদুনা ৱাবী শামিন্নবে। মখোযগা লাক্লিবা ঐখোযগা পূন্না ফোতো নম্মিন্নবে। অদুগী তুংদা মখোযনা শিলেটতা লৈবিবা মণিপুবী কলচবগী ওইবা ম্যুজিযম অদু যেংবা চৎলি। ম্যুজিযমদু ইন্তিগ্রেতেদ মণিপুবী এসোসিযেসন (ইমা) না নৌনা শেমগৎপনি। পংচাউ চাউদে। কৈথেলগী বিল্ডিং অমগী মথক থংবা কা অমদা ভাবাদা ম্যুজিযমদু লৈ। মদুদা মৈতৈ নাৎকী ওইবা পোৎলম, লাই হবাওবদা শীজিন্নবা পেনা, নীংখম শমজীন লোযনন' পে, বাধা কৃষ্ণগী, জগোযগী, পোৎলোইগী ফোতোশিং লৈহৌই। মদু মুতুৰা ম্যুজিযমনা নৌনা খূদোল তম্বনি হায। মদুদগী হল্লকপদা ঐনা এবে. শবামদা হায- - "অদুক পীকপা কা অদুদা ভাবা পীদুনা ম্যুজিযম শেমগৎলিবদুগী মহুৎতা শীজিন্নদনা লৈববা শোণীগী যূমদুদা ওইবা যাদ্রা ।" "মফমদুদি যাম্না থাপ্লনিনা মীশিংনা ইবাক লাক্লবোই।" হাযনা মানা খুম্মী।

থেঙজিল্লক্লে। মযামদু চাক লাম্লবে। হোতেল অমদা চাক চাবসি যানবে। হোতেল অদু 'পাঞ্চ ভাই' কৌই। মচীন-মনাও মঙানা চলাইর্বনি হায। মী ওম্লক্লা যাম্না চাক্লেন চানবমখ্রে হোতেলদুদা। কবি মথেল চাসিগে হংনৈ। খাজং অচৌবা

থোংবা চাসি হায়নবে। প্লেত অমদা তাকা ১৫০ নি। ইনশাং অদুতদা। অতৈ মথেলসু যাওনা ঐখোয় মযামদু টেবলদা ফমদুনা চামিন্নবে। ঐনা বিল পীগে যাদ্রে। একে শেবাম্না পৈশা পুথোক্কুনা পীখ্রে। ঐনা ফাগী ওইনা হায-- "ইবুংঙো নমিং চৎলি হায়দুনা মী লাকপমখৈ একে শেবামগীদা লৈকসি লাক্লদি নঙ কমদৌনি?" চৎমিন্নবিবশিংদু নোকই। হল্লকপদা কৈথেল ফাওদুনা লাকই। মণিপুরী ফি যোনবা দুকান অহুম লৈহৌই। মদুদা ফনেক, ইন্নফি, খুদৈনচিংবা যোল্লি।

মখোয়না মণিপুরী বাজবাড়ী, ম্যুজিযম্লচিংবা য়েংলুবগা হল্লকপদু নুমিদাংৱাইবম সন্ধ্যা মতুং ওইবে। অদুবু মতমদুদা মী ফনা যাম্না একে শেবামগী দ্রোইং কমদা তিন্দুনা লৈবমই। মখোয়দুনা ঐবু বিসেন্সন অমা পীগনি লৈবল্লিবনি চুম্না কোযবকপা নৎলমদ্রে।

(৩)

ঐহাক্না প্রপ প্রপ ঐনা লৈবিবা কাদা চঙদুনা অচম্বা ফীজোল অমা হোংদোক্লগা থোবকই। হৈ-শিংবী, মতাঙ- মতম খঙবী চন্দ্রকলানা হায– "এ অদুদি কদায়দগী যাগদগে ইচেম্মা। ফনেক ফি-বোল ফজনা শেৎকদবনি। মীযাম তিনদৌবিনি। ভিদিও কেমেবা কাপকদৌবিনি।" ঐ কাদা অমুক চঙশিল্লে। নৌনা ফি হোংদুনা থোবক্লে। মযামগা উনবে। বজনীগন্ধা লৈনা শেন্বা লৈ চবোং অমা খুদোল তমদুনা ঐবু নুংশিনা ওকপিবে। তিল্লিবশিংদু বাংলাদেশতা লৈবিবা মৈতৈগী ইবুং ইপ্পাশিংনি। মখোয় ফনা যান্মী, ঐনা নীংশিংবা খবদি– কেওবাপাবাদগী খুন্দ্রাকপম গম্ভীব, মনমোহনসিং, উত্তম সিংহ, লামাবাজাবদগী মাইবম বতন, সুবিদ বাজাবদগী বিবাজ সিংহ, অন্নবখানাদগী পঞ্চুসিংহ, নোংমাইথেম লৈকাযদগী নৃপেন্দ্র সিংহ, কেওবাপাবাদগী বাণা কুমাব সিনহা, নবসিংহ তিলাদগী ক্ষীবসিংহ, লামাবাজাবদগী সেবাম নিবঞ্জন সিংহ, নযাবাজাবদগী লমাবম শিবকবণ সিংহ, সাপম লৈকাইদগী থোকচোম অনিল কিষন। একে শেবামদি যুম্মুনি, হোস্তনি। মখোয়গা লোয়ননা ফোতো নম্মিন্নবে। বাংলাদেশকী তোঙান-তোঙানবা মফমদা লৈবা ইবুং-ইপ্পাশিংদুনা মণিপুবদগী মচে অমা লাকই হায়দুনা মশাগী অচিনবা থৌগায় কযা থাদোক্কুনা ঐবু উনবা লাক্লি। কযাদা নুংশিখ্রবা মবীনো" মখোয়না হাপ্লিবকপা নুংশিবা অদু ফিগাউ চোন্না হাপচীল্লি। যুম্মু একে শেবাম্না শাল্লিবদুনা কযাদা মচু তাখ্রবা!

একে শেবাম্না মযামদা ঐবু শক তাক্লে - - কবি কবিনো অদুনি অদানি হায। ৱাবী শানবা হৌবে। ঐনা বাংলাদেশতা লাকপদি পাবী-পুবীগী ঈ মশেলগী

খোঙ্গূল লীবা লাকচবনি হায়না ঐনা হাযজবে মযামদা। পোক্লফম লমদম মণিপুবদগী তাম্না লৈখ্রবা ইবুং-ইপ্পাশিং উনজবা লাকপনি পাউদমজবে। মযামগা অবা-নুংঙাইগী, মণিপুবগী, বাংলাদেশকী মবমদা ৱাবী শামিন্নবে। ময়ামগী সেবাদা চন্দ্রকলানা অচা-অথক শেমদুনা পুথোবক্লে। মযাম পূন্না চামিন-থকমিন্নবে।

সিলেটকী কেওবাপাবাদা লৈবিবা শ্রীএম, মনমোহন সিংহদি বাংলাদেশকী নীংতম লালগী ফ্রীদম ফাইটবনি। মঙোন্দগী নীংতম লালগী বাংলাদেশ সবকাবনা নীংতম লান্মী ওইবগী থাগী পেন্সন পীদুনা ইকাইখুম্নবা, সম্মান ফংলিবা মৈতৈ মচানি। মহাক্লা মতৌ কবম্না বাংলাদেশকী নীংতম লানদা শরুক যাবকখিবা, মদুদা মৈতৈগী মী কযা শিখিবা, লন-থুম মাঙখিবা, যূম কযা খুন্তাক-লানশিখিবগী মতাংদা মবীক চুম্না লীদুনা তাহনবিবকখি। মাগা লোযননা ফ্রীদম ফাইটব ওইখিবা মণিপুবী মচাশিংদি সিলেটকী লালদি ঘীবপাবদগী নীলমনি সিংহ, সুবিদ বজাবদগী টি অবনীকুমাব সিংহ, মণিপুবী বাজবাডীদগী অদিত্য শর্ম্মা, শিবগঞ্জ টিলাবাবীদগী থাংজম জিতেন সিংহ, সিলেটকী শিবগঞ্জদগী কে, দিলীপ সিংহ, এস, কিবন সিংহ, হবিগঞ্জ গোববখোলাদগী কাবাম নীলবাবু সিংহ, হবিগঞ্জগী গাজিপুবদা লৈবা নীলচান্দ দত্ত, হবিগঞ্জ যাত্রগাওনদা লৈবা কেঐচ, নীলবাবু সিংহ, কাতাবিলদগী মাইবম প্রমোদ, মৌলভীবাজাব নলধবীদগী খোমদ্রাম প্রতাপচন্দ্র, কর্মধা কুলাউবাদগী এলাংবম অববিন্দ সিংহ, যুমখাম ললিত সিংহ, মৌলভীবাজাব ববইতলিদগী এল হবেন্দ্র সিংহ মৌলভী বাজাব বামনগবদগী থোঙাম বীবেন, পুতুল সিংহ, মৌলভী বাজাবদগী যুমখাম ললিত সিংহ, প্রহ্লাদ সিংহ, হেনাম সনাতোন সিংহনি। থৌনা ফবা শিবা শিদবা মপা-মপুগী মচা-মশূনি মখোযদু। নীংতম্ববু পামজবা মখোযনি। ঐনা হংজবা ৱাহং কযাগী পাউখুম অতৈনা খুম্বিদুনা ঐনা খঙনীংবা কযা খঙবা ঙম্লকখি। মশীং যামজদ্রবসু মণিপুবীশিংনা মফমদুদা যাম্না লেমজনা, নাৎকী শক্তম ঙাক্কুনা, ইজ্জৎকা লোযননা মাঙলোমদা চঙশিল্লি হাযবা খঙবদা ঐদি ওম্বোক্লা পেঞ্জে।

ফনা থেঙজিল্লক্লে। কাযনবমদাই মতম যৌবে। শৈশকপা বাণাকুমাবনা হাবমোনিযম পাযদুনা নুংশিগ্রবা ববীন্দ্র সঙ্গীত অমা শক্কুনা বিদায পীনবে। ঐনা হাযজে- -"মযাম্না ঐঙোন্দা পীবিবিবা নুংশিবা, ইকাইখুম্নবা অসি ঐনা কবিনা লমন শিংগনি'? মণিপুবদা লাকপিযু ঐনা অদোম্মু তবাম্না ওকচবমগে"। অমনা ফাগীওই-কবিওই--"মণিপুবদা বোম ঙহাক লৈতনা পোকখাযবিবদু ফহনবিখো, লৈত্রকান্দা লাক্কে।" হাযবকখি। খৎন-চৈনবা, হাৎন- শুনবগী, অফম্পাগী

ৱা কযা, নুপীবু শবাক তম্বগী ৱাফমশিংদা মখোয নুংনাংবা পোকপা হৌনশানি, ঈ মবী ওইবনিনা।

মযাম হন্নখ্রে। নুমিদাংগী চাক্লেন চামিন্নবা চন্দ্রকলানা মথেল থোংদুনা টেবলদা থেল্লে। চাক চামিন্নবিঙৈদুদা একে শেবামদা অমুক ঐনা ৱাবী মখা হংঙি-- মণিপুবীশিংনা বাংলাদেশতা খুন্দাবগী মতাঙদা। ঐনা হায-- ঐখোযনা খঙবদি চহী তবেৎ খুন্তাকপদা মণিপুবগী প্রজাশিংনা সিলেটতা চেন্দুনা লৈখিবদগীনি হাযবসিনি। ইংকুমজা (১৮১৯-১৮২৫) গী মতমনি।" একে শেবাম্না হাযর্বদি "মদুগী মমাঙদগী খুন্দাবা হৌবে" অসিনি। মানা ইবা খোমজীনবা ৱাবেংগী লাইবিক 'অতোপ্পা লৈবাং' দগী লংলা-লংজীন খর্বদি ফংবা ঙম্লে। মদুদা ওইনামগী মৈহৌবোন পুবাণগী ৱা যাওবি। মদুদগী খঙর্বদি চহী ৩৬০ বোমগী মমাঙদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী (১৫৯৭-১৬৪২) মতমদনি হাযবসিনি। মচীন-মনাও চীংশোম্বা অমসুং শানোংবা অনীগী মবক্তা হি কাযবগী ৱাথোক্তগী কন্না মূক্লবক্লুনা লৈবাক ৱাথোক ওইবকখি। শানোংবনা তবফ লৈবাক তম্না লাক্লুনা তবফকী বাদশাহগী মতেঙ লৌদুনা নিংথৌগী মথক্তা মণিপুবদা লান্দাবকখি। তবফ অসি হৌজিক্কী বিশগাঁওসিনি। অদুনা বাংলাদেশতা মণিপুবীনা খুন্দাবসি খাগেম্বগী মতমদগী ওইবা যাই ফোঙদোকই।

সিলেটতা লৈবিঙৈদা ঐ খবব অমত্তা পাবক্তে। ইংবাজীদা ফোঙবা খবব উবক্তে। বাংলা লোনগী খবব খবা একে শেবাম্না লৌই-- সিলেট, ঢাকা অদু নত্তবা অমসু উই। থোইনা যেংনীংলুদে। মবমদি ঐ বাংলা হৈতে। হৌজিক্তা নীংঙম্মক্তে। ঐবু পোকপা পাবুং বেঙ্গলী হাযস্কুলগী ওজানি। ঐগী ইবুং-ইপ্পাশিং বেঙ্গলী হাযস্কুলদা তম্লকই। অদুনা মখোয বাংলা লোন খঙঙি। ঐদি তম্ফাম্না গার্লস স্কুলদা তম্লকখি। বাংলা লোনদু খঙবদগীনি ঐগী ইপ্পা বাজেন চোংথাম্না নিহাবঞ্জন গুপ্তনা ইবা দিতেক্তিব নোবেল 'কালোভ্রমব' গী ভোল্যুম মবিদু মণিপুবী লোনদা হন্দোক্লুনা মণিপুবী সাহিত্যদা খুদোল তম্বা ঙমখিবদু। মহৈবোইশিংনা ঙল্লিবমখৈ লোন মযাম তমশিনবা ফৈ। লোন যাম্না খঙবনা অতৈ মীশিংগা নকশীন্ননা নুংশিননা লৈবা ঙমগদৌবিবনি। লম কোযথোক-কোযশিন্দা হেন্না খুদোং চাহল্লি হাযবসি ঐঙোন্দা ফাওবকখি।

শ্রীগোবিন্দগী খোঙ্গুল লীবদা ঐহাক বাংলাদেশকী ভানুগাছ যৌবকখি মথংগী নুমিৎতা। ভেন অমা তোংদুনা একে শেবাম, থোকচোম ওংবী শান্তিবাণী, থা ইবেম্মা যাওনা সিলেটতগী খোঙশাল্লে অযূক অঙনবদা। গাড়ী যৌবিবদু

নহানি। বহমন কৌই। মাগী গাডী থৌবিবা খৃৎথৌদুদা তোংলিবশিং ঐখোয কোক ঙাওনবে। স্পিদ ব্রেকবদসু গ্যাব হন্থবগা থৌদে। অদুনা গাডীদ ফন-ফন চোংঙি। ঐনা হিন্দী লোনদা হায-- "নঙগী গাডী খৃৎথৌদু লাল্লে। ঐ ৱা খবা হাযগে তাও। ঐহাক গাডী থৌবা হৈবনি। অদুনা ঐগী ৱাসি লৌশিল্লু।" মহাক তৃমিন্না তাশীল্লি। ৱা ঙাঙদে। মখোযদি বাংলা লোল্লি। হিন্দী লোল ঙাঙবা অমত্তা থেংনদে। মহাক ঐগী ৱাদু খঙব্রা খঙদব্রা খঙদে। অদুবু মহাক তপথনা, ভাব-মেন তানা গাডী থৌবে।

(৪)

সিলেটতগী ভানুগাছ যৌবদু পূং অনী মখাযবোম চঙঙি। লন্বী চৎপদা নাকল যেৎলোম-মাযবোমদা লৌবূক লমহাঙ উই। অযাম্বা লৌবৃক্তা হৱাই উবী যাম্না হৌবা উই। হৈকোল লৈকোল লৈহৌই। খবা চৎলগা গাডী খাম্মী। মৈতৈমচা অমা কাবকই, মমিং খোইবোম ইন্দ্রজিৎ- একে শোবাম্না হান্না পাউ পীবদগীনি। খবা চৎলগা অমা অমুক কাবকই। মফমদু কদাযনো খঙদে। থুনা মখা চৎথবে। ভানুগাছকী বাণীবাজাব যৌবে। মার্জিৎ মহাবাজনা মফমদুদা লৈবম্মী অমসুং মফমদুদা মহাক নোঙ্গাখি হাযবদুগী মতাঙদা খবদং খঙনীংদুনা বাজকুমাব কীর্ত্তিজিৎকী শঙ্গাযদা যৌশিল্লে। শ্রীবাজকুমাব কীর্ত্তিজিৎ সিংহ মহাবাজ মার্জিৎকী



*ভানুগাছতা লৈবিবা বাজকুমাব কীর্ত্তিজিৎ ওর্ফে অঙৌম্বা (চহী ৮২, মার্জিৎ মহাবাজগী মঙাসুবা শুথাং) গা অইবীগা ৱাবী শাবা*

মঙাশুবা শূথাঙনি। মযাম্না মহাকপু অজ্ঞা হাযনা মিঙ্গৌনৈ। মহাক্কী অতোপ্পা মিংলেন্না বাজকুমাব অঙৌস্নানি। মহাক চহী ৮২ শুবে। অহল ওইবে।

ঐহাক্না অজ্ঞাদা ভক্তি কৎলদুনা ঐনা লাকপগী মবম হাযজবে। মচা ইবুংঙো বাজকুমাব সুবোজিৎ অমসুং মমৌ ইবেম্মগসু উনবে। ৱাবী-ৱাতায শানবে। অসুম্না তাকপিবকই-- "মার্জিৎ মহাবাজনা অহানবদা সিলেটতা লৈবম্বনি। অদুবু মফম অদুদা লৈবম্বদগী লৈবা নুংঙাইতে হাযদুনা ভানুগাছতা মৈতৈ যাম্না লৈবা মফমসিদা লাক্নুনা লৈখিবনি। ভানুগাছকী বাণীবাজাব হাযবিবা মফমদুদা মৈতৈ তাবা খুল অনী অহুম লৈবি। নিংথৌনা লৈবম্মী হাযবা মফমদুদা অচৌবা ফৃবা-দলাল, পক্কাগী যুমনচিংবা লৈতে। বাজকুমাব কীর্ত্তিজিৎ সিংহনা লৈবিবা ইঙ্খোল অদুদা চেক্না শাবা যুমথক যাওদবা তেক-কাযববা যুম অমা লৈ। মদুদি নীম শুংনবগী বৃতিশনা শাবা যুমনি হাযনা বাজকুমাব কীর্ত্তিজিৎনা ফোঙদোকই। চেক্কী তেক্লুবা যুম অদুগা লোযননা ইতিহাসকী ওইবা মণিপুবগী নিংথৌশিংগা বৃতিশকা লৈনবা মবীগী মতাঙদা ৱা কযা ফুমদুনা লৈবি। মদু থিজিনবগী মথৌ তাবি। নিংথৌ অমনা লৈবম্বা শঙ্গাযবু অদু ওইবা যাত্রা ঐনা খল্লকখি। ভানুগাছতা শ্রীগোবিন্দ লেঙথবম্বগী প্রমাণ ফংদে। তৌবগীদি লৈকাযদুদা লাইগী মন্দিব লৈ। বামন পূখ্রীসু লৈ। অজ্ঞা কীর্ত্তিজিৎনা লৈবিবা ইঙ্খোলদু পীকই। ক্কা পান্বী কোযনা হৌই। যুমদু ইনেম নেমনা জীর্ণঘনা কৃপ্পনি। শূমাঙগী মখাথংবা শরুক্তা নৌনা শাবা মন্দিব অমা লৈ। ফল্লাংদা পাখংবা অমসুং শিব মহাদেবগী শক্তম যাওবি। মন্দিব মনুংদা মহাবাজ মার্জিৎনা পাযবম্বা থাঙশাংদু লৈবি হায। অখন্নবা নুমিৎতদা মন্দিবগী থোঙ হাংবনা মদু উবা ফংলক্তে।

মার্জিৎ মহাবাজ ভানুগাছতা অবোইবা যাহিপ তানখি। নীলকুঠি হাযবা মফমদুদা মহাবাজগী মংদা শাবা ফৃবা অদু মতম কুইনা মণিপুব নিংথৌগী অৱা-নুংশিগী ৱাবী লীদুনা লৈবম্বনি। অদুবু মতমগী ঈচেলদা ঈশিং চাউবকপা অমদা চেন্থখিদুনা ঈবোন্নুংদা লূপখ্রে হায।

ঐনা ভানুবিলদা চৎপা নুমিৎতুনা ২০।১।২০১২ নি। ইবাবত ভবন্দা লমদমদুগী মীওই খবা নুপা-নুপী পূন্না যাওবা সভা অমা শীল্লি। মদু ইন্তিগ্রেতেদ মৈতৈ এসোসিযেসন (ইমা) না শীনবনি। সভা হৌদ্রিঙৈদা ইবাবত ভবন নাক্তা লৈবা বামনগী ইমুং অমদা ইদোম চঙশিল্লুই। ইঙ্খোলগী চঙফমদগী কোম্থোঙ ফাওবদুদা ক্কা পান্বী পবেং অমা হৌই। অদুদগী লেপ্লুনা যেংখিবদা তামলপ্পা মৈতৈ খুল অমা লৈ। ইঙ্খোলদুদা চঙশিনবদা চাউববা মাণ্ডপ অমা লৈ।

মাণ্ডপকী মতাই অমদা জগবন্ধুগী কাং অমা ঈনশিন্দুনা লৈ। মন্দিব থোঙ লোল্লি। লাইগী সেবা খবা ঙল্লিমাল্লে। বামনগী যুমদু জীঙঘনা কৃপ্পা পিক্তকপা অমনি। মী অতৈ উদে। ঐনা ইঙ্খোলদুদা কোযচৎ চৎতুনা যেংঙি। মনীংলোমদা চঙশিনবদদি নুপী অমা লৈবন্মী, ইঙ্খোল শৃদুনা। মহাক মীযায়নি, চহী ৪৪/৪৫ বোমগী মাল্লি। মী পিক্তক তৌই। ফিদোন চিংখৎলি। ফি ইন্দে।

ঐবু উবদা মহাক্লা ঙক্লা যেংঙি। ঐনা ঐ ইশাবু শক তাক্লগা ৱাবী শাবা হৌই। মানা কোইবিবা ইঙ্খোলদুদা হঙ্গাম, কোবী, হৱাই থবাক ফৈদোম মচা মচা হৌবি। হৱাই উবীসু, ফদিগোমসু। সনাবৈ খবসু শাৎলি। ইঙ্খোলগী মতাইদুদা চাউববা চাজেনবী শনবী অমা লৈবিবদুদসু মানা শজীক থাবী। ঐনা লেপ্পা লেপ্পা মাগা ৱাবী ঙহাক শানবে। মহাক গুকময়ুম ইবে শর্ম্মা কৌই হায। মঙোন্দগী মাণ্ডপ্পুদা চৎথবিবা লাই লাৎপা, কাং চিংবা, ঝুলোন কৎপা, মহাবাস শান্নবগী মতাংদা খবসু খঙজিল্লে।

ঙহাক্কী তুংদা লাকমিন্নবা ঐখোয ইবে শর্ম্মসু যাওনা ইবাবত ভবন্দা চঙলে। ফজখ্রবা চীং-লেমখ্রবা জননেতা ইবাবতকী মূর্ত্তিদুনা ঐবু কৌশিনবগুম খঞ্জবে। মূর্ত্তিদুগী হোজঙদা লৈশাবী মচা খবনা লৈ হাপ্লবা যেন্দায পাযদুনা লৈবন্মী। যেন্দাযদগী লৈ লৌদুনা জননেতাদা লৈ কৎনবে মথং-মথং। ঐসু জননেতাদা লৈ কৎতুনা খুকুমজবে। ভবনদুদা মূর্ত্তি খিল্লিবদুগী মতাংদা খবদং



*বাংলাদেশকী ভানুবিলদা লৈবিবা জননেতা ইবাবতকী মূর্ত্তি মনাক্তা অইবী*

খঙলকপদি-- জননেতা ইবাবতনা খৃ: কুম ১৯৩৬ তা মন্দলেদা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাদা শকক যাকববা তুংদা ভানুবিলদা থুংলখি। মাগা লুনা তিন্নজবা মব্দপ যূম্নাম কৃষ্ণচন্দ্রগী যূমদা মহাক লৈবমখি। তুংদা কৃষ্ণচন্দ্রগী মচাইবুংঙো শম্ভুবতননা মাগী ইখোলদগী ফূবা শানবা লমদু কৎথোকপনি। ফূবা অদুগী যাত্রা হুনবদি ইংকুম ১৯৯৭ তা মণিপুবদগী বাংলাদেশতা মণিপুবী সাহিত্য সংসদকী ২২ শুবা চহীগী মীফম যাওবা চৎপদা শ্রীনীলবীব শর্ম্মা শাস্ত্রীনা বেদ মন্ত্র শোন্দুনা পূজা তৌবগা যাত্রা হুল্লম্বনি। যাত্রা হুনবদুদা ওজা এলাংবম নীলকান্ত, দা থোকচোম ইবোহনবী অমসুং বাংলাদেশকী মণিপুবী সাহিত্য সংসদকী মেম্ববশিং, যূম্নাম শম্ভুবতননচিংবনা শকক যাখিবনি।

ঙসিদি মফমদুদা ফজববা ফূবা অমসুং মূর্ত্তিদু লৈবে। ভবনগী অকোযবা কম্পাউন্দদুদা লৈকোল অমা শেমগৎলে। মদুদা ফজববা আতবগুলাপ অমদি লৈ মখল কযা শাৎলি। মদু ইমা ওর্গেনাইজেসন্না থৌদাং লৌদুনা শেমগৎলিবনি। মদুদা লাইব্রেবী অমসু লৈবে। বিল্ডিং মনুংদা শেখ মজিবুব বহমন অমসুং মচাইবেম্মা শেখ হসিনাগী ফোতো থেৎলি। আলমিবা খবদা লাইবিক লৈ। মী ফম্নবা টেবল-চৌকি লৈ। লাইব্রেবীগী কা মনুংদুদনি সভা অমা শীল্লিবদু। নুপা-নুপী যাওনা মী ২৫ বোম তিল্লি। নুপীনা মশীং খবা যাম্মী। ঐনা বাংলাদেশতা মৈতৈ নুপী কবম্না লৈবিবগে- - মখোযগা ঐহাক উনজনীংঙি হাযবদগীনি একে শেবাম্না শীনবিবনি। অদু নৎত্রবদবু ঐনা নোংমা ঙহাক চৎলুবগা মখোয মযামদুগা উনদুনা ৱাবী শাবগী খুদোংচাবদু কদাযদগী ফংবা ঙম্লুগদগে'?

সভা হৌবে। ইমাগী মেম্ববশিংদা ঐনা ইজবা লাইবিক খবা পুবকপদু খূৎশিন্নজবে। ইমানা ফোঙবা লাইবিক খবসু ঐঙোন্দা শিন্নবিবে। ঐনা ইমাগী লাইব্রেবীদা থম্নবা শিন্নবম্না লাইবিশিংদি-- তাবো ৱাবীসে শিনাইগাং, আকাশি গঙ্গাগী তোর্বান্দা, শিজ লাইওবী অমসুং মহাবাস, খুবোই হাওবা লমলাংতোং; দি কলচবেল হিস্তবী ওব মণিপুব, পর্বৎকে পাব, মণিপুবী সংস্কৃতি অমসুং মণিপুবী নুপীনচিংবা লাইবিক তবামাথোইনি। ঐনা ইবা লাইবিক অতৈসু লৈবি। অদু লোইনা পুবকপদি যাম্না লূম্বনা এবোপ্লেন্দা পুবকপা যাখিদে। ইম্ফালদগী এবোপ্লেন্দা পুবকপনি। খবনা ত্রিপুবাদা লমযানবা লাইব্রেবী অমসুং মণিপুবী সাহিত্য পবিষদতসু খবা শিন্নবল্লে।

ইমা (ইন্তিগ্রেতেদ মৈতৈ এসোসিযেসন) না ঐঙোন্দা পীবকখিবা লাইবিকশিংদি- - মৈবাগী ৪৫ শুবা মশীং (অনীশুবা ইন্তবনেম্নেল কনফবেন্স

ওন মণিপুবী লিতবেচব অমসুং কলচব ২০১১); মঙলান- জননেতা হিজম ইবাবতকী ১১৫ শুবা মপোক কুমওনগা মবী লৈননা পুথোকপা) কোপি ১০, শাযোন (অনৌবা খোৰ্জেগী পন্দুপ অহানবা চেফোঙ, দিসেম্বব ২০১১), একে শেবামগী বসন্ত কুন্নিপালগী লৈবাং অমসুং মহাক্না মণিপুবী, আসাম, ত্রিপুবা, মেঘালয, বাংলাদেশকী কবিনা ইবা কবিতা খবা খনগৎলগা বাংলা লোনদা হন্দোকপা লাইবিক 'অন্যস্বব' নি।

সভাদুদা শরুক যাখিবশিং খবদি–হামোম খুন্দগী হামোম প্রমোদ, ভানুবিলদগী শান্ত খুমন, সমবজিৎ কৈশাম, কৈশাম থম্বালজাও, লৈচোম্বম বাজকুমাব, উশম বীবেন, থাংজম নবীন, তেজাগাওদগী লাইশ্রম শৈলতন, থোঙাম বিবেন, সিলেটতগী একে শেবাম লোযননা মফমদুগী মৈতৈ খুলদুদগী লাকপী ইবেম্মশিং অমুম্না, সনাতোম্বী, মহিতা, বীতা, সাবিত্রী, ইবেচা, লখিতোম্বী, সন্ধ্যাবাণী শর্ম্মা, ইবে শর্ম্মা, বিজযন্তি, শৌদামিনী শর্ম্মানচিংবনি।

মযামগা শকখঙ-মাযখঙনবে। মযামদা ঐনা ৱাফম খবা হান্না হাযজবে- - ঐনা বাংলাদেশতা খুন্দাদুনা লৈখ্রবা ঐখোযগী পাবী-পুবীগী ঈ মবী ওইবা ইচীন-ইনাওশিং, ইবুংঙো-ইবেম্মশিং মতৌ কবম্না লৈবিবিবগে খঙজনীংবগীৱাফম কযা ঐনা ফোঙদোকচবে। সভাদা তিল্লিবা নুপাশিং, নুপীশিংগী মাযকৈদগী মোত কযা ফোঙদোক্লবে। অৱা-নুংঙাইগী ৱাবী কযা শানবে।

খঙবা ঙম্লকখি, বাংলাদেশতা মৈতৈ তাবা খুল খূদিংদা লাইশঙ, মাণ্ডপ লৈ। ভানুবিলদসু চাউব-চাউববা মাণ্ডপ অহুম লৈ মদুদা হোলি সংকীর্ত্তন, কাং চিংবা, ঝুলোন হৈবা, জগোয বাসনচিংবা পাঙথোকই। মৈতৈ নাৎকী ওইবা চৈবাউবা, নিঙোল চাক্কৌবা পাঙথোকই। নুপীশিংনা ফোঙদোকপদা জগোয বাস শান্নবদা পোৎলোই মশীং যাম্না লৈতবনা খুদোংচাদবা মাযযোক্লবি। পোৎলোই লৈতবনা লুহোংবদা কন্যানা ফনেক মযেক নাইবী শেৎলগা হোঙবা কযানি।

(৫)

মণিপুবগী মপাল লমদা মৈতৈ নুপীনা নাৎকী শক্তম ঙাক্তুনা, চৎনবী ঙাকপদা চাউনা থৌদাং লৌদুনা লৈহৌবদুদা ঐঙোন্দা ওম্বোক্না নুংঙাইজে। মখোযনা নাৎকী ফীজোল শেৎ-ইল্লি। যূম্ন লূনা-নান্না থম্মী। যেনখা মাঙ্গোল লূনা-নান্না থম্মী। ঈক-মাযথজবগা, অশূবা ফি শেৎতুনা চাক থোংঙি। মনুং অচৌবা চঙলুবগা ফি লূপথোক্তুনা, ঈকজবগা চঙবা তাই। ইমুংদা খোঙউপ

তোংদুনা চঙনদে। মপান্দা থম্মী। অসি পূম্নমক অসি মমাংঙৈদা ইপা-ইপুনা তম্বিবম্বা লূ-নান্না লৈনবগীদমক অমাং-অশেংগী মিংদা চৎথনবম্বনি। মদু ঙসিসু মপাল লমদা লৈবিবা মণিপুবী নুপীশিংনা চৎনবীসি ঙাক্তুনা থম্লি। লোযননা মীযাম্না মখোযবু ইকাইখুম্ননা লৈহৌবি। নুপীশিংনা ফোঙদোবকপদগী খঙবদি মফমদুদা মৈতৈ যূম্নাক ৭০ বোম তাবি। হান্নদি ফনা যাম্না লৈবম্বনি। মণিপুবদা চৎখিবসু যাওবে। মফমদুদা লৈবিবা মাগুপশিংদা হবাও-কূম্মৈ কযা তৌই। মফমদুদা শামু ফাবা লীলা শান্নখি। লীলা অতৈসু মবক-মবক্তা শান্নে। মান্দপতা শীংলূপকী লাইবিক তাবা, তর্পন চাক পীজবা, ঈশৈ ফাংনবনচিংবসু চৎথৈ হায।

ইমাগী মেম্ববশিংগা ৱাবী অমুক শানবে। ঐনা ফোঙদোক্লম্মী-- ইমানা কলচবগী মিনিস্ত্রীদা পোৎলোই শাবগী মবমদা ৱার্কশোপ অমা পাঙথোক্লবগী প্রোজেক্ত অমা থাগৎপিযু। থা অমগুম্বা ৱার্কশোপ অদু তৌবদা মণিপুবদগী পোৎলোই শাবা শেম্বা হৈবা মীওই খবা মণিপুবদগী লাক্লগা মফমসিদা লৈবা মীওই খবদা তম্বিববদি মখোযনা শোযদনা তুংদা পোৎলোই শাবা ঙমগনি। নুপীশিংনা পোৎলোই লৈতবগী অৱাবা থেংনবিবসি লৈববোই। ঐগী সজেসনদু ইন্তিগ্রেতেদ মৈতৈ এসোসিযেসনগী মেম্ববশিংনা তবাম্না লৌশীলহৌই।

ৱাবী শানবিঙৈদা থেঙজিল্লক্লে। নুংথিলগী পূং ১ তাশিনখ্রে। চাক্লেন চাবা মতম যৌবে হাযদুনা পাউ তাক্লবে। মফমদুদা মযামগী চাক শীল্লি হাযবা ঐদি হান্না খঙদে। মখোয খবনা মাঙ থাদুনা ইবাবত ভবনগী নাক্তা লৈবা যূম অমদা মখোয মবী-মবী চঙশিল্লে। ইমুংদুগী যূম্নুবেম্বী ইবেম্মদুনা মথেল-লূকোয লাঙদুনা থনল্লে। মৈতৈগী ইনশাং-- লফূ ইবোনবদা তোনিংকোক থাকপা, হৱাই থোংবা, কেবী শাক, ঙা থোংবা মথেল কযাদু যেল্লে। মাঙ্গোলদুদা পূখম থাদুনা মযাম চামিন্নবে। মৈতৈ নুপীগী গুণ চেল্লিবা থোং-থাকপা হৈবী ইবেম্মদু থাগৎলল্লগা ঐখোয মফমদু থাদোক্লমখি। মযাম্না ঐবু কোম্লোং ফাওবা থিন্দোকপিবে।

অদুদগী ঐখোয মঙ্গে মখোঙদা চৎকদবনি হায। অদুবু মঙ্গে মখোঙ যৌদ্রিঙৈদা যূম অমদা অমুক চঙলে। শূমাঙদা ফক থাদুনা ফম্মিন্নবে। একে শেবামদি সংসদকী মী খবা উনদুনা প্রোগ্রাম খবা চৎথনবা ৱাবী শাগনি হায়দুনা চৎখি। ঐনা মফমদুদা লৈবিঙৈদুদা নুপা-নুপী খবসু ঐগা উনগনি হায়দুনা ফনা যাম্না লাকখি। ৱাবী যাম্না শানবে। ৱাবী শাবদুদা যাওববা নহা অমদি কুচু মুনবং তৌই। মাযথোংদা নোকমি- নোকমি তৌই। মহাক্তু মফমদুগী বাংলা লোনবা মী ওইববোই নীংলুই। মহাক্লা মণিপুবী লোনদা ফজনা ঙাঙদুনা মশাবু মশক

তাকই। মহাক মণিপুবী মুস্লিমনি। মহাক্কী হৌবকফমদি মণিপুবনি। মাগী অহন-লমন্না চহী তবেৎ খুন্তাকপদা মফমদুদা লাঞ্জেন্দুনা লৈবকখিবনি। কয়াদা নুংশিখ্রবনো! চহী তবেৎ খুন্তাকপদা মণিপুবগী প্রজাশিং মৈতৈ, মৈতৈ পাঙল, বিষ্ণুপ্রিয়া যাওনা মীবমদা লাঞ্জেনখি হাযবদু খংনীং নীংশিংহল্লি।

মথংদা ঐখোয মঙ্গে মখোঙদা যৌবে। চাউববা মাগুপ অমদা নুপী ২০ লোম তিন্দুনা লৈবম্মী। মখোযদু মৈবা পাযবীগী মেম্ববশিংনি হায। মদুগী প্রসিদেন্তনা সৌদামিনী শর্ম্মনি। মহাক্তি ইবাবত ভবন্দা ঐগা নুপীশিংগা উনবা অদুদা যাওবনি। মফমদুদসু মহাক্না লুচিংদুনা লৈবল্লে। মখোয়না ঐবু ঙাইদুনা লৈবম্মী। মখোযগা ব্রাবী-ব্রাতায শানবদগী খঙভি-- নুপীশিংনা নেশাগী মাযোক্তা চঙশিনবগী খোঙজঙদা মৈবা পাযবী ওর্গেনাইজেসন শেমগৎলকপনি। মণিপুবদা চৎথবিবা অসিগী নমুনানি। মখোয মেম্বব ফনা যাম্না লৈবে হায। মখোযনা থা অমদা লুপা ২০/২০ খাযনবগা পুন্না থমজিল্লি। মদুনা মাগুপ অদুদা চহীগী ওইনা শান্নবা মহাবাসতা কৎলি ফোঙদোকই। মখোয়না ঐঙোন্দা হংঙি মৈবা পাযবী সংস্থান অসিগী মেম্ববশিংনা শেঙ্খোক লৈননবা কবি থবক লৌখৎপা যাবগে? যাম্না শাংনা খন্নবগী মতমদি লৈত্রে। ঐনা মখোয়দা হাযবম্মী— সেল্ফ হেল্প গ্রুপ শেম্নগা মৈতৈগী ফি-বোল শাউ। লোযননা সেল্ফ হেল্প গ্রুপ কবম্না শেমগৎকদগে হাযবসু খবদং হাযবম্মী। মখোয হান্নদি সেল্ফ হেল্প গ্রুপ শেম্বগী মবমদা খঙলমদে।

নুমিৎ থেঙথবক্লে। সিলেট যৌবদদি পুং ২ হেন্না চঙগদৌবিবনি। মখোযনা ঐবু ফনা শাংনা কৈথেল লৈবিবা মফমদু ফাওবা থিন্দোক্লকই। ঐবু নুংশিনা বিদায পীবকখি।

ঐখোযনা ভানুবিলদগী হল্লকপদদি ঐদি চোকথবনা তপ তাবে। মফম মবি-মঙাদা নুপীশিংনা ঐবু নুংশিনা তবাম্না ওক্লম্বদুদা ভাষণ ফবদগীনি ব্রাবিবদু। নুপীগী যাইফবা, শক্তি হেনগৎহনবদা পামজবা ঐনি। ঐনা একে শেবামদা হাযজখিবনি- - "বাংলাদেশতা লৈবা মৈতৈ নুপীশিং উনজগে, মখোযগা ব্রাবী শানজগে, খবা শীনবিবম্মু ।"

নুপীশিংদুনা ঐঙোন্দা উৎলকপা ব্যবহাব, নুংশিবা অদু কবম্না পাউদমগনি? ঐনদি খল্লুই মখোযদু পূমওন ওনখ্রবজাংলা? অদুগদি মখোয়দুদি মৈতৈগী হৌনলোনচৎ, ব্যাবহাব খঙবী ঙাক ওইবল্লে। মখোযনা মৈতৈ ফনেক শেৎতুনা, মোইবাংফি ইন্দুনা, চন্দন ফজনা থিন্দুনা ঐবু ওক্লম্মী। মখোযনা

শাবনি হাযদুনা লেংযানফি অমা ঐঙোন্দা যানশিল্লকই। অহল ওইববা ঐঙোন্দদি মখোয়না খোঙ শোক্লা খুকল্মী। কযাদা ফজখ্রবা ব্যবহাবনো! মণিপুবগী অহল ওইববী নুপী অমনা মখোযবু উনবা লাক্কনি হাযবদুদা মখোযনা শোযদনা উননীংমাল্লে। অদুননি মখোয়না থব্রায অদুক যাওবিবদু, ঐবু তবাম্লা ওকখিবদু। মখোযনা ব্লাহং কযা হংলকখি ঐঙোন্দা। ঐনা পাউখুম কযা পীখি। মখোযনা বাংলাদেশতা মণিপুবগী মপাল লমদুদা মণিপুবগী কলচব ঙাক্কুনা থমহৌবি। নাংকী চংনবী ঙাকপদা নুপীনা অচৌবা থৌদাং লৌই হাযবসিদি মযাম্না খঙনবিবনি। ফিজেৎতগী মী অদুগী নাংকী মশক তাক্লিবনি। নুপাশিংগী ফিজেৎতি লম অমগা অমগা ইমান মান্নে-- খোঙ্গ্রাও ফৃবিৎনি। নুপীগী ফনেক্লা মণিপুবগী মৈতৈগী নাংকী শক্তম খঙহল্লি মীযামদা। ফিজেৎ-চাকচা, যৃল্লে-কৈবৈ হাযবসি ওঙ্গোক্লা লুখ্রবনি।

হন্দক ঐনা ত্রিপুবাগী নাবাযণ খামাবদা মেজব চোংথা মিযাগী চহী ১০৫ শুবা নীংশিং থৌবম যাওবা চৎপদা নোংমা-নীনি মৈতৈ খুলদা মৈতৈ মবক্তা লৈবকই। মফমদুদা লৈবা মণিপুবীশিংনসু নাংকী শক্তম ঙাক্কুনা লৈহৌবি। মখোযনা জাৎ তিন্নদবদা লৌন-লৈনবা তৌদবনা নুপী কযা অমদি মযৃম পান্দনা লৈহৌবসু থেংনৈ। বাংলাদেশতসু নুপীশিংনা নাংকী ফিজেৎ, ফি-বোল শেৎ-ইল্লি। অশেং-অমাংগীদি ত্রিপুবাগীনা খবা হকচীল্লি। নুপীশিংদুনা শিন্দুবদি নম্মী। মী লাকপদা ক্কা পুখোক্কুনা সেবা তৌই। মৈতৈগী চংনবোল ব্যবহাব ঙাক্কুনা লৈহৌই।

ঐনা বাংলাদেশতা লৈবী মৈতৈ নুপীশিংগী মবমদা খবদং খঙলকপসি একে শেবামগী লোযনবী চন্দ্রকলাদগীসুনি। নোংমা-নীনি মাগা লৈমিন্নবদুদগীসু মৈতৈ নুপীগী শক্তম ফনা খঙজিনবা ঙল্লকখি। মহাক শৈশকপীনি হাযবসি হান্না খঙবা নত্তে। মানা ঐখোযগীদমক চাক-ইনশাং থোংলিঙৈদা ঈশৈ ঙংবা তায। ওঙ্গোক্লা নুংশি খোল্লে চুম্না শকই। ঐনা হায- "ইবেম্মা, ঐনা হন্দ্রিঙৈদা নোংমদি নঙগী ঈশৈ তাগনি। নখোযগী লৈকাযদা লৈবিবা নুপীশিংনা কাংদা, ঝুলোন্দা, বেদিওদা শকপা ঈশৈদু ঐবু তাহল্লু।"

(৬)

ঐনা ভানুবিলদগী হল্লকপদা নুমিদাংগী পূং ৭ হেল্লে। মখোযগী দ্রোইংকুমদা নুপী মযাম অমনা ঐবু ঙাইদুনা লৈবল্লে। চন্দ্রকলানা কৌবল্লিবনি মখোযদু। মানা হাযবল্লিবনা ঐনা ঈশৈ শক্কনি তাবো লাও অসিনি। ঐনা হাযবদি

মখোযগী ঈশৈ তাগে হাযবনি। যাদ্রে। ঐদি ঈশৈ শকপা হৈবা নত্তে। অদুবু মতাং অদুদদি ঐ ঈশৈ শক্তবা যাখিদ্রে। কাদুদা হার্মোনিযম, মন্দিলা, গিতব অমসু লৈ। গিতবদুদি মচানুপাগীনি খঙিং। মাদি যাওদে। মখোযগা ঐগা অসুম্না যানবে নখোয অমুক শক্লো, ঐসু অমা শক্লগে। ঈশৈ ফাংনবদা তাখ্রে। মখোযনা অহানবা শকপা ঈশৈদু থোকচোম অনিল কিষননা লেংবনি। শৈশকপীনা চন্দ্রকলানি। অদুবু নুমিৎতুদদি মখোয পূন্না শকমিন্নবে। শৈবেংবা অনিল কিষনসু লাক্তুনা ঐখোযগী লক্তা ঈশৈ তাববে। ওহ্নোক্লা নুংঙাইশ্রবা, ইনিল নিনবা সন্ধ্যা হাযবদু ওইখবে। ঈশৈদুদি--

নুংশিজেনে বাংলাগী অনৌবা শক্তম  
কাউজদেনে বাংলাগী নীংথিবা শক্তম।  
চোংঙা তেনৱাগী চাক্তাবা লমদম  
ঋতু তকক্লা লৈতেংবা লমদম,  
দোযেল শ্যামাগী ঈশৈনা নৌবিবী  
নুংঙাইনা তূম্লি লৈনাদা শমদ্রেম্বী।  
থৱাম্মিচাক্লা ঙাল্লি অহীংদা  
অযূক্তা হূম্লি অঈংবা নুংশিৎ,  
শনশেননহাগী বাঁসীগী খোঞ্জেল  
নুমিদাংৱাইদা তাবা ফংগনি।

মথংদি ঐগী পালি তাবে। ইকাযখাঙদগী ঐ ঈশৈ শকপদা মতাখ্রে। ঐগী পাবুংনা তম্বিবা ঈশৈ-- লাইগী ভজন, ববীন্দ্র সঙ্গীত, মবৈবাক নীংবগী ঈশৈ খবদি ফাবি। ঐবু পোকপা পাবুং চোংথাম বেনুধব সিংহ বেঙ্গলী স্কুলগী ওজানি। মহাক্লনি ছাত্রশিংদা ববীন্দ্র সঙ্গীত, বন্দে মাতবম, জন গন মন তম্বিখিবা। হার্মোনিযম পাযদুনা ঈশৈ ফজনা শকই, সিতাবসু খোংঙি। পাবুংনা ঐখোয ইচীন-ইনাওশিংদা হার্মোনিযম খোংবা, তবলা যৈবা, সিতাব খোংবা, ববীন্দ্র সঙ্গীতনচিংবা তম্বিবম্মী। অদুনা ঐগী ইচীন-ইনাওশিং লোইনা হৈ। ঐদি ইহৈ হৈহৌদে। অদুবু সন্ধ্যাদা মবক-মবক্তা ভজন খবা, আবতিগী ঈশৈনচিংবা খবা যূমদা হার্মোনিযম পাযদুনা ঈশৈ শকপা যাওই। যাম্না হৈবা নত্তে। অদুবু নুমিৎতুদদি হার্মোনিযম পাযদুনা ঈশৈ শক্কে। মখোযনা শকপা ঈশৈগী পাউখুম ওইনা শকপদু ঐনা তম্ফাম্না স্কুলদা তম্লিঙৈদা ঈশৈগী ওজা অমুবনা ছাত্রী ঐখোযদা তম্বিবা ঈশৈদুনি।

"হৌগৎলসি মৈতৈ নুজা, যাহৌনখ্রে ঙম্না
জগৎকী নুপী পূন্না যাহৌনখ্রে ঙম্না
চাওখৎপগী থাক্তা।
মখোযনা কবি হেনবগে
ঐখোযনা কবি ৱাৎপগে
মণিপুব ইমানি।
সতী কন্যা থোইবী, বব্রুবাহন পোক্লিবী
মণিপুব ইমানি।
মখোযনা কবি হেনবগে
ঐখোযনা কবি ৱাৎপগে
মণিপুব ইমানি। হৌগৎলসি

"ঐনা হাযবে- - তস ! কমদৌই। মযামদু খূবাক খূনবে। নোকমিন্নবে, নুংঙাইবা ফোঙদোক্লবে। মথংদা মখোযগা পূন্না নত ঈশৈ অমা শক্লে। ঐনা অমুক শক্লে ভজন অমা

"ফৃইনা হৌবা নোংগুম্মী, মুনা বাশি লৈবনি
সৃস্তি প্রলযগী মপূ হা গোবিন্দ
লৈতেংবা থানিল চাম্মনা লৈতেংবা
জগৎ জীব লানফমনি ।

ঐখোয পূন্না অমুক খূবাক্না তাল থামিন্নদুনা শক্লে জননেতা ইবাবতকী মীযাম্না পাম্লববা ঈশৈ- - থাঙ্গোল অদু মযা থাঙভু থৌনা পূর্মনিল নিল্লে। কৱালি ফাংনবদু ঙাযবে মথং-মথং ঈশৈ ফনা যাল্লে শক্লবিবা। ভাবোক ওইবম্বা থাইবেম্মদু প্রেম পোক্লমাল্লে ঢাকা ১০০ চৎপী অমা থাবে ঈশৈদা। চন্দ্রকলানা অমুক পুথোবক্লে চাননবা অচাপোৎ, চা, পানা। মখা শকথবে ঐনা হৈজবা বিদ্যা পূম্নমক পুথোক্লুনা -- সন্ধ্যা গৌবীগী ঈশৈ, বঘুপতি বাঘব বাজা বাম. বৈষ্ণব জনতো তেনে কহিযে মখোযনসু কযা অমা শক্লে। ফনা থেঙজিনখ্রে পূং ১০ হেনখ্রে। অফাও শাবদা হনুবী ঐসু দম লোইবে। কবিদি উপায লৈবি" মৈতৈ নুপীশিংদু উনগে লাকপনি মখোযনা হাযবদু ঐনা ইনবা তাবনি।

চাক-ঈশিং চাবা লোইবে। নোংযাই যৌবে। হযেং অযূক্তি পূং ৬ তা ত্রেন্না হনগদবনি। ফি-বোল যোল্লিঙৈদা পূং ১ তাখ্রে। তূম্না যাগন্দবা ঐদি পাক

তূমথবা যাদ্রে। ঙহাক উবোন তৌকবদা ঙাযবি, মসজীদতগী আজান লাউবকপা তাবে। মসজীদ মবি-মঙাদগী ওইমাল্লে— পূমনিল নিল্লি. অল্লাহু অকবব— অল্লাহু আকবব, সুব নাইনা ফজনা শকখ্রে। মসজীদতা চঙদুনা লাই খুকুমজগে নীংজবনি। মতম্না তেনখিবনা মদুগী খুদোংচাবদু ফংলকখিদ্রে। আল্লাহনা চানবিদ্রববা'? ঐনদি থাজজে ঈশ্ববদি অমত্তনি। মাগী মিংলেন কযানি। পন্থুংদি অমত্তনি। আজান লাইশোন তাবদা নীংশিংলকই- - মণিপুবদসু ইবুধৌ সনামহীগী শঙলেন্দগী পেনানা যাকৈবোল শক্লম্লগনি। ঈশ্বব মাগী তৌঙম্বা শক্তি, মগুণ, মফম খূদিং শীন-থুংনা লৈবা, পোক্লাইদবা, শিনাইদবা মহাকপু পূক্লীংদা খুকুমজবগা অদুম হৌগৎলে। চৎনবা শেম-শাবে।

কাযনবমদাই মিকূপ্তুদদি খঙহৌদনা পূক্লীং নৌথবকখি, পি ইবা চেল্লকই। চন্দ্রকলানা ঐঙোন্দা খুকম্মী। ঐনা মাবু কোনশিনবিবে। নুংশিনা চূপ্লিবে মখজাইদা। অনিল কিষননা ঐঙোন্দা-- "ইচে ঐ লৈহৌবগে" হায। মচেগা মৌপ্পাগা নুংশিনা বিদায পীনবে। একে শেবাম্না -- ওজা ঐ লৈজহৌবগে হাযদুনা মখূৎ লোন্নৈ। ইবুংঙো মাইস্লাম বাজেসনা ঐবু অখৌডা ফাওবা থিল্লকখি। ত্রেন তোংদুনা হল্লকখি। ত্রেন্না লাকপদা ষ্টেসন অচৌবা থেংনদে। চন্দ্রকলানা অহিং তূমদমখৈ মখূৎনা থোংদুনা হাপ্লকপা তল, সবজী, হলৱাদু ত্রেন মনুংদা বাজেস, থাইবেম্মা ঐখোয অহুম চামিন্নবে।

বাংলাদেশতগী নীংশিং খূদোলপোৎ খবদং লৈদুনা পুবকনীংখি। মমাংগী নুমিৎতু ইবাই নুমিৎনি। মুস্লিম ইচীন ইনাওশিংগী লাই খুকম্বা নুমিৎ ওইবনা দুকান থোঙ হাংদে। অদুনা পোৎ অমত্তা লৈবক্তে। অদুবু বাংলাদেশতা লৈহৌবিবা ঐখোযগী ঈ মবী ওইবিবা ইচীন-ইনাওশিং, মৈতৈ চনুবাশিংনা পীবকপা থম্মোযগী নুংশি খুদোলশিংদুনা ঐগী মতম চূপ্পগী ওইনা নীংশিং খূদোল ওইহৌবে।

# বাংলাদেশতা বাসেশ্বৰী পালা

## (১)

চেংলৌ হেনবী পদ্মানা ঐবু যাম্মা ৰাবৌখি। পদ্মা মহাত্তি কবি গুৰু ৰবীঠাকুৰনা নীংথিবী, কেজ-নৌজবী শকহেনবী নুজাগুমই শৈথাবমলিবনি। চীংনিংথৌ হিমালযদগী চেন্থৰক্লগা গঙ্গানা বেঙ্গল যৌবকপদদি ঈচেল অনী থোক্লা চেল্লে ভগীৰথী অমসুং পদ্মা হাযনা। পদ্মানা চেন্থখিদুনা বাংলাদেশ যৌখি। বাংলাদেশতা ঐনা পাবীপুবীগী খোঙ্গুল লীবা খৃ কুম ২০১২ দা চৎলুবা অদুদা মাগা উন্নৰমদে হাযবগীনি পদ্মানা ঐবু ৰাবৌবিবদু।

পদ্মানা হংলি - খঙদ্রববা মচা-মশূ ওইবিবা নখোযনা মণিপুৰগী অবোইবা নীংতম লান, খোংজোম লানগী কমাণ্ডৰ মেজৰ চোংথা মিযানা অবোইবা যাহিপ তানখিবদু তখেল লৈবাক্কী নাবাযন খামাব ফাওদুনা চেল্লিবা শিনাই তুবেল তোর্বান্দনি হাযবসি। পৃকচেল তপ্লবী ঐগী ইনাওনুপী নুংশিজবিবী শিনাইগাংনা খোংজোম লানগী অথৌবদুগী চিতাগী উৎ অদু পুবদুনা মচেম ঐগী নাক্তা যৌবকখিবনি। ঐখোয় অনীনা খৃৎশম্নদুনা নীংতম লাম্মীদুগী চিতাগী উৎ অদু ঈপাক নিংথৌ সমুদ্রদা খৃৎশিন্নখি। পৃকচেল চাউবা মহাক্লা মেজৰ চোংথা মিযাবু মথান্নুংদা কোনশিনবীখিবনি।

ঐনা হাযজে হে নীংথিবী পদ্মা, ৰাবৌবীনু। ঐ নংগী নাক্তা লাকচখিনি। নঙোন্দা তৌবীমল খঙবা উৎচবখিনি। নংদি বাংলাদেশকী লেমজনিংঙাই

ওইবীনি। মতিক মযাই লৈবীনি মীনুংশি চাউবীনি। বাংলাদেশ ইবৈবাকচাগী থৱায ওইবিবীনি। লবুক্তা মহৈ-মবোং চুমহনবীনি। নঙগী ঈপাক্তা লেমলৈনা জগোয শাজবনি। হিবোইশিংনা নৌগী তাম্বাদা ঈশৈ শক্লা শক্লা হিহোন্দুনা মাগী মাগী শেন্দাল লম্বী ফংনবিবনি। থাগৎচবি নহাকপু। খোংজোম লানগী কমাণ্ডববু নতম্বাক্তা পমদুনা সমুদ্র যৌনা থিনবীবগী। নঙনা নীংশিংহল্লে নৌহৌনা চোংথা মিযাগী নিংঙমদ ৱাবীদো, খোংজোম লানগী ৱাবীদো। নংনা যৌকৃবা মফম খুদিংদা ৱাবী অসি লিবীবস্মু হাযজবি।

বৃটিশ সম্রাজ্যদা নুমিৎ তাদে হাযনবিবা পাঙ্গল্লবা বৃটিশনা নীংতম্বা লৈবাক মণিপুববু মখোযগী খুবামনুংদা থম্লবগী লাল্লোংদা মণিপুবদা লান্দাবকখি, লাম্মী লীশিং অমগা, বোম তোপকা লোযননা লেপটনেন্ট সি এস গ্রান্টনা লুচিংদুনা। মণিপুবগী ওইনদি মেজব পাউনা ব্রজবাসি, মেজব চোংথা মিযা অনীনা লুচিংদুনা খৃ কুম এপ্রিল ১৯, ১৮৯১ দা সিপাহী ৪০০ দংগা বোম তোপ নোংমৈ যাওদনা থাঙগা তাগদা লোযননা বৃটিশকা লাম্বেংনবা চঙশিনখি। পল্লেলদগী খৃ কুম ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৩দা মেজব পাউনা ব্রজবাসি লানদা তুবে।

খোংজোমদা লান শোক্লবদি খৃ কুম ১৮৯১গী এপ্রিল ২৫দনি। মৈতৈগী লুচিংবনা মেজব চোংথামিযানি। বৃটিশকী কমাণ্ডবনা কেপ্তেন বন্দলনি। বোম তোপকী লাম্বাদা শিবনি খঙলবা মৈতৈ লাম্মীনা নীংহন্নদনা লাম্বেংনখি, চঙজখিদে যেক্লবদা। মৈতৈ লাম্মীগী ঈতনা খোংজোম তুবেল ঈগী তুবেল ওইবকখি। ঈ তৈববা মী মকোকশিং লৈমাযদা থবো থবো ওল্লকখি। মৈতৈ লাম্মী ২০০দি লানফমদুদা সহিদ ওইখি। বোম তোপ মবক্তুদা মেজব চোংথা মিযানা চোংশিল্লকই মমা লৈবাক্কীদমক মথৱায কৎলগে লেপ্লদুনা। মাগী হকচাংগী মফম অহুমদা নোংমৈনা পাল্লে, মশাদগী লেপ্তুনা ঈখেং শিম্থবি। লানফা ওইববা চোংথা মিযাদো বিচাব লোইদ্রি ফাওবা কৈশুমশঙদা থমখি। বিচাব চথ্ববদা মথৱায কনবীনবা হাযজখিদে, পীনিংবা দণ্ডি পীযু হাযখি। ভিক্তোবিযা মহাবানীগী মথক্তা লালহৌবগী মবাল শিদুনা ফাসিঁগী হুকুম থোকখি। কোনথংদা ফাসিঁ হুকুমদু ককতুনা পৃস্পিচুপ্পা জিলা খাবিজ থাখি আন্দামান নিকোবব ঈথৎতা, খোংজোম লান্দা হিংহৌবা মীওই ১২ গা লোযননা। মখোযবু কালাপানীগী সেল্লুলব জেলদা থমজিনখি খৃ কুম ১৮৯১দা। চহী ৫গী তুংদা খৃ কুম ১৮৯৬ তা জেলদগী থাদোকখি। অদুবু মানা নুংশিজবা, মাগীদমক মথৱায থাগে নিংজবা মমা লৈবাক মণিপুবদদি চংহনখিদ্রে। চোংথা মিযানা মতম খব বৃন্দাবনদা লৈখি। চহী তবেৎ খুন্তাকপদা মণিপুবদগী তখেল লৈবাকতা চেন্দুনা লৈখিবা চোংথাম শাগৈগী

মাগী মবীমতানা কৌথোক্তুনা তখেলগী নাবাযন খামাবদা লৈমিন্নখি। সিনাই তুবেল তোর্বান্দা মহাক অবোইবা যাহিপ তানখিবনি।

(২)

নীংতম্ববু মমল লৈনা লৌজবা চোংথাদো অহল মতম ওইবক্লবদা মানা নুংশিজবা মমা লৈবাক মণিপুবদি উজবা ফংদ্রবদা মীৎলু পিবাং শিন্থনা ৰানা পূন্সি লেনখি। কপচখি মানা থম্মোয থুদুম শুদুনা। তেংথাজখি অসুম্না -

হে ইমা মণিপুব' অশংবা ফিজোল থোল্লিবী,
চীংদোল মাপলনা পল্লোন খাবিবী,
ইমা নঙদি যেংলু যেংলুবা খুদিং
মীৎযম হোংবা যাদবী, পূক্লীং শুমহৎপীনি
চীংদা চৎলে নুংশিজৈ
তমদা যেংলে মফজৈ।
লোক্তাকনা মিংশেল ওইবিবী
কোবৌনা চীংযা থাংবদা
তমযানা কোবী চেনবদা
হানৌ মবক্তা কাওবেলনা শজীক চাহৌবা
নোংজাবীলক্তা উবোক পাইহৌবা
ইনুংশোবা তৈবদা,
কোবৌনা ক্লাঙ্গ্রাননা খোঙদোইবকপদো
নচানা কবম্না কাউবসিগে'?
উজনীংবা নুংশিবা মাযথোঙদো
নুংশি নুংশি শোঞ্জবতা মঙাযবে
ইমা নঙনা নুংশিনা নাওকোনবীবকপদো
নতম্বাক্তা চেন-চোংদুনা শান্নজবকপদো
ঙসিদি নচা ঐ পাঙ্গল থোক্তবেদো।
ৰাবীগনু পলেমও নচাগীদমক্তা
ইমা নঙগী নাক্তগী তাম্না লৈবসু
শিনাইগাংনা নুংশিনা কোনবীবি মাগী মশাইগোন্দা
কাউজবোই অপোকপী ইমা মণিপুব
মথংগী লাংওন্দা নচা ওইনা পোকচগে
ইমাগী সেবা তৌজগে
পীনবীযু ইমা তোল্লবা নচাদা।

বাংলাদেশতা পদ্মাগা উনবগী, পূকমেন পাউমেন্নবগী তাঞ্জা অমা খৃ কুম ২০০৩ দা ফংলে। মদু ঐবু উদযাপন পবিষদনা বাংলাদেশতা সংস্কৃতিগী সভা অমদা শকক যাবনবা বার্ত্তন তৌবকপদগীনি, বাসেশ্ববী পালাগা লোযননা। ঐদি মদু নুংশিববী ইমা বাংলাদেশনা কৌবকপনি খঞ্জবে। ঐগী অহানবগী বাংলাদেশ খোঙচৎতুদা যৌনীংবা মফম কযা, উন্ননীংবা মীওই কযা উন্নবা ফংলকখিদে। হন্দক্কী খোঙচৎসিদদি অনীংবদু খবমখৈদি ফংলনি, সুবমাগসু পুকমেন পাউমেনজবা ফংলগনি খনবদা ঐহাক নুংঙাইবা পোকচৈ।

উদযাপন পবিষদনা ঐখোযবু বার্ত্তন তৌবকপদগী মবমদি বাংলাদেশতা লৈবিবা মণিপুবী ইচীন-ইপ্পা, ইচা-ইনাওশিংগা ৱাবী-ৱাতাই শান্নবকখিবা ঐনা খৃ কুম ২০১২ দা, বাংলাদেশতা পাবী পুবীগী খোঙ্গুল লীবা চৎলুবদা, মখোযদগী খঙলকখি। মখোযনা মফমদুদা লৈবকঙৈদগী মণিপুবগী চৎনবোল ব্যবহাব, লাইনিং-লাইশোন, উৎসব কুম্মৈশিং যোকখৎতুনা লাক্লি হাযবসি। মখোযনা মণিপুবী লোন, সাহিত্য যোকখৎনবসু কন্না হোৎনবি। কবি সমেলন, সাহিত্যগী খন্নৈনবা সভা পাঙথোকই। মদুদা মপাল লমদগী মী কযা কৌদুনা শকক যাহল্লি। সংস্কৃতিগী থৌবম কযাসু শিন্দুনা মণিপুবদা বাংলাদেশকা সংস্কৃতিগী, ইতিহাসকী লৈনবা মবী চেৎশিনহন্নবগীদমক্তসু থৌবম কযা লাংলিবনি। অদুনা সিলেটকী মফম কযাদা লৈবিবা মণিপুবীশিংগী মীহুৎশিংনা উদযাপন পবিষদ হাযদুনা কলচবগী ওবগেনাইজেনসন অমা শেমগৎতুনা কলচব যোকখৎপগী থবকশিং লৌখিৎলি। পবিষদতুগী মকুওইবা মীওই খবদি মোইবাংথেম ক্ষিব সিংহ, কাংজম বিবাজ সিংহ, গুকমযুম অশোক শর্ম্মা, থোকচোম অনিল কিষন সিংহ, মৈনম মনমোহন সিংহ, থোকচোম অরুন সিংহ, ৱাই নৃপিন সিংহ, তাওবেম বানাকুমাবনচিংবনি। এ কে শেবামনা কনভেনবনি। মখোযননি ঐখোযবু বাংলাদেশতা লাক্লবা বার্ত্তন তৌবকখিবদু।

ঐগী খৃ কুম ২০১২ গী বাংলাদেশ খোংচৎতুদা মফমদুদা লৈহৌবা ইচীল-ইপ্পা, অহল লম্মনশিংগা ৱাবী-ৱাতাই শান্নবকপদগী খঙবদি বাংলাদেশকী মণিপুবী তাবা খুলশিংদা থাযনদগী চৎনবকপা লাই লাৎপা, চহীগী ওইনা কাং চিংবা, ঝুলোন হৈবা, জগোয বাস কৎপা পাঙথোক্লি। চৈবাউবা, কাং শান্নবা, নিঙোল চাক্কৌবা, যাউশঙ কুম্মৈ পাঙথোক্লবি, চাকচা-হৈজানবা চৎথবি হাযবসিনি। অসিগুম্বা নাৎকী ওইবা থৌবমশিং জগোয ঈশৈ, নুপী পালা, খূবাক ঈশৈ, বাশক ঈশৈনচিংবা অসিগী মতাঙদসু ৱাবী শানবকখি। বাসেশ্ববী

পালা হাযবা মণিপুবগী নুপীগী ইহান হানবা সংকীর্ত্তন পালা অসিগী মতাংদা ঐনা ব্রাফম খবা হৌদোক্লুবদদি মফম অদুগী মীশিংনা ইখঙ খঙনবমদে। বাসেশ্বৰী পালা হাযবসি ফমশকলা, বাশকলা হাযনা হংবসু যাওবকখি। মতাং অদুদা ঐনা ইজবা লাইবিক শীজ লাইওইবী অমসুং মহাবাস, অদুগা বাসেশ্ববী পালাগী পবম্পবা হাযবা লাইবিকসি পাবিনবা পীজবনি। অদুম ওইনমক পাবদুনদি উদনদি খঙজিনবা যৌদে, হাযনবিবনি, Seeing is believing ঐনা ব্রাফম অমা হৌদোকচবম্মী– "বাংলাদেশতা সংস্কৃতিগী উৎসব অমা পাঙথোকপিবো। মদুদা শরুক যাবা বাসেশ্ববী পালাগী তিম অমা লাকচগে, বাসেশ্ববী পালা সংকীর্ত্তন শকচগে।"

ঐনা হৌদোকপা ব্রাফম অদু মযাম্না যানীংলে। মযাম্না খঙবিবিবনি– বাসেশ্ববী পালাদি মী ৫/৬ না শকপা যাবা নত্তে। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী অগ্রহদা পাঙথোকপদদি মীওই চাম্মবোম্না যৌগল ফংলিবনি। মসিগী মবর্মদি বাসেশ্ববী পালা অসি বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা বিম্বাবতী, তুংদা শীজ লাইওইবী হাযনা খঙনবী অসিনা হৌদোক্লম্মনি। খৃ ১৭৭৯ দা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবদা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা নুমিৎ ৫ নি চুপ্পা মহাবাস জগোয কৎখি। অহানবা ওইনা মহাবাস জগোয হৌদোকপদুদা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা বিম্বাবতিনা চহী ৮ দা ঙাযবিঙৈদা বাসেশ্ববী ইবেম্মগী শক্তম লাংখিবনি। অদুদগী হৌনা মহাকসি শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা কৎথোক্লবীনি। মহাক্না লৈশাবী মপূং-মবৈ ফাবক্লবদা নুপীগী ওইবা সংকীর্ত্তন পালা অমা লিংখৎতুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌজনীংখি। মতমদুদদি নুপীশিংনা অদুম্না তৌবা যাবম্বা নত্তে। মপাবুং মহাবাজদা হাযজদুনা নিংথৌনা ব্রহ্মসভা তান্নদুনা বাসেশ্ববী পালাসি লিংখৎখিবনি। মসিদা শীজিন্নবিবা নদিযা বাগ হাযবা বাগসি তোপ-তোপ্পনি। মচাইবেম্মা বিম্বাবতীনা ঈশৈ হল্লগা কার্ত্তা শাগৈগী সনা, লৈমনা পালা ওইদুনা পাঙথোকখিবনি। পালানা কর্তাল পায, লেপখৎতুনা বাগ হৌই। ফমথবগা অমুক সংকীর্ত্তনগী বিধি নিযম মতুং ইন্না ঈশৈ শল্লগা মবক্তা অমুক চালি জগোয মতেক অমসু শাই। পালাগী ফীজোলদি ফনেক মপান নাইবীনা ফিদোল চিংখৎতুনা শেৎলি। ফৃবিৎ লীৎতে। লীক-কোন শিদুনা লৈতেংঙি। ইন্নফি অপাবা ইল্লি। পূং যৈবনা থামেন চৎপা ফৈজোম শেৎলি। সনা খৃজী মপোপ শি, খৃদাংদা তাল শিহল্লি, কোযেৎতা লমথাং খৃৎহৎ যেৎলি। মসিগী মবমদি অহানবদদি নিংথৌনা, নিংথৌ মচাইবুংঙোশিংনা নদিযা বাগগী পূংসি যৈবম্বদগীনি। মসিনা নুপীগী ইহান হানবা সংকীর্ত্তন পালানি। অসিগী তুংদা নবসিংহ মহাবাজনা মযাম্বুং ইবুংঙো গম্ভীব সিংহ মহাবাজ লৈখিদবগী

শ্রাদ্ধ কর্মদা সেবা ফংনবা নুপী পালা অমা লিংখৎলি। অদুগী তুংদা শ্রীগোবিন্দগী জলকেলি থৌবমদা সেবা ফংবদগী জলকেলি পালা হাযনা খঙনখি। মসিনা অনীশুবা মণিপুবগী নুপীগী সংকীর্ত্তন পালানি। মসিদি ফমশক্তি, বাগ মচা হৌই, মন্দিলা শীজিন্নে। হৌজিক্তি মণিপুবদা নুপী পালা, খূবাক ঈশৈ, বাশক ঈশৈ, হোলি পালা কযা লৈবে। অহৌবদি বাসেশ্বরী পালানি। উপাল অমগী মকদগী উপাল অতৈ শন্দোবকপগুম্বনি। অহৌবা লৈত্রবদি মযায মথং মথং কবম্না শন্দোক্কনি। চহী ২০০ হেল্লবা বাসেশ্বরী পালা অসি ঙসিসু পালাগী বাগ, শৈশক, ফীজোল, নীতি-নিযম মপোপ কাযদনা, পবম্পবা ঙাক্লা চৎথবি। হাযবিবা বাসেশ্বরী পালাসিনি বাংলাদেশতা পাঙথোক্কদবা।

বাংলাদেশতা চৎপদি পাক হেক যাবা নত্তে। ফোবেন কন্ত্রি অমদা চৎপনিনা পাসপোর্ত তঙাইফদনা চঙঙি। চৎকদবা মীশিংনা পাসপোর্ত লৌননবা হোৎনবদা যাম্না ব্রাখি। কবিনা মণিপুবদা পাসপোর্ত লৌফম লৈতে। যামদ্রবদা গৌহাতিদা চৎপা তাই নৎত্রগা কোলকতা, দিল্লীদা। মদু লৌনবা চৎথোক-চৎশিনগী বসতা নৎত্রগা ত্রেন্না নৎত্রগা এবোপ্লেন্না চৎপা তাই। হোতেলদা অহীং লেক্কনা লৈবা তাই। মণিপুবদদি হাযব্রে বন্দ তোযনা তৌই। পুলিস ভেবিফিকেসন তৌবা তাই। পাসপোর্ত ওফিসতা হেক্তা চঙবা যাদে। খবা থুহন্নীংলবদি ফৌমাযচাবীগী খূৎথাঙদা লৌনবা হোৎনবদা পৈশা যাম্না চংঙি। নোর্মেল প্রোসেসতা চৎথববদি মতম শাংনা চংঙি। অতেনবা মতমদা ফংনবা হোৎনদুনা মী ২০ মুক্কী পাসপোর্ততি ফংলে। মীওই খবগীদি অদু ব্রাৎলে অদা ব্রাৎলে হাযদুনা পাসপোর্ত ফংবা ঙমদদুনা বাংলাদেশতা চৎকনি হাযদুনা হান্নন এবোপ্লেন তিকেৎ কক্লবদু মাঙদুনা লৈহৌবে।

ইম্ফালদগী ত্রিপুবা ফাওবা এবোপ্লেনগী তিকেৎতি কক্কনা হান্ননা থম্লবনি। ঐখোযনা বাংলাদেশ চৎকদৌবিবা মতমদু বাংলাদেশতা ঈবাং যাম্না লৈ। বন্দ তৌই, মীশি-মীনা যাম্না থোকই। ভাবতকী প্রসিদেন্ত প্রনাব মুখর্জীনা ঢাকাদা চৎপদা বোম পোকখাযবা থৌদোক থোকই। অদুগী তুংদা বাংলাদেশকী প্রসিদেন্ত মো জিল্লুব বহমন লৈখিদে। নুমিৎ হুম্নি বন্দ অমুক তৌই। অসুম্না অকি-তুজুং থোক্লিবা মতাঙদুদা বাসেশ্বরী পালাগী নুপীশিংদুনা চৎপা চুন্লোই চৎলুনু হাযনা ঐখোযদা মীওই কযানা নুংশিনা হাযবিবকখি। কলচবগী উৎসব অদু মতম খবা যৈথোকসিবা হাযদুনা উদযাপন পবিষদকা পাউ ফাওনৈ। মখোযসু পাখৎপা যাওবিবনি। অদুবু লাইগী কৃপা যেংলসি হাযদুনা চৎপদা লেপ্লে। তাং ১৯।৩।২০১৩

ইংদা ইম্ফালগী তুলিহল এযাবপোর্ততগী ইন্দিগোগী ফ্লাইতনা ত্রিপুবাগীদমক খোঙশাল্লে।

(৩)

এবোপ্লেন মনুংদা কাউঙগ্লবোইদবা থৌদোক অমা থেংনবে। ঐগী সিত নম্ববদু ২৬ A নি। মতাইদা ফল্লে প্লেনগী মনীংব্রাইদা। মী ফম্মবা লোইবে। মতাংদুদা মশা ফশ্রবা নহা ওইবিবা নুপা অমা হোবে-হোবে এবোপ্লেন্দা কাখৎলকই। মাগী মুনা লংবা ফজশ্রবা খোঙউপ বুত অদুনা ঐগী যেৎথংবা খোঙনাওবীদা চবেৎ নেথৎপিবে। নামনশ্রদুনা 'অযো' হাযদোকখি। নুপাদুনা মদু তাবিবনি, উবিবনি অদুবু ব্রা অমফাও হাযবমদে। ঐসু শাউনীংলদুনা হায- - "নহাক্লা লম্বী চৎফমসিদা চৎত্রদুনা কবম্না ঐগী খোঙসিদা নেৎলিবনো'? নহাক্লা মী অমদা শোকহল্লগা সোবীদসু হাযবম্মুনা, নঙবু কবম্বা মীনো'?" মহাক হন্নদি যেংলকই। মৈতে ঐখোযগী চৎনবীদদি মী অমদা খোঙনা খুৎনা শোক্লুববদি লাইবক কৎনবিবনি। ইপা-ইপুনা তম্বীবম্বনি। ঐ লাল্লে হাযবিবনি। ঐখোযগী নাৎকী কযাদা ফজশ্রবা লমচৎ-ব্যবহাবনো ! মতাং অসিদা শ্রীঅবিবম শ্যাম শর্ম্মানা ফোংদোকখিবা ব্রাফম অমা নীংশিংলকই— নুমিৎতু এসোসিযেসন ওব প্রেমিযব স্তেট কলেজ সিনিযর্স, মণিপুবনা তাং ১৬।৩।২০১৩ ইংদা শীনবা ফেলিসিতেসনগী থৌবম অমদনি। এসোসিযেসনগী পান্দমদি For old values fraternity and good causes হাযবনিনা এসোসিযেসন অসিগী মেম্বব ওইবিবা ঐখোয অহুম্মু তবাম্না ওকপগী থৌবম অমা পাঙথোকপনি। ঐঙোন্দা অখিল ভাবতিযা হিন্দী সেবী সজ্ঞথন্না "মানদ উপাধি সাহিত্য সাগব ২০১২" পীবকপা, জি তোম্বা শর্ম্মদা সাইন্স পোপ্যুলবাইজেসনগী "নেস্নেল সাইন্স অৱার্দ" পীবকপা, এস সনাহনবী দেবীনা ভেতবান এথলেতিক্সতা "গোল্ড মেদল" ফংলকপদা এ পি এস সিগী মেম্ববশিংনা ঐখোযবু ফেলিসিতেসন তৌবনি। মেম্বব অমসু ওইবিবা শ্রীঅবিবম শ্যাম শর্ম্মানা নুমিৎতুদা ফোংদোকখিবদু ঐবু নহাদুনা নেথৎপিবদুগা চুনখ্রে খল্লি। অজ্ঞানা ফোংদোকখি— ঐখোয অহল ওইববশিংনা হৌবক্লিবা অঙাং, ইচা-ইশূশিংদা থকশি-খাশি, থৌগল্লোন ব্যবহাব তম্বিগদবা যাম্না লৈবি। হৌজিক্কী নহাশিংনা মথক থোংবা অহলশিংদা নং-মা হাযনা শীজিন্নবিবসি ঐখোযগী চৎনবীদদি খুবা, তাদ, মাম্মা, ইনে, ইন্দোল হাযনা ব্যবহাবগা লোযননা মিংগৌনবিবনি। ঐখোযনা ইশূশিংদা তাকপী-তম্বিগে হাযদুনসু মখোযগা লোযনবা ফংদ্রে। অঙাংদু অযূক ঙস্তা ত্যুসন

চৎখিনি, স্কুলদা অমুক হল্লক্লগা হোম রার্ক। মী অযাম্বনা পীক্লিবা অঙাংবু লংফৈদা লাইবিক তমহন্নবা থাদোকখি। মখোযদু লাইবিক্তি হৈবক্লগসু ঐখোযগী চৎনবী, ব্যবহারদি খঙদ্রে। অদুনা মবম ওইদুনা তুংগী মীরোলনা ঐখোযগী কলচববু ঙাক্তুনা থম্বা ঙমগদৌবিব্রা হাযবসি খন্নবা যাবনি। শ্রীশ্যাম শর্ম্মগী মমল যাম্লবা রাহৈশিংদুনা ঐনা প্লেন মনুংদা অনাবদু খাঙবদা মতেং পাংবীবে। আগরতলাগী এযারপোর্ত যৌবদা ত্রিপুরাগী নাবান খামাবদা লৈবী মৈতৈ চনু হৈক্রুজম গন্ধেশ্বরীনা গাডী পুদুনা ঐখোযবু ওক্লম্লে। হান্না শীন্দোক্লখিবনি। মাসু যাওনা ঐখোয পূন্না বাংলাদেশতা চৎমিন্নদৌবিবনি। ঐখোযনা ত্রিপুরাগী জগন্নাথ বাড়ীদা নুমিৎ নীনি ভিষা লৌনবগী পন্দুনা লৈবকখি।

ঐখোযনা থুংলুবা মফম আগরতলাগী জগন্নাথ বাড়ীগী মতাংদা খরদং পল্লবদা মসি শ্রীচৈতন্য গৌড়িয়া মঠনা যেংশিন্দুনা লৈবিবা মন্দিরগী মীথুংশঙনি। মন্দির অদুমক্তি খৃ. ১৯০৬ তা ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাধাকিশ্বর মানিক্য বহাদুরনা লিংখৎলম্বনি। মদু যাম্না খৃৎ হৈবা শিল্পকাবনা নীংথিনা শাবনি। মন্দির অমসুং মসিগী মশাইগোন্দু যেংবদা ওম্থোক্লা ফজখ্রে। মন্দির অসিবু যেংশিনবা, মসিগী থবক-থৌরম শীন-লাঙবগী থৌদাংনা শ্রীচৈতন্য গৌড়িয়া মঠ, আগরতলা ব্রাঞ্চনা পাংথোকই। তশেংবদি মঠ অসি বনমালিপুরদা লৈবা বৈষ্ণব ভক্ত অদুগা মশামক্তি কনত্রেক্তর ওইবা গোপাল দেনা কন্না হোৎনদুনা গৌড়িয়া মঠ অসি বৈষ্ণব ধর্মবু শন্দোক্লবা, নৈননবা ওইনা লিংখৎখিবনি। হৌজিক্তি মসি রেজিস্তার রোদী অমা ওইবে। মীওই কযাগী মতেংগা লোযননা মন্দির অমসুং কেম্পাস অদু নীংথিনা শেমগৎলে। তোঙান-তোঙানবা মফমদা লৈকোল, পুখ্রী, গোশালা, ভোজনালয, লাইব্রেরীনচিংবা, অবাকপা মীশিংগী মীৎযেং চিংশিনবা অশাবা লাইগী মূর্তিশিং লৈবি। হৌজিক্তি মসি চুম্নগী ধর্ম্মগী ওইবা মফম অমা ওইবদা নত্রে ত্রিপুরা রাজ্যগী হেন্দোক-থোইদোকপা তুরিস্ত সেন্তর অমা ওইবে। মফম অসিদা মীওই কযানা নুমিৎ খুদিং লাক্তুনা অরা পোৎথানফম ওইনবি।

অবাকপা মীশিংগী পুক্লীং চিংশিনবা জগন্নাথ বাড়ীগী শক্তম অমদি চন্দন পুকুরসি অমনি। পাক-চাউখ্রবা পুখ্রী অমগী মযাযদা মন্দির মচা অমা লৈ। মদুদা রাধাকৃষ্ণ লাৎলি। পুখ্রী মপানগী রেলিং যুম্বী মখোঙদা অশাবা মূর্তি কযা থল্লিবদুনা খুৎ লোন্নদুনা তবাম্না অবাকপশিংবু কৌশিনবগুম্মী। পুখ্রীদুদা চাবিবা চাউব-চাউববা ঙাশিং লৈবিবদুনা নুমিদাংগী মৈঙালদা চাবিবদু মীথুংশঙদা লৈবিবশিংনা যেংনৈ। অরা পোৎথানৈ। অযূক ঙন্না হৌবগা পুখ্রীগী অকোযবদা পবিক্রমা

তৌদুনা হকচাং শাজেল ওইনৈ। মন্দিবগী নাট্য মন্দিবদনা লাইগী পূজা পাঠ কীর্ত্তন অযুক্তা অমসুং সন্ধ্যা মতমদা চৎথৈ। কনানা পাঠ তৌই। কনা অমনা কীর্ত্তন শকই। নুংথিলদা স্কুলগী ওজাশিংনা মহৈবোই নুপামচা-নুপীমচা কয়া পুদুনা লাকই। মন্দিব অদুদা লৈবিবা মফমশিং, লৈকোল, চন্দন পুকুবনচিংবা যেংহল্লে।

জগন্নাথ বাডীগী মীথুংশঙগী চাউববা কা অমদা বাংলাদেশতা চৎকদৌবিবা ঐখোয পূন্না লৈমিন্নবে। ওহ্মোক্লা নুংঙাইখ্রবা, নীংশিংনীংঙাই ওইবা খোঙচৎনি। তোঙান-তোঙানবা লৈকাইদা যূম পাল্লবী কার্ত্তা শাগৈগী নিঙোল ২০ দূ কা অমত্তদা লৈমিন্নবা ফংবদু মনুংঙাই অমনি। অমগা অমগা ৱাবী শানৈ-- অৱা-নুংঙাইগী, যূমগী থবক চিনবা থাদোক্তুনা লাকপগী, যূমগী মচাশিং, অহল-লমনশিংগী ৱাবী মখল কযানি। ঙন্তা হৌগৎতুনা ঈরু-মাযথজবগা লাইগী দর্শন তৌই। আবতি কৎপা যাওই। ভজন শকই। নুমিৎ নীনিদু মন্দিবগী ভোজন শঙলেন্দা লাইগী প্রসাদী ফংমিন্নবে। ঐখোযনা মফমদুদা লৈবিঙৈদা অমজুগী প্রসিদেন্ত এ মোবী অমসুং মেম্বব বক্লেশ্ববী গোস্বামী ঐখোযবু উনবা লাকখি। মখোয জর্নৈলিস্তশিংনা ত্রিপুবাদা পাবী-পুবীগী খোঙ্গূল লীবা লাকপনি হায। বাসেশ্ববী পালানা



বাংলাদেশতা চৎনি া মণিপুব অমসুং বাংলাদেশতা লৌববা মণিপুবীশিংগী কলচবগী মবী চেৎ হন্নবগীদমক্লি ঐখোযনা পাউদল্লে। ঐনা মখোযদা ৱাকৎ অমদি থাঙ্গৎলি— "মিদিযাগী মীওই নখোয়না খবা ইবিযু, মণিপুবদা পাসপোর্তকী ওফিস হাংবিনবা, ঐখোযনা থেংনবিবা অৱাবসি হস্তহন্নবা।

ত্রিপুবাদা নুমিৎ নীনি লৈবিঙৈদুদা মফম খবদা চৎতুনা যেংবগী তাঞ্জা অমসু ফংলে। ভিসা লৌবগী থবক্তুদি 'মরুপ' চেফোঙগী এদিতব বাজকুমাব তরুনজিৎ সিংহদা শিন্নবে।

ত্রিপুবাগী কোনুং অমনবদু জগন্নাথ বাড়ীগা নক্লনা লৈ। মদু যেংবা চৎলে। কোনুংদুবু যেংশিল্লিবী, শেন্নবিবী নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী বাণীশিংগী সেবাদা লৈবক্লবী মীবা দেব বর্মনগা উনদুনা কোনুং মনুংগী কাশিং যেংলে। মীবাগী কাদা ঐখোয় ঙহাক ফমদুনা ৱাবী শাবে। মানা থল্লিবা কোনুংগী, নিংথৌগী, মহাবাণীশিংগী, নিংথৌ মচাশিংগী, মচাইবেম্মশিংগী ফোতো পুখোবক্তুনা যেংলে। ফোতোশিংদু অলবম অমদা হাপ্লসু নত্তে, মচোই-মচোইনি। মিং থাবসু নত্তে। মীবানদি হায়— অসিনা অসিনি। ঐনদি হায়বনি মঙোন্দা নহানমুক লাকপদা, "নহাক কোনুং অসিগী মবমদা নঙনা খঙবমখৈ খবা ইথোকউ। ফোতোশিং অসিসু কনানা কনানো থাজিল্লু।" অদুবু মহাক্লা মদু তৌবমদে। মদুদা ইতিহাসকী ৱা যাম্না যাওবি। মীবানা লুচিংদুনা কোনুং মনুংগী কাশিং যেংলে। কোবিদোব ফাওদুনা ঐখোয়না অমুক বাধানগব তান্না অশম্বা লম্বীদা চৎলে। ত্রিপুবাগী বাধানগবদা মণিপুবদগী লেঙখিবা শ্রীবাধামাধবনা ঙাম্থোইবি। কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা গঙ্গা (চীংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা) লেঙবদা বৃন্দাবন্দা বাস তৌগে নীংদুনা মূর্ত্তিসি পুদুনা খোঙলোয় কয়াগা চৎপনি হায। খোঙচৎ অদুদা নিংথৌগী মচাইবেম্মা হবিসেশ্বৰীবু ত্রিপুবাগী নিংথৌ বাজধব মানিক্য অনীশুবদা থাজখিবম্মী। মচাইবেম্মনা লাই অদু লাৎচহৌবগে হায়না মপাবুংদগী নিজহৌবনি। নিংথৌগী মহাবাণী ওইববা হবিসেশ্বৰীনা ত্রিপুবাদা মণিপুবগী কলচব শন্দোক্লম্মী। লোয়নখিবা মনাই-মশল খোঙলোয়শিংনা ত্রিপুবাগী মফম কয়াদা চাদা-নাউদা শন্দোক্তুনা লৈহৌখি, ঙসিসু লৈবি। মখোয়না নাৎকী কলচব, ফিজেৎ-চাকচা, ধর্ম্ম-কর্ম, অশেং-অমাং ঙাক্লুনা লৈবি। মহাবাণীনা হায়জদুনা বাধামাধবকী সেবাগী কোনুংদগী শেল কাইথোকই। পূজা-লংজাগী ব্রাহ্মণ পুবোহিত তোলব পীদুনা থম্মী। চহী খূদিংগী বাধামাধবতা মহাবাস জগোয় কৎলি, ঝুলোন উৎসবনচিংবা লেপ্তুনা চৎথবি। বাধামাধবনা লেঙশিন্দুনা লৈবিবা মফমদুনি বাধানগবসি। ঐখোয়না মফমদুদা চৎতুনা বাধামাধব খুকুমজবকখি। সন্ধ্যাবতি যাওবা ফংজবকখি।

খৃ ১৯৯৯ গী ওক্তোবব থাদা শ্রীবাধামাধবকী মন্দিবগী মাণ্ডপ অদুদা বাসেশ্বৰী পালানা সংকীর্ত্তন শকখ্রে। অহল ওইববী বাসেশ্বৰী পালাগী মেম্বৰ ৩০ না বস তোংদুনা লাকখিবনি। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদদি অহলশিংদু লাকপা ঙমদ্রে নহাশিংনা অযাম্বা ওইবে।

তাং ২১।৩।২০১৩ গী অয়ূক পূং ১১ তাবদা অখৌডা যৌবে। মৌপ্পাগী মফমদা মচে ঐনা ওইনজদুনা এ কে শেবামদা হায়খি— "অহল ওইববী হনুবী

ঐনা লুচিংদুনা লাক্কদৌবিবসি নুপী ঙাক্তনি। ঐখোযবু খবা ওকপিবম্মু।" মচেনা হাযবদু মৌপ্পানা ব্যবহাব তৌদুনা এ কে শেবাম্না উদযাপন পবিষদকী মেম্বব অহুম সোমেন্দ্র, শঙ্কব, ব্রজমুহনগা লোযননা গাডী অচৌবা অমা পুবক্তুনা ঐখোযবু ওকপিববে। চেক পোস্ততা হৌনবী মতুং ইন্না পাসপোর্ত, ভিসা, ইমিগ্রেসন, কস্তমসকী নিযম লোইশিল্লগা মখা চৎথবে। লম্বীদু শাংঙি। পূং ৬ হেন্না চঙঙি। লম্বী তঙ্খায যৌবদা বেস্তুবেন্ত অমদা চঙদুনা চা-নুং থক্লে। মায-মীৎ তাথোক্লগা ঙহাক পোৎথাবে। মখা চৎথদুনা সিলেটকী কলাকাকলী, লালাদিঘীব পুর্বপাড যৌবে। ফনা থেঙলে, নুমিদাংগী পূং ৭ তাবে। ঐখোয লাক্কনি হাযবদুদা মৈতৈ নুপী মযাম অমনা ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈবল্লে। মযামগা শকখঙ-মাযখঙনবে, নুংশিনা পাউদল্লে।

(৪)

ঐনা এ কে শেবামদা হাযজখিবদি— ঐখোযগী লৈফম অমা মৈতৈ খুল অমদা শঙ্গোযবা, মাঙ্গুপলা অমদা শীনবিবম্মু অসিনি। অদুগদি মার্নদি মাগী যূমগী কা অহুম শংদোক্তুনা ঐখোযনা লৈননবা শেম্বীবল্লে। মাগী যূমদু লালাদিঘীড পূম্ব্রী মনাক্তনি। মযামনা খঙনববনি এ কে শেবাম মমিং লৈবা অইবনি, কবিনি, মনা-মথুম কযানা লৈতেংলবনি। মহাক চাউথোক্তে, তপ্পি, ৱা যাম্না ঙাঙদে, যাম্না লৈবাক মচা তাই। লাক্লিবা ঐখোযবু মচে-মচলদৌনা লুনা তৌই। মাগী নুপী চন্দ্রকলানা মবোল অমা ৱা খঙলিবা, লাক্লিবা ঐখোযগী চাবা-থকপগী থোং-থাক তৌনবা নুপী মবি-মঙানা মখোযগী চাকখূমদা মথেল-লূকোয থোংদুনা পীজবে। ৱাবী-ৱাতায শানবে। মখোযগী সেবা, মীযোক-মীচান, মীনুংশি কর্বিনা লমন শিংগনি?

বাসেশ্ববী পালা হযেং শক্কদবনি। অদুগীদমক ঐখোযনা ইম্ফালদগী পোৎ-চৈ কযামকম লৈদুনা পুবকই— লাইগী ফীজোল, বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র অমদি মচাইবেম্মা বিম্বাবতীগী আব কে সি এসনা যেকপা চিত্র, পালাগী ফি, পানা তাঙ্গ, সনা খূৎযেনগী ক্বা লানচিংবা। মদু লৌথোক্তুনা ঐখোযনা ক্বা খেৎপা যাও, তাঙ্গ যাৎপা, দোণা শাবা, লানা বেবী শাবা যাও নুমিদাং অথেঙবা ফাওবা শেম-শাবে। হযেংদি অযুক পূং ৯ তাবদা মণিপুবী বাজবাড়ী যৌদৌবিবনি।

ঐখোযনা বাজবাডী যৌবদা মফমদুদা সিলেটকী মফম কযাদগী লাকপা মৈতৈ নুপী ১০০ বোম লৈবম্মী-ফনেক মপান নাইবী ফজনা শেৎলি, মোইবাংফি শেৎ-ইন্দুনা কযাদি ফজখ্রে মখোযদো। বাংলাদেশতা মখোযনা নাৎকী ফীজোল

শেৎতুনা মণিপুবী নুপীগী শক্তম ঙাক্লি। মণিপুবদদি নুপী কযানা লম্বী চৎপদা ফি ইন্নদ্রে। মৌ নহানা ফি মতৎ অমা মাঙ থাদোক্লগা তুংলোমদা হাইগৎলগা চৎপসি মখোযনা উববদি কবি খনগনি? ঐখোয মখোয চঙদুনা মন্দিব মাগুপতু লৈতেংলে। ব্রাহ্মণ সেবাবীনা মন্দিবদা লাৎলিবা লাইদা ঐখোয়না পুবকপা লাইগী অনৌবা ফীজোল থোল্লে। লৈ-শু, হৈ-বা কৎতুনা আবতি কৎলে।

মন্দিব অদু নৌনা শাবনি। মহালমুক ঐনা ২০১২ দা লাকপা মতমদুদদি মাগুপকী মচী অমদা লাইদু শংগুমদুনা লৈহৌবনি। মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা কৎলম্বা শবীক কাচিন্দা লৈহৌবদু নৌনা শাবা মন্দিবগী প্রাঙ্গন্দা থনল্লে। শবীক অদুনা মফমদুদা শ্রীগোবিন্দ লেঙশিল্লম্বগী, নিংথৌমচা চৌবজিৎ, মার্জিৎ, গম্ভীব সিংহনা মফমদুদা লৈবম্বগী, চহী তবেৎ খুন্তাকপগী ৱাবী লীবিবনি মীযামদা। মণিপুবগা বাংলাদেশকী মবক্তা ইতিহাসকা নক্লবা মবী অমা থল্লিবনি ইতিহাসকি।



*সিলেটকী মণিপুবী বাজবাড়ীদা লৈবিবা 'র্ত্তি মহাবাজনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলম্বা শবীক*

মণিপুবী সংস্কৃতিক উৎসবতু তাং ২২/০৩।২০১৩গী অযুক্তা হৌদোক্লে। বাংলাদেশকী প্রসিদেন্ত মু জিল্লুব বহমন লৈখিদবগী অৱাবা ফোঙদোক্লুনা তিল্লিবা মীযাম্না মিনিত অনী তৃমিন্না লেপ্লুনা মঙোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলবা তুংদা সভাদু চৌখে। সিলেট সিটি কোর্পোবেসনগী কাউন্সিলব জনাব শান্তনু দত্ত সন্তুনা উৎসব হৌদোকপগী মৈবা চুখৎলে। কলচবগী মতাংদা ৱাবোল কযা ফোংদোক্লবে। সিলেটতা লৈবা মীওই ৬০০ হেনবনা সভাদুদা তিনখি। বাসেশ্ববী পালানা উৎসব কীর্ত্তন কৎচদুনা, লাইগী সেবাইত পুবিবা বামন ইমুংগী ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা সেবা লাঙবিদুনা মীযাম পূন্না প্রসাদী ফংমিন্নৈ। উদাযন পবিষদকী মেম্ববসু ওইবিবা



*গতা মণিপুবী সংস্কৃতিক উৎসব*

ইবুংঙো অশোকতি থব্রায যাওনা চেনবিখ্রে। মহাক্কী মপুবোক গুরুমযূম গুণনিধি শর্ম্মনা মণিপুবী বাজবাডীগী সেবাইট ওইনা থৌ পুদুনা মমাঙঙৈদগী লাকখিবনি। মাগী শূথাঙনি অশোক শর্ম্মা। মানা লুচিংদুনা বামন ইমুংগী মী পূম্বা থব্রায যাওনা শীন-লাঙবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখি। মনিপুবী বাজবাডীদা লাইগী সেবা চৎলিবা বামনগী ব্রাফম খবদং পঞ্জববদা ঐনা অহানবা ওইনা ইং কুম ২০১২দা বাংলাদেশতা চৎলুবা অদুগী মতাংদা ঐনা খঙলকপা, মফমদুদা উজবকপা বামনশিংনা লাই লাৎলিবা, মাগুপ্তা পাংথোকপা ঈশৈ নোংমাই, জগোয বাস কৎপগী মতাংদা ঐনা খববদা খবদং ইথোকচখি। মদুদা মীওই খবনা বাংলাদেশতা বামনগী শাগৈ কবি কবি লৈবগে হাযনা ঐঙোন্দা হংবীবকখি। হন্দক্কী ইংকুম ২০১৩ খোঙচৎ অসিদদি ঐনা খব খঙজিনজবে ইবুংঙো এ কে শেবামগী মতেংনা।

(৫)

হৌজিক বাংলাদেশতা চাউবাক্লা মৈতৈ বামোন শাগৈ ১৬ লোম লৈ। মখোযগী শাগৈশিংগী মিং মখাদা পিজবি।

| শাগৈগী মিং | বাংলাদেশকী কবম কবম খুলদা লৈবা |
|---|---|
| ১ গুরুমযুম | সিলেট টাউনগী মনিপুবী বাজবাডী, বিশগাঁওগী আবাদলৈকাই; ভানুগাছকী ভানুবিল, নীলকুঠি, কুলাউডাগী নলধবী, শ্রীমঙ্গলগী বামনগব; ছাতককী পাড়ুযা; জুডীগী ছোটধামাই, বডখেলাগী পাথাবি। |
| ২ লাইমযুম | সিলেট টাউনগী শাপম লৈকাই (লালাদিঘীবপাড), নযাবাজাব, ভানুগাছকী নযাপত্তন, কাটাবিল, গঙ্গানগব, তকতিযাবখোলা, নীলকুঠি, মাধবপুব, মঙ্গলপুব, চিৎলিযা। |

| | | |
|---|---|---|
| ৩ | অধিকাবীমযুম | সিলেট টাউনগী শিবগঞ্জ, ভানুগাছকী ছযচিবি, জুড়ীগী ববইতলী, বড়লেখাগী গৌবনগব। |
| ৪ | শিজগুরুমযুম | সিলেট টাউনগী শিবগঞ্জ, লামাবাজাব, মাছিমপুব। |
| ৫ | থোংখাতাবম | বিশর্গাওগী শিবনগব (খুনৌ)। |
| ৬ | হঞ্জবম | সিলেট টাউনগী মনিপুবী বাজবাড়ী, নবসিংহটিলা, ভানুগাছকী ভানুবিল, গঙ্গানগব। |
| ৭ | বিষ্ণুলাৎপম | সিলেট টাউনগী সাগবদিঘীবপাব, ভানুগাছকী মঙ্গলপুব, শ্রীমঙ্গলগী বিলাছব। |
| ৮ | কোংব্রাইলাৎপম | সিলেট টাউনগী কেওযাপাড়া। |
| ৯ | লাইপুবম | সিলেট টাউনগী আম্ববখানা (থৌদাম লৈকাই), বড়বাজাব (নোংমাইথেম লৈকাই), জুড়ীগী ববইতলী। |
| ১০ | ফুবাইলাৎপম | ভানুগাছকী তেতইগাঁও, কুলাউড়াগী ফটিগুলি। |
| ১১ | অনৌবম | সিলেট টাউনগী দক্ষিণগাঁও, ভানুগাছকী ভানুবিল, জুড়ীগী ছোটধামাই, বড়লেখাগী পুথাদহড। |
| ১২ | ককচিংতাবম | ভানুগাছকী নযাপত্তন, হামোমখুল। |
| ১৩ | তখেনলাকপম | ভানুগাছকী তেতইগাঁও, শ্রীপুব। |
| ১৪ | ব্রহ্মচাবীমযুম | ভানুগাছকী নীলকুঠি, বিশর্গাওগী আবাদ লৈকাই। |
| ১৫ | অবিবম | সিলেট টাউনগী সুবিদবাজাব (খুনৌ)। |
| ১৬ | শামুলাইলাৎপম | গোযাইনঘাটকী লাখাত। |

সংস্কৃতিক উৎসব অদুগী শরুক ওইনা নুংথিলদা বাসেশ্ববী পালানা সংকীর্ত্তন শরুবা তুংদা মফমদুগী নুপীগী মন্দিলা পালানা শৈখোল্লে। নুমিৎতুগী বাসেশ্ববী পালাগী নদিযা বাগ পূং যৈবদি মণিপুবদগী মাইবম মাইপাক সিংহগা লোযননা বাংলাদেশকী ধামাইদগী নিত্যাইনন্দ শর্ম্মানি। পূং যৈবশিংগীদমক ঐখোযনা খামেন চৎপা ফৈজোম, পাম্বোমগী তাল, কোকযেৎ পুদুনা চৎপনি। নিত্যাইনন্দ শর্ম্মদি মণিপুবদা পূং যৈবা তমখিবনি। হৌজিক্কা বাংলাদেশতা পূং যৈবা ওইনা লৈবনি। এ কে শেবামগা হান্ননা শীন্দোক্লখ্রবনি। বাসেশ্ববী পালাগী শৈশকপীশিংদা উদযাপন পবিষদনা লেংযানফি, মেমেন্তোগা লোযননা খূদোল

তন্নকখি। বাসেশ্ববী পালা শকপদা লেঙথোকপা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র, বিম্বাবতীগী চিত্র, কোকযেৎ, ফৈজোম, ফনেক ইন্নফিগা কোন্ননা বাসেশ্ববী পালানা ইন্তিগ্রেতেদ মণিপুবী এসোসিযেসন (ইমা) না লিংবা সিলেটকী ম্যুজিযমদা খুদোল তন্নমখি। মফমদুগী শৈশকপী কলাকাবশিংদা ঐখোয়না মণিপুবদগী পুবা লেংযানফি খুদোল তন্নমখি। মথংগী অযুক্তদি বাংলাদেশতা ফোঙবা খবব কযাদা ফোতোগা কোন্ননা মণিপুবী বাজবাডীদা বাসেশ্ববী পালা শকখিবগী বিপোর্ত ফোঙলকই।

বাংলাদেশকী পাক চাউবদি স্কাব কিলোমিতব ১,৪৭,৫৭০ (৫৬৯৭৭৭ স্কাব মাইল) গী লমনি। মীশীংনা ১৬২,০৮৩,৮০৪ নি (জুলাই ২০১২)। মণিপুবগা যেংনবদদি ফনা চাউবা লৈবাক্নি। মণিপুবগীদি স্কাব কিলোমিতব ২২,৩২৭ তনি অদুগা মীশীংনা ২২,৯৩,৮৯৬ (সেন্সস ২০০১) তনি। বাংলাদেশতা নুমিৎ খুদিং ফোঙবা খবব ২০০ বোম লৈ অদুগা চযোলগী ওইনা ফোঙবনা ৫০০ বোম্নি হায। অসিগী মবক্তা 'প্রথম আলো' হাযবা লামায ২০ পানবা বাংলা লোন্দা ফোঙবা খববদুগী লামায মবিশুবদা ফোতোগা কোন্ননা ফোঙঙি— "সিলেটে বাসেশ্ববী পালা পবিবেশন" হাযবা হেদিংদা বিপোর্ত অমা। উৎসবকী বেনব যাওনা ব্রাবেংজবিবী ঐহাক্না নুমিৎতুদা ব্রা ঙাঙবগী কলব ফোতোগা কোন্ননা অসুম্না ফোঙঙি 'সমকাল' খববদা— "সিলেতে মণিপুবী বাজবাডি মাণ্ডপে বাসেশ্ববী পালা" হাযনা। অদুগা 'উত্তবপুর্ব্ব' খববদনা বাসেশ্ববী পালানা জগোয শাবগী ফোতোগা কোন্ননা— "মণিপুবী বাজবাডী মাণ্ডপে বাসেশ্ববী পালা" হাযনা হেদিং পীদুনা ফোঙঙি। চৎলিবা ঐখোযনা হবাওজৈ— বাংলাদেশতা লৈবা বাংলালোন লোনবা যামখ্রবা মীশিংদা মণিপুবী কলচবগী মতাঙদা খবদং খঙহনবা ঙম্লেকো খনবদা। বাংলাদেশতদি বাংলা লোন্না ওফিসিযেল লেঙ্গোইজনি। অদুগা মীশীংগী ৯৮% না বাংলা লোন লোনবা বেঙ্গলীনি। শকখঙলবা বিজনেল লেঙ্গোইজনা ইংলিসনি। নুমিৎ অদুগী বাসেশ্ববী পালাগী পাউদু ইংবাজী লোন্দা ফোঙবা New Age দা অসুম্না হেদিং পীদুনা ফোঙলকখি "Raseswari pala staged in sylhet " বাংলাদেশতা লৈবা বাংলা লোন খঙদবশিংদসু পাউজেল অদু যৌগ্রে। মসি হন্দক্কী বাসেশ্ববী পালাগী বাংলাদেশ খোঙচৎ অসিগী মাযপাকপা অমনি হায়না ঐখোয়না খঞ্জে।

হান্নদি তাং ২৩।৩।২০১৩ দা ভানুগাছতা অমুক বাসেশ্ববী পালা শক্কনি হাযনা তৌবম্বনি। ভানুগাছ অসি মণিপুবীশিং য়াম্না লৈবা মক ওইবা মফম অমনি। সিলেটতা মতম খবা মার্জিৎ মহাবাজনা লৈবম্লবা তুংদা ভানুগাছতা হোংদুনা



*বঙ্গলাদেশতা বাসেশ্বরী পালা*

লৈখিবনি। মফমদুদা মহাবাজগী মশূ ইবুংঙো শূথাং মঙাশুবা বাজকুমাব কীর্ত্তিজিৎ সিংহ লৈবি। মহাবাণীনা শেমগৎলম্বা বাণী বাজাব লৈবি। বাজাবদুগী মনাক্তা লৈবা মঙ্গে মখোঙগী চাউববা মাগুপ্তুদনি বাসেশ্বরী পালা শর্ক্কনি তৌবম্বদু। মফমদুদা লৈবিবা ইবুং-ইপ্পাশিং, ইচেম-ইনাওশিংদা ৱাবৌবিদনবা হাযজবমখি। মদুগী মবমদি ঐখোযনা সিলেটতা লৈবিবা ইতিহাস, কলচবগা মবী লৈনবা মফম খবা যেংনীংবদগীনি। সিলেটকী নবসিংটিলাদা মণিপুবগী ইতিহাসতা কন্ট্রোবর্সিযেল ওইখ্রবা মীশক শান্তিদাস গোসাই পোকপনি হায। নুপী লালগী তুংদা লমযানবা হিজম ইবাবত সিংহ সিলেট জেলদা পুবক্কুনা মতম শাংনা লৈবমখি হাযবা ঐখোয খঙই। গৌবাঙ্গ প্রভুগী পাবী-পুবীগী যূম্ফম ঢাকা দক্ষিণনচিংবা মফম কযা সিলেটতা লৈবিবদু যেংবা চুমগনি খন্নবদগীনি।

অযূক অঙনবদদি উদযাপন পবিষদকী মেম্বব, এ কে শেবামগী মবাইবুংঙো থোকচোম অনিল কৃষনগীদা ঐখোয চৎলে চা থকপা। অনিল কিষণদি ঐগা হান্ননা উনখ্রবনি মুন্না খঙনখ্রবনি। ঐ লাকই তাবদা মানা ঐখোয পূম্নমক্কা লোযননা বেকফাষ্টকীদমক মাগী যুমদা কৌবনি। মহাক্কী যূমদু লালাদিঘীব পৃথ্রীগী নোংচুপ থংবদা লৈবা সাপম লৈকাইদনি। ঐখোযবু তবাম্না ওকই। ৱাবী কযা শান্নবে। ইমুংগী মীশিং লোযননা ঐখোয পূন্না ফোতো নম্মিন্নবে। নুংশি চান্নবগী মবী অমা থনমলে।

মৈতৈগী যূম কযাদা ঐখোযবু লাক্লবা হাযবনি। অদুবু মতম তেনবনা অখন্নবা খবদা চৎলি। কেওবাপাবা লৈকাইদা উদাযপন পবিষদকী মেন্বব ওইবিবা তাউবেম বাণাগীদা চৎলে। মফমদুদা মৈতে খুল ৩ তাবি। য়াম্না লিববা সংস্কৃতকী কলেজ অমা লৈ। মন্দিবসু লৈ। বাণা সিংহদি অফাওবা ববীন্দ্র সঙ্গীতকী শৈশকপনি। বাণাগী মযাম্বা তাওবেম জযকুমাব চহী ৭৩ শুবে। পঞ্চাযগী হঞ্জবা ওই হায। মহাক্কা ব্রাবী শানবদগী খঙবদি বথ যাত্রা উৎসবতা মৈতৈ খুল ১৩ দগী কিলোমিতব ৫ / ৬ লাপ্পা মফমদগী কাং চিংদুনা লাক্লগা বিকাবী বাজাবগী পুলিসলেন্দদা কাং ১৪ পূনশিল্লগা মযাম পূন্না কীর্ত্তন শকই, লাইদা আবতি কৎলি। সিক্যুবিতিগীদমক সবকাবগী পুলিসনা ঙাক-শেল্লি। কাং নুমিৎ ৯ নিদু মেলা তৌই। নুমিদাংদনা জযদেব চোংঙি। খেঞ্জি পালি তৌনৈ। কাংগী উৎসব অসি মুসলমান ইচীন-ইনাওশিংনসু ব্যবহাব তৌই। সবকাবনসু কাং চিংবা লৈকাইদুগী লুপা লীশীং তবা-তবা পী হাযনসু মহাক্লা ফোংদোবকই।

বাণাগী শূমাঙদা, মাঙ্গোলদা ফিদা থাদুনা লাক্লিবা মী মযামদু ফমদুনা ব্রাবী শানবিঙৈদা ব্রেকফাস্তকী তল, সবজী, চা পুথোবক্লে। বাণানা হাবমোনিযম পাযবগা নুংশিত্রবা ববীন্দ্র সঙ্গীত শক্লুনা ঐখোযদা তাহল্লে। মাগী মচানুপানা তবলা যৈ। মাগী নুপী বাগীনিসু ঈশৈ শকপদুদা যাওবে। হবাওবা ফোঙদোক্লবে। লাক্লিবা ঐখোযনা ঈশৈদা পৈশা থাবে। যাম্না নুংঙাইখ্রে। লৈকাইদুগী মী কযাসু মদুদা যাওবে। বাংলাদেশকী মফম অমদা চৎলুবদা ঐখোযবু কযাদা লুনা নুংশিনা তৌবিবকখ্রবা ! নুংশিবদু চৎলিবা ঐখোযনা ফিগাও চোন্না যোমশিন্দুনা পুবকই।

মফমদুদগী ঐখোযনা গাডী তোংলদুনা সাহজলাল মসজীদ তম্না লাক্লে। ফনেক মপান নাইবী শেৎপী নুপী মযাম অমা মসজীদ তম্না চঙশিনবদু উবদা হোজঙ মনাক্তা দুকান ফল্লিবশিংনা ঐখোযদা মূনা মূনা যেংলকই। মসজীদ যৌবগদি নুপীদি চঙবা যাদে হাযদুনা লাই খুকমগে যাবক্লে। লাইনা মীচঙ-মীখায নাইব্রা নৎত্রগা মীনা যাহনদ্রিববা? নুপীদি ঈশ্বব ফংবা যাদববা? নুপাশিংসি নুপী অমমমগী মচা নত্তববা?

মসজীদকী মশাইগোন্দা কোযচৎ চৎতুনা ঙহাক লৈবে। কেম্পস মনুংদুদা চাউববা পূখ্রী অমা লৈ। মদুদা চাউব-চাউববা পোবোমগী ধাব বোগ্রা বোজাব হাযবদু চাদুনা লৈ। বেলিং মনাক্তা ঐখোযনা লেপ্তুনা ঙহাক যেংঙি। ঙাদুগী মমৈদুদা অঙৌবনা মফূৎ-মফূৎ মবাং-মবাং তৌই যেংবদা ফজে। শগোলশেল নুমিৎতদি মফম কযাদগী মী যাম্না হিন্দুসু মুস্লিমসু লাই খুকম্বা দবগাদা লাক্লে হায। মসজীদ অদুগী মনাক নক্লা দুর্গা দেবী মন্দিব লৈ। মদুদসু চৎতুনা লাই

খুকুমজনীংবনি। অদুদি ফংলকখিদ্রে। অদুগী মনাক্তা মৈতৈ খুল শিবগঞ্জ, দক্ষিণগাঁও লৈ হায। মতম তেনবনা মদুদা চঙবগী খুদোংচাবসু লৈবকখিদে।

(৬)

ঐখোযনা ঢাকা দক্ষিনলোমদা চত্থবদা লম্বীদা মুবাবীচান্দ কোলেজ য়ৌবে। কোলেজদু উবদা ঐহাক দাক্তব নাম্রম সুকুমাব সিংহ নীংশিংই। মহাক লৈকাইগী ইবুংনি। যাম্না মবুক ফত্নবা, চমত্নবা মীশকনি। মহাক চহী ৮৮ শুবে। অদুবু মাগী নীংশিংবগী পাঙ্গলসি ওম্ফোক্লা ফত্রে। মহাক লাইবিক যাম্না পাবা, যাম্না খঙবা মীশকনি। মহাক্লা সিলেটকী মুবাবীচান্দ গোর্ভনমেন্ট কোলেজদা খৃ কুম ১৯৪৪ দা ইন্টবমেদিযেৎ সাইন্স তম্লগা কলিকাতাগী মেদিকেল কোলেজদা তমদুনা দাক্তব ওইখিবনি। দাক্তব ওইনা মফম কযাদা হোং-হোংদুনা থবক তৌবম্লগা মণিপুবগী এদিসনেল দাইবেক্তব হেলথ ওইবম্লগা থবক্তগী পোত্থাখিবনি। মহাক্লা মুবাবীচান্দ গোভর্নমেন্ট কোলেজদা তমলিঙৈগী ৱাবী ঐঙোন্দা লীদুনা তাহনবীবকখিবনি। মানা হায - "ঐহাক কলিকাতাগী বোম্বেগী দিসিপ্লিন ফজ ফজবা কোলেজশিং উবকখ্রে অদুবু সিলেটকী মুবাবীচান্দ গোর্ভনমেন্ট কোলেজদি খ্বাইদগী ফবা কোলেজনি হাযনীংই। হিললোক (চীংদোং মচা) অমদা লৈ। অকোযবগী শক্তমদু ওম্ফোক্লা ফজে। লাইব্রেবী ফজনা লৈ। গার্দেনদুদা চাউববা পৃথ্রী অমা লৈ। মদুদা থম্বাল যাম্না শাৎলি। লাইব্রেবীদা লাইবিক পাবিঙৈদা থমনাগী থম্বালগী লৈনম যেল্লকই, ওম্ফোক্লা নুংশিখ্রে লৈনমদো। ঐখোযবু তম্বীবকপা কোলেজগী ওজাশিংদুসু অসুক্কী মতিক ফত্রে। ইংবাজী তম্বীবকপা ওজা এস বি দাস, কেমেস্ত্রি তম্বীবা ওজা সচীভূষন কাউবা শুকঙম ঙমলোই। ওজা সচীভূষনদি এম এ দবলনি। মহাক কুচু মুই, নুপী থিদে। তাকপি তম্বীবদি ওম্ফোক্লা চঙখোল্লি। বাংলা তম্বীবা ওজা বাধা মোহন সিনহাদি ভানুগাছতগীনি। মহাক্তি জগোয়সু হৈ, ঈশৈসু শকই। ওজা ধনগোপাল সিনহাদি পাঞ্জি যেংবসু হৈ। ফিজিক্স তম্বীবা ওজাদু সিলচবদগীনি।

মতমদু হিন্দুস্তান পাকিস্তান খাযদোক্লিঙৈনি। মতমদুদা মণিপুবদগী মহৈবোই কযা সিলেটতা চৎতুনা কোলেজদুদা মহৈ তম্লকখি। ঐহাক্কা লোযননা তম্মিন্নবকখিবশিংদু কলিকাতা ইউনিভবসিটিদগী খৃ· কুম ১৯৪৩ দা মেত্রিক পাস তৌবকখিবনি। চহী অদুমক্কী মেত্রিক পাস তৌবা ঐহাক্কা লোযননা মুবাবীচান্দ কোলেজদা তম্মিনবকখিবশিংদি পোৎশংবম তোম্বী, থোকচোম বেনীমাধব, মাইবম হবিচবন, ফাজৌবম গৌবহবি, গুকময়ুম ধনঞ্জযনি। ঐখোযদি হোষ্টেলদা

লৈবা ফংদদুনা শ্রীব্রজমনি ঠাকুবগী বামন ইমুংদা লৈবগা কোলেজ চৎলি। বামন ইমুংগী চাউববা ইংখোলদুদা মন্দিব লৈ, মাগুপ, পৃথ্বী অনী লৈ। মদুদা থম্বাল শাৎলি। শ্রীব্রজমনি শর্ম্মগী মচানুপাদু ব্রোজেন কৌই। মচানুপী অহুমনি - সুর্য্যকলা, কমলা, লক্ষ্মী (লখি)। বামন ইমুংদুগী ইমা থৌবাণী, ইমুংগী মীশিংদুনা মণিপুবদগী লাক্লগা মফমদুদা লাইবিক তম্নবা ছাত্র ঐখোযবু লুনা চান্না তৌই। চাক-ইনশাং হাওনা থোংদুনা পিজে। ঙা ইলিশা থোংদুনা চাই। মখোযগীদা লৈবগী থা অমগী লুপা ২০দনি। ঐখোয চা থক্তে, চা থকপা হৈত্রি। মতাংদুদা শঙ্গোম থকই।" দা সুকুমাবনা অসিমসু তমই - "নোংমা কোলেজদগী হল্লকপদা হিজম ইবাবতনা মাগী ফমুংদা হিপ্পুনা লৈবমই। মহাক শিলেট জেলদগী থোবকপা কুইদ্রি। মহাক্লা মণিপুবী মচা লৈবা মফমদা লাকপনি। মহাক্লা মফমদুদা থা ১ বোম লৈবমখি। মানা হৌদুনা ছাত্রশিং ঐখোয সোসিযেল সার্ভিস তৌই। বলিযাচোং মতমদুগী ইন্দিযাগী খ্বাইদগী চাউবা খুঙ্গংদুদা চাক তাংবা থোকপদা অব্রাবা তাববশিংবু মতেং পাংবা ছাত্রশিং ঐখোয পুদুনা চৎলি। অমুকসু সিলেটকী গোর্ভনমেন্ট কোলেজদা মহাক্লা জগোয ঈশৈগী থৌবম অমা শিল্লি। মদুদা ঐখোযবু পুদুনা চৎলগা কুম্মৈ থৌবমদুগী গেট কিপব ওইহল্লি। মদু ফন্দ ড্রাইভকী ওইবমাল্লে। মঙোন্দা লমযানবা, লুচিংবা ওইবগী মগুন যাওই, মী লোযনবা যাম্না হৈ হাযবসি ঐখোযনা খঙবা ঙমখি। মতমনা পুবকখি অওনবা কযা। ভাবতকী মনুংদা লৈবম্বা সিলেটকী মুবাবীচান্দ কোলেজ বাংলাদেশতা লৈখবে।"

"বাংলাদেশতা চৎলবদি মণিপুবদগী চহী ৭০গী মমাঙদা মণিপুবী মচাশিংনা মহৈ তম্নকখিবা মুবাবীচান্দ গোর্ভনমেন্ট কোলেজদা চঙদুনা যেংনিংখিবনি। দা সুকুমাবনা লিবীবা ৱাবীশিংদুনা পোকহনখিবা ৱাখলনি। অহোংবা কবি কবি লৈববগে খঙনিংখিবনি। লাইবক থিবা হাযবা তাবে, ঐখোযনা চৎপা নুমিৎ খৃ কুম ২০১৩ গী মার্চকী ২৩দু কোলেজদু ছুতি ওইবমদুনা গেট লোনশিন্দুনা লৈবমলে। মপান্দা লেপ্পুনা কোলেজগী অকোযবগী শক্তমদু ঙহাক যেংলগা ঐখোয মখা চথবে। মণিপুবদগী মুবাবীচান্দ গোর্ভনমেন্ট কোলেজদা তম্নকখিবা মহৈবোই খবদি মযেংবম আনন্দমোহন, গুরুমযুম ধনঞ্জয শর্ম্মা, পুখ্রম্বম নিংঙোল মেধাবতি দেবী, হিদংমযুম মদন গোপাল শর্ম্মা, লুক্রাম তোমচা সিংহ, হাওবম নবকুমাব সিংহ, বুধচন্দ্র বোইনি। মখোযদি সদিপুব অখড়াদা লৈ। চিংঙাখম পিশক সিংহদি খৃ কুম ১৯২৮ তা ইন্টব মেদিযেৎ পাস তৌখি। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, অশাংবম মীনকেতন সিংহ, হৱাইবম বনবীব সিংহসু মুবাবীচান্দ কোলেজদা তম্নকখিবনি।

কোলেজদুদা তম্বা মণিপুরীমচাশিংনা মানা মানা তম্লিবা ক্লাসতুগী মকোক ওইদবা যাদে হাযদুনা কন্না হোৎনবকখি। বেনীমাধবতি লাইবিক পাবদা লাংদবা মফম থিবদা বোকুন মথক্তা কাবগা লাইবিক ঔবাই। কন্না হোৎনদুনা মণিপুরী মচাশিংনা সবজেক্ট খুদিংগী মকোক ওই। ওজাশিংনা মখোযবু লুনা তৌই। পৃক্সিদা মুবাবীচান্দ কোলেজ, ওজাশিং, বামন ইমুংগী মীশিং শুককাউ কাউবা ঙমলোই। হায। হৌজিক্তি বামন ইমুংগী মী লোযনা শিখ্রে। থৌবানী লখিদংদি হিংলি হাযবা তাই। ঐনা নুংশিজদুনা খবনিগী মমাঙদা মঙোন্দা ইনফি অমা, লুপা লিশিং অমা থাখি। শিবগঞ্জদা লৈবা ইবুংঙো অমদা পীখিবনি থৌবাণী লখিদা যৌহনবীযু হাযদুনা। অদুবু মানা মদু ফংই ফংদে খঙদ্রে।"

চুমই, মতমগী খোঙলৈদা মীওই কযা লাইবৈবাক পাংখবে। মুবাবীচান্দ কোলেজদা তম্লকপা মীওই কযাসু নোঙ্গাখবে। মখোযনা সমাজদা চাউনা খুদোল তম্লম্বা ঙাকনি।

(৭)

অদুদগী ঐখোয ঢাকা দক্ষিন যৌবে। মদু লালাদিগীব পাডদগী কিলোমিতব ৩৫ বোম থাপ্লি। মফমদুদা গৌবাঙ্গ মহাপ্রভুগী অপোকপা জগন্নাথ মিশ্র অমসুং অপোকপী শচী দেবী লৈবম্বা চহী ৫০০ হেল্লবা যূমদু অৱাংবা চীংদোঙ মচা অমদা লৈবি। মদুদা ঐখোয খবনা কাদুনা যেংলুবে, ফোতো লৌশিল্লে। মফম অদুগী গৌবাঙ্গ মহাপ্রভুসি মমা ইবেম্মগী শিযোম্মুংদা পুবগা কোনথংদা নদিযাদা (নবদ্বীপ) অভিভাব ওইবনি হায। মহাক খৃ কুম ১৪৮৫ (শকাব্দ ১৪০৭) দা পোকপনি। নিম পাম্বীগী মখাদা পোকই হাযবগী মমা ইবেম্মা শচীনা মহাকপু নিমাই কৌই। মপুবোক্লদি মাবু বিশম্ভব কৌই। মশক যাম্না ফজে, চঙখোল্লি হাযবগী গৌবাঙ্গ কৌবনি। মহাক চহী ২৪ শুবকপা খৃ কুম ১৫০৯ দা সন্ন্যাস লৌববদা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু কৌখি। হবিনাম সংকীর্ত্তনগী পাম্বৈনা কলি যুগকী জীবগী লান্ননবা পাম্বৈনি হাযবসিদা থাজবা থমদুনা হবিনাম সংকীর্ত্তন তৌবা হৌখি। হিন্দু মুস্লিম খাযদনা মী কযানা মাগী শিষ্য, ভক্ত ওইখি। তুংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মা চৎপশিংনদি শ্রীকৃষ্ণগী শাযোন্নি, অবতাবনি লৌনদুনা গৌবাঙ্গগী মূর্ত্তি লাৎপা হৌখি। মণিপুবদা চৈতন্য মহাপ্রভুনা হৌদোকপিবম্বা গৌবিয বৈষ্ণব ধর্ম্মসি। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতম (১৭৬৩-১৭৯৮) দা অযৌবী থাক্তা চাওখৎলকখি। মণিপুবদা বৈষ্ণব ধর্ম চৎপা মীশিংগী শ্রাদ্ধ কর্মদা চৈতন্য মহাপ্রভুগী মূর্ত্তি লেঙশিন্দুনা পূজা কৎলি। শৈহৌদা - *লেংশিনবীযু গৌবাঙ্গ প্রভু, সংকীর্ত্তণগী*

*মযাযসিদা* শক্লগা শোবাৎকী ঈশৈ হৌবিবনি। অদুনা ঢাকা দক্ষিনগা মণিপুবগা যাম্না নক্লবা মবী লৈনৈ।

মণিপুবগী ইতিহাস ইবা Joytirmoy Rai গী মতুং ইন্নদি চীংথংখোম্বা মহাবাজনা খৃ ১৭৯৮ দা তীর্থ চৎপা মতমদা গৌবাঙ্গ মহাপ্রভুগী পোক্লফম হৌবকফম সিলেট কী ঢাকা দক্ষিন হাযবা মফমদুদা থুংলমখি। কীর্ত্তন কৎলমখি লোযননা পীথ্রাইগী মন মঙা লূম্বা শেনবূং অমসু কৎলমখি হাযবি। ঐখোযনা ঢাকা দক্ষিনগী মন্দিবদুদা চঙলুবদদি শেনবূংদু লৈবা থেংনদে। মদুদা লৈবম্বা মী খবগা ৱাবী শানবকপদগী খঙবদি বাব্রী মসজীদ মৈ চাকখিবা অদুগী তুংদা



*গৌবাঙ্গগী অপোকপা জগন্নাথ মিশ্র অমসুং শচী দেবীনা লৈবম্বা তেক কাইববা শঙ্গায*

মুসলমানশিংনা মন্দিবদু মৈ থাদুনা মাঙহনখি। অদুগী তুংদা মন্দিবদু নৌনা শাবনি হায। মন্দিবদু শঙ্গাবদি মুস্লিম নুপা অমননি হাযবগী মিং থেৎতুনা লৈবিবদু উবদা ঐদি ঙক্লা থোকই। তৌবদি সেকুলব কন্ত্রী অমনি ধর্ম্মদা মীচঙ-মীখায নাইদবনি হাযবি বাংলাদেশসি। অদুগা গৌবাঙ্গনা হৌদোকপা গৌডিয বৈষ্ণব ধর্ম্মসিসু জাৎ-বিজাৎ খাযদবনি।

নুংশা যাম্না শাগৎলকই। হুমাং যাম্না শৌবে। ঐখোযনা থোবকপদা মন্দিবগী মনাক্তা দুকান মচা মচা ফম্লিবদুদা যোল্লিবা হুমাই অমমম লৈবগা থাপ্লা থাদুনা থম্লিবা বস অদু যৌবকই। মফমদুদা চৈত্র (লমদা) থাসিমা নোংমাইজিং

খূদিং মেলা তৌই। সন্ধ্যাগী মতমদা কীর্ত্তন শকই। কীর্ত্তনদু হৌদোকপদা মণিপুবী বাজবাড়ীদগী মৈতৈশিং লাক্কুনা শকক যাবে। হৌজিক্তি মদুদি চৎথদবে হায়না ৱাবী লী এ কে শেবাম্না লম্বী চৎনা চৎনা।

মখা চৎথবে, অম্বব খানাগী থৌদাম লৈকাই যৌবে। সাগব দিঘীবপাবগী মৈতৈশিংনা মান্দবতা উৎসব লাণ্ডলম্লে। মযাম্না ঐখোযবু ঙাইবম্মী। চাক ঙাইবিডেদা লৈকাইদুগী যূম অমা অনীদা কোযকবে। মৈতৈ নুপীগী ফিশা-লোনশাদা হৈ-শিংবদু খবা উবকই। মখোযনা খ্বাংদা ফি শাবদু উবকই। মখোযনা ৱাবী শান্নবকই। মফমদুদা নুপীশিংদুনা মণিপুবগী নাৎকী শিল্লম্বু ঙাক্কুনা থল্লিবদু উবদা ঐখোয নুংঙাইজে। থৌদাম লৈকাইদা পঞ্চু সিংহগী ইবেম্মদুনা মযূমদা মৈতৈ নুপীনা শাবা ফি মখল-মখল যোল্লিবদু যেংলে। মানা উপুদা থেন্দুনা থল্লিবা ফিশিং অদুদগী ঐখোযনা লেংযান ফি অমমম লৈদুনা বাংলাদেশকী মৈতৈ নুপীশিংবু নীংশিংনবা পুবকই। অদুদগী ঐখোযনা ইবুং-ইপ্পা, ইবেম্মশিং কযাগা পূন্না চাক্লেন চামিন্নবে মাগুপ্তা। ঐখোযনা চৎলিবা খূদিং কোযশেন শেন্নদুনা যাওবিবা খুন্দ্রাকপম সোমেন্দ্রগী যূম মনাক নক্না থৌদাম লৈকাইদুদা যাম্না লিববা চেক্কী ফূবা অমা লৈ ইশং কাবে। মনুংদা শিব লিঙ্গ অমা লাৎলি। মদু কবিনো হংবদা এ কে শেবাম্না হায– মমাঙডৈদগী হৌনা মৈতৈনা খুন্দাবা হৌবকপদগী ফূবা শাদুনা লাই লাৎপা চৎনবকপগী প্রমাণ অমনি।

নুমিৎতুগী নুমিদাং পূং ১১ দা ঐখোয ঢাকাগীদমক সিলেট থাদোকপা তাবনিনা মফম অতৈদা চৎনীংলবসু যাদ্রে। মফমদুদগী ঐখোযনা হল্লক্কুনা পোৎ-চৈ যোমশীল্লে। চাবা-থকপা লোইবদুনাা এ কে শেবামগী যূমদগী থোবক্লে নুমিদাং পূং ১০ দা। থেঙলবা অহিং মতমদুদা ঐখোযবু শেন্নবিদুনা ইবুং-ইপ্পা কযানা, অহল ওইববা শ্রীঅনিল কিষন, মৈনম মনমোহন, শঙ্কব, সোমেন্দ্র, অশোক শর্ম্মা, এ কে. শেবাম যাওনা ঐখোযগী লগেজদু থেলাদা ঈনবিদুনা নেম্লেল হাযৱে ফাওবা থিন্দোকপিবে। পোৎ-চৈ গাডীদা হাপ্লিবে। ঐখোযবু নুংশিনা বিদায পীবিবে, তেক্ত-কাযদনা যৌননবা মঙ্গল অশীর্বাদ পীবিবকখ্রে। কাযনবগী মিকুপ্তা পিবাং শিম্বুবদু লোন্না লোন্না তৈথোক্লখি।

এ কে শেবামগা সোমেন্দ্রগনা ঐখোযবু ঢাকা ফাওবা থিন্নবা অমদি চেকশিন্না শেন্ননবা অহলশিংদুনা শিন্নবীবকখ্রে। অযুক পূং ৭ তাবদা ঢাকা যৌই। হোতেলদা পোৎ-চৈ থল্লে। মায-মীৎ তাথোক্কুনা ব্রেকফাস্ত চাবগা ঙহাক পোত্থাবে। মতমদু ঢাকাদা ঈবাং যাম্না কল্লি। তাং ২৬ তা বাংলাদেশকী নীংতম

নুমিৎকী পালন লৈবনা লম্বী চৎথোক-চৎশীন্দা সিক্যুবিতিগী চেকশীন-থৌবাং যাম্না লৌখৎলি। বাংলাদেশতা লাক্লগা ঢাকাদা কবম্না যৌবোইদগে ? নহানমুক্কী খোঙচৎতসু ঐহাক যৌবকপা ঙমখিদবনি। ঢাকাসি মণিপুব ইতিহাসকা মবী লৈনবিবনি। মদুসু খবদং খঙদোকপা চুমগনি খল্লদুনা ঐখোযনা ঢাকাগী মফম খব যেংনবা গাডী তোংদুনা চৎলে।

ঢাকাসি বাংলাদেশকী কোনুংনি। খ্বাইদগী চাউবা শহবনি। বাংলাদেশকী অতৈ অচৌবা শহবশিংগী মনুংদা সিলেটসু অমনি। চিট্টাগোং, খুলনা, বাজসাহি, বংপুব, কোমিলা, গাজিপুবসু লৈবি। ঢাকাগী মীশীং মিলিযন ১৩৩ ৪০ (২০০২-০৩) নি। পাক চাউবনা স্কাব কি মি ১,৪৭,৫৭০ নি। ঢাকাগী মী কৃংবগী চাং অসি (২০১১) দা স্কাব কিলোমিতবদা ১,০১৫ নি। মী চিনখ্রবা শহব অদুদা ঐখোযনা চৎপদু পূং ৩ লোম চঙঙি বসনা বাংলাদশেকী ব্রাব মেমোবিযেল জাতিয স্মৃতি সৌধা যৌবদা। মনুংদা চঙদুনা যেংগে যাদ্রে অঙম অথৌশিং মিটিং তৌবি নীংতম নুমিৎ পালনগী হাযদুনা। ঙবাং নুমিদাং চূপ্পা বস তোংদুনা লাকপনে মেমোবিযেলদু যৌনবা লম্বী লমশাঙদু অমুক চৎপনে ঐখোয ব্রাবনা লোইবে। ঐখোযনা গেৎ (হোজঙ) ফাওবা চঙশিন্দুনা যেংবদা বাংলাদেশকী নীংতম লানগী নীংশিং খৃদমদু উবে। ব্রাব মেমোবিযেলগী মনাক অকোযবদা ঙহাক কোযচৎ চৎলে, গেৎতা যোল্লিবা লাইবিক খবা লৈশীল্লে, ফোতো লৌশিল্লে। ঙহাক পোত্থাবগা ঐখোয মখা চত্থবে।

হল্লকপা লম্বীদা উবে ঢাকা যুনিভবসিতি, বাংলাদেশকী খ্বাইদগী ব্রাংবা বিল্ডিং, বাংলাদেশকী বেঙ্ক বিল্ডিং। জাতিয সংসদ ভবন পার্লিযামেন্ত হাউস মপাদা ঐখোয গাডীদগী কুমথবগা ঙহাক লেপ্পুনা যেংলে। যাম্না ফজখ্রবা বিল্ডিংনি মদু। ফ্রান্সকী আর্কিতেক Louis Kahn না দিজাইন তৌবা বাংলাদেশকী পার্লিযামেন্ত হাউসকী বিল্ডিং অদু মোদর্ন আর্কিতেকচবগী লমযৌবীনি, পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাউবা লেজিসলেটিফ কমপ্লেক্সনি। মনুং চঙদুনা যেংবগী মতমদি লৈখিদে। ঐখোযগা লোযনবিবা শেনজম চন্দ্রজিৎ সিংহদি লিববেসন ব্রাব মিউজিযমগী মেনেজব ওইদুনা ঢাকাদা মতম শাংনা লৈবক্লবা মৈতৈ মচানি। এ কে শেবামনা ঐখোয ঢাকাদা লাক্লনি হাযবগী পাউ পীবদগী মহাক্লা অফিসতগী ছুটি লৌদুনা কোয়চেন চেন্দুনা ঐখোযগীদমক হোৎনবীবিবনি। মহাক্লনি ঐখোযগীদমক হোটেল বুক তৌবা, গাডী ব্রাইবিবা, আগবতলাদা হন্ননবা টিকেৎ ককপিবা। ঐখোযনা ব্রাব মিউজিযম যেংনবা চৎপদা লম্বীদা "মণিপুবী পাবা" হাযনা থাবা সাইন বোর্দ অমা থেংনবে। ঐনা হায - "ঙাইখো, ঙাইখো"। গাডীদু খামলে

- "মফমদুদা চঙলুসি। মণিপুবী মচা কনা কনা লৈবগে উন্নকসি"। ঐখোযগা লোযনবিবা চন্দ্রজিৎ সিংহনা হায - "মফম অসিদা মণিপুবী অমতা লৈত্রে। সাইন বোর্দ অসিতনি লৈবিবসি"। ঢাকাগী মণিপুবী পাবাগী মতাংদা ঐনা মণিপুবগী ইতিহাসতগী খঙবদি খৃ ১৮৫০ দা মণিপুবগী নিংথৌ নবসিংহনা লৈখিদ্রবা তুংদা মহাক্কী মনাওইবুংঙো দেবেন্দ্র সিংহনা থা ৩ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। নিংথৌ মচা চন্দ্রকীর্ত্তিনা লাল হৌবকপদা দেবেন্দ্র মাযথীবদুনা কাছাড়দা চেনখিবম্মী। তুংদা দেবেন্দ্রবু মতমদুগী বৃতিশ সবকাবনা হৌজিক বাংলাদেশকী কোনুং ওইবিবা ঢাকাদা লৈহনখি। মতমদুদা ঢাকাদা মৈতৈনা খুন্দাবম্বা মফমশিংদি লালকুঠি, তালাবাগ, ববাবব, নগবগাও, মীবপুব অমসুং তেজগাওনি। হৌজিক্তি মফমশিংদুদা মৈতৈ অমত্তা লৈত্রে। হাযবিবসিগী মবমদি ভাবত পাকিস্তান খাযদোকপা মতাঙদা ঢাকাদা লৈবম্বা মৈতৈশিং সিলেট, বিশগাঁও অমসুং ভানুগাছতা লৈখ্রবনি।

মখোযনা লুচিংদুনা ঐখোয মুক্তি যুদ্ধ জাদুঘব লিববেসন ৱাব মিউজিযম যেংবা চৎলে। মদু মুক্তি যুদ্ধ স্মৃতি কৌবা ট্রুষ্ট অমনা শেমগৎতুনা খৃ কুম ১৯৯৬ কী মার্চ্চ ২২দা হাংদোকখিবনি। মদু খৃ কুম ১৯৭১ গী মার্চ্চ ২৫দগী দিসেম্বব ১৬ ফাওবা চত্থখিবা বাংলাদেশকী নীংতম লানদা মথৱাই কৎখিবা লানমীশিংদুবু তুংগী মীবোলদা খঙহন্নবগীমক লিংখৎপনি। লালদুদা বাংলাদেশী মিলিযন অহুম হেনবনা মথৱায কৎখিবনি। শিখিবা মীশিংদু পাকিস্তান লানমীনা মীনুংশি খঙদনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখিবনি। লাল অদুদা তমথীনা মথৱায লৌবীখ্রবা শহীদ ওইখ্রবা মণিপুবী মচা অথৌবা কযাসু যাওবিবনি। মীং খবদং পল্লবদা, সিলেটকী গোযহিপাবাদগী নোংমাইথেম গৌব মোহন সিহ, অম্ববখনিদগী কে ঐচ বমন সিংহ, সুবিদ বাজাবদগী কে ঐচ খগেন্দ্র সিংহ, কে ঐচ খোমদোন সিংহ, মৌলভী বাজাবদগী গৌবচন্দ্র সিংহ, গোববখোবোদগী এম নবেন্দ্র সিংহ, কাবাম অতেন সিংহ, ই কুলচন্দ্র সিংহ, থোকচোম কৃষ্ণমোহন সিংহ, থোকচোম অক্ষয কুমাব সিংহ যাওবি। মখোযদু মণিপুব ইমাগী খোল্লাং থক্লুনা চাউবকখিবা, বাংলাদেশ ইমানা যোকপিখিবা মণিপুবী মচাগী চাউদা নাউদা ঙাকনি। মখোযগী ঈদা মমা লৈবাকপু নীংতমহন্নীংবগী শিবা কিদবা গৌনা যাওবিবনি। মখোযগীদমক লাক্লিবা ঐকোযনা চাউথোকচৈ।

মিউজিযমদুদা নীংতম লান্মীশিংদুনা শীজিন্নবম্বা মফি-মবোল, খূজু খূৎলাই থাঙ-তেন কযাদু থল্লি। লালদুদা পাকিস্তাননা চৎথখিবা মীওৎ মীনৈ, তমথিবা

মীহাৎকী, ইজ্জৎ মাংহনবীববা নুপীশিংগী ফোটোশিং ফক্লাংদা থেৎতুনা লৈ। লাল অদুগা মবী লৈনবা মী কযানা ইবা চিঠি, লাইবিকনচিংবদুসু মিউজিযম অদুদা থন্নি। শিখিবা মীগী কোক্কী শব্দ পোলাংসু মিউজিযমদুদা থন্নি। লানদু হৌবকখিবদি খৃ কুম ১৯৭০ দা পাকিস্তানদা মীখল পাংথোকপদা অৱামী লিগনা খ্বাইদগী মশিং যান্বা পার্টি ওইখি। অদুবু পাকিস্তান পিপলস পার্টিগী লুংচিবা জেদ এ ভুটোনা আৱামী লিগনা সবকাব পাযহন্দনবা থৌবাং তৌখি। পাকিস্তানবু মচেৎ থুগাযনবা হোৎনৈ হাযবগী মবাল শিদুনা আৱামী লিগকী লুচিংবা বঙ্গবন্ধু মিংথোল ফংখ্রবা শেখ মজিবুব বহমনবু ফাজিন্দুনা সিলেট জেলদা থমজিনখি। পাকিস্তান সবকাবগী শুপনম শাসন্দা প্রজা মীযামনা পেন্নখিদে। নীংতম লাল হৌখি। পাকিস্তানগী কা হেনবা লিচৎ, মীনুংশি খঙদবা মতৌদা পেন্দবদগী ভাবতসু বাংলাদেশকী নীংতম লালদা মতেং পাংখি। ভাবতকী লান্মী অমসুং মুক্তি বাহিনীগী অকনবা শক্তিনা পাকিস্তানবু নুমিৎ ১৪ নিগী মনুংদা লাকশিনখি, মাযথীবা পীখি। খৃ কুম ১৯৭১ গী মাচ্চ ২৬ তা বাংলাদেশকী নীংতম্বা ফংদুনা পিপলস বিপব্লিক অফ বাংলাদেশ হাযনা লাওথোকখি। শেখ মজিবুব বহমননা নীংতম্বা লৈবাক পিপলস বিপব্লিক অফ বাংলাদেশকী প্রাইম মিনিষ্টব ওইখি। অদুবু খৃ কুম ১৯৭৪ গী আগষ্ট ১৫ দা বাংলাদেশকী চিফ অফ আর্মী মেজব জেনবেল জিযাউব বহমননা কু তৌদুনা শেখ মজিবুব বহমনবু নোংমৈনা কাপ্পুনা মাগী নুপী, মচানুপা ৩, মমৌনুপী যাওনা হাৎখি।

চৎলিবা ঐখোযনা শেখ মজিবুব বহমননা লৈবম্বা যুমদুদা চঙদুনা যেংবদা বঙ্গবন্ধুগী মশাদগী শিন্থবকপা ঈখেংদু মাগী যুমগী শিডীদুদা ঙসিসু তৈথোক্তনা লৈহৌবি। চেকশিন্না ঙাকশেন্দুনা থমহৌবি।

মিউজিযমদু যেংলুবগা থোবকপদা ঐনা নীংশিংই, মণিপুবগী নীংতম লান খোংজোম লান মণিপুবগী মী খুজোক খবদনা লাকঙম ফাঙমদ্রবা বৃটিশ সম্রাজগী মাযোক্তা শোক্লখিবা লালদু। মীশিং যামজদবা, খুৎলাই মতিক চানা পাযদবা বোম তোপ যাওদবা মৈতৈ লানমীনা মশীং যাল্লবা বোম তোপ লোযননবা বৃটিশ লান্মীগা খোংজোমদা শোক্লখিবা লাল। শোযদনা শিবনি খঙলবা মখোযনা মমা লৈবাক্কীদমক মথৱায কৎপদা চীংনখিদে, নীংতম্ববু মমল লৈনা খঞ্জবা মখোযনা।

(৮)

ইতিহাসকী তাংকক কযাদা অসিগুম্বা থৌদোক কযা লৈখ্রে। কৃমিযাগী লানদা যেক্লবগী মাযোক্তা কৃমিযান লান্মী ৬০০ না শিবনি খঙনা খঙনা শগোল

তোংদুনা চঙশিনখি। মখোযগী মথৌনাবু থাগৎতনা Alfred Tennyson না অসুম্না শৈথাখি-

### *THE CHARGE OF THE LIGHT BRIGADE*

*Half a league half a league*
*Half a league onward*
*All in the valley of death*
*Rode the six hundred*

*Cannon to right of them*
*Cannon to left of them*
*Cannon in front of them*
*Volley'd and thunder'd*
*Storm'd at with shot and shell*
*Boldly they rode and well*
*Into the jaws of Death*
*Into the mouth of Hell*
*Rode the six hundred*

কবি টেনিসনগী শৈবেংসিনা মখোযবু অমব ওইহল্লে। খোংজোম লানগী অথৌবশিংবুদি মীওই কযানা নীংশিংলিবগে ?

ঢাকাদা যেংনীংবা মফম কযাদি লৈবি - বিশ্বসাহিত্য কেন্দ্র, সেন্ত্রেল সহীদ মিনাব, ববীন্দ্র চর্চ্চা কেন্দ্র, মুগলশিংনা শাবম্বা লালবাগ ফোর্ড, নেসনেল মিউজমনচিংবা। মথংগী অযূক অঙনবদা ঢাকা থাদোকপা তাবনিনা মদুদা চৎপা ঙমখিদ্রে। নুংথিলদদি ঢাকাগী চাউববা মোল অমদা চৎলে। বাংলাদেশতা খা এসিযাগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা মফম কল্লিবা বসুন্ধাবা মোলনি ঐখোযনা চৎলিবদু, পৃথিবীগী ওইনদি তবাহুমদোইশুবনি। মোল অদু ঢাকাগী কাববান বাজাবদা লৈ। মোলদুগী মথোল ৫ লৈ। এস্কিলেতবনা মথোলশিংদু কাখৎলি। মী কযানা, কযা অমনা কূমথবকই। চৎলিবা ঐখোয মযামদু প্রপ প্রপ কাখৎলি। অদুদগীদি মানা মানা পাম্বা ফ্লোবদা কাখৎনখ্রে। ঐদি ফাস্ত ফ্লোবদুদং কাবগা ঙহাক কোযনা চৎতুনা যেংঙি। মদুদা ফি যোল্লি, খোঙউপ, অকে-অমৌগী পোৎ, শান্নপোৎ শুনা যোল্লি। পোৎকী মমলদি যাম্না ৱাংঙি। অদুবু ভাবতকী কপীগা

যেংনকববদি মমলদু হোংই হাযবা তাই। ঐদি পোৎ লৈনীংলুদে। থুনা অদুম কৃমথবক্লে। ফনা কুইনা চঙফমগী দাবীদুদা ফমদুনা ঙাইবে। ফনেক শেৎপী অমত্তসু কৃমথবক্তে। ঙাইবা ঙমদ্রদুনা গাডী থাবিবা অদুদা থোবক্লগা গাডীদা ফল্লে। গাডীদা একে শেবাম, গুনমনি, সোমেন্দ্র লৈবম্মী। গুনমনিনা ঢাকাদা লৈদুনা বিজিনেস তৌবা মৈতৈ মচানি। মণিপুবদগী মচে-মচল খব লাকই হাযবদুদা ঐখোযবু মতেং পাংলবিবনি। মখোয ঐখোযবু ঙাইবদা যাম্না ব্রাববজাৎনি। কবি কবি লৈবিবনো খঙদে হল্লকপা কৌবা লৈত্রে। পূং ২ বোম হেনখ্রে। মখোযনা লাকপদা ঐনা যাম্না শাউনা হাযবে "নখোযবু ইকাযবা খঙদববা? ঐখোযগীদমক ইপ্পাশিং অসিনা কযাদা ব্রাবিবা?" মব্দপ সুবোধনীদা ওনশীন্দুনা হায— "অহল নহাক্লা কবি পোৎ লৈদুনা অসুক কুইবক্লিবনো?" মানা খুম্মী," দুকান অমদা ঐগী অমসুং বাধাবাণীগী পাসপোর্ত যাওবা খাউদু কাউবমদুনা মদু থিবদা কাথোক-কাশীন তৌকবনি।" পাসপোর্ত মাংবগী ব্রা হাযবদুদা ঐহাক তুমিন্না লৈজবে। কবি হাযগনি নুপীনা লম চৎথোকপদা পোৎ-চৈ লৈনীংবসিদি মচাগী-মশৃগী, মবী-মতাগী, মব্দপকী কবিগুম্বা খবদং পুশিন্নীংঙি। অদুনা বাংলাদেশ চৎপীশিংদুনা সিলেটতসু সোমেন্দ্র, শঙ্কব, গন্ধেশ্ববী পু পুদুনা নুমিদাংদা পোৎ লৈবা চৎলি হাযবা ঐ খঙঙি। মখোযদি বাংলালোন খঙদবনিনা বাংলা খঙবশিংগী মতেঙ লৌবিবনি।

(৯)

ঐখোযনা মোলদগী হল্লকপদা ফনা থেঙলে। লম্বীদি মৈনা পৃমঙান ঙাল্লি অদুবু ট্রাফিক জ্যম ওইদুনা মফম কযাদা পল্লি। খোঙবৃশিংদুনা মানা মান পান্বা পোৎ যাম্না লৈশিল্লবনিনা ঐখোযনা লাকপদা পুবকপা লগেজ অদুদগী যাম্না হেল্লে। মদুগী কৃপানা ঢাকাগী বস সার্বিসকী মেনেজবনা পোৎ হেনবগী লুচিংলিবা ঐঙোন্দগী পূন্না টাকা ১০০০ ফাইন লৌহৌই। অযৃক পূং ৮ দা বস তোংলে। একে শেবাম, সোমেন্দ্র, গুনমনিনা ঐখোযগী পোৎ-চৈ গাডীদ হাপচিনবিবে। মখোযবু নুংশিনা বিদায পীবল্লে। ঐখোয অখৌডা যৌবকই তাং ২৫।৩।২০১৩ গী নুংথিল পূং ২ তাবদা।

মণিপুবদা হন্নবগীদমক্তা নুমিৎ নীনি ত্রিপুবাদা লৈথবা তাখি এবোপ্লেন তিকেৎ ফংদবনা মবম ওইদুনা। ঐখোয খন্নবে, ঐখোয ত্রিপুবাগী মৈতৈ খুল অমদা লৈবগা মদুদা মৈতৈশিংনা কবম্না লৈবিবগে হাযবদু খঙদোক্লবা চুমগনি। চহী ৭ খুন্তাকপদা মৈতৈ কযানা ত্রিপুবাগী নাবান খামাবদা লাঞ্জেন্দুনা লৈখি। মদুগী চাদা-নাউদানি গঞ্জেশ্ববীসু। নাবান খামাবদা চৎলসি গন্ধেশ্ববীগীদা

লৈক্তবসি লেপ্লবে। নাবান খামাবদনি খোংজোম লানগী কমান্দব মেজব চোংথা মিযানা অবোইবা যাহিপ তানখিবা মফম, শিনাইগাং তুবেলগী তোর্বান্দা মাবু সংস্কাব তৌখিবনি। ঐখোযনা নীংতম লাম্মী, মণিপুব ইমাগী অথৌবা মপাবিদুগী স্মৃতিদা লৈ কৎলুসি, শিনাই তুবেলদা তর্পন কৎলুসি লেপ্লদুনা নাবান খামাব পাংলে।

নুমিৎ হুম্নি মৈতৈ খুল অদুদা ঐখোয ২০ না লৈবকপদু ওম্বোকপা এক্সপবিযেন্স অমনি। ঐখোয ২০ দু মফম ৩ দা খবা খবা খাইদোক্লদুনা লৈবে। গন্ধেশ্ববীগীদা খবা, বামন ইমুংদা খবা। মফমদুদা মীথুংফম গেস্ত হাউসনচিংবা লৈতে। মফমদুগী মৈতৈ ইমুং, বামন ইমুংগী গৌড়িযা মাংঙি-শেংঙি যক লাউই। মনুং অচৌবা চঙলুবগা ফি তূমদুনা ঈকজদবা যাদে। ঈশিংনা হেন্দ পম্পতগীনি পূখ্রী লৈতে। ঈচেলদি লেপ্তে হাযববু শিনাইগাং তুবেলদু মদুদগী খবা লাপ্পি। ইমুংদা খোঙউপ তোংদুনা চঙবা যাদে। ঐখোযগী চাবগী-থকপগীদি বামন ইমুংগী ইবেম্মশিংনা পূন্না হৌবে। মান্দপতা পুন্না প্রসাদী ফংমিন্নবে। অনকপদা হোতেল লৈবা নত্তে। অদুবু খুল অদুদা মৈতৈশিংনা খুন্দাবকপদগী ঙসি ফাওবা চৎনবী পবম্পবা ঙাক্তুনা লৈবি। মদুগীদমক ঐখোযনা চাউথোকচৈ।

মথংগী অযুক্তা ঐখোযনা মখোয খবগা লোযননা শিনাই তুবেলদা মেজব চোংথা মিযাগী স্মৃতিদা তর্পন কৎলে। চোংথা মিযানা লৈবম্না ইঙ্খোলদা থল্লিবা মেমোবিযেলদা লৈ-শু কৎলে। লৈকাই অদুদা লৈবিবা মীওই কযা অহল-লমন অঙাংশিং যাওনা ঐখোযনা বার্ত্তন কৎতুনা উৎসব লাঙদুনা প্রসাদী ফংমিন্নবে। নুংথিলদনা বাসেশ্ববী পালানা সংকীর্ত্তন কৎলে। ঐগী মরূপ, দা তাপতি চক্রবর্তী ত্রিপুবা ৱিমেন্স কমিশনগী হান্নগী চেযবপার্সননা অথোইবা মীথুংলেন ওইবখি। খুলগী মী কযানা ভাবোক ওইখি।


*নাবাযণ খামাবদা লৈবা মেজব চোংথা মিযাগী নীংশিং খুভম*

মথংগী নুমিৎতদি নাবান খামাবগা নক্লনা লৈবা যেংবা যাবা তুবিস্ত সেন্তব খবা যেংলুসি হাযনা থোক্লে। খবদং চৎলগা লৈবে

বোজ ভেলি পার্ক। চঙদুনা যেংলে। ওম্মোকনা ফজনা লৈশু শাংলি। পার্ক অদু যেংলুবগা পোত্থাফম শেমদুনা থল্লিবদুদা ঙহাক ফল্লগা ঐখোয় থোবকই। ত্রিপুবা যুনিভবসিটি, ত্রিপুবা মেদিকেল কলেজসু নক্না লৈববনি অদুবু আগবতলাদা কৈথেল কাবনা হেন্না পামজবে হাযদুনা চৎনখ্রে ঐখোযগী মীশিংদো। মখোযনা কৈথেল কাকুবগী দষা অমসু নংখি। একে শেবান্না লাইবিক মপুন অমা মণিপুব যৌবগা শবৎচান্দ থিযামদা পীবিযু হাযদুনা শিন্নবকখিবদু এবোপ্লেন্দা লগেজ হেন্দুনা বাজকুমাব তকুনজিৎ সিংহদা শিন্নবম্লা তাখি, কোন্না পীবিবক্লবা। ঐদি ত্রিপুবা মেদিকেল কলেজ এন্দ বি আব অম্বেদকব মেমোবিযেল হোস্পিতালদা চঙলে। নহান লাকপদা এবোপ্লেন মনুংদা ভদ্রলোক অমনা নেথৎপিবম্লা ঐগী খোঙদু যান্না চাউনা পোমদুনা হনগদবা মতম যৌবফাওবদুদা নাদুনা লৈবে। নহানমখৈ শেক শেক্কুনা চিং-চিংদুনা থবক্তি অদুম পাঙথোকপনি। যূম যৌবমদাইদা মদু অমুক্তং দাক্তবদা যেংথোকহনগে হাযবগীনি হোস্পিতালদুদা চঙলিবদু। *লাইবক ফবদগী মণিপুবী মচা দা গোবীন থেংনবে।* মাগী মতেঙনা এক্সবে লৌবে। তেক্তি তেক্লমদ্রে। হীদাক খবা ইবক্লে। মলম খবসু। নুমিদাং তূল্লমদাইদা ঈশিং অশাবদা থুম হাপ্পগা তীংঙু। খবা পোৎথাবগা ফগনি হাযবকই।

তাং ২৮।৩।২০১৩ ইংদি যাউশঙ নুমিৎনি। যাউশঙ হাযববদি মণিপুবদদি নহা-অহল অঙাং খাক্কুনা নুমিৎ কযানিগী মমাঙদগী খূৎ থেক্কুনা পানবিবনি। যাউশঙ মৈ থায। অঙাংশিংনা নাক্ক থেংঙি। পাখঙ-লৈশাবীনা থাবল চোংঙি। পিচকাবী নুমিৎতা শ্রীগোবিন্দদা হোলি পালা কযানা হোলি ঈশৈ থৌগল তৌই। লম্বীদা নুপীমচাশিংনা ফি মুল্লি, পৈশা লৌই। চহী খবসিদা লৈকাই খবদদি যাউশঙ স্পোর্তস পাঙথোকই,



*নাবান খামাবদা যাওশংগীগী শক্তম*

আবেবসু তৈনৈ, পিচকাবীসু কাপনৈ। নুমিৎ ৫ নি চূপ্পা পাঙথোকই। মঙানি চনবা নুমিৎতা শ্রীবিজয গোবিন্দগীদা হলক্কাব পাঙথোকই। মণিপুবদা পাঙথোক্লিবা যাউশঙদি মতা অমনি। থবক-থৌবম পূম্বা লেপ্লি। কৈথেল ফমদে,

কবি অমুক হাযগনি খবর ফোংদ্রিবনি। নুমিৎ ৫ নিনা কোন্নবা নত্তে। মতুংদা ফনা শাংবা মতম ফাওবা থাবল চোংবা, চাক চানবা, শৃমাং লীলা, ঈশৈগী থৌরম কযাসু চৎথরিবনি।



মণিপুরগী মপাল লমদা ত্রিপুরাদা মৈতৈশিংনা পাঙথোকপা যাউশঙ যাওরগী তাঞ্জা অমা খোঙচৎ অসিদা ঐখোযনা উবা ফংলে। নাবান খামাবদদি যাউশঙ নোংতমক পাঙথোকই। খুনগী মযাযদা লৌবৃক্তা অচৌবা শঙ অমা শাই। যাম্না ৱাংবা ৱা অমা মযাযদা যুংঙি। মদুদগী শাংলবা ফীবাল অমা যান্থে। যাউশঙগী শঙদু শাবগী ৱা ই লৈননবা যূম-যূমদগী লুপা ১০/১০ খাযনৈ হায। নুমিদাং পূং ৭ লোম তাবা থা ফজন্না থোক্লবা মতমদুদা মন্দিবদগী ব্রহ্মণনা চৈতন্য মহাপ্রভুগী মূর্ত্তি লেঙথোকই। মযাম্না ঈশৈ শক্তুনা কাংশি যৈদুনা শঙদু ফাওবা যৌবগা শঙদা লাই লেঙশিল্লে। লৈকাইগী নুপীশিংনা মাগী মাগী ঙমজবা বালভোগ শেমদুনা লাইদা কৎনৈ। লাইদা আরতি কৎলবা তুংদা শঙদু মৈ চূদুনা মৈ থাদোকই। হল্লক্লগা মন্দিবদা লাইদা কৎপা ফোবমোল মযামদা যেল্লি। অদুনা যাউশঙ কূম্মৈ লোইশিল্লে। নাবান খামাবদা লৈবিবা মৈতৈ প্রজাশিংদুনা থাবল চোংবা হাযবদু অমুক্তা উদ্রি ফোঙদোবকই। তাং ২৯।৩।২০১৩ দা ঐখোয এবোপ্লেন্না ইম্ফাল যৌবকখি।

হন্দক্কী বাসেশ্বরী পালাগী বাংলাদেশ অমসুং ত্রিপুবাগী খোঙচৎ অসিমক্তি মণিপুরগী কলচবরু মপালগী লমদা শন্দোকলুবগা লোযননা লমদম তাম্না লৈখ্রবা মণিপুরীশিং ইচীন-ইপ্পা, ইচা-ইনাওশিংবু উনদুনা নুংশি-চান্নবগী মরীবু নৌহৌনা মবা চেৎহনবা, যাম্না নুংশিখ্রবা খোঙচৎ অমনি কাউঙন্নবোইদবা।

# দা. কমলনা শৈথাবম্বা শিলংদা

শিলংদি যাম্না নীংথিজবা অৱাং নোংপোক ভাবতকী চিদাইদা ঙাম্নোইবিবা সহব অমনি। দা কমলনা শিলংগী ফজববু অসুম্না শৈথবমই, "সহবগী নিলখোংবা অমসুং নাবক্কী অচীকপা অনী অসিবু পুল্লগা মতম্বক্তা পমজবা সহবগী মশিংদি খব মতাংই। সহবগী নিলখোংবা খোঞ্জেলগা লোযননা মী তাদবা নাবক্কী অচীকপদা তিনখ্রে। চীংনুংদগী খোংলকপা তম্নাগী খোঞ্জেলগা গীর্জা মনুংদগী শক্লকপা খাসি নুপী মচাশিংগী খোঞ্জেলগা তিন্নখ্রে। খুৎশেমগী নীংথিজবগী মকমদা মহৌশাগী নীংথিজবা লোৎতুনা লৈখ্রে। প্রকৃতিগী নীংথিজবা অমসুং খুৎশেমগী ফজবা অনীমকপু যেংগে হাযববদি মদুগী চপ-চাবা মতীকচাবা মফম শিলং অসিসু অমনি।" শিলংগী সহবগী মযাযদা লৈবিবা খুৎশেমগী পাৎ মচাদুগী ফজবা অৱাংবা চীংদগী চেন্থবক্লিবা মহৌশাগী খুদোল বিদন জলপ্রপাতকী ফজবসু দা কমলনা খোৰ্জেংগী মতেংনা যেকলমই। মদু যেংনিংদুনা মীওই কযানা শিলংদা লাক্লুখি। মখোযগী মবক্তা ঐসু অমনি শিলংদা চৎনীংবা।

শিলং, মেঘালযগী কোনুংনি। মেঘালয- "মেঘ-অলয" লৈচিলগী মকাইফমনি। ওম্নোকপা মগুন চেনখ্রবা মিংনি লমদমদুগী প্রজাশিংনা মবমদম্বু কৌজবিবা। মাগী-মাগী মবমদম্বু নুংশিনা কৌজবা হৌনশানি। মণিপুববু কৌই সনা লৈবাক। সিকিমবু কৌই স্বর্গগী লৈবাক অসিনচিংবা। মেঘালযনা নীংশিংহল্লি লৈচিলগী তোঙান-তোঙানবা শক্লোন কযা। লৈচিলসি নোংমগী মনুংদা শক্লোন

কষা উথোকলিবনি। শংবান্নবা অতিযা মকোইদা লৈচিলনা পাকতক্রা লশিং মফোল অমুক চাইথোকই, অমুক তাশিন্দুনা শগোল শামুগী শক্তম, তেন কাপ্পা লাম্মীগী শক্তম লৌই। অউবা মীশিংগী কল্পনাগা শীংনৈ। কোবৌইনবনা মবানযাই পাংলমদাইগী মশেক্লা যৈবদা লৈচিলনা ঙাক্তনবা মচুগী ফিজোল হোংলদুনা নুংশিনা মশাবীবু বিদায পীবিবনি। অমুকসু অমুবা ফিজোল হোংদুনা নোংজু লাক্কদৌবে চেকশিল্লু তাকপি লৈচিলনা। অতিযাদা যাঙনা পাইবিবা লৈচিলবু উবদা চান্নবা-চান্নবীশিংনা নুংশি দুতি ওইহন্দুনা নুংশি পাউজেন্নবিবনি।

ঐহাক খৃ: কুম ১৯৭০ দনি শিলংদা অহানবা ওইনা চৎলি। খোঙচৎ অদুদা ঐগী ইপুবোইবা অমসুং ঐগী পিকলিবা ইচা অনীগা লোযনদুনা শিলংদা লাকখিবনি। লম্বী চৎপদুদা ফনা ৱাখি। চীংলক্কী থেকখোই তৌবা লম্বীদুদা গাডী মচা অদু হুৎ-ফেৎ হুৎ-ফেৎ, তৌদুনা চৎপদুদা কোক যাম্না ঙাওই। ওনীং-ওনীং তৌই। লম্বীদা অমুক অনীবক্তি হন্দোকখি। অৱাং নোংপোক ভাবতকী লম্বীদি অসি ঙাক্তনি। ডিমাপুব লম্বীদা ওইবো, শিলংগী ওইবো, অরুনাচল প্রদেশকী ওইবো, ইমান মান্নে। দিল্লি, কলিকাতা, বোম্বেগুম্বগী লম্বীগা মান্নবা নত্তে, চীংলম্বী ঙাকনি। লম্বীগী ৱাদা নৎত্রি সেভেন সিস্টবস হাযনা খঙনবিবা মণিপুব, ত্রিপুবা, আসাম, নাগালেন্দ, মেঘালয, অরুনাচল প্রদেশ, মিজোবাম, সিক্কম যাওনা ভাবতকী অৱাং নোংপোক লমদমগী মীশিংগী শকচু, লোল, কলচব তোপ-তোপ্পী। চীংলক্কী লম্বী চৎপদা কোক ঙাওই, ওনিংই, অনাবা খুদোংচদবা থেংনৈ হাযদুনা চৎতবা যাবা নত্তে। মসি ঐখোযগী লমদমনি ইশাইগোননি। মীগী মমা ফজবদু ঐগী ইমা ওইগে যাবা নত্তে। থিববসু ফজববসু পলেম ইমানা মহেল্লি। লম্বী থেক্লসু থেকম্লানি, কোক ঙাওববসু ঙাওম্লানি "থেকিনু থেকানু, মিৎচিনা খোইখোই সনানু হাযদুনি। শিলং যৌববদি অৱাবা পুম্বা লাপনা ইনাক্তগী চেনখ্রে।

ঐখোয়না নুমীৎ নীনি হোটেল অমদা লৈবে। পিকলিবা অঙাং অনীগা য়াওবনিনা মঙম শানদে। অঙাং অনীবু পুদুনা শিলংগী লেকতা হি তোংদুনা ঈপাক্তুন্দা কোয়বকখি। পাৎতা চাবিবা ফজববা ঙাশিংদুগী মচিঞ্জাক খব থাবিবমখি, পাৎ মপান্দা লৈবিবা দুকান্দগী লৈদুনা। দা. কমলনা হায়বদু চুমই, লুববা ঈশিংনা চাংজৌ মান্নববা পাৎ অসিগী মপান-মপান্দা মখল মখা অযাম্বা লৈপালনা মাগী মাগী মতমনি, মতম নত্তে হাযবা ৱাখল তৌদনা কুম্বী কালেন নাইদনা শাৎলি। মখল মখা অযাম্বা উবীনা উচান পাম্বী মখোঙদগী মতোন ফাওবা থুংনা যেৎহল্লি।

মফম মফমদা শাৎকাযববা শুনা লৈতেংলবা লৈপুঙ খবনা থাপ্না উবা সমুদ্র মযাযদা লৈবা দ্বীপ পবেংগী মতৌগুম্না নীংথিজবি। অসুম্না ফজনা কবিনা ফোংদোকলমলিবা অসিমক পাৎ অদুগী অকোযবদা উবা ফংলকখি। বিদনজল প্রপাত. ঈশিং চাইবীদি উবক্তে।

শিলংগা মণিপুবগা ইতিহাসকী ওইবা নক্লবা মবী লৈনৈ। মণিপুবগী নিংথৌ চুডাচান্দ মহাবাজনা শিলংদা লেঙশিন্দুনা লৈবম্বা মণিপুবগী কলচবগী মচাক মবল থনম্বা মফমদু মণিপুবী বাজবাডী হাযদুনা শিলংগী বেদ লেনসতা লৈবি। ঐখোযনা খোঙচৎ অদুদা বাজবাডী যৌশিল্লে। মথংগী নুমিৎতা শিলংদা লৈবিবা স্কুল খবদসু চৎলে। মবমদি লাইবিক লাইশু তম্বগী মতাংদা শিলং অসি ফৈ হাযনৈ। অদুনা যাববদি ঐগী ইচানুপা অনীসিসু শিলংদা তমহনগে খনবদগীনি। অদুমক্তি তৌদ্রে, চথোক চৎশিন্দা ব্রাবনে, এবোপ্লেন সার্ভিসসু লৈতবনে। শিলংগী কৈথেলদা চৎলি। কৈথেলদু মণিপুবগী খ্বাইবমবন্দগী ইমা কৈথেলগদি লাম্বা নত্তে। খোঙচৎ অদুদা শিলংগী মফম কযাদা লৈবিবা খূৎশেমগী অমসুং মহৌশাগী ফজবা কযা উবক্তে, নীংবা থুংলক্তে। অদুবু খৃ কুম ২০০৭ তা ঐ অমুক চহী ৩৭ কী তুংদা শিলংদা লাকখিবদুদদি শিলংগী হান্নগী শক্তম যাম্না হোংলমলে। খূৎশেমগী পাম্বৈনা লম্বী থোংসু শূৎ নাল্লমলে। ফজববা বিলদিং, দুকান পবেং-পবেং লৈবমলে। লম্বী চৎপশিংগী পোথাফম, চাফম থকফম, বেষ্টুবেন্ট কযা লম্বীদা থেংনবে। ঐখোয লাকমিন্নবা, ঐ, লিংজানেং গাংটে, লালজান বেগম অহুম, লম্বীদা বেষ্টুবেন্টতা চা থক্তুনা, পোথা-পোথা লাকখি। শিলং যৌবদা থোযনা অব্রাবা লৈখিদে।

ঐনা শিলংদা খৃ ২০০৭ দা চৎপদু নেসনেল কমিশন ফোব ব্রুইমেন না শিলংদা শিনবা থৌবম অমদা নোর্থ ইষ্ট ষ্টেটকী নুপীগী কমিশনগী চেযবপার্সনশিংবু শকক যান্নবা বার্ত্তন তৌরকপনি। মতমদু ঐহাক মণিপুব ষ্টেট কমিশন ফোব ব্রুইমেনগী চেযব পার্সন ওইবিঙৈনি। ইদোম চৎপা নুংঙাইতে হাযদুনা কমিশনগী মেম্বব অনী-ঐগী মরুপ লিংজানেং গাংটে অমসুং লালজান বেগমসু লোযনবনি। শিলংদা থুংলবদা মফমদুগী মমিং চৎলবা হোটেল পোলো টাব্রাবদা লৈবে। হোটেল অদুমক্কী কনফবেন্স হোলদা পোগ্রাম অদু পাংথোকই। হীবমনা "Workshop on Powers of Civil Court Vested with the Commission" হাযবসিদনি। মখোযবু মণিপুবগী নুপীশিংবু মণিপুব ষ্টেট ব্রুইমেন কমিশন মশক খবদি তোঙান-তোঙানবা ষ্টেটশিংদগী লাকপা ডেলিগেটশিংদুদা খঙহল্লমগে খন্দুনা ঐনা মণিপুবগী নুপীনা শাবা লৈকম ইনফি মচা খবা পুবগা চৎলি। সভা

হৌবদা ঐনা দাইজদা ফম্লিবা মেঘালযগী মতমদুগী গর্ভনব হিজ এক্সিলেনসি এম এম জেকোব অমসুং ওনবেবল চিফ মিনিষ্টব জেদি ব্যামবাই, নেসনেল কমিশন ফোব ৱুইমেন চেযবর্পসন দা গীবিজা ব্যাস অমসুং মেঘলয ৱুইমেন কমিশনগী চেযবর্পসনগী লেংবান্দা ইনফিদু অমমম যানশিল্লি, অতৈ-অতৈ অতোপ্পা চেযবর্পসনশিংদসু ফি যানবিদুনা শক খঙনবা হৌখি। থৌবু ওইবিবা দা গীবিজা ব্যাসতা হাযনবগা ঐনা মাইকতা ৱাহৈ খবদং হাযনবগী তাঞ্জাদু লৌই।

ঐনা হায - ফিশিং অসি মণিপুবগী নুপী ফিশাবীশিংনা পীবকপনি। মখোয যাম্না ৱাবে হাযবসি পাউদমবিবম্মু হাযজবকপনি। মণিপুবদা ইম্সবজেন্সি লৈবনা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিযেল পাৱাব এক্ট থমই। আর্ম কনফ্লিকতা মখোযনা ভাইওলেন্স কযা থেংনবি। নুপী কযানা লুখ্রা ওইহৌবে। লুক ইষ্ট পোলিসিনা নোংপোক থোঙ হাংলে হাযনা মী খবনদি হবাওনবি। অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা মীওই খবনা লোন্না মণিপুবদা দ্রগ পুশিল্লকই, যোল্লি, চাবি। নহাবোল কযাসু দ্রক্কী ইবোলনুংদা লুপখ্রে। মীনা কীনববা লাযনা ঐচ আই ভি এইদসনা নাবক্লি। নুপীশিংদা মদু শন্দোবকই। অসিদগী কোকনবা ৱাফম খব খন্নবিবকউ হাযনা নুপীশিংনা পাউজেঞ্জবকই ,অসিনি। গর্ভনবনা মাগী চীফ গেষ্টকী ৱাবোলদা ঐনা ঙাঙখিবদু পল্লকই “মণিপুবদগী সিষ্টব অমনা ফোংদোকখিবদু মফম অসিদসু লৈবিবনি ।” নুমীৎ নীনিগী সেসনদা নেসনেল কমিশনগী অখঙ-অহৈ, লিগেল এদভাইজব, অতৈ কমিশনদগী উকিল যাওনা কমিশনগী এক্ট, পাৱাব, নুপীগী যাইফনবগীদমক্তা লৌখৎপা যাবা থবকশিংগী মতাংদা যাম্না নিংথিনা দিলিগেটশিংদা খঙহল্লি। দিলিগেটশিংগা ইন্টবেকসন তৌনৈ। নৌনা কমিশনগী থৌ পুবিবা ঐখোযদদি খন্ন-নৈনবদু যাম্না কান্নখ্রে। ৱার্কশোপকী প্রোগ্রামদু লোযববদা দিলিগেটশিংদু মযুম মযুমদা হন্নখ্রে। মণিপুবদা বন্দ লৈবনা মবম ওইদুনা মণিপুবদগী লাকপা ঐখোয অহুমদি যুমদা হনবা যাখিদ্রে।

ঐহাক শিলংদা লাকই তাবদগী থৌনাওজম নন্দকিশ্শব ঐ উন্নবা লাকই। নন্দকিশ্শব ঐগী ছাত্রনি। মহাক “লৈ-লাংবা” হাযবা ঐনা ইদিত তৌদুনা ফোংবা জবনেলগী মতিং লৈবা ক্রু মেম্বব অমনি। মানা আবটিকল খোমই, চেফোঙদু মীওই কযাদা যৌহল্লি। খব লৈবগা মহাক এগ্রিকলচব মীনিষ্ট্রিগী মখাদা থবক তৌদুনা শিলংদা লৈখিবনি। মহাক্কা লোযননা চৎতুনা শিলংদা লৈবা মণিপুবী মচা কযাগা উন্নখি। আকাশবাণী শিলংগী প্রোগ্রাম এজুক্যুটিভ ওইনা থবক তৌদুনা লৈবিবা নিংথৌজম লোকেন্দ্রসু উন্নবকই। মাগা লোযননা শিলংগী কৈথেলসু কাবকই। যুমদা পুন্নবা কামনা, যাইঙং অশুবনচিংবা খবসু লৈবকখি।

ঐখোযগী প্রোগ্রাম লোইশিন্দুনা অতোপ্পা মফম অমদা হোংদোকপা তাববদা নন্দকিশ্বরনা যেংখোম কে বি সিংহগনা লোযননা লাক্লুনা ঐখোয অহুমবু হোটেল মেগ্লমদা লৈনবা শিনবীবে। যেংকোম কে বি সিংহদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ মেঘালযগী ভাইস প্রসিডেন্টকী থৌ পুরিবনি। সাহিত্যদা চাউনা খুদোল তন্নিবা মণিপুরী মচা অইবা অমনি। কে বি সিংহ পি ঐচ ই. ডিপার্টমেন্ট মেঘলায গভর্নমেন্টগী ইকজিকুত্যিব ইঞ্জিন্যাবসু ওইবি। মানা মাগী বোলেবো গাউীদুনা ঐ, লিংজানেং, লালজান বেগমবু হোটেল মেগ্লম ফাওবা থিনবিবকখি। হোটেলদুদা লৈবিঙৈদনি ঐখোযনা চেবাপুঞ্জি হোলিদে বিসোর্টতা কোযবা চৎলুবদু।

চেবাপুঞ্জি, শিলংগী লেমজনিংঙাই ওইবা মালেমদা খ্বাইদগী হেন্না নোংচুবগীদমক মমিং চৎলিবা মফমনি। চেবাপুঞ্জিবু লমদমদুগী মীশিংনদি "সোহবা" কৌনৈ। বৃটিশনা চেবাপুঞ্জি থোল্লম্বনি। মখোযনা সোহবা হাযবা হৈতদুনা চেবা কৌববা" ঐখোযনা লৈবিবা হোটেল মেগ্লমদুগী মনাক নক্লা মেঘালয টুরিষ্ট কোবপে'বেশনগী ওাফসত্তু লৈ। মদুদা চৎতনা টিকেৎ ককলুবে, চেবাপুঞ্জিদা অমসুং মাউসিনরামদা সাইট সিইং চৎনবগীদমক। নুমিত্তু খ্ কুম ২০০৭ গী ফেব্রুৱাবী তাং ৭নি। টুরিষ্ট গাইদ ওইবিবীদুগী মমিং কোবদোলিন লাংগ্রী কৌই। মহাকত্তু মী পিকতক তৌবদনা মতৌ যাম্না লৈ। যাম্না হৈ শিংই। ইংবাজি ফজনা ঙাংই। মহাক আকাশবাণী শিলংগী ইংবাজিগী এনাওন্সব ওইবমই হায। মানা লমজিংদুনা ঐখোযনা চেবাপুঞ্জিগী মফম কযা যেংলকখি। যৌরুবা মফমগী হোজংদা ইদুনা লৈবা থেংনৈ 'খুব্লৈ', ঈশ্বরনা থৌজালবীসনু হাযবনি খাসি লোন্দা। মীবু তাবাম্না ওকপদা শীজিন্নবা ৱাহৈনি। লম্বীদা মফম খবদা নূঙ যুংদুনা লৈবা থেংনৈ। মণিপুরদসু মাও মবামগী মফম খবদা, নূঙবাগী মফম খবদা যুংদুনা লৈবা নূঙদুগা মান্নে।



*শিলংগী চেবাপুঞ্জিদা নোকালিফাই ৱাটব ফোল*

মফমদুগী কলচবগা মাও মাবামগী নূঙবাগী কলচবগা মান্নবমগদ্রা থিজিনবা অমা চঙই।

দুৱানশিং সিএম ব্রিজ যৌবদা ঐখোয কুমথবে। মনাক্তা লৈবা ধাবা অমদা চা-নুং থক্লে। কোবদোলিনগা লোযননা ঐখোয মবীদি থোং অদুগী মযায ফাওবা খোঙনা চৎতুনা অকোযবগী দৃশ্য যেংদুনা ঙাইহাক লৈ। ওন্থোক্লা পূক্লীং হুনা ফজে। লাপতক্লা চীংশাং পবেং অমা লৈবা উই। কোবদোলিননা খূদোনবী থিন্দুনা তাকই আদগীসি বাংলাদেশকী ঙমখৈনি। শম্বল খাবা নত্তে। আইননা যাদবা মওংদা বাংলাদেশী কযা মফমদুদগী চঙশিল্লকইসু হায। তাম্না শন্দোক্তুনা লৈবা তম্পাক ওইনা উই। ও বাংলাদেশ ! মফমদুদা চহী তবেৎ খুন্তাকপদা লাল চেন্দুনা লৈখিবা মণিপুব ইমাগী পাবী পুবীগী চাদা নাউদা লৈবিকো নীংশিংলকই। থোং



*দুৱান সিংহ সি এম ব্রিজ মথক্তা গাইদ কোবদোলিন, দা যামিনী, লিংজানেং গাংটে, লালজান বেগম*

অদুদি মফমদুগী নিংথৌ দুৱানসিং সিএমবু নীংশিংদুনা মঙোন্দা তৌবিমল উৎতুনা শাবনি। মহাক অদু খৃষ্টগী মমাঙ ২০০০ দা মফমদুদা পাল্লম্বা যাম্না কনথৌবা, মবৈবাক নীংবা নিংথৌনি হায।

অদুদগী ঐখোয পাক চাউত্রবা, থাংখ্রা পার্ক যৌবে। মদুদা মখল কযাগী হৈ লৈ থাবি। লৈশু ফজনা শাৎলি। পার্ক অদু যাম্না লু নাল্লি। পার্ক অদু থুংনা

চৎপদি ঙন্নকতে, হেক্তৰ মঙা মখাযগী লমদা শেমগৎপনিনা। মফমদু সমুদ্র লৈমাযদগী ফুট ৮৪০ ৱাংই। লোংগিচুদ ৯১.৪৫E লেটিচুদ ২৩.৫N তা লৈবনি। টেমপবেচবদি ১৮ সেন্টিগ্রেদনি হাযনা ইদুনা চঙফমদা থেৎতুনা লৈহৌই। অদুদগী মথং মথং চৎথদুনা বামকৃষ্ণ মিশন স্কুল, নোকালিকাই ঈশিং চাইবী, মাউসিনাবাম শুকং যেংনবা চৎলে।

বাম কৃষ্ণ মিশন স্কুলদু চেবা মার্কেটতগী কিলোমিটৰ অমা চৎলগা লৈবে। মদু ভাবত সবকাবগী ট্রাইবেল এফিযাবসনা লিংখৎপা ষ্টেট অদুদা লৈবা খ্বাযদগী লিববা স্কুলনি। ঐখোযনা যৌবদা স্কুলদুগী ইউনিফোর্ম শেৎপা অঙাং মযাম অমা লাইশোল ঈশৈ শক্তুনা লৈবমই, স্কুল ভেবন্দাদা। স্কুলদুগী লেবোবেটোবি, মিউজিযম লৈ। মিউজিযমদুদা থুমোক মখল-মখল, ফিবোল, লৈতেংগী পোৎলম, থাঙ, তেন, তানচিংবা তোঙান-তোঙাম্বা ট্রাইবশিংগী ঈশৈ নোংমাইদা শীজিন্নবা যন্ত্রনচিংবা থমই। মিশন স্কুলদুগী অঙাংশিংনা শাবা হেন্দলুম অমসুং হেন্দিক্রাফটকী পোৎচৈ যোনবা কানটিন অমসু লৈ। মদুদগী ঐখোযনা নীংশিংপোৎ খবা লৈবকই।

নোকালিকাই ঈশৈং চাইবীগী শক্তমদি থাপতক্লা উবকই। মদু চেবা মার্কেটতগী কিলোমিটৰ মবিবোম চৎলগা লৈবনি। ঈশিং চাইবীদুগী নুংশিববা ৱাবী অমা লৈ। লিকাই কৌবী নুপী অমনা শু-নোমদুনা মাগী ইমুং পুই। মাগী নুপানা যুমদা অঙাং শেন্নদুনা লৈহৌই। নোংমদি লিকাইনা থবক শুকবদগী মযূমদা হল্লকপদা মাগী ক্কাকবাক্তা মীগী খৃৎশা অমা যাওবা থেংনবে। মানা হংবদা মাগী নুপানা মাগী পোক্তবা মচাদু হাৎতোক্লগা ককথৎতুনা মখোযনা চান্নবা ঈনশাং ওইনা থোংদোক্লে হাযনা খুমলকই। মদু তাবদা লিকাইদু নুংঙাইমনদনা যুমদগী চেনখ্রগা ঈশিং চেম্বুবক্লিবা চীংথক অদুদগী চোংথদুনা শিখি। মাগী মমিংদগী লৌদুনা ঈশিং চাইবীদুগী মমিং নোকালিফাই থোনখিবনি হায।

ঐখোযনা উবকপা ঈশিং চাইবী অমদি মাউসমাই ঈশিং চাইবীনি। মদুদি মাউসমাই খুঙ্গংদগী কিলোমিটৰ অমবোমদং খা পাংনা চৎলগা লৈবে। ঐখোযনা ঙাইহাক লেপ্তুনা মদু যেংদুনা লৈ। মফমদুদগীসু বাংলাদেশকী তম্পাক উবা ফংই। গাইদনা ঐখোযদা থিন থিন্দুনা অসিনি অদুনি অদানি তাকই। মফমশিংগী মিংদু খাসিলোনগী ওই, নীংশিংবদা খবা ৱানা থোকই। যাম্না মুন্না খঙদে। খোঙচৎ অদুগী খ্বাইদগী কাউঙমদবা অমদি চেবাপুঞ্জিগী মাউসিনাবাম শুকং মনুংদা ঐনা চংদুনা মদুদা ঙাম্বোইবিবা শিব মহাদেবগী দর্শন ফংজবকপা অদুনি। শিবলিঙ্গদু লমদমদুগী মীনদি মাউজম লুইন কৌই। শুকং মনুংদা চঙলুসি হাযবদা ঐগা

চৎমিন্নবিবা মকুপ অনীদুদি কিজৈ হাযদুনা শুকুংগী থোংজিন্দা লৈহৌবে। ঐদি মনুংদা কবি লৈবগে খঙনীংদুনা শুকুং মনুংদা চংলে। শুকুং চঙফম মখুলদগী থোবকফম অদু ফাওবা মিটবদা ১৫০ শাংই। মহৌশা লাইবেন্নীগী খুদোলনি



*শুকুংগী মনুংদা যাম্নদুনা লৈবিবা লাইম ষ্টোনগী শক্তম*

মীওইবগী খুৎশেম্মা অদু মান্না শেম্না ওইথোক্কনি থাজদে। শুকুং মনুংগী মথক শিলিং অদুদগী লাইম ষ্টোননা থৌবীগুম মবী মবী যাম্নদুনা লৈ। শিলিংগী মখাদা নাকল অমদা চাউব-চাউববা নুঙজাও কযা লৈ। নাকল অমবোমদনা অখুবা পবীং অমা লৈখ্রি। মদুদা মী চঙবা চনদে। মচি মচিদা ঈশিং লৈ, ঈশিং ঈবাওখোল অমসু তাই। কদোমদগীনোদি খঙদে শিলিং মথক্তগী ঈশিং তপ-তপ তাবকই। নোংজু পাম্নাদদি মফমদু ঈশিং থন্না লৈ। লিনসু লৈ হাযনৈ।

শুকুং মনুংদা চঙবদা অহানবদদি লেপ্না চঙবা চল্লি। খবা চঙশিল্লগদি খুজিল্লকতুনা উপ্রাকনা শিৎলগা চঙলে। খবা অমুক চঙশিল্লগা নূঙজাও অমদা শিবলিঙ্গদুনা ঙাম্থোইদুনা লৈবমলে। চাউববা ইস্তেলেগমেট অমনা শিবলিঙ্গগী শক্তম লৌদুনা লৈবনি। শিলিং মথক্তগী ঈশিং তপ-তপ তাবিবদুনা শিববু চাইথবি। অঙকপা থাজদবা তাংনা ফংজবা শিব মহাদেবগী দর্শননি। ভগবান শিবদি অকিবগী মশক ফংলবা হিংচাবা, ভুৎ প্রেতনা থৌগল তৌদুনা লৈ হাযনবিবনি। অশেংবা তীর্থ ওইবিবা, স্বর্গ-মর্ত্ত পাতাল ফাওদুনা চেল্লিবা গঙ্গানা মহাদেবগী আবাধনা তৌবিবনি। অদুনা ভগবান শিবগী নাক্তা ঈশিং লৈবা

ঙক্লিংঙাই ওইদে। ভগবান শিবগী মফমদা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক তুংদুনা লৈবিবনি। শা, উচেক, লিন কাং, পুম্নমক্কী মপুনি হাযদুনা মহাদেববু পশুপতি কৌবিবনি। মহাক্তি মফম পুম্নমক্তা লৈবনি, মফম অমদা লেঙদনা লৈবনি হাযবগী শিবগী মিং সিত কৌবনি। কুন্দ মনুংদা ঈশিংনা তুংদুননা লৈবগুম্না জগৎপুম্বা মঙোন্দা তুংদুনা লৈ হাযবগী মাবু কুন্দসু কৌনবিবনি। মতম চুপ্পদা ধ্যান তৌদুনা লৈবা যোগীনি হাযদুনা যোগেশ্বব কৌবিবনি। ঈশিংবু নোং ওলহনবা, নোংবু নৈচিল ওলহনবা শক্লোন পুবা ভগবান শিবনি। মহাকপু দর্শন তৌদুনা ঙাইহাক মফমদুদা লৈবিঙে ঐগা লোযনবকপা মী অহুম মবিদু ঙসাইনা আ যৌখ্রে। মফমদুদা ইদোম ঙাইহৌবে। খৃৎতা পাযবিবা কেমেবা মচাদুনা শুকং মনুংগী ওইবিবা শক্তমদু ফোটো লৌশিল্লগা শুকংগী মপান্দা থোবকই। শুকংদগী থোবক্লগা ঐগী মকপ অনীদা ঐনা শুকং মনুংদা উবকপদু পাউদম্লে। লিংজানেংনা হায "নং কবিগী মদুদা চঙলুবনো'? মদুদা ভুৎ লৈবনি, লাই ওক্লববদি নং শিবোইদ্রা"? লিংজানেংনা ভুৎ লৈ হাযবদু ওইথোকই মবমদি মহাদেবগী মনাইদি ভুৎ প্রেতনি। ঐনা নুমিদাং তুম্বদা শুকং মনুংগী দৃশ্যদু মিৎতা উদুনতা লৈ।

মথংগী নুমিৎতা নন্দকিশ্ববগা লোযদুনা দা· যোধচন্দ্র সনসমনা মাগী কাব থৌবদুনা ঐখোযবু উন্নবা লাকই। যোধাচন্দ্র সনসমদি দাক্তবনি, সাহিত্যকাবনি। মহাক ইম্ফালগী বিমস হোসপিতালগী ই এন টিগী প্রোফেসাব ওইবম্বনি। থবক্তগী পোম্নাবগা সাহিত্যদা মায ওনশিন্দুনা ব্রাবেং, শৈবেং ব্রাবিমচা, ব্রাবী মপুম কযা ইদুনা মণিপুবগী সাহিত্যগী পূক্কেদা চাউনা খুদোল তম্লিবা মীশকনি। মহাক্লা শিলংদা লাক্তুনা লাযেংদুনা মীশিংবু সেবা তৌবগা লোযননা সাহিত্যগী লমদসু কন্না চঙশিল্লিবনি। ঐগদি নক্লা তিন্নজবা ইপ্পানি। মহাক্লা মশাগী কাব থৌদুনা ঐখোযবু হোটেল মেগ্নমদগী শিলোংগী মফম কযাদা পুবীবে। শিলংদা লৈবা মণিপুবী মচাশিংগসু উন্নহল্লে।

অহানবদা ঐখোযনা বোবিন ঙাঙোমগীদা চৎলে। বোবীন ঙাঙোমদি NEHU দা ইংবাজিগী প্রোফেসাব ওইনা শিলংদা থবক তৌদুনা লৈবা মণিপুবী মচানি। মহাক মমিং লৈবা অইবনি। মণিপুবী সাহিত্যগী লাইবিক কযা ইংবাজি লোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙখ্রবা মনা মথুম কযাসু ফংখ্রবা খোর্জেজশুবা মীশক অমনি। মাগা উন্নদুনা ব্রাবী ব্রাতাই কযা শামিন্নবে। হৌনা খঙবী মাগী ইবেম্মদুনা মখূৎনা শেমদুনা অচা অথক পুথোবকই। তাঞ্জাদুদা বোবিনগী যুমদা পোক্লফম খববগী ইদিতব গোপাল শর্ম্মাসু যৌবক্লে। গোপাল শর্ম্মা নোম্বা কনবা মীনি। মাগী

খববগী খুখাংদা মীযাম্বু সেবা তৌবিবা পত্রকাব অমনি। মহাক্না শিলচবদসু "পোক্লফম" গী ব্রাঞ্চ অমা হাংদোক্লুবদগী শিলংদা যৌবকপনি হায। ঐখোয পুম্নমক নুংঙাইবা ফোংদোক্লবে। চামিন থকমিন্নবে। অদুদগী ঐখোয বেদ লেন্সতা লৈবিবা বাজবাডী, গোল্ফ কোর্স, বোটানিকেল গার্দেন্নচিংবা যেংবা চৎলে।

মহাবাজ চুডাচান্দনা লেঙশিন্দুনা লৈবম্বা বাজবাডীদু মমিংতা ঙাইহৌবে যেংশিনবীবা ৱাৎপদগী। চঙফম গেট অদু তৌথোক্লুনা লৈবনা গাডী থৌজিনবা যাদদুনা খোঙনা ফনা শাংনা চঙশিল্লি। ইতিহাসকি লন ওইববা নিংথৌগী অমনবা সঙ্গাযদু উবদা মিৎতা পিবাং হৌবকখি। অদুদগী ঐখোয গোল্ফ কোর্সতা চৎলি। গোল্ফ কোর্স অদু ভাবতকী মনুংদা অহুমশুবা ফিদা কল্লিবা খ্ কুম ১৮৮৯ দা লিংখৎপা মখুল মাপল লৈবনি। মদু কেপটেন জেকসন অমসুং ঐস আব বোদসনা শেমগৎলম্বনি হায। ঐখোযনা জুলোজিকেল গার্দেন মনাক্তা লৈবা লেদি হাযদবীগী পার্কতু যৌবে। মদু সাব আকবব হাযদবীগী নুপীগী মিংদা শেমগৎপনি হায। পার্ক অদুনা শিলংগা মণিপুবগা মবী অমা লৈনবদু নীংশিংহল্লি। লেদি হাযদাবীগী মপুবোইবা গর্ভনব আকবব হাযদাবী মণিপুবদা লাকপদা খঙহৌদনা লৈখিদে। মহাক্না মণিপুবগী থুমখোং যেংখি। খবনদি হাযনৈ থুমখোং যেংবদা লাই ওক্লদুনা শিবনি। লাইনবা নত্রগা মশাগী অনাবনবা?

হযেংদি শিলং থাদোক্লদবনি। শিলংদা তুবিষ্ট সেন্টব কযাদি যেংদনা হল্লকপা তাখি। মফমদুদা লৈবিবা মহৌশাগী ফজববা খুদোল উমং-ৱামং, উপাল-ৱাপাল, মদুদা তাংজদুনা লৈবা উবৈ মখল ৩০০, শা-উচেক, মীওইবনা শেমগৎপা নেসনেল পার্ক, ৱাইল লাইফ সেংচুযাবী কযা উদনা হল্লকখি। ঐ অমুক শিলংদা চৎকে নীংলি।

সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা

# ঈচেলদুনদি ঐবু কাউবিবমদ্রি

চহী ৫০ গী তুংদনি, ঐনা হন্দক এলাহাবাদতা চৎলুবদু, প্রযাগ তীর্থ হাযনা খঙনবা গঙ্গা, যমুনা, সবস্বতী ঈচেল অহুম তিন্নফম ত্রিবেনী সঙ্গম হাযনবিবা মফম অসিদনি। ঐহাক খৃ ১৯৬২ দা এলাহাবাদ যুনিবর্সিতিদা মাস্তব ওব এদ্যুকেসনগী শিক্ষা ফংলকখিবনি।ঐনা হন্দক এলাহাবাদতা চৎপদি অখিল ভাবতিযা সাহিত্য সেবী সংস্থান্না বাৰ্ত্তন তৌবকপদগীনি। ঐনা সাহিত্যগী লমদা খবদং সেবা তৌজববু শকখঙবিদুনা ঐঙোন্দা 'সাহিত্য সাগব' হাযবা উপাধি অসি লাম্থোক্কনি লাকউ হাযনা খঙহনবিবকপনি। এলাহাবাদ যুনিবর্সিতিগী নিবালা আর্ট গেলেবীদা ওক্তোববগী তাং ৭, ২০১২ তা পাঙথোকপা সভা অমদা উপাধি অদু



*এলাহাবাদকী হান্নগী শিক্ষা মন্ত্রী দা নবেন্দ্র গৌবনা দা যামিনীদা সাহিত্য সাগব উপাধি লাম্থোকপা*

এলাহাবাদকী হান্নগী শিক্ষা মন্ত্রী দা নবেন্দ্র গৌবনা ঐঙোন্দা সাইতেসন, সাল, যুবী, লাইবিক মযাম অমগা লোযননা খুশিন্নবকখি। বার্ত্তন অদু ফংবদা ঐহাক এলাহাবাদতা যাম্না চৎনীংখি। ঐনা তম্লম্বা যুনিবর্সিতি, ঐনা লৈবম্বা সবোজিনী নাইদু হোস্তেল, ঐবু তম্বিবকপা ওজাশিং, ইমান্নবীশিং উননীংখি। অদুবু লাইবক থীবদি ঐগী নুংশিববা ওজাশিং অমত্তা লৈবমদ্রে। মখোয লোযনা লাইবৈবাক্তা হনখিবন্নে। ইমান্নবীশিংসু অমত্তগা উনবা ফংদ্রে। মখোয কদায-কদাযদা চৎখ্রে? হোস্তেলদা চঙলুই কনানসু ঐবু খঙবিদ্রে। পূম্নমক্কা ঐবু কাউথোকপিবন্নে। অদুবু গঙ্গা, যমুনা, সবস্বতী ঈচেলদুনদি ঐবু কাউবিবমদ্রি।

হন্দক্কী খোঙচৎ অসিমক্তি ওন্থোক্কা পূক্নীং নুংশিখ্রে। হৌখ্রবা মতমগী নুংশিখ্রবা মমি কযা শক্তম পান্দুনা মীৎমাঙদা ফন-ফন চোংথোবকই। অদুনা ঐনা অতেনবা লমকোয ব্রাবীসি ইথোকচবনি।

চহী অসিগী (২০১১) ওক্তোবব তাং ৪ দা এবোপ্লেন্না খোঙশাল্লে গৌহাতি যাওবা। গৌহাতিদগী ত্রেন্না মখা চৎথগদবনি। গৌহাতি যৌববদা মণিপুবী বাজবাডী যৌশিল্লে। মফমদুদা লৈবিবা শ্রীউশম দুর্গবিহাবী সিংহগা উননীংবদগনি। মহাক সমাজ সেবক্লি, সাহিত্যদা থবায যাওজবা মীনি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা শীনবা থৌবম যাওবা মণিপুবদা লাকপদা খঙনবনি। মানা মণিপুবদা লাকপা খুদিং ঐহাক্কা উনৈ। ঐনা গৌহাতিদা চৎপা খুদিং মহাক্কা উনৈ। ইনিংথৌ মহাবাজ চূড়াচান্দ সিংহনা শিলংদা লেঙবা মতমদা পোৎথাফম, লৈফম ওইনা থম্বিবম্বা মফম মণিপুবী বাজবাডী - খবনা মণিপুব বস্তি হাযনা খঙনবা মফমদুদনি মানা লৈবিবা। মণিপুবী মৈতৈ মচাশিং লৈবিবা মফম অদুগী খ্বাইদগী অহল ওইববা মীশক্লি, উশম দুর্গাবিহাবী। ঐহাক মফম অদুদা কযাবক লাকখ্রে। চূড়াচান্দ মহাবাজগী মূর্তি খিল্লিবা, নহাশিংগী ক্লব অদুদা পাঙথোকপা সেমিনাবদা মণিপুবগী কলচবগী মতাঙদা ঐ চে পাথোকখ্রে। ঐনা মণিপুব ষ্টেত কমিশন ফোব ব্রুইমেনগী চেযবপার্সন ওইবিৰেঙদা ক্লব অদুমক্তদা মণিপুবী নুপীশিংগী (মফম অদুগী) এব্র্যাবনেস প্রোগ্রাম অমসু পাঙথোক্লুই। অদুগী মমাঙদা ওজা উশম দুর্গবিহাবীগা লোযননা খোঙচৎ অমদা গৌহাতিগীবেলতোলাদা লৈবিবা বসিষ্ঠ আশ্রমদা চৎমিন্নকই।

হন্দক ঐনা মাবু উনগে খন্দুনা মাগীদমক মণিপুবগী চাকহাউ খবা, মৈতৈগী খূদৈ অবাংবা, মোজা ফূবিৎ, লাইবিক খবা পুদুনা মাগীদা চংবনি। মহাক যাম্না শোল্লম্লে- মীৎসু নুংঙাইত্রে, নাকোংসু তাবা খবা ব্রাংলে। মণিপুবগী

ঈ-পাউ খবব মহাক্লা মী অতৈদা কোযচৎ চৎতুনা যেনবা, মশা খিংখ্রবা অহলনি। অদুবু ঙসিদি মহাক চৎথোকপা ঙমদনা লৈবগ্নে। মীওইবগী পুক্সিগী খোঙচৎ ওগ্থোক্লা নুংশি। মাযকৈ অমবোমদনা অহোংবা কযা লৈবি। মফম অদু মী চিল্লে। অহল ওইবশিংনা খোঙনা লম্বী লাম্থোকপা ঙম্বা নৎত্রে। ক্লবকী লম্পাক অদুসু কাব মযাম থাফম ওইবে। গৌহাতি সহবদি লল্লোন-ইতীক্কী অচৌবা মফম ওইবক্লি। মীগা মীগগী মবক্তদি অসুম থাপতোক্লবক্লি। ওজা দুর্গবিহবীগা ব্ৰাবী ঙহাক শানববা তুংদা ঐবু মাগী মচানুপা সুধীবনা মাগী গাডীনা পলতন বাজাবগী হোতেল মযুব ফাওবা থিল্লকই। নোং ঙাল্লগা অমুক মানা ঐবু বেলৰে ষ্টেসনফাও থিনবিবকই।

নোর্থ ইস্ত বেলৰেগী ত্ৰেন্না মখা চৎথবে। ত্ৰেনগী থোঙনাওদগী যেংবদা পাক্লবা লৌবূক-লমহাঙ কযা উবি। অশংবা ফৌনানা মালংগী শউমদা লেঙ-লেঙ জগোয শাবি। ত্ৰেনগী খোঙজেল যাঙখৎলকপদা অমুক উবে অথাপ্পদা হৈনৌ পাম্বীগী, চু পাম্বীগী হৈকোলশিং পাক্তক্লনা হৌবিবদু। অথাপ্পদা উবোক সঙ্গু সঙ্গু পাইবসু উই। ওগ্থোক্লা পূক্লীং নুংওনখ্রে। খবা অমুক চৎথবে। ত্ৰেনগী তালি নক্লা লম্বীগী চিদাইদা খোং মচাশিংদা অঙৌবা থবো যাম্না শাৎহৌই। মদূ উবদা ইবমদম মণিপুববু নীংশিংহল্লি। মণিপুবগী চীংখোঙ-চীংযাগী পাৎ খোংদদি থবো, থম্বাল, থাবিকথা যাম্না শাৎপনি। অদুবু ঙসিদি পাৎ-কোম কযা ফুঞ্জিন্দুনা চীংমায তেমথোক্তুনা যূম-কৈ শাজিল্লকপা, লম্বী শেমগৎপগী থবক লৌখৎলকপদা মমাংঙৈ মতমগী ফজবম্বা মহৌশা লাইবেম্বীনা তম্বিবা খূদোলপোৎশিংদি মাঙশিল্লক্লি। হাযনবল্লিবনি মণিপুবদি ঈশিং-নুংশিংকী ফীবম নুংঙাইবদা, ফবদা। হেন্নসু শাদবা, হেন্নসু ঈংদবা নুংঙাইখ্রবা মফমনি, মহৌশা লাইবেম্বীনা পীবা। অদুবু চহী খবা অসিদা কালেনথাদা যাম্না শাবে। নিংথমথাদা যাম্না ঈংলে। নোং খবদং তাবদা ঈশিং ঈচাও থোক্লিবসে। উপাল-ব্ৰাপাল যাম্থৎপিবদগীনি মওল- মওল থলহল্লি ত্ৰেন তোংনা তোংনা। ত্ৰেনদু ষ্টেসন অমদা খাম্মী। ঐনা তোংলিবা কম্পার্তমেন্ত অদুগী ফাওন-লম্বীদুদা নুপীমচা খবা লীপৎ-লীপৎ চৎথোক-চৎশীন তৌই। মখোযদু মী পীক্তক তৌই। ইচম চম্মী। মৈতৈলোন ঙাঙনবা তায। হাই ! মখোযসিদি মৈতৈ চনু ঙাকনিনা ! ঐনা কৌশিল্লি। মখোযবু ঐগী ইনাক্তা ফমহল্লি ঙহাক। হংঙি-নখোয কনা-কনানো? কদাযদা চৎলিবনো?

মখোযদু দিল্লীগী শিবাজী স্তেদিযমদা জৱাহবলাল নেহক হোকী তুর্নামেন্ত অন্দব সেবেন্তিন নুপীমচাগী শান্নবদা শৰুক যাবা চৎলিবনি হাযবা খঙলে। মখোযদু

থৌবাল দিস্ত্রিক্তগীনি। থৌবাল কবিযব বেসিদেন্সিযেল একাদেমী, চবাংপাৎকী মহৈবোই, শান্নবোই ঙাক্লি। ইনাক্তা ফল্লিবদু সেন্তব হাফ শান্নগদৌবিবা শগোলশেম বিন্দিযা, বাইত আউত -- দিপামালা যুম্নাম, সেন্তব ফোবৱার্দ থাংজম অনামিকা, লেফ্ত হাফ ৱাংখৈমযুম প্রতিমা, বাইত হাফ থোঙবম অঞ্জু, বাইত ইন শান্নগদবা ফৈবোইজম অপিকচানি। মখোযদু এস এস এ (সুপব স্পোর্তিং এসোসিযেসন) গী শান্নবোইনি। মণিপুবগী মমোল্লোইনি, মশুং-মমান্নবী মাযবোঙ যানবগা লানঙম ফীবাল থেৎতুনা, ঙকশমদা সনাগী তকমালনা লৈতেংদুনা হল্লক্কদৌবিবা, ঐখোযগী ইবমদমগী লেমজনীংঙাই ওইবা, তাঙলবা মৰ্ণ ঙাক্তনি। চৎলিবদু মখোয তবাতকক্লি। মখোযবু শেন্নদুনা পুবিবিবনা কোত্চ শ্রীকেঐচ শবত সিংহ, বামোন লৈকাযদগী অমসুং ইবেম্মা থোইনুনি হাযবসু খঙলে। ইবুংঙো শবতসু ঐগী ইনাক্তা কৌরুদুনা লাক্লে। ৱাবী কযা মথং-মথং শানবিঙে হোকবনা ‘গবম চাই’ ‘গবম চাই’ লাউদুনা কম্পার্তমেন্ত মনুংদা চঙলকই। চা লৌদুনা ঐখোয পূন্না থকমিন্নবে। মখোয মখা চৎথখবে। আশীবর্বাদ মঙ্গল পীখি অহল ওইববা ঐনা।

ঐনা নীংশিংহৌই মমাংঙে ঐনা দি এম কলেজদা ফিজিকেল এদ্যুকেসন অমসুং স্পোর্তসকী ওজা ওইবিঙৈদা কলেজগী ছাত্র-ছাত্রী পুদুনা মণিপুবগী মপান্দা তুর্নামেন্ত যাওবা চৎপদো। ১৯৬৫-৬৬ কী মতমদনি। চহী ৪৪-৪৫ হৌখবে মতমদু। মতমদুদা ঐহাক্না শান্নবৃংদা অঙাংশিংবু শান্নবা, ফিজিকেল ত্রেনিং তম্বিবম্বনি। ঐনা মখোযগী ওজা ওইবিঙে দি এম কলেজগী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা গৌহাতি যুনিবর্সিতিনা শীনবা ইন্তব কলেজ স্পোর্তস ফেস্তিবেলদা চহী মবি চূপ্না থংনথংননা চেম্পিযন ওইবকখি। চেম্পিযন্সিপকী চাউববা ত্রোফিদু দি এম কলেজগী ওইহৌই স্তাব ফংদুনা- অসিগুম্বসি মথং-মথং নীংশিংঙি। ঙসিদি ঐ অহল ওইবে, খ্বাঙ, খূউ নাবে। বেদমিন্তন শান্নবা ফাওবা ঙমদ্রে। মতমদুদা ঐনা জিম্নাস্তিক্কী অৱাংবা পেবেলেল বাবদা বার্দসনেত দিমোন্সত্রেসন তৌবম্বনি, মখোযবু তাকপী-তম্বিবম্বনি। অদুবু ঐ চৎলি ঙসি এলাহাবাদ তম্না ‘সাহিত্য সাগব’ হাযবা মনা অমা লৌবা, ঐনা সহিত্যগী লমদা খূদোল খবা তম্বা ঙমজবগীদমক।

ৱাখল মচোই-মচোই খল্লম্বদগী ঐ তৃম্নীংবা ফাওবে, উইথবক্লে। ঐগী বার্থ অদুদা হীপথবে। ত্রেনগী গদক-গদক, মাঙদা তুংদা নোম-নোম তৌবদুনা ঐবু তৃমথহল্লে। মঙদা ঐ এলাহাবাদ যুনিবর্সিতিদা তম্লিঙৈগী ছাত্রী ওইবে। হান্নগী

মতৌগুম হোস্তেলদগী খোঙনা ঐগী এদ্যুকেসন দিপার্তমেন্ত তম্না চৎলি। ইমান্নবী লিলাবতী গোযলগী যূম ফাওদুনা চৎপদা মখোযগী বঙী অম্মানা (ইমাচৌবী) কৌশিন্দুনা তলগা ভেলেন্দ্রি শাক্না চামিন্নে। দিপার্তমেন্ততগী হল্লকপদনা ইমান্নবী সীতা ভার্গবকা হোস্তেলদা চঙমিন্নবে। হোস্তেল গেৎকী মনুংগী লম্পাক উকুম লাংবদুদা হনুবদুগী থেলাদগী ছাত্রী মযামনা গোলকপ্পা, সমোসা, আলু চোপ চাদুনা লৈবম্মী। নুমিৎ খূদিং হনুবদুনা মফমদুদা থেলাদু ঈন্দুনা নুংথিলদা লাকই হোস্তেলগী ছাত্রীশিংদা মাগী পোৎতু যোন্নবা। হনুবদুতং মফমদুদা চঙবা যাবগী রানি। অতৈদি সুপবীনতেন্দেন্ত গীতা ঘতকনা নুপা অমত্তা চঙহনবা নত্তে। মমাঙঙৈগী মতৌদু মঙায সীতা ভার্গবনা ঐবু মদুদা গোলকপ্পা চাকসি হাযনা চঙশিল্লে। গোলকপ্পা চাবদা হাবদগী মীকপ থোক্লে। ত্রেন খামদুনা লৈবম্মী। হোকবদগী চা অমা লৈদুনা থক্লে। শান্নপোৎ যোনবা, অচা-অথক যোনবা হোকব যাম্না ত্রেন্দা কাখৎলকই। মাগী মাগী মপোৎ শীৎনবা কন্না কন্না লাউদুনা পোৎশিংদু হাবৈ। ত্রেন মনুংগী সংসাবসু অঙকপনি। মী কাবকপগা কূমথখিবগা, মিৎ তাঙবা মী কাবক্তুনা যাত্রীকশিংদগী পৈশা নিবৈ। পীক্লিবা নুপামচা খবসু শুমজিৎ পাযদুনা ত্রেন্দা মোৎলিবা চেথী-চেগুম, লৈবাক হৱাই মকূনচিংবদু শীৎতোক্লে, অদুগা পৈশা পীযু অমুক নিবৈ। অমবোমদনা সবকাবনা আব তি আই এক্ত চৎনবে লাউবি।

মথংগী নুংথিল পূং ১ দা এলাহাবাদ বেলৱে স্তেসন যৌবে। ষ্টেসন অদু যৌবদা হৌখ্রবা নুংশিখ্রবা থৌদোক অমা নৌহৌনা নীংশিংলকখি। ঐনা এলাহাবাদ যুনিবর্সিতিদা লাইবিক তম্লিঙৈদা নোংমা প্লেতফোর্ম অসিমত্তা ঐগী ইবুং পাইলোৎ বীবেনগা উনখি। মানা নুমিদাংগী পূং ৮ তাবদা বেলৱে স্তেসন অদু ফাওদুনা চৎকনি হাযবা পাউ ফংবদগী



*ঐগী ইবুং পাইলোৎ বীবেন*

ঐহাক ঐগী ইপুবোইবগা লোযননা মাবু ঙাইদুনা লৈখি। লাইবক ফবদগী ঐগী ইপুবোইবসু মাগী মথৌ অমা চৎলুবদগী এলাহাবাদ থুংলৈ। মেদাম সুপবীনতেনদেন্ততগী পার্মিসন লৌবগা ঐখোযনি লার্কমিন্নবনি প্লেতফোর্ম অসিদা। যাম্না তাঙখ্রবা তাঞ্জানি। ঙৌবোক ঙৌবদনা, চাউ-শাংখ্রবা, ফজখ্রবা ঐগী ইবুং মণিপুব ইমাগী তাঙলবা মণি, ইহান হান্না নোঠ ইষ্টতা স্বরাদ্রোন লিদব ওইখিবা, মযাম্না পাইলোৎ বীবেন হাযবগা খঙনবা মহাক অদো ত্রেনদগী কৃমথবকই। কুইববগী তুংদা ইবুংবু উবদা ঐনা চেনশীন্দুনা মখ্বাঙদা কোর্নশিল্লি। ইপুবোইবনদি নোম্থদুনা খুকুম্মী। মাবু হৌগৎপিবগা ইবুংনা হায, "হৌগৎলো অদুন্না খুকুমদ্রবসু যাই। ঐগী ছুতি ফংদবনা নখোয অনীগী লুহোংবদা ঐহাক লাকপা ঙমখিদবনি। ঐনা হন্দক যুমদা থোবকপদা নখোযনিবু চাক্লৌগনি।" ঐগীনি হাযদুনা হেন্দবেগ মচা পর্স অমা পীবমখি। ঙসিসু মদু ঐনা থল্লি। ত্রেন থাবক্লে। মহাক মখা চৎথখ্রে। ঐখোয অনীনা খৃৎ হাইব-হাইবদুনা মাবু বিদায পীখি। ঐনা চহী ৫০ গী তুংদা ঙসি অমুক প্লেতফোর্ম অসিদা লেপ্লবি। পূম্নমক অহোংবা ঙাক্তা উবে। ঐগী পুক্লীংদদি নীংশিংবগী মূর্তি কযাদি হোংদনা লৈবি। ঐগী ইবুংসু ইপুবোইবসু লৈখিদ্রে। নীংশিংবদা ঙাযহৌবে।

বেলরে স্তেসন্দগী তেক্সিনা মহাবীব ভবন যৌবে। মহাবীব ভবনদি টেগোব তাউন হসিমপুব বোদতনি। কমলা নেহরু হোস্পিতালগী মাযোক্লবদা লৈ। মহাবীব ভবনগী ধৌম্য আশ্রমদা লৈবে। মদু বিশ্ব হিন্দু পবিষদকী মকোক ওইবিবা অশোক সিংহলনা মনাওনুপাশিংগা লোযননা লিংখৎপনি। ঐনা আশ্রমদা লৈনীংবগী অপাম্বা ফোঙদোকপদা খোঙবৃ ওইমিন্নবিবা শ্রীথোঙাম বাধাগোবিন্দ আচার্যনা হান্না ঙাঙনদুনা মদুদা লৈনবা লাকপনি। আচার্য্য বাধাগোবিন্দসু বিশ্ব হিন্দু পবিষদকী পেত্রোল মেম্বব ওইবনিনা হান্না পাউ ফাওনদুনা মফম অদুদা লৈবা ফংবনি। ঐনা আশ্রমদা লৈনীংবগী মবমদি মদুদগী কবিগুম্বা খবা তম্লক্লগা ঐনা মণিপুবগী চঙাঙ্গে উচেকোন্দা চম্না লিংখৎচবা নুপী-অঙাংগী যাইফ-আশ্রমসিদা কবি কবম্বা থবক লৌখৎপা যাগদগে হাযবসিগীনি।

মহাবীব ভবনগী ধৌম্য আশ্রম অদুদি ঐনা মতৌ তম্বা ঙমগদবা নত্তে। শ্রীঅশোক সিংহলগী ইনাক খুনখ্রবা মনাওনুপা অদুনা শেল যাম্না থাদদুনা শেমগৎলিবা শাবিবা বিল্ডিং। মদুবু যেংশিন্নবা লৈবিবা মীশিংনা আশ্রমদা থাবিবা লৈ-শু শেন্নবি। মন্দিব লৈবিবদুদা খিল্লিবা মূর্তিশিং, দূর্গা, হনুমান, বাধা কৃষ্ণ, বাম সীতানচিংবদু নৃংঙৌনা হক্তুনা শাবনি। চাউখ্রবা লাইওইববা হৈনৌ পাম্বীদুগী

মখোঙদা যজ্ঞ তৌবগা আশ্রমদু হৌদোকপনি হাযদুনা আশ্রমদুদা লৈবিবা মহার্ষি ভবদ্বাজ বেদ বেদাঙ্গ শিক্ষন কেন্দ্রগী প্রিন্সিপাল ওইবিবা শ্রীপঙ্কজ শর্ম্মানা হায। আশ্রম অদুদা ছাত্র কুন্না বেদ বেদাঙ্গগী শিক্ষা ফংলি। মখোযদু আশ্রমদা লৈহন্দুনা চাবা, শেৎপা, লৈবা, মহৈ তম্বা শেল তিংদনা চৎথবিবনি। চহী ৫ গী কোর্সনি। ওম্ফোক্লা ফজনা শীনখ্রে। শেল লৈবা মীনা কংথোকপা অমগা লোযননা তুংগী মীবোলদা বেদ বেদাঙ্গ হৈহন্নবা হোৎনবি আশ্রমদুদা।

তাং ৭ তা উপাধি পীবগী থৌবমদুদা শরুক যাবে। থৌবমদুগী শরুক অমা ওইনা 'নাবী বিস্তাব' হাযবসিদা খন্ন-নৈনবা অমসু যাওই। ষ্টেত অতৈ চান্দিগব, দিল্লী, তামিল নাদু, হবিযানানচিংবগী দেলিগেৎশিংনা মাগী মাগী লমদা থেংনবিবা নুপীগী সমস্যা কযা পুথোক্কুনা ৱা ঙাঙঙি। ঐসু মণিপুব নুপীগী মতাঙদা ৱাফম খবদং থমজগে হাযবে। ৱা ঙাঙলমদাইদা ঐনা থৌবমদুবু শীল্লিবা অখিল ভাবতিযা সাহিত্য সেবী সংস্থানগী প্রসিদেন্ত দা বাজকুমাব শর্ম্মদা মণিপুবগী লৈকম ইন্নফি লেংযান অমা খূদোল তৌবগা ৱা ঙাঙবা হৌই। ঐনা হায-- ঐনা ঙসি খূদোল তৌবিবসি মণিপুবগী নুপীশিংনা শাবনি। মখোযদি ফিশা-লোনশাদা যাম্না হৈ-শিংঙি। জগোয ঈশৈসু হৈ। শান্ন-খোৎনবদসু মপা লৈতে। হন্দক লন্দন ওলিম্পিক্ত। বোক্সিংদা ভাবতকী মিংচৎ পুবকখিবী মেবী কোম হাযবীদু মণিপুবী চনুনি। অদুবু মণিপুবী নুপীশিংগী মতীক-মগুণদি নখোযনা খঙবিদে। মখোযগী অৱা-নুংঙাইসু খঙবিদে। নখোযনদি সীতা সাবীত্রিগী ৱা যাম্না হায। অদুবু মণিপুবগী নুপীশিংনা হৌজিক আর্মদ ফোর্সেস স্পেসিযেল পাৱব এক্তকী চৈথেঙ মাযোক্লবি। গন কনফ্লিক সিচুযেসন্দা নুপী কযানা ভিক্তিম ওইবি। মীচম কযা মথ্বায মাঙলি। এক্ত অসি লৌথোকউ মসিনা মীওইবগী হক খোঙ্গাওননৈ হাযদুনা শর্মিলা কৌবী মণিপুবগী চনু অমনা চবা হেল্লিবা চহী ১২ হেল্লে। মণিপুবদি ভাবতকী খমথেংবা চিদাইদা লৈবনিনা মণিপুবদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক্কী পাউ সেন্তবনা খঙদে। এলাহাবাদতা ফোঙলিবা খববশিংদসু মণিপুবগী ৱা অমা ফাওবা থেংনদে। নখোয সাহিত্যকাবশিং মণিপুবদা লাকপিযু, মণিপুবগী নুপীগী মবমদা খঙবিবোলাও। অদুগা শৈবেং ৱাবেং ইথোক্কুনা মীযামদা পাউ যৌহনবিযু। নখোযনা লাকপদা তবাম্না ওকচবমগে অসিনচিংবা ৱাফম খবা সভা অদুদা থন্নম্মী।

মথংগী নুমিৎতা ঐনা যুনিবর্সিতিগী এদ্যুকেসন দিপার্তমেন্ত, সবোজিনী নাইদু হোস্তেলদা যৌগে হাযদুনা বিক্সো অমদা চৎলে। চৎনা চৎনা নীংশিংঙি

হোস্তেলগী সুপবিনতেন্দেন্ত মেদাম গীতা ঘতক-- শাথীখ্রবনিদা নুপীদো। মশা ইনোয নোযবদুনা, মশম্না লৱাই লেম্ফৃদা পীক্রু পীক্রা শম পুন্দুনা অশোযবা অমা হেক উবদা নুপীমচাশিংদা চৈ-থাংডি। হোস্তেলদা নুপা চঙবা যাদে। মবী-মতানা মপা মবুংনা হোস্তেলব উনগে লাকপদা মখোযদা তকখৎলি। পাক উনহনবা নত্তে। অমুক্তি মাগা ঐগা মবৈ যেৎনখি কন্না-- হোস্তেলগী নুমিৎ ১৫ নি ছুতি থায দূর্গা পূজাগী। মী অতৈ হবাওনা মযূমদা হন্নখ্রে। ঐদি হন্নবা উপায লৈখিদে। ঐনা হাযজৈ-- হৌজিক নাগা হোস্তাইলগী প্রোব্লেম লৈবনা লম্বীদা চৎথোক-চৎশিন্দা ইদোম চৎপা খুদোং চাদে। ঐবু লৌথোক-লৌশিন মী অমনা তৌববদা শেল যাম্না, মতম শাংনা চঙগনি। মতম অদুদদি লম চৎপদা নুপীমচাশিংনা মদোম চৎনবমদে। ঐদি যূম পাল্লবনি। অঙাং অমগী মমাসু ওইববনি মতমদু। অদুবু ঐগী ইপুবোইবনা থিন্দোক-থিঞ্জিন তৌবিবনি।

মেদাম্না যাদ্রে- "নঙ হোস্তেল থাদোক্কদবনি" হাযবে। হোস্তেলদা ছাত্রী অমত্তং ওইববসু লৈববদি মহাক হোস্তেলদা লৈবা তাই। মহাক্তি বেঙ্গলদগীনি। বেঙ্গলগী দূর্গা পূজা হাযবেদনা, বেঙ্গলীশিংনা দূর্গা দেবীবু নীংজবসিদি। ঐহাক সবোজিনী নাইদু হোস্তেল থাদোক্নুনা অনকপদা লৈবা মিস হাবলেকবগী হোস্তেলদা লৈবকখি। মিস হাবলেকবদি মযূম পান্দে। মপা মমানা থম্বিবন্বা চাউববা যূম অদু হোস্তেল ওইনা থম্মী। মদুদা নুপীমচা বিসর্চ স্কোলাব, সিনিযর্স ১৫ দং লৈ। মদুদা লৈবিঙৈদা ঐহাক এলাহাবাদকী কলচবগী মতাঙদা খবদং খঙবা ঙন্নকখি। দূর্গা পূজাসি দশেবা হাযনা পাঙথোকই। নুমিৎতুদা বাম সীতা, দূর্গা হনুমাননচিংবসি তেব্লোদা হাপ্নুনা লম্বীদা প্রোসেসন চৎলি। বাম সীতানচিংবদু অশাবা মূর্তি নত্তে। মীনা ফিজেৎ-লৈতেং তৌবগা লাই শাবনি। মদুদা লাক্লিবা মীশিংদুনা লৈ, হৈ-বা পৈশা কৎলি। লম্পাক্তুদা, লম্বীদুদা বম্বুলা থাই। লৈতেংগী পোৎ-চৈ, অচাপোৎ অথুম-অহাও যাম্না মনাক্তুদা যোল্লি। অঙাং- অহল নহাশিং ফি-বোল ফজ-ফজনা শেৎলগা লাক্লে মদুদা শকুক যাবগী। মদুগী কূম্মৈদু ওম্থোক্লা ফজখ্রে। মদু যেংবা চৎকে হাযবদা মিস হবলেকবনা যাবকখি। শ্রীমতী গীতা ঘাতকনদি মদুগুম্বদু যাবা নত্তে। ঐখোয হোস্তেলবশিং হৌনদুনা কূম্মৈদু যেংবা চৎলি। মদু ঐগী এক্সপবিযেন্স ওইজহৌই। ঐনা লাইবিক তন্নিঙৈদা দিসবতেসন ইবগী মতাঙদা এলাহাবাদকী মফম কযাদা চৎতুনা দেতা খোমজীল্লুবনি। অদুনা ঐহাক এলাহাবাদকী মফম কযা, নুপীমচাশিংগী স্কুলশিং ফনা যাম্না খঙবনি অদুবু ঙসিদি ঐনা লৈবম্বা সবোজিনী নাইদু হোস্তেলদু ফাওবা থিবা ফংদ্রে। হং-হংদুনা চৎলে। নুপীগী কলেজ অমগী কেম্পস মনুংদা লৈ হাযদুনা চঙলে। কেম্পস অদুগী মনুংদা নুপীগী হোস্তেল মঙা লৈহৌই অমসু

শাগৎহৌবি। হোস্তেল মঙা অদুদি-- ১। সবোজিনী নাইদু হোস্তেল, ২। প্রিয়াদর্শিনী হোস্তেল, ৩। শতাব্দী হোস্তেল, ৪। কল্পনা চৌলা হোস্তেল অমসুং ৫। মহাদেবী ভর্মা হোস্তেলনি। নৌনা শাগৎলিবদুগী মমিং থোন্দ্রি। কযাদা পাকথোক-চাউথোক্লল্লবা! কযাদা অহোংবা লৈবল্লবা! মমিং লৈবী নুপী অমমমগী মিংদা হোস্তেল যাম্না শাগৎলম্লে এলাহাবাদ সবকাবনা। হান্নদি শৃপ্নগী সবোজিনী নাইদু হোস্তেলদুতনি লৈবন্নিবা। মদুদা নুপীমচা লীশীং অমবোম লৈবম্বনি। ঐনা নুংঙাইত্রিবদি ঐহাক সবোজিনী নাইদু হোস্তেলদা চঙলকপা ঙমখিদবদুনি। কেম্পস অদুগী মনীং থংবদা লৈ হায। মদু যৌনা বিস্কোনা চঙবসু যাদে হাযবে। কিলোমিতব মখাযবোমনি খোঙনা চঙগদবা। মদু খোঙনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা মদুদা চঙগদবা মতম খল্লুবদা যৌশিনবা ঙমদবনি। গেৎ মযাদা নুপীমচা খবদা ঐনা ৱা খবা হংঙি। মখোয কনাসু ইন্তবেস্ত লৌদে। কবিগীনো কদাযদগীনো হংঙি। অদুবু এস এন হোস্তেলগী সুপবিনতেন্দেন্ত অদুগদি উনবকই মাগী ক্লাতবদা। মহাক্কী মমিং দা চন্দা দেবী কৌই। মহাক মশক-মতৌ চঙখোল্লি। নহা যাম্না ওইবি। মহাক এলাহাবাদ যুনিবর্সিতিগী হিন্দী দিপার্তমেন্ততা বিদব ওইবিসু হায। মাগা ৱাবী-ৱাতায শাবদা ঐনা খঙনীংবা খবদি খঙবা ঙল্লকখি। অহোংবা যাম্নদি লৈবল্লে।

সবোজিনী নাইদু হোস্তেলদা ছাত্রী ৩০০ লৈ হায, হান্নদি ছাত্রী ১০০০ বোম লৈবম্বনি। অদুক যাম্বা ছাত্রীশিংদু কন্ত্রোল তৌবা, পীজ-পীথক্কী শীন-লাঙবদা অৱাবা ওইবদগী হোস্তেল অতৈদা তোঙান্না থম্বনি। হোস্তেলশিংদু অমগা অমগা তান্নদুনা হেন্না ফগৎনবা হোৎনৈ। স্পোর্তসনচিংবদা, অতৈ হীবম কযাদা কম্পিতিসন তৌনহল্লি হাযদুনা ফোংদোক্লকই। হান্না তোঙান্না লৈবম্বা এদ্যুকেসন দিপার্তমেন্তসু পূন্না অতৈ দিপার্তমেন্তশিংগা লৈন্নিবল্লে। ঐনা সীতা ভার্গবপু যাম্না উননীংঙি। মহাক্কা ঐগা লুনা তিন্নবনি। মহাক মাগী হান্নগী মযূম এলাহাবাদ হাযকোর্ত মমাঙগীদুদা লৈবমগদবা খঙনীংঙি। মাগী যূমদা ঐহাক অনী অহুল্লক চৎলুববনি। যাম্না ইনাক-কৈবাক খুনবা ইমুংনি। নীংশিংঙি এস এন হোস্তেলগা নক্লনা লৈবা কাতবাদা মাগী মবুং মহেশ ভার্গবকী লাইবিক্কী দুকান অমা লৈবদু। ঐগা তম্মিন্নবী সুমন মানসিংগী মযূমসু কাতবাদনি। মাগীদা চৎপদা সীতা ভার্গব ঐখোয়নি মবুংগী দুকান্দা হেক হেক চঙবনি। মতমদুদা কাতবাদা দুকান যাম্না ফমদে। পোৎ-চৈ যাম্না হোঙঙি আলু কিলোদা মখায অমা পী। মীথাই যাম্না যোল্লি। মফমদুগী মীশিংনা মীথাই সন্দেশ যাম্না পাম্নবদগীনি। বিস্কো থৌবা মী ফাওবা ৱাবক্লগা যোল্লিবা মীথাইদু লৈদুনা চায।

ঐনা এলাহাবাদতা লাইবিক তম্লিঁঙেগী, সবোজনী নাইদু ... লৈবিঁঙেগী ব্রা কযা দা. চন্দা দেবীদা তাহল্লে। মঙোন্দা হংবদগী কাতবাদা ভার্গব পুস্তক ভাণ্ডাব কৌবা অমা লৈবনি মদুদা হংঙু হাযবকই। কাতবাদা অমুক চৎলে। লাইবিক্কী দুকান্দু হংদুনা। মীযায চল্লবী নুপী অনীনা দুকান্দু ফম্লন্মী। মখোযদা মহেশ ভার্গবকী মচননুপী সীতা ভাগর্বকী মবমদা হংলে। মখোযনা খঙদে হাযনা ইবায লাযনা খুমদোবকখি। ঐনা পেৎথ-পেৎথা ঙাঙবদু মখোয তানীংদে। কুইববগী তুংদা ঐগী নুংশিশ্রবা মৰূগু অমুক্তং উনবমগে নীংদুনা হংবনি। নীংবা কাযনা হল্লকখি। কাতবাদা যুনিবর্সিতিগী মনাক অদুদা লাইবিক্কী দুকান যাম্না লৈহৌই। লাইবিক অমনবা যোনবা দুকানসু যাওই। অদুক যাম্বা লাইবিক্তু লৈগদবা মী লৈদুনা যোল্লিবনি। মণিপুব যুনিভবসিটিদদি অদুগুম্বদু লৈতে।

নুংথিল অথেঙবদা ঐনা লৈবিবা আশ্রমদুদা মধুকব শর্ম্মা হাযবা নহাদুনা মানা ঙবাং সাহিত্যগী সভাদা কাপখিবা ফোতো খবা ঐঙোন্দা পীবৈ। মহাক মশা নানবা চহী ৩৪ / ৩৫ গী নহানি। পত্রকাবনি। সাহিত্যগী সভা শীল্লিবা দা বাজকুমাবগী মচানি। ঐনা মঙোন্দা ব্রাবী মথং-মথং লীবে এলাহাবাদ যুনিবর্সিতিদা ঐনা চহী ৫০ গী মমাঙদা লাইবিক তম্লকপগী। ঐগী ওজাশিং, ইমান্নবীশিং উননীংবা কযা ফোঙদোক্লে ব্রাবী শানবদা। ঐনা মিং মথং-মথং পল্লকপদা মধুকবনা হায-- সুধা মালহোত্রা হাযবীদুদি মাগী মনেনি। মহাক লৈবি মাগা উনকসি হাযবে। নুমিৎসু থেঙজিল্লক্লে। মানা লৈবিবা মফম এলাহাবাদকী লুকেব গঞ্জ হাযবিবদু যাম্না লাপ্লি। কবম্না মাগা উনগনি'' হনগদবদি হযেংনি। মধুকবনা মাগী বাইক অদুদা ঐবু পুবিবে। সুধা মালহোত্রাগা উনহল্লে। উনবদা ঐখোয অনী শক খঙনবা নৎত্রে। ব্রাবী লীনবে। ঐনা মাস্তব তৌবিঁঙে মানা প্রোফেসব এস বি আদাৰলগী মখাদা বিসর্চ তৌবনি। মহাক মী পীক্তক তৌই। মশম যাম্না শাংঙি। মানা অশংবা সাবী অমা শেৎলগা মশমদু বেনী লোন্দুনা শাংনা থাদবগা লাকপদু যাম্না ফজে। মদুদা মাগা খঙনখিবনি। মথং-মথং নীংশিংনবে। মানা তম্লে ঐঙোন্দা প্রোফেসব এস বি আদাৰাল, প্রোফেসব এস এন চট্টর্জী, প্রোফেসব এস কে পাল মখোয লোযনা লৈখিদ্রে। প্রোফেসাব এস কে পালদি ঐনা খৃ ১৯৮০ দা গৌহাতি যুনিবর্সিতিদা ঐনা পি ঐচ দি তৌবদা মানা এক্সতর্নেল একজামিনব ওইনা ঐবু ভাইবা ভোস লৌবা লাকপিখিবনি। ঙসিদি মখোয লোযনা লাইবৈবাক্তা চৎখিবন্লে। ঐবু লুনা তৌবিবা ঐনা বিসার্চ তৌবদা মতেং পাংবিবা ইচে প্রভা জোহবীসু লৈখিদ্রে হাযবা খঙলে। প্রভা জোহবীনা স্পোর্তসকী অঙাংশিং পুদুনা মণিপুবদা লাক্লমখি। মঙোন্দা ঐনা

মণিপুবগী খন্বা-থোইবীগী অশাবা লাইথী জূবা অমা খূদোল তমখিবনি। ঐগা উনবিবা ইচে সুধা মালহোত্রাসু যাম্না অহল ওইবন্নে। মযাঙ কংলে, মপোক্রসু পূমঙৌ ঙৌবে। মহাক মযূম পান্দে। চহী ৮০ শুবে। মদোম লৈহৌই চাউববা যূমদুদা। কাযনবমদাইদা ঐখোয অনী কোনশিন্নদুনা নুংশিনা বিদায তৌনবকই।

মাগী যূমদগী হল্লকপদা মধুকবনা তাকই অসিনি এলাহাবাদকী হাযকোর্ত। ঐনা হান্না চৎখিবা মহেশ ভার্গবকী যূমগী মপাদা ঙহাক লেপ্লি। গেৎতা লৈবম্বা নুপা অমদা হংঙি। খঙদে হায- ভার্গব ফেমিলীদি মযূম হোংখ্রে। সহব অচৌবদদি শেল পাযবা মীশিংনা খবা হেন্না ফবা মফমদা যূম ইঙ্খোল লৈদুনা হোংবসি চৎনৈ। মখোয যাম্না ইনাক খুনবা, কাববাব চাউনা তৌবা মীওইনি। হে মতম ' নঙনা পুবল্লিবা অহোংবা কযানিকো খন্দুনা হল্লকই। চৎন- চৎনা ঐনা নীংশিংলকই বিপ ভান ৱিঙ্কলগী ৱাবী, ৱাশিংতন অরবিংনা ইবা ৱাবীদো। মাগী নুপী শৌ-শৌ লাউবিদুনা ওৎপদুদা তৌফম খঙদ্রবা বিপভান ৱিঙ্কলনা কাটসকীল চীংথক্তা কাকবদগী হেলোয ওক্লদুনা চীংথক্তুদা চহী ২০ চূপ্না তূমখূল শুন্দুনা লৈখি। চহী ২০ গী তুংদা মানা, মাগী মযূমদা হল্লকপদুদা মহাকপু কনানসু মশক খঙবিবমখিদে। কযাদা ফজনা ইবমখ্রবা ৱাশিংতন আবভিংনা। কল্পনাবা নৎত্রগা মাগী এক্সপর্বিযেন্সতগীবা? নিযু যোর্ককী কাটসকীল মাউন্তেন, চীংখোঙদা চেল্লিবা হদসন বিভব অদুমক্তি ঐনা খৃ ২০০০ দা আমেবিকাগী থোংগী সহব হাযনা খঙনবা পিতসবর্গ শহবদা শান্তিগী সভা অমদা পিস একোর্দ সহি তৌবা চৎলুবদা উবকখ্রে। ঐগী ইনাওনুপী আমেবিকাদা লৈবিবী শীলানা ঐবু পুদুনা মফমদুদা চৎলুবনি। আবভিংনা মাগী ৱাবীদা ইখিবা অদু শং-শং মীৎনা উবকখি। হদসন তুবেলগী নোংচুপথংবদা এপালেচিযান চীংশাংগী শকক অমা ওইবিবা ৱাং-চাউনা, চীং-লেম্না অতিযা পক্না ৱাংলবা, অকোযবদা লৈবিবা লমদম্বু ঙাক-শেল্লিবা কাটসকীল চীংজাউবু শোযদনা উগনি হাযবদুমক ঐনা ইমীৎনা উবকখ্রে। ওস্থোক্লা ফজখ্রে, চীং-লেমখ্রে। হদসন কৌবী তুবেলদুগী তোর্বান্দা ফমদুনা মাগী পূক্নীং হূবা শক্তমদুসু উবকখ্রে।

হন্দক ঐনা এলাহাবাদতা চহী ৫০ গী তুংদা চৎলুবা অসিদসু ঐবু কনানসু খঙবিবমদ্রে। চহী ২০ কান্নবদা শক খঙনদ্রগবু চহী ৫০ গী তুংদদি কনানা খঙলুগনি? ৱাশিংতন আবভিংনা ইবন্বদু চুম্মী খল্লকই। অদুবু গঙ্গা যমুনা সবস্বতী ঈচেল অহুমদুনদি ঐবু কাউবিবমদ্রি। ঐনা এলাহাবাদতা হোস্তোলদা ছুতি মতমদা ইমান্নবীশিংগা লোযননা হি তোংদুনা ঈচেল অহুমগী তিন্নফম ত্রিবেনী সঙ্গমদা কোযবকখি। সবোজনী নাইদু হোস্তেলদা তম্ফাইবেম্মা ইবানি লৈ। সুর্যমুখিগা

প্রিযাগনা হিন্দী কলেজ অমদা হিন্দী তন্মী মতমদু। ঐখোয হৌনদুনা হেক হেক চৎলি ত্রিবেনী সঙ্গমদা। অমুক্তি হি হোনবদুনা ঐখোযবু আকবব ফোর্ত লৈবিবা অদোমদা হিদু হোন্দুনা পুবে। মতমদু ঈশিংনা ঈমায চোল্লি নীক-নীক লাউনা। লানবনদুগী মযায চবূক যৌই। হি পিকক্রদুদা ঐখোয ৫-৬ তোংলগা চাউখ্রবা লানবনদুগী মযায চবূক যৌনা থেনগৎলবা ঈশিং ঈপাক্তুদা চৎপদুদা পূক্লীংদা থূক লাউই-কিবকই। যাম্না থুনা হল্লো হাযদুনা হিদু মমায লৈদুনা হোল্লকখি। তোর্বান্দা কাখৎলগা ঐখোযনা আকবব ফোর্ত মনুংদা চঙলে। লানবনদু খৃ ১৫৮০ দা মুগোলগী সম্রাত আকববনা শাবম্বনি। লানবনগী চেক্লা খাজীনবা লম্পাক্তুদা চহী-চা কযা পুন্সিববা অক্ষববত লাইওইববা খোংনাং পাম্বীদু হৌবি। আকববদি মুগোল ওইববসু হিন্দুবু ব্যবহাব তৌবনি। মহাক্লা হিন্দু নুপী অমসু মাগী বাণী বেগম ওইনা লৌই। অদুনা মাগী কোনুংদা বাণীদুনা হিন্দুগী লাই লাৎপা, পূজা-লংজা, ঈশৈ-নোংমাই তৌবদা অথীংবা লৈতে। অদুনা এলাহাবাদকী সঙ্গমদা লৈবিবা আকবব ফোর্ত মনুংদসু হিন্দুগী লাই মূর্তি কযা লৈবদু ওইথোকই। মদু ঐখোযনা উবকখ্রে।

ঐনা এলাহাবাদতগী হনগদবদু ওক্তোবব ৯ গী নুংথিলদনি। কোলকতা এক্সপ্রেসতনি। অযূক্তা ত্রিবেনী সঙ্গমদা চৎলে। মমাংঙৈগী নৎত্রে হি যাম্না তোর্বান্দা থাংদুনা লৈ। হি মযাম অমদা যাত্রিকশিং তোংদুনা সঙ্গম তানা তর্পন কৎপা চৎনবি। গেরুৱা শেৎপা মন্ত্র শোনবিগদবা পাণ্ডা পূজাবীসু লোযনৈ। ঐদি ইদোম হি অমদা তোংদুনা চৎলে। নোংচুপলোমদগী চেল্লক্লিবা যমুনা তুবেল, অৱাংলোমদগী চেল্লক্লিবা গঙ্গা তুবেল, লৈখাদা লৈবিবা সবস্বতী তুবেল ঈচেল অহুমগী তিন্নফম ত্রিবেনী সঙ্গম অদোমদা চৎলি। হি হোনবদুদা হংবদা মখোয হি হোনবা ৫০০ বেজিস্তাব তৌদুনা লৈ। কুম্ভমেলা মতমদদি যাত্রিক যাম্না লাকপনিনা হি মশীং লিশিং অনী হেনবনা মীযামগী সেবা তৌই হায।

লাংবন থানি। লাইওইখ্রবা ইপা-ইপুশিংনা নোঙ্গুম্লকই হাযবা থানি। মচা-মশূ ওইবশিংনা হৈ-লৈনা তর্পন কৎনবা থানি। তর্পন কৎপিনবা পূজাবী নেক্ত্রে। ঐ ইশানা ঈশিং খূজোক অহুমদংনা লৈখিদ্রবা ইপা-ইপুশিংগী আত্মাদা তর্পন কৎচবম্মী। মন্ত্রসি চীন্দগী থোবকখি-

ও আঃ ব্রহ্মা ভুবনাল্লোকা দেবর্ষি পিতৃ মান্নব।  
তৃপাণ্ড পিতবো ঃ সবের্ব  
মাতৃ মাতা মহোদয।  
অতীত কুল কোতিনাং

সপ্তদ্বীপ নিবাসিনাম্।
মাযা দত্তেন তোযেন
তৃপ্যণ্ড ভুবন এযম!

মন্ত্রগী অর্থ ওজা কালাচান্দ শাস্ত্রীনা তাকপিবম্মী-- "ব্রহ্মলোক্তগী হৌনা লোক পূম্নমক্তা লৈবিবা দেবর্ষি, পিতৃলোক পূম্নমক ইপা-ইপু পোকপা, ইপা পোকপা, ইমা পোকপা, পূকচেল চাউবা পূম্নমক্লা পেনবযু। হৌখ্রবা শাগৈ কোতি দ্বীপ তবেৎতা লৈবা জীব পূম্নমকনসু ঐনা কৎচবিবা ঈশিং খুজোক অসিতনা পূম্নমক পেনবিযু।" লাইওইখ্রবা ঐগী পাবুং, ইমা, ইপু, ইবেন, ইবুং বীবেন, সমবেন্দ্র, ইপ্বা জযকুমাব, জযন্তকুমাব, লৈখিদ্রবা ঐগী ইপুবোইবা, অমত্তা পোকপী ইচানুপী বাইপ্রবীনা, ইকুবোক, ইনেমবোক লোইনা নীংশিংঙি তর্পন কৎপদুদা। মখোযগী আত্মানা পেনবিসনু নিজৈ। ঈচেলদুনা ঐবু তবাম্না ওকপিবম্মী। ঐবু কাউবিবমদ্রি। মীওইবনদি ঐবু নীংশিংবিবমদ্রে।

যমুনাগী শংবান্নবা ঈশিং, গঙ্গাগী ব্রাওথাংনবা, সবস্বতীগী ঙৌকনবা ঈশিং পূল্লবা ঈচেল অদুগী ঈশিংদু খবদং শোক্লগা পুবকই, যুমদা পূজা-লংজাগীদা শীজিন্ননবা। মীশিংনা গঙ্গাগী ঈশিংবু শোক্তুনা যুমদা পুনবিবগী মবমদি গঙ্গাজলগী ঈশিংদা যাওবিবা অঙকপা মগুণ অদুননি। হিন্দুগী ওইনদি গঙ্গাসি লাইবেম্বীনি, ইমানি হাযনা পূজা তৌনবিবনি। গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা ঈচেলশিংগী মনুংদা গঙ্গা অসি কৃষ্ণ ঐমক্লি হাযখিবনি। কানাডাগী Mcgill University গী সাইন্তিস্ত Dr FC Hurrison না অসুম্না হায-- "A peculiar fact which has never been satisfactory explained is the quick death in three or five hours, of the cholera vibro in the waters of Ganga When one remembers sewage by numerous corpses of natures, often cholera casualties and by bathing of thousands of nations, it seem remarkable that the belief of the Hindus that the water of this river is pure and cannot be defiled and that they can safety drink it and bathe, should be confirmed by means of bacteria logical research " ফ্রেঞ্চকী দাক্তব D Herelle সু গঙ্গাগী অঙকপা মগুণ, শক্তিগী মতাঙদা থিজিন্দুনা পুথোকখ্রে। কোলেবা, দাইসেন্ট্রিনা নাদুনা শিবা মী কযা গঙ্গাদা লংথবা উবদা মহাক্না অঙকপা পোকখি অদুগা মানা অসুম্না ফোঙদোকখি-- "That only a few feet below the bodies where one would expect to find millions of these dysentry and cholera germs, there were no germs "

বৃতিশকী ফিজিসিযান Dr C E Nelson FRCS না হাযবা অমসু লৈ-- "গঙ্গাগী মোৎলবা মফম হুগলি তুবেলদগী ঈশিং শোক্লগা জহাজদা পুবদা ইংলন্দ যৌবফাওবদা ঈশিং অদু অদুমক অফবা ওইদুনা লৈ।" গঙ্গাজল শোক্লগা মীশিংনা বিষ্ণু পূজাদা শীজিন্ননবা পুনৈ। গঙ্গাগী ঈশিংদু মতম কুনা থম্বদসু মহীক চেন্দে হাযবসিদি ঐখোয পুন্নমক্লা খঙলবনি।

ঐহাক গঙ্গা, যমুনা, সবস্বতীগী তিন্নফম ত্রিবেনী সঙ্গমদগী বিদায লৌবদুনা তাং ২৫।১০।২০১২ ইংদা ইযুম মাযকৈ পাংলকখি। অদুবু ঐগী নীংশিং লাযুমদা যেক্কুনা লৈখ্রবা মুর্তিশিংগী মমিশিংদুনদি ঐগী ইতুং ইন্নবকখি।



ত্রিবেনী সঙ্গমদা যাত্রিকশিং

## শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ

*মণিপুবদি সনা লৈবাকনি।*
*লাইনা থাবা লমদমনি।*
*খৈনা যাংকোং মওংনি।*
*চীংশাংনা পন থাবনি।*
*মহৌশা লাইবেম্বীগী লৈকোলনি।*
*ব্রাত্ত পাদবা লমদমনি।*
*শ্রীগোবিন্দনা শাফোংবা লমদমনি।*

অসুম হায়না অশৈবশিংনা মণিপুববু শৈথানৈ।

ভাবতকী নোংপোক চিদাইদা ইংনা চিক্লা মনিং মখা তম্না লৈবকপা মণিপুব সনা লৈবাক্লি। মহৌশা লাইবেম্বীনা মঙোন্দা তম্বীবা নিংথিজবা খুদোলপোৎশিংবু, চংখোনবা কলা সংস্কৃতিবু কল্লক মিহৌদুনা তোযনা লান্দাবকখি যুমলোন্নবা লৈবাকশিংনা। অদুবু মাগী অথৌবা মপাবীশিংনা, পানখিবা নিংথৌশিংনা তেংমশিংনবকপা কযাবু মাযবোং যাদুনা, শযেং পান্থোম ঙান্নদুনা মণিপুব ইমাগী মীংচৎ হেনগৎহন্দুনা লাকপনি চহি লিশিং কযাগী মমাংদগী।

খৃষ্টগী মমাঙদগী হৌনা মণিপুবদা নিংথৌ কযানা মথং মথং লৈঙাক শাসন পুদুনা লাক্লবসু ইতিহাসকী লামাযদা খোৰ্জ্জেনা যেকপদি নোংদা লাইবেন পাখংবনা পানবা খৃষ্ট কুম ৩৩ দগীনি। নিংথৌ কযানা মথং মথং পানখ্রবা তুংদা

*৫৪ শুবা নিংথৌ মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা পানবা মতমদা মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌই।*

শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌখিবা নিংথৌরেল চীংথংখোম্বা মহারাজগী মিংলেন যামই। কার্ত্তা, জয় সিংহ, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র। অকোনবগী মিং অসি শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবগা মরী লৈননা মীয়াম্না খোনবনি। শ্রীগোবিন্দবু নিরূপন তৌদুনা, জগোয়রাস কৎপা লাইবক ফবা নিংথৌনি হায়দুনা ভাগচন্দ্র কৌবনি। ঈশ্বরগী মফমদা শ্রদ্ধাভক্তি লৈবা ঋষি ওইবা নিংথৌনি হায়বদগী তাংখ্রবা মিংথোল রাজর্ষি হায়বসি ফংবনি।

মহাক্না চহি ৪০ চুপ্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। মহাক অসি শ্যামজাই খুবাইলাকপগী অনীশুবা মচা ইবুংঙোনি। মযাম্বুং গৌরশ্যাম (মৈদিংঙু মরাম্বা) (১৭৬১-১৭৬৩) গা কার্ত্তাগা শিন্ন শিন্ননা চহী মঙা মঙা নিংথৌ ওইর্নাস হায়না যান্নখি। চীংথংখোম্বনা অহানবা ফম্বাল কার্বাস খৃ ১৭৬৯ দনি। মযাম্বুং গৌরশ্যামনা নোঙ্গাখ্রবদা অনীরকশুবা ওইনা খৃ ১৭৬৩ দা অমুক হন্না নিংথৌ ফম্বাল কাদুনা মণিপুরগী ৫৬ শুবা নিংথৌ ওই।



*কার্ত্তা মহারাজগী ফোতো,*
*অযেকপা চিত্র - আর কে সনা*

ফম্বাল কাবা ইকুই কুইদনা খৃ ১৭৬৫ দা অৱাগী নিংথৌ তোংদোই বতনাপুর লৈমাবনা মণিপুরদা লান্দাবকই। অৱাগী লান্মী মশীং যামনখিবনা মখোযগা লাম্থেংনবদা মৈতৈ নিংথৌ মাযথীদুনা লৈবাক কাইবদগী কার্ত্তা মহারাজনা মযাংলমদা লাঞ্জেনখি। অদুদগী অহোম নিংথৌ স্বর্গদেব চুরেনফা রাজেশ্বর সিংহগী মফমদা চংজফম লৌদুনা মণিপুরদগী অৱা তাম্থোকপদা মতেং পাংবীযু হাযনা তেখাও নিংথৌগী মতেং নীখি।

কার্ত্তানা তেখাওদা লৈবিঙৈদা মহাক্কী মমা খেলৈ নোংনাং তেলহৈবনা হান্না লৈখিবা মলোম অমগী লম্মন খুল্লগে হাযবগীদমক মানা তেখাও নিংথৌদা চিঠি ইদুনা খণ্ডল্লকখি। অসুম্না হাযবকখি - তেখাও নিংথৌগী মফমদা চংজফম লৌদুনা লৈবিবদু মণিপুবগী নিংথৌ নত্তে, শাশিন্নবনি। মহাক্না নিংথৌগী মাংনবা তৌবক্কনি। থুনা মহাকপু হাৎনবা তৌ।

ৱাফম অদুদা চিংনববা তেখাও নিংথৌনা কার্ত্তাবু শামু যাইশা ফাহন্নবা যাথং পীদুনা হাৎনবা শবৌ শিল্লে। যাথংদু ফংবদা থৱায ৱাববা, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইনা কার্ত্তানা ঈশ্ববগী কৃপা নিজখি। মঙলান্দা শ্রীবোবিন্দ লেঙবিনবক্কুনা তাকপিবমই - ঐনা শামু ফাবদা মতেং পাংগনি। মহাক্না নিংথৌ খুভম হঞ্জিল্লবদা কাইনা চীংদা হৌবা থৈবোং পাম্বীনা ঐগী মুর্ত্তি নিরূপন তৌ, জগোয বাস কৎলু হাযনা উহনবিবমই। মিকপ থোকলবদা মঙগী ৱাবু তম্লদুনা ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপীবামদা কার্ত্তা মহাবাজনা মঙদা উখিবা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তিদু যেকথোকহল্লে।

তেখাও নিংথৌগী যাথং মতুং ইন্না কার্ত্তা মহাবাজনা শ্রীগোবিন্দবু থম্মোযদা চেৎনা নিংজদুনা শামুগী পন্নুংদা লেঙশিল্লে। ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপীবাম পাৎচহনবা অমসুং বাসমোন কৈকংবা অনীনা থৌগল ওইনা তুংইঞ্জবে। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা শামু অদু কার্ত্তা মহাবাজবু উবদা তেথখবে। কার্ত্তানা শামুগী মযাদা খোঙনা নেৎলবদা ৱাংখৈ পণ্ডিত অমসুং অযেকপা কৈকংবা অনীনা নিংথৌবু শামুগী মথক যৌনবা থৌগল তৌজখি। তেখাও নিংথৌনা অঙম অথৌ মন্ত্রিশিংগা লোযননা কার্ত্তা মহাবাজদা খুকমজবগা মণিপুবগী নিংথৌনা জয ওইবে হাযনা "জয সিংহ" হাযবা মিংথোল পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি।

কার্ত্তা মহাবাজনা শামু ফাবগী মতাং অসি বাংলা লোন্দা ইবা 'গৌবাঙ্গ সুন্দব' হাযবা লাইবিক্তা অমসুং শ্রীবাজকুমাব সনাহল সিংহনা ইবা গোবিন্দ নিরূপণ হাযবা লাইবিক্তা ইবি। মদুদগী খঙবদি কার্ত্তানা তেখাওদা শামু ফাবগী থৌদোক অসি খৃ· ১৭৬৩-৬৪ অদুৱাইদা থোকপনি হাযবসিনি। চৈথাবোল কুম্বাবদা মসিগী মবম ইবমদ্রগসু মসি খৃ ১৭৬৫-৬৬ অদুৱাইদা ওইবম্বা যাই হাযনা লৌবা যাবগী মবম লৈ। নিংথৌনা তেখাওদা লৈখ্রবা তুংদা শক ১৬৮৭ (খৃ. ১৭৬৫) দা মহাবানী অখা অমসুং মচাইবুংঙোশিং মযাংদা চঙই হাযবসি কুম্বাবদগী খঙই। অদুগা শক ১৬৮৯ (খৃ ১৭৬৭) বামোন হবিনন্দনগী কুমদা মৈদিংঙু চীংথং খোম্ববদি তেখাওদগী লাম্মী ৮০,০০০ লোয়ননা মণিপুবদা থোবকই হাযবা ৱাফমসু চৈথাবোল কুম্ববদগী খঙই।

খৃ· ১৭৬৭ তদি তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবনা মতেং পীদুনা কার্ত্তানা অৱাবু তান্তোক্লুনা মণিপুৰগী নিংথৌ খুভম হঞ্জিনখি। মতেং পাংবীবকপগী তৌবীমল খঙবা উৎতুনা কার্ত্তানা মযাম্লুং গৌৰশ্যামনা পোকপা মচাইবেম্মা কুৰঙ্গনযনী (শিজ ফোংদ ৌাকপী) বু তেখাও নিংথৌদা থাজদুনা ঙাইশেন ওইবগী মবী থম্লখি।

কার্ত্তানা মণিপুৰল হল্লক্লবদা লমাংদোং (বিষ্ণুপুৰ) দা কোনুং ওইদুনা মতম খবা লৈখি। মতমদুদা অমুক হন্না মঙলান্দা শ্রীগোবিন্দ লেংবিবক্লুনা নিৰূপণ তৌবা অমসুং বাস কৎপগী ৱাফম্লু নিংশিংবীবমখি হায। অমবোমদনা কাইনা চীংদা নুপামচা অমদা নুমিৎ খুদিং চীংমী নুপী অহল অমনা চযোম পীজবগী ৱাফমসু পাঙম্নম শাগৈগী ওমা কৌবা নুপা অমনা নিংথৌদা পাউদম্লবে।

মঙলানগী ৱাফম্লু নীংশিংবনে, ওমানা তম্লবিবা পাউদুগা তাবদা নিংথৌনা অঙম অথৌ পাত্র মন্ত্রিবু কৌখৎতুনা ৱা তান্নবে। মযাম্না লেপ্লবা মতুং ইন্না কাইনা চীংদা থৈবোং থিবা চৎলে হাযবসি কুম্নাবদা অসুম্না হাযবি - "ৱাইবংবা আনন্দবামগী কুমদি শক ১৬৯৭ লমতা থা যুমশকৈশনা হল্লে। অদুগী নুমিৎতা কাইনাদা থৈবোং যেংবা চৎলে। কাইনাদা পাঙম্নমবু অৱা অনা কোকপীখিযে।"

## থৈবোং পাম্বী পুৰকপা

থৈবোং পাম্বী লাইওইববদু উবদা নিংথৌনদি মদু শ্রীগোবিন্দমকনি হাযনা খুকমজবে। অদুগী তুংদা খুম্বোং সিদ্ধান্তননা অফবা নুমিৎ যেংলগা যাইফববা নুমিৎ লমতা থাগী সংক্রান্তি ১৬, থাবাননা ১২ নি পানবা যুমশকৈশগী অযুক্তা, নুমিৎ তবং তবং ছন্দোবকপা তাঞ্জাদা, হৌনবী মতুং ইন্না পুজা কৎলগা পাঙম্নম ওমা সিংহনা থৈবোংদা থাং থাবে। অদুবু থাংফমদগী ঈ শিন্থবকপনা মখা চম্থবা যাখিদ্রে। অখঙ অহৈ পণ্ডিতশিংগী পাউতাক মতুং ইন্না খুম্বোং সিদ্ধান্ত, ভাসপতি ভাস্কৰ শৰ্ম্মগনা থৈবোং পাম্বীদু মৰূ যাওনা ফুকলগা প্রজা মীযাম চংনা উপাম্বীদু চীঙ্গোল লান্না পুথোবকখি। অদুগী তুংদা লিশম লোক্তা থাদবে। উজাওদু মতৌ কবম্না কোনুং তানা পুগদগে হাযনা মযাম্না খন্ন-নৈনবে। মযাম্না খন্ন-নৈনখিবা মফমদু খন্নবোক হাযনা ঙসি ফাওবা খঙনবি। অদুদগী উ অদু লংদুম শন্দ্রোক ফাওদুনা চিংলক্লগা ঈবিল তুবেল মবিলদা থাদদুনা ঈশিং লম্বীদা পুৰকখি। নিংথৌদি শগোল তোংদুনা হান্না কোনুং যৌখি। নিংথৌনা মফম অদুদগী চৎথ্রবা তুংদা থৈবোং পাম্বীদু ঈশিংদা লুপথখবে। মীযাম্না চংদুনা চিংখৎনবা হোৎনবে। শামু শিজিন্নদুনা চিংখৎনবা হোৎনবদসু ওইথোকপা যাখিদ্রে। ৱাবম অদু নিংথৌনা তাববদা থুনমক মফম অদুদা লেংলকখি। উ অদু শ্রীগোবিন্দনি

হাযদুনা আবতি কৎতুনা, সংকীর্ত্তন শক্কুনা নিংথৌনা খুকমজবে। অদুদগী উ অদু মদোম তাঙখৎলক্কুনা ঈচেলদা চেস্থবা হৌবে। উনা লুপথখিবা মফমদুবু "উব্দপ", আবতি কৎখিবা মফমদুবু "আবপ্পী" হাযনা খঙনবে। মফমশিং অসি শ্রীগোবিন্দ নিব্দপনগা মবী লৈনবা অশেংবা তীর্থ মফম ওইহৌবে। তুবেল মবিন্দা পুবক্লগা উ অদু পালাকোমদা অমুক থাদবগা অদুদগী গোবিন্দ লিকলমদা পুবক্কুনা থৈবোং পাম্বীদু লমাংদোং চীংথক্তা কংহন্নবা থমলে।*। মেবা থাদা থৈবোং কংলে হাযবগী পাউ ফংলবদা নিংথৌ শ্রীগোবিন্দগী নিব্দপণগীদমক শেম শাবা হৌবে। শ্রীগোবিন্দ নিব্দপণগী মতাংদা কুম্বাবদা - "হৈস্নাম খুঙমগী কুর্মদি শক ১৬৯৮ হিযাঙ্গৈ থা শগোলশেন্না হলএ। ১২ নি ঈবাই নুমিৎকী অযুক যুথক মতুং পুং ১ চংলকপা নিংথৌকাবগী ক্ষেন মেহেন্দ্রিগী ক্ষেনদা শ্রীগোবিন্দ নিব্দপণ তৌএ" হায। নিংথৌনা খুৎহৈবা শাপম লোখোন সিংহবু কৌদুনা থৈবোং পাম্বীনা মূর্ত্তি শাহনখি হায। শ্রীগোবিন্দ নির্পন কৌবা লাইবিক্তনা - "হৈস্নাম খোংঙমগী কুম শক ১৬৯৮ হিযাঙ্গৈ ১২ নি পানবা ঈবাই নুমিৎতা মৈদিংঙু চীংথংখোন্না মহাবাজনা সনা যাথং তাকপীবা মতুং ইন্না বাংখৈ পণ্ডিত গোপিবাম সিংহ পাৎচহনবনা শ্রীগোবিন্দ মূর্ত্তি শাইএ . শ্রীগোবিন্দগী জীবন্যাস লোইববদা পণ্ডিত গোপিবাম পাৎচহনবদা সনা খুজি, ইবিল ব্রাংমা শাংমা লাইবৌদা লৌ পবি ৭, নাইফুঙ্গা ১, ইবোই অমা, শগোল ১ অসি পীএ" হাযবি।

**লাই কনানা শাবনো ?**

লাই শাবগী মতাং অসিদা চযেৎনবা ব্রাফম অমা লৈ। লাই শাবসি পাৎচনবা গোপিবামননবা, খুৎহৈবা সাপম লোখোন সিংহ নবা হাযবসিগী মতাংদনি। ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপিবামননা নিংথৌগী মণ্ডলান্দা উখিবা মুর্ত্তিদু যেকথোকহনখি। যেকথোক্লবা মূর্ত্তি অদুগী মতুং ইন্না খুৎহৈবা সাপম লোখোননা থৈবোংদগী মূর্ত্তি শাবা ওইবা তাই হাযনা বাজকুমাব সনাহল সিংহ গুনেশ্ববনা মণিপুব শ্রীগোবিন্দ নির্পনগী লামায ৬৯ দা ফোংদোকলি। খুৎহৈবা কলাকাব শ্রীহাওবম শ্যামসুন্দব সিংহগী মোত মতুং ইন্নদি খুৎ হৈবদুদি ব্রাংখৈ গোপিবামননি, গোবিন্দ শাবা থৈবোং পাম্বীদুনা শাখিবা বিজয় গোবিন্দ, নিত্যইনন্দ, গোপিনাথ, অনুপ্রভু, মদন মোহন, আদ্বৈত্য প্রভু লাইশিং অসি

* *পালকোম পাং হাযবা পাং অসি সংকীর্ত্তন পালা মযাম হি হোন্দুনা চৎপদা লুপ্তুনা শিখিবা পাং অদুনি। ঙসিসু লৈবি। গোবিন্দ লিক্লমদি ফুনজিনখবে হাযনা বিষ্ণুপুবদা লৈবা অহল লমন্না মোত পী।*

মশক মওং অমসুং শাথেক যেংলগা খুৎহৈবা অমনা নত্রগা মহাক্কী মিৎযেং মখাদা খুৎহৈবা ৩/৪ না শাবনি হায়বসি খঙবা ঙমই হায়বি।

ৱাফমশিং অসি নৈনবদগী থোবকপদি গোপিবামনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি যেকথোক্লগা মাগী মীৎযেং মখাদা খুৎহৈবা সাপম লোখোননচিংবনা শাবা ওইবা তাই। লাংথবালগী কোনুংদা লাই শাই হায়বগী প্রমান যাম্না মফমদুদা ঙসিসু লৈবি।

শ্রীগোবিন্দগী নিরূপণ লোইবদুনা জীবন্যাস তৌববা তুংদা নিংথৌনা গোপিবামন পাৎচহনবদা মনা মথুম পীদুনা তৌবীমল খঙবা উৎপদি ওইথোকই। মবমদি গোপিবামনদি নিংথৌগী অৱা নুংঙাইদা, লাঞ্জেনবদা, শামুফাবগী পন্নুংদা চংবদা নিংথৌগা ইবোই লোযনদুনতা লৈবা মীশকনি। কার্ত্তা মহাবাজনা মঙদা উখিবা মুর্ত্তিদু যেকথোকপসু মহাক্লি। মহাক্লা সাপম লোখোন অমসুং মতেং পাংবশিংদা অসুম্না তৌগদবনি হায়না তাকপীবা, যেংথোক যেংশিন (Supervise) তৌবা ওইগনি হায়বা ঐগী মোত থমজবি। মণিপুব খুৎহৈবশিংনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি নিরূপণ তৌবগী শক্তমসি তোপ তোপই। বাজর্ষিগী মঙলানদগী, কল্পনাদগী থোকপা শ্রীগোবিন্দগী শক্তমদি বৃন্দাবনদা লাৎলিবা কৃষ্ণগী শক্তমগা মান্নহন্দে। শ্রীকৃষ্ণগী ভঙ্গি, ধবা, চুবা, নটবব বেয, বংশী পাইবা, ফিজেৎ লৈতেং পুম্নমক মৈতৈগী হান্না লৈজবম্না কলা কৃষ্টি পুম্নমক্তগী মচং অদু লৌখৎলগা মচল চানা শেমজিল্লগা মৈতৈগী শক্তমদা মুর্ত্তি শাদুনা পুথোকই।

খুৎহৈবশিং অদুনা, শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি শাবগা লোযননা অতৈ মুর্ত্তিশিংসু কাইনগী থৈবোং অদুদগী শাখি। মূর্ত্তিশিং অদুগী শক্তমসু ইমান মান্নে। অহানবা মককনা শাবা মূর্ত্তি অদু কার্ত্তা মহাবাজনা মঙদা উখিবা অদুগা নিনবদা খবা খেন্নবে হায়দুনা অনীশুবা উককনা শাবা মূর্ত্তিনা শ্রীগোবিন্দনি। অহানবগী মুর্ত্তিদুনা বিজয গোবিন্দনি, শগোলবন্দা মবুথৌ মন্দিৰ অনন্ত শাইগী ধাবা মচা-মশৃশিংনা সেবা তৌবি। অহুমশুবা মককনা নিরূপণ তৌবা মূর্ত্তিনা নিংথৌখোংদা লাৎলিবা শ্রীগোপীনাথ অতৈ মূর্ত্তিশিং অদুদি লমাবম লৈকাইদা লাৎলিবা শ্রী নিত্যাইনন্দ প্রভু, উবিপোক্তা লাৎলম্বা হৌজিকনা ওইনাম থিংঙেলদা লাৎলিবা শ্রীমদন মোহন, খাঙবোক্তা লাৎলিবা বংশিবদন, ইম্ফালগী সেগা বোদতা লাৎলিবা গৌবাঙ্গ প্রভুনা থৈবোংগী মশাদগীনি। নবদ্বীপতা লাৎলিবনা শ্রী অনুপ্রভুনি। শ্রীঅনুপ্রভুগী ভঙ্গিদি তুংলোম কাবন চলহল্লি।

**লাই শাবগী টেকনীক**

শ্রীহাওবম শ্যামসুন্দবগী মোত মতুং ইন্নদি-খুৎ হৈবা মৈতৈশিংনা "নবতাল" হায়বা সাস্ত্রগী মতুং ইন্না হকচাং কাযাৎ শাই হায়বি।

মণিপুরদা মূর্ত্তি শাবগী শিনশাবোল টেকনীকতি খুৎহৈবা অদুনা উ অদুদা শাগদৌবিবা শক্তম অদু হান্না যেকথোকই। অদুদগী হাংমৈ খুদোংনা অযেকপা মপা অদুদা হক্লগা শেমই। অদুগী তুংদা অশৌবা ঈশিংদা ফুংলি। অসুম্না তৌবগী মবমদি মূর্ত্তিদু শাবা লোযবগা চেকখাইবক্তনবগীনি। তীল অমসুং কাংনা চিকতনবা পাম্বে অমদি শম্থিনা লৈবুং শাবগা মনুংদা মূর্ত্তিদু ফুমজিন্দুনা চহি অহুম থম্বা অসিনি। অদুগী তুংদা মূর্ত্তি অদুগী মথক থংবা লৈবোলদা হৈবুং মহি লৌবগা তৈশিল্লি। অদুগী মথং তাবদি মূর্ত্তিদুগী মমিৎ হাপ্পনি। অদুবু 'নযন চনবা' হাযনা খঙনৈ। অদুগীদমক মোইবুংগী মচেৎ লৌবগা নীংথিনা ইৎলগা মেক্রুক্কা কেবোসিনগা যানশিন্নদুনা শেম্লগা নপশিন্দুনা মীৎ হাপই। যাংঙু হাযবা পাম্বী অদুদগী থাউ শুংলগা শোক



*শ্রীগোবিন্দ বাসেশ্বরীগী মুর্ত্তি*

তৌবগা অপাম্বা মচুগা যান্নবগা হাকচাংদা তৈ। শ্রীগোবিন্দগী কুচুনা নোংগী মচু শংবান্নবা মচু বাসেশ্বরীগীনা নাপু মচু যানশিন্দুনা অঙ্গবাগ তৌই।

**লাই শাখিবা মফম অসি বিষ্ণুপুরদবা নত্রগা কাঞ্চিপুরদরা ?**

গোবিন্দ নিরুপণ লমাংদোংদা শাবনি হাযবগী প্রমান যাম্না লৈ। লাই শাবা অসি নিংথৌগী মীৎযেং মখাদা শাবনি। লাই শাবা মতমসি নিংথৌনা

লাংথবাল কোনুংদা লৈবি। চৈথবোল কুম্বাবদা হাযবি "মাইবম চক্রপানিগী কুমদি ১৭০১ (খৃ ১৯৯৭) কালেন থা নিংথৌকাবনা ননি পাললে। ওনি লৈপাকপোকদা মহারাজনচিংবা বিষ্ণুপুবদগী কাঞ্চিপুব তান্না লৈপাক পুন্নমক ওংএ।" হাযবি। (লা ১৩৩) কোনুং তোংবা মতুং থা ৬ কী মতুংদা অভিযেক তৌবগা জগোয বাস কৎপনি। মতম আসগী মমাঙদা লাই শাবা লোযববনি।

ঙসিসু বিষ্ণুপুবদা লাই শাখিবগী প্রমান কযা লৈবি। লাই শাখিবগী থাংমৈ উকুপশিংদু খোঙনা নেৎ খোৎকনি হাযবগীদমক বিষ্ণুপুবগী কোনুং লৈবন্না মফম অমদা কোম তৌদুনা ফুমজিল্লমই। মদুগী অকোইবদা হৈবাংগোই পান্বী ৩ থানবমই। হৌজিকসু হৈবাংগোই পান্বী অর্নাদ হৌবি। অমদি লৈত্রে লন্বী শেম্বদা মদু ককথৎখ্রে।

শাপম লোখোননা লাই শাবদা ইফুৎকী ঈশিংবু কোম তৌদুনা যোল্লগা শিজিন্নবদু হৌজিকসু সাপম পুখ্রি হাযনা বিষ্ণুপুবগী C I College গী মনিংদা লৈবি। সাপম পুখ্রিগী ঈশিংদু অশেংবনি তিলকোক লাইকোকই হাযনা মযাম্না যান্না লুনা শিজিন্নবি।[1]

## বাসেশ্ববীগী নিরূপণ

শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবদা বাসেশ্ববীগী মূর্ত্তি লোইনদে। শ্রীগোবিন্দগী নিরূপণ লোইবদুনা অভিষেক তৌবদা শ্রীবাসেশ্ববী ইবেম্মগী মূর্ত্তি যাওদবনা বাজর্ষিগী মচাইবেম্মা লক্ষ্মীপ্রিযা বিম্বাবতী, তুংদা শিজ লাইওইবী হাযনা খঙনখ্রবীনা বাধিকাগী মহুৎ শিন্দুনা অভিষেকতা শকক যাই। অদুগা লোযননা জগোয বাস নুমিৎ মঙানি কৎপদুদসু বাধাগী শক্তম লৌদুনা জগোয যাওই। শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক লোইববা তুংদা বাধিকাগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌবনি। অদুবু বাসেশ্ববী নিরূপণ তৌবগী শক ভাবিখ্যতি ঐনা থিজিনজবদা ফংবা ঙমজদ্রি। অদুমক ওইনমক, বাধিকাগীদি মূর্ত্তি নিরূপণগী মতাংদা ফংবা ব্রাফম খবদি অসিনি

---

[1] *শীংথা পুবানগী ব্রানি হাযদুনা মণিপুব শ্রীগোবিন্দ নিপনগী লা ৬৪ দা শ্রী বাজকুমাব সনাহল সিংহ গুনেশ্ববনা অসুম্না ইবি -*
*শকাব্দ ১৬৯৮ খৃ ১৭৭৬ মাইস্রাম খোঙমনা চৈথাবা কুম, শজিবু থাগী পানখৎলকপদা, মবুধৌ, গবিবনিব্রাজ নিংথৌবেম্না, লাংথবাল চীংথক্তা শাবম্বা সনা সঙ্গাইবু কোযন' চংতুনা যেংলগা অমুক হন্না শেমজিন্দুনা চীংযাগী মতা চাবদা, চীংমায লোকমায খূদিংদা হৈকোন লৈকোন শেমদুনা হবিগী সেবাগীদমক থৌবাং তৌবে। শকাব্দ ১৬৯৮, খৃ ১৭৭৬ মেবা থাদা থৈবোং কংলে হাযবা পাউ লাক্রে। মতম অদুদা কার্ত্তাসু লমাংদোং কোনুংদগী লাংথবল কোনুংদা হোংলক্রে। মসিগী ব্রাফম অসিদগী লৌবগদি লাংথবলদা, নিংথৌ লৈবা মফমদা নিংথৌগী মীৎযেং মখাদা লাই শাবনি হাযনা লৌনবসু যাওই।*

- বাসেশ্বৰীগী মূর্ত্তি পানখৎপদা হন্না হন্না হোৎনববদসু ওইবা যাখিদ্রে। থৱায ৱাববা কার্ত্তা মহাবাজনা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত তান্নবদা অসুম্না ৱাবেপ্লবে - মচাইবেম্মা বিম্বাবতীনা শ্রীগোবিন্দদা থৱায কখোকতুনা বাধিকাগী মহুৎ শিনখ্রবনা মাগী মহুৎ শিনবা মূর্ত্তি পুথোকপা যাদবনি। থন্নবদুদা শৰুক যাখিবশিংদি বাসপতি ভাস্কব শর্ম্মা, খুম্বোং সিদ্ধান্তনচিংবনি। বাসেশ্বৰীগী মূর্ত্তি নিৰূপণ তৌবদা মচাইবেম্মা বিম্বাবতীগী খুৎকী খুজিল তবা, খোঙগী খুজিল তবা, শম অমগা হাপ্পগা ধাতুনা হৈববদা বাসেশ্বৰীগী মূর্ত্তি ওইখি অসুম্না হাযনৈ। বাসেশ্বৰী নিৰূপন তৌবগী মতাংদা নিংথৌবোল কুম্বাবদা অসুম্না হায - "বাসেশ্বৰী নিৰূপণ তৌবদি ক্ষেত্রি পনেম, নন্দসিংহ কোনসাবা, চত্রপানি কোনসবা, অনিন্দ্রাম কোনসবা, খেল্লেম্বা কোনসবা, হাওজৌ-কোনসবা, শামুবোক কোনসবা, যোইমা তবেৎমা অসিনা শাইএ মখোয তবেৎমদা লৌ পবি অহুম অহুম, নাই অমমম, ইবোই অমমম পিএ"।

### শ্রীগোবিন্দ অভিষেক

লাই শাবা লোযবগা জীবন্যাস তৌই। শ্রীগোবিন্দগী জীবন্যাস তৌবব্ অভিষেক তৌবা হায। মসিগী মবমদি বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মশাবু অমসুং নিংথৌগী সিংহাসনবু শ্রীগোবিন্দদা কখোকলগা মহাক মশানা সেবাবী ওইদুনা লৈবাক্কী শাসন পাংথোকপননি। লৈবাক্কী নিংথৌনা ফম্বাল কাবদা অভিষেক তৌবা অদৃগা মান্নবা শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক তৌই। শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক তৌবদি খৃ ১৭৭৯ দনি। আব কে ঝলজিৎ সিংহনা মাগী "A short history of Manipur" দদি খৃ ১৭৮০ নি হায।

"The installation ceremony of Shri Govindajee was performed in Mera (Sept-Oct), 1780 The first Manipuri Ras was dedicated to Shri Govindajee on the 11th day of the bright half of the month of Mera, 1780 on the occasion of the installation ceremony of Shri Govindajee"

চৈথাবোল কুম্বাবদদি অসুম্না হায - মাইবম চক্রপানিগী কুমদি ১৭০১ ৫ নি নিংথৌকাবদা পোইনুগী সংক্রান্তি ওইএ। ১১ নি ঈবাইদা কাঞ্চিপুবগী বাস মণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌএ. . লা: ১৩৩।

অদুগা লামায অদুমক্কী ফুটনোটতনা অসুম্না পীবি - হবিউথান নুমিৎতা কাঞ্চিপুবগী বাস মণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবগা নুমিৎ মঙানি মেবা ৱাফুকপা ফাওবা বাস শান্নে - অসিনি। চৈথাবোল কুম্বাবগী ৱাফম অনীসিমক্না চযেৎনবা অমদি লৈহল্লে। হবিউথান নুমিৎতা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবগী

নীংশিং থৌবম শ্রীগোবিন্দদা পাঙথোকই অমসুং হিযাঙ্গে পুর্নিমাদা চহী খুদিংগী শ্রীগোবিন্দদা মহাবাস জগোয কৎলি।

অমবোমদদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক নীংশিং পালন পোইনুগী ১২ পানবদা (১১ নিদাত্রকাদশী ওইবনা) চহি খুদিংগী শ্রীগোবিন্দ মাগুপ্তা লেঙথোক্লগা বাসেশ্বৰী পালানা থৌগল তৌবি খৃ: ১৯৭২ দগী হৌনা শ্রী শ্রী গোবিন্দ টেম্পল বোর্দকী ৱাবেপ অমগী মতুং ইন্না টেম্পল বোর্দনা লৌবিবা ৱাবেপ অসি চৈথাবোল কুম্বাবগী অহানবগী ৱাবোল অসিদগী লৌবগা ওইবা তাই।

বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌদুনা অভিষেক তৌবগা চুম্লগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ওইবা লাই লাৎপগী ৱাফম ঙাক্তা নত্রি। শ্রীগোবিন্দনা সুমেরু ওইবগা মণিপুবগী কলা সংস্কৃতি পুন্নমক মাগী অকোযবদা ইনোৎ হাপকৎলকই। অখঙ অহৈশিংনা হাযনবা লমদম অমগী সাহিত্য, কলা, পুন্সি মবেলদা লাইনিং লম্বীনা মাইওন অমা ওলহল্লকই হাযবদু বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা অচুম্বা ওইহল্লকই। মণিপুবগী মীংচৎ পুবক্লিবা জগোয বাস, নট সংকীর্ত্তন, ঈশৈ নোংমাই, পুং, লাইবিক থিবা হাযবা, শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবাগী নীতি নিযম, শ্রীগোবিন্দগী সেবাগীদমক লোযশঙ কযা লিংদুনা থবক থৌবম পাঙথোক্লিবা নিত্য সেবা, হোম, পুজা, পববদিন, উৎসবকী পবমপবা কযা অসি শ্রীগোবিন্দ নিরূপনগা মবী লৈনবা ঙাকনি, সংস্কৃতিগী লন ঙাক্তনি। মণিপুবগী সংস্কৃতিগী পুকৈদগী শ্রীগোবিন্দ, জগোয বাস, নট সংকীর্ত্তনদং লৌথোকখিবদা পুকে মযেং খঙতা তাগনি।

থমজনিংলিবা ৱাফম অমদি

১। শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌখিবা মফম, বিষ্ণুপুবদা বাজর্ষিভাগ্যচন্দ্রগী কোনুং ওইবম্বা মফম, খাগেম্বা মহাবাজগী মতমদা লানবন ওইবম্বা হৌজিক্লা তেক কাইদুনা লৈববা খ্বাইবাকপন, সাপম পৃত্রি, থাঙমৈ ফুমফম, ভাগ্যচন্দ্রগী মমা ইবেম্মনা থাবম্বা মাতা হৈ হাযনা খঙনবা হৈনৌ পাম্বী, বাসমণ্ডল, কৈ চনফম, পুলৈ ফুকপীনচিংবা লম্মাংদোংগী মফমশিংসি সংস্কৃতিগী লৈকোল অমা ওইনা আবকিওলোজি বিভাগনা শেমগৎপীববদি ফগনি। মফমশিং অসি হৌবক্লিবা নহাশিংনা খবগা হেন্না কুপ্না থিজিনবা, নৈনবা চংই।

২। শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগা মবী লৈনবা মফম থাঙমৈ ফুমফম, উরূপ, অবাপ্পীনচিংবসি অশেংবা তীর্থ মফমনি হায়না মণিপুব সবকাবনা লাউথোক্তুনা পর্ব্বাদিনদা মফম অদুদা হোম যজ্ঞ, পুজা সংকীর্ত্তননচিংবা শ্রীশ্রীগোবিন্দ টেমপল বোর্দনা পাংথোকপা চুমগনি খঞ্জে।

*নৈনখিবা লাইরিক খরা:*

১। চৈথাবোল কুম্বাবা
২। সঙ্গাই ফম্মাং
৩। চীংথং খোম্বা গঙ্গা চৎপা
৪। শ্রীগোবিন্দ আশ্রম
৫। শামুফাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নির্পণ - বাজকুমাব সনাহল
৬। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র - সিতাবাম মুখোপাদ্যায
৭। শ্রীমূর্ত্তি - শ্রীগোবিন্দ টেম্পল বোর্দ
৮। A Short history of Manipur - R K Jhalajit
৯। সংজাল - বা কু সনাহল গুনেশ্বব
১০। অবিবা মণিপুবী সাহিত্যগী ইতিহাস - নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র অসিনচিংবা

# মণিপুবদা মহাবাস জগোয শেমগৎলকপা

মণিপুবদা মহাবাস জগোয শেমগৎলপসি বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রননি। (১৬৮১-১৬৮৩, ১৭৫৯-১৭৬১) শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবা লোযবগা অভিষেক তৌবদা মহাবাস জগোয কৎনবা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজনা শেম শাবা হৌগৎলকখি। কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রদি ঋষিনি। শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা ভক্তনি। বাজর্ষি মিংথোল ফংখিবনি। বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা বাস পঞ্চাধ্যাযগী ব্যাখান তাবগা শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা শান্নবা বাসক্রীডাবু অভিনয তৌদুনা মণিপুবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা অভির্ভাব ওইববদা বাজর্ষিনা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মশক ওইনা বাসলীলাবু শ্রীগোবিন্দদা কচ্চখি। বাসকী নুংগী ওইবা ব্রাফমদা বাস লীলা হাযবদি বসতনা থল্লবা লীলাবুনি। ব্রহ্মগী লীলাদুনি বাস। ব্রহ্ম হাযবসি নুংঙাইবনি, বসনি। শ্রুতিনা হাযবি শ্রীকৃষ্ণদি শচ্চিদানন্দ পবম ব্রহ্মনি। শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা শান্নবদুনি বাস লীলা হাযবিবসি। শ্রীকৃষ্ণনা পবমাত্মানি, গোপীশিংনা আত্মানি।

অমবোমদা বাস লীলাদা শান্নবিবসি শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীকৃষ্ণগনি। ভগবান মহাক মথন্তা শান্নবি, নুংঙাইবি। অসিগুম্বা কল্পনাগী নীংথিববা লীলা অসিবু শ্রীমদভাগবতগী ১০শুবা স্কন্ধগী মনুংচনবা অধ্যায মঙাদা মযেক শেংনা তাক্লি। গোপী পূম্নমক ইবুংঙো মাগী শক্তি ঙাকনি। মাযানা মবক থৎতুনা তোঙান্না উবনি। পবমাত্মাগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অকোযবদা আত্মাশিংদা মাগী শক্তিশিংনা মঙোন্দা অমুক তিনজবা ফংবা অসিনি বাস লীলাগী পান্দম। বাস

লীলাদা য়াওবিবা সখি পূম্নমক ভাবনা শাবা মূর্ত্তি ঙাকনি। অশেংবা পূক্লিংনা অশেংবা ভাবতনা কৃষ্ণবু থিগদবনি হাযবি। মপালগী হকচাংগী ৱাখল থৌওংনা ভগবান মাবু ফংবা ঙম্বা নত্তে। অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী বাস লীলাবু পানগী ওইবা মীৎযেংনা যেংবা চুমলোই।

পূর্নভগবান শ্রীকৃষ্ণদি বসমযনি, আনন্দমযনি। তাইবংপান অসিনা চাউববা বাস লীলা অমনি। লু তোংগী হকচাং অসিদা অধ্যাত্ম আনন্দ ফোংদোকপা য়াই হাযবা খঙহনগে হাযবগীদমক ভগবাননা বৃন্দাবনদা বাসলীলা শান্নখিবনি। শ্রীকৃষ্ণগা গোপীগা শান্নবা বাসলীলাদা মাযাগী শকক অমা যাওবা নত্তে। বাস শান্নবা মতাংদু শ্রীকৃষ্ণগী চহী ৮শুবদনি, গোপীশিংনা চহী ১১ শুদ্রিবী ঙাক্তনি। শান্নবিবদু দিব্য লীলানি। সাধাবন নুপা নুপী মীওইবগী লীলা নত্তে। পবমাত্মাগা জীবত্মাগা শান্নবা লীলানি। বাসলীলা অসি যাম্না ৱাংখ্রবা থাক্তা শান্নবা অধ্যাত্মিক্কী লীলানি। শ্রীমদ ভাগবতকী বাস পঞ্চাধ্যাযগী শ্লোক ২৯দগী ৩৩ ফাওবদা বাস লীলাগী মতাং অসি নৈনবি।

বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীমদ ভাগবতকী বাস পঞ্চঅধ্যাযদা শন্দোক্লা তাক্লিবা শ্রীকৃষ্ণগা গোপীগা শান্নবা বাসক্রীডাবু জগোয ঈশৈগী মতেং লৌদুনা সংকীর্ত্তন যজ্ঞগী মশক ওইনা বাস লীলা কৎলম্বনি। সংকীর্ত্তননা কলিযুগকী অথোইবা ধর্ম্মনি হাযনা বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা চেৎনা থাজে। জগোযবু স্বাইদগী অহেনবা কলানি হাযনা মৈতৈশিংনা থাজবা অসিগী ৱাখল্লোন অসিবু শীজিন্নদুনা বাসক্রীডাবু অভিনয তৌদুনা মহা সংকীর্ত্তন ওইনা হৌদোকপনি।

বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শেমগৎপা বাস লীলা জগোয অসি ভক্তিবসনা থল্লি। ভাবতকী অতৈ লমগী জগোযদা হকচাংগী শাথেক মীৎযেং নাযেংদা ঈথক ইবাংগী ওইবা নোকপা, মিৎ খৎপা, শুগৎপনচিংবসি মণিপুবগী বাসলীলাগী অভিনযদা যাওদে। জগোয শাবদা মিৎ অসি মখাদা যেংলগা শাই। জগোয অসিনা মীশিংবু ভক্তিগী লম্বীদা চিংশিল্লি। অতৈ অতোপ্পগী ঈথিল চংদবা, নীংথিবা-অমেঙবা, ফজবা শক্তমদুনা মফম মতম খুদিংগী ওইনা মীপূম খুদিংদা অধ্যাত্মিক্কী ৱাখল পোকহল্লি । জগোয বাস অসিনা ভাবোকশিংবু মশানা মশাবু কাউথোকচদুনা মপূক্লিংদা তপথবা ইংথবা ফংজৈ। ভাবোক বৈষ্ণবশিংদুনা গোপীগী খুযাগী উফুল লৌদুনা কোক্তা হাপ্পবিবনি। মধুর্য্যভাব, গোপীভাবকী মহাও তংজবিবনি। বাধা কৃষ্ণগী লোইনাইদ্রবা প্রেমগী অমৃতদু থকচবিবনি। অদুননি মণিপুবগী বাসলীলাদা চহী ৭০/৮০ শুববা অহল ওইববা বৈষ্ণবশিংনা ব্রত কৎলগা থেঙলবা অহীং ফাওবা বাধা কৃষ্ণগী লীলা বাস অদুবু খুকমজবিবা।

মণিপুরী জগোয় রাসকী অহৌবদা কৃষ্ণ থোক্লমদাইদা মোইবুং খোঙগৎলকপা, নুংশিনা বাঁশী খোঙগৎলকপদা বৈষ্ণবশিংগী পূক্নীংদা ফাওবিবা রাখলদু রাহৈনা ফোংদোকফম খঙদে। শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবা, উজনীংবগী ইখৌ লাংবা নুংদগী থোবকপা ভাব অদুগা লোযননা শ্রীকৃষ্ণদা লুপশিঞ্জবা মীকুপ অদুনি। মসিদা বৈষ্ণবশিংনা রাসকী অমৃত থকচবিবনি। ভক্তগী থম্মোইনা ইবুংঙো মহাক্কা তিন্নজবগী নুংঙাইবা রসকী মহাওদু তংজে। অসিনি মণিপুরী রাসনা বৈষ্ণবশিংদা পীবিবা ইথিল। অসিনি মণিপুরী জগোয় রাসকী থোইদোকপা মগুন। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ফজবরা রাসলীলাদা ফোংদোক্লিবা অমেঙবা ফজবনা তিল্লবা অধ্যাত্মিক্কী ওইবা মশক অসি মালেমগী অতৈ মফমদা উবা ফংদে। মণিপুরদদি রাস যেংবা চৎলুসি হায়নদে। রাস খুকমলুসি হাযনৈ। নুংঙাইবা অপেনবা মতাং যাওবদা খুবাক খুবা, ভালো লাউবা চৎনদে। ভাবোকশিংনা ফমফমশিংদগী হৌগৎলগা দণ্ডবৎ তৌনা খুকমদুনা ভক্তি কৎনবিবনি। শ্রীকৃষ্ণগা ব্রজ গোপীশিংগা দ্বাপুর যুগতা শান্নখিবা রাস অদুবু অতৈনা রাস হাযবগা খঙনৈ। অদুগা হৌজিক্কী মতমদদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলম্না মণিপুরী রাসপু খঙনরে।

মণিপুরী জগোয় রাস পাঙথোকপগী অকক্লবা নীতি নিয়ম লৈ। মদুগী মতুংইন্না অরাংফমনা শিল-লাংবা তৌই। মাগুপ মপুনা শাস্ত্রগী বিধি নিয়ম ঙাক্না মন্ত্র, শ্লোক থীদুনা রাসকী অধিবাস হৌই। পূং যৈবা, মোইবুং খোঙবা, সূত্রধারী ভাবোক্কী ফমফম অকক্লবা মফমদা লৈ। জগোয় শারদা হকচাংগী কাযাৎ উখোক্তুনা অউবগী পূক্লিংদা মথুম-মরাং হৌহন্দনবা, ভক্তি প্রেম ফোংদোক্লবা গোপীশিংনা মাযখুম শীজিন্নদুনা থবাক যেৎ শেত্তুনা পাঙথোক্লিবনি। ভক্তিগী ঈচেলদমক ফোঙদোকপা জগোযনি। অদুনা ভক্ত বৈষ্ণব, গুরুজনশিংনা মণিপুরী জগোয় রাসতা শীজিন্নবিবা অভিনযসিবু প্রেমভক্তি সত্ত্বগুন ফোঙদোকপা অভিনযনি হাযনা মোত পী। জগোয় অদু অহানবা ওইনা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবা নুমিৎতগী নুমিৎ ৫নি চুপ্পা লাংথবালগী রাসমণ্ডলদা পাঙথোকখিবনি। মদুদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচাইবেম্মা চহী ৮দা ঙাইহিবী বিম্বাবতীনা রাধিকাগী শক্তম লৌদুনা মহারানী ঙাংবম চনু হবিমতিনা মকোক চিংদুনা পাঙথোকই হায়রসি নিংথৌরোল কুন্দাবদগী খঙবা ঙমই।

কার্ত্তা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দদা কৎনবা মহারাস জগোয় শেমগৎপদু চহী ৩লোম চঙনা হোৎনৈ। জগোয তম্বীবগী থৌদাংদি খুম্নোং সিদ্ধান্ত চন্দ্রমনিগী মনাও ইবুংঙো কবো খুম্নোংবদা শিন্নে। মদুদা মতেং পাংখিবনা ওজা, রমানন্দ

ঠাকুব, অমসুং ওজা ঙাংবম স্বরুপানন্দনি। মচা খায়না তান্নদুনা মৈতৈগী হান্না লৈজবন্না লাই হবাওবা জগোযগী, থাং তাগী খৌ, থেঙ্গৌনচিংবদগী লৌদুনা বাস জগোযগী অভিনয় শেমগৎলি। মনিপুবগী কলা কৃষ্টি, লৈহাওগা চুননা তোপ-তোপ্পা মওংদা মহাবাস পুথোকই। জগোয় অসিগী মপুং ওইবিবা ভঙ্গি পবেং অসি জগোয়সিগী ধ্যানগী পোৎনি। নোংখাই চবুক লোনবদা বাসকী অশেংবা ভঙ্গি শাবনি। ধ্যানদা লুপচবগী স্বাইদগী চুনবা মতমনি।

জগোয অসিবু উবদা ভাবোক পূম্নমক মঙ্ লৈবাক্তা তাউবগুম মশানা মশাবু কাউথোক্তুনা তাইবং মৈশা কাউহল্লিবা ভঙ্গি পবেং জগোযনি। ভঙ্গি পবেং শাবিঙৈদা হৌগৎপা যাদে, তৌহৈদে হাযনৈ। নিলখোংবনা অচিকপদু থুগাযদুনা বস চুপচবিবা ভক্তশিংগী মফমদা লঙজবা থোকপা যাই হাযবদগীনি। জগোয বাস কৎপদা নুপা পালা সংকীর্ত্তননা মাঙ থানা কৎলি। মনিপুবদা মহাবাস জগোয ইহান হান্না কৎপা অদুগী পূং যৈবদি বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মশামক্রা ওইখি। মতোল ইবুংঙো ঙৌব্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লগা, ধবশাইনা দুহাব ওই হাযবসিসু নিংথৌবোল কুম্বাবদগী খঙই।

মণিপুবগী জগোয বাস অসি হৌজিক লৈবিবা ভাবতকী ক্লাসিকেল দান্সশিংগী মনুং চল্লি। জগোয অসিনা মালেমগী মফম অতৈদা মণিপুবগী মীংচৎ শন্দোক্লি।



*মহাবাস জগোয়গী ফোতো*

# পণ্ডিত খেলচন্দ্র অমসুং মণিপুরী লোন

**পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ** (খৃ: ১৯১৭-২০১১) মণিপুরী সাহিত্য, কলা সংস্কৃতিগী অতিযাদা থোকপা অবংবা থৱানমিচাক অমনি হায়না শিংথাবদা মতিক চাই। মহাক্না নীংথিনা থিজিন খোচিন্দুনা মণিপুরগী অরিবা সাহিত্যগী লোন মচোই মচোই চাইথোক্লুনা লৈখ্রবা সাহিত্যগী মচাক মরলবু লেংশিন্দুনা মযাইগী ওইবা মতমগী অমসুং হৌজিক্কী মতমগী ওইবা মণিপুরী সাহিত্যগা শমজিন্নদুনা থম্বীবমই। অসিদসু নত্তনা কলা, সংস্কৃতিগী লমদসু ফজনা খূৎ থাবম্বা মীশকনি। মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবম্বা মীওইশিংগী মরক্তা থোইদোক্না চীংলেম্বা, লেমজববা ফিদা অমা কল্লিবা পণ্ডিত অমনি খেলচন্দ্র সিংহ। মহাক অসি মণিপুরী লোন, সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি ইতিহাস নৈনদুনা মুন্না খঙলবা মণিপুরগী চাওথোকনিংঙাই ওইববা সাহিত্যকাব, স্কোলাব, ইতিহাসকাব অমনি। শকলোন য়াম্বা, মাযথোং যাম্না লোংবা পণ্ডিত, মগুন লৈখ্রবা মীশক অমা ওইবনা মাগী মবমদা যৌনা খঙবা ঙমদ্রি। মানা লৌখৎলম্বা, পাঙথোকলম্বা থবক থৌবমশিংবু খবগা মচু তানা নৈনবগা মহাকপু খবগা হেন্না খঙজিনবা ঙমগনি। পণ্ডিত অসি ৱাংথোইববা উজাও অমগুম্বনি। ঙসি মহাক্কী মবমদা খবদং পঞ্জবসিদি অৱাংবা উপালদগী কেল্লকপা মনা, মশা মবেং খবদং লৌখৎচবগা থমজবগুম্বনি।

পণ্ডিত অসিনা হিংলিঙৈদা সাহিত্য অকাদেমিনা ফেল্লোশিপ পীদুনা ইকাইখুম্নখ্রবনি। মহাক্কী মবমদা নৈনবসিনা মনিপুবগী লোন, সাহিত্য, কলা সংস্কৃতিবু পাকথোক চাওথোক্না খণ্ডজিনবদা হেন্না মতেং ওইগনি থাজে।

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা তাইবংদা খোঙদাবকপদি খৃ কুম ১৯১৭ কী মে ১৩দা উবিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাইদনি। অপোকপা পম্বৌনা নিংথৌখোংজম অঙৌ সিংহনি। অপোকপী পলেমনা নোংথোম্বম নিংঙোল সঙ্গাই দেবীনি। পণ্ডিতকী পোকমিন্নবা মচীন-মনাও নুপা ৪, নুপী ৩নি। মানা মচা ইতোন তোনবনি। হাওবম নিংঙোল ভানু দেবীনা পণ্ডিত খেলচন্দ্রগী লোয়নবীনি। মচা ইবুংঙো মঙা, মচাইবেম্মা মঙানি।


পণ্ডিত খেলচন্দ্র

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা মহে় তমলকপসি মণিপুবগী জোনষ্টোন হায স্কুলদনি। মতমদুদা স্কুলসি কলিকাতা ইউনিভবসিটিদা এফিলিযেট তৌবি। মহাক্না খৃ: কুম ১৯৩৮ দা কলিকাতা ইউনিভবসিটিদগী মেট্রিক পবিক্ষা ফার্ষ্ট দিভিজনদা পাস তৌই। অদুদগী গৌহাটিগী কটন কোলেজদা ইন্টবমেদিয়েৎতা মিং চন্দুনা মখা তমথৈ। অদুবু আই এ সেকেন্দ ইয়াব পবিক্ষা ফমলমদাইদা অপোকপা পম্বৌ লৈখিদে। শেল লৈতবনা মবম ওইদুনা মখা তমথবা ঙমখিদ্রে। খেলচন্দ্র সিংহ অঙাং ওইবিঙৈদগী য়াম্না খঙনীংগনবা, থিজিন খোৎচিনবা পামজবকই। অদুনা মণিপুবগী শকনাইবা ওজা গুরুশিংগী নাক্তা চংজদুনা মখল মথেলগী বিদ্যা, মহৈমশিং তমজখি।

মহাক্না ওজা বাজকুমাব পাখণ্ডসনাদগী মুক্না, শবীৎ শাবাক তমই, ওজা বাজকুমাব ফৈজা ওন্না, ওজা দেবশিংদগী থেংগৌগী কাঙলোন তমই।

পণ্ডিত অতোম্বাপু শর্ম্মাদগী এষ্ট্রোলোজিগী বিদ্যা তমই। মণিপুবগী নিংথৌবোলগী ৱাবী, অবিবা সাহিত্যগী, মমাংঙৈ মতমগী চীংমী তম্মীগী মবীগী ৱাবী কযাসু পণ্ডিত অতোম্বাপু শর্ম্মা, নামৈবাকপম দিনচন্দ্র পণ্ডিত অচৌবা, ওজা পবশুবাম, মাধব, চন্দ্র, দেবনচিংবা গুরুশিংদগী জ্ঞান লৌশিং ফংজহৌই। হিন্দি ট্রেনিং কোর্স, একাউন্টস ত্রেনিং কোর্স, আবকাইভস ট্রেনিং কোর্সসু মপূং ফানা চথখি। "Education is a life long process" হাযবদুমক মশামক্না প্রমান তৌদুনা উৎখি। তমশিনবা, খণ্ডজিনবা, উখোবকপা কযাদুনা মপূং ফাবক্কুনা তুংদা পণ্ডিত ওইবকখি।

মহাক মণিপুরী মৈতৈ মযেক মুন্না হৈবা খঙবা মীনি। নহা ওইবিঙৈদগী হৌনা মৈতৈ মযেকতা ইবা মণিপুবগী পুৱাবীগী মবমদা অবিবা খুৎই লাইবিক, পুযা থিজিনবা হৌখি। মহাক্না থিজিন্দুনা খঙলকপা, ফংলকপা কযা অদু অমুক লাইবিক ওইনা ইবগা পুথোবক্কুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা খুদোল তমলকই।

মহাক্না সবকাবগী তোঙান-তোঙানবা দিপার্টমেন্ট ২৫ দা হোং হোংদুনা থবক তৌবর্মখি। খৃ কুম ১৯৩৯দা মণিপুব সেক্রেটবিযেৎ সাভির্সতা অহানবা ওইনা থবক্তা চংই। অদুদগী তোঙান-তোঙানবা সবকাবগী লোযশঙ কযাদা থবক তৌবন্নগা অদুগা খৃ কুম ১৯৭৮ দা মণিপুব সবকাবগী অন্দব সেক্রেটবী ওইনা থবক্কগী পোত্থাই। থবক্কগী পোত্থাববসু মহাক্না থিজিন খোৎচিনবা, ইবগী থর্বক্তি হেন্নদুম মপূং ফানা চত্থবকখি। মহাক্না পুথোকলম্বা লাইবিক অযাম্বদি থবক্কগী পোত্থাববা তুংদনি।

মহাক্না লাইবিক ৩০গী মথক্তা পুথোকলমই। মানা পুথোক্লম্বা লাইবিকশিংগী মনুংদা থবদং পল্লবদা (১) চৈথাবোল কুম্বাবা (লাইবেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহগা লোযননা ইদিত তৌদুনা ফোংবা) (২) অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (৩) অবিবা মণিপুরী শৈবেংগী খোমজিনবা লাইবিক (৪) অবিবা মণিপুরী ৱাবেং খোমজিনবা লাইবিক (মণিপুবদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লাকত্রিঙৈগী মন্ত্র লাইশোলগী লাইবিক) (৫) খুন্নুং লিচৎ শাজৎ, (৬) চাদ লাইহুই (অবিবা মণিপুরী লোন্দা ইবম্বদগী অচম্বা মৈতৈলোন্দা ইথোকপা থাযনগী নিংথৌশিংগী পাবী পুবীগী ইতিহাস) (৭) মণিপুরীদগী মণিপুরী লোন অমসুং ইংবাজীদা ইবা দিক্সনাবী (৮) উত্তবা খণ্ড (অবিবা মণিপুরী লোন্দগী ইদিত তৌবা) (৯) নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা (মৈদিংঙু নিংথৌ নাওথিংখোংনা মণিপুবগী ফম্বাল

কাবা) (১০) চাইনবোল (অবিবা মণিপুরী লোন্দা ইবা অকন অথৌগী লান শোক্লবগী ৱাবী খোমজিনবা লাইবিক) (১১) ধনঞ্জয় লাইবু নিংবা (১৮শুবা শতাব্দীদা ইবা ফিকসন ইদিত তৌবগা ফোংবা) (১২) খুমন লোন (খুমন শাগেগী হৌবকফম - ইদিত তৌবা) (১৩) লাঙ্গোই শগোল থাবা (১৮শুবা শতাব্দীগী অবিবা লাইবিক্তগী ইদিত তৌবা সাহিত্য পবিষদনা ফোঙবা) (১৪) পবিষদকী অবিবা মণিপুরী ৱাবেং লাইবিক - পবিষদনা ফোঙবা (১৫) শবীৎ শাবাক অসিনচিংবা কযানি। ইংবাজী লোন্দা ইবা লাইবিকশিংদি (১) Manipuri Language - Status and Importance (1975), - Battle of Khongjom (1963), Documents of Anglo-Manipuri War 1891 (in 3 parts 1984), Thangal General (A Manipur Hero (1997), Kangla (the old palace of Manipur (2007), Dr S P Sen না edit তৌবা Dictionary of National Biography দা Panditraj Atombapu Sharma অমসুং Thangal General গী মবমদা পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা ইদুনা খুদোল তম্বা অসিনচিংবা।

মহাক্না নেসনেল আবকাইবস অফ ইন্দিযা, ইন্দিযাগী নেসনেল ম্যুজিযম, ইন্দিযান ম্যুজিযম, এসিযাটিক সোসাইটিজ অফ বেঙ্গল, ফোর্ত ৱিলিযম কলিকাতাগী নেসনেল লাইব্রেবীনচিংবদা চৎতুনা মণিপুবগা মবী লৈনবা বেকোর্দ কযামকমসু খোমজিল্লমই। অসি পূম্নমক্কা লোযননা থাযনগী অবিবা লাইবিক খুৎই মেন্যুস্ক্রুপ্ট কযাগা লোযননা জবনেল বেকোর্দশিং চৈথাবোল কুম্বাবগী খুৎইশিং, শাগে যুম্নাক পুম্নমকশিং, লম্মিৎলোন, সাহিত্যগী, অবিবা লাইবিকশিং ফোবেন বাইটর্সনা ইবা লাইবিকশিং, থাংতা, শবীক শাবক্কী পোৎলম কযা পণ্ডিত অসিগী হোম লাইব্রেবীদা লৈবিবা পূম্নমকসি মণিপুবগী তাংলবা লন ওইহৌববনি।

মহাক্না উকবা, খঙলুবা, থিজিল্লুবদগী ফংলকপা লৌশিং জ্ঞান অদু মবন্নাই ওইনা তাশিন্দুনা থমদে। মহাক্না মণিপুবগী সেন্তব কযাদা চৎতুনা মণিপুবগী হৌগৎলকলিবা নহাশিংদা মৈতৈ মযেক্কী, থাং তাগী, শবীৎ শাবাক্কী বিদ্যা তাকপী তম্বীবমই। জৱাহবলাল নেহরু ইউনিভবসিটি সেন্টব ফোব পোষ্ট গ্রেজুযেট ষ্টদিজ-ইম্ফালদা মণিপুবী লোন অমসুং লিটবেচবগী ভিজিটিং ফেল্লো ওইদুনা তাকপী তম্বীবমই।

পণ্ডিত অসিগী শাংখ্রবা পুন্সি চহী ৯০ হেনবা মতমদা মহাক্না সাহিত্য, সংস্কৃতিগী সংস্থান কযাগা খুৎশম্নদুনা মণিপুবী সাহিত্য, সংস্কৃতি, কলাগী চাওখৎনবা থৌদাং লৌবমই। মখাতানা থিজিনবা বিসার্চ তৌবশিংদসু মহাকনা গাইদ ওইবীদুনা লমজিং লমতাক তৌবীবমই।

মহাক্না তমলম্বা খুদোল কযাবু শকখঙদুনা সংস্থান কযানা মাবু সন্মান পত্র পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা গভেষনা ভুষন (১৯৭৭), মণিপুর ষ্টেট কলা অকাদেমিনা ফেল্লোশিপ (১৯৮০), ভারত সরকারনা পদ্মশ্রী (১৯৮৭), নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা রাইটর ওফ দি ইযার (২০০৬) পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লিনা (১৯৯৯) ফেল্লোশিপ পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি। ২০০৭ তা সঙ্গীত নাটক অকাদেমিনা সঙ্গীত নাটক অকাদেমি রত্ন অমসুং ফেল্লোশিপ পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎলি। মতাং অসিদা খরদং পনবা যারদি সাহিত্য অকাদেমিনা পীবিবা ফেল্লোশিপ অসি অচম্বা সন্মান নত্তে। ভারতকী খনগৎলবা অইবা ৫০দংদা পীরনি। সন্মান অসি ফংখিবা শকনাইবা অইবা খরা খুদম ওইনা পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরু, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, সর্ব্বাপলি রাধাকৃষ্ণণ, জাকীর হুসেন নচিংবদা পীখি। মসিগী মরক্তা পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রসু অমনি। মী অতৈনা পংফং ফংবা নত্তে।

অদুগা অমুকসু সঙ্গীত নাটক অকাদেমিনা পীবিবা সঙ্গীত নাটক অকাদেমি রত্ন অসিসু অৱাং নোংপোক লমদদি পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা অহানবা ফংবা মীশকনি। আসামগী শৈশকপা অমসুং থিযেটর তৌবা ভুপেন হাজারীকানা ফংবদি পণ্ডিত খেলচন্দ্রগী তুংদনি। পণ্ডিত খেলচন্দ্রবু সঙ্গীত নাটক অকাদেমিনা শকখঙবদি মরুওইনা সাহিত্য, কলা সংস্কৃতিগী অপুনবা শক্তম অদুদনি।

পূম্নমক অসিদি পণ্ডিত অসিগী মপানথোংগী ওইবা লৈতেংনি। মাগী নুংগী ওইবা শক্তমদি তোপ তোপ্পনি। মহাক গুন কযানা লৈতেংবা মীশক অমা ওইদুনসু থোইদোকনা মীনুংশি চেনবা, চম্বা অমসুং চাওথোকতবা মীশকনি। মাগা লোযনবিবদি কলাকারশিং থাংতা তম্বশিং, রিসার্চ তৌবশিং, অইবশিং, মীচম প্রজা, কুঠি যেংবা লাকপা কযাশিংনি। অরাকপশিং তবাম্না নোকমি নোকমি তৌদুনা ওকই। মখোযগীদমক মতম শাংনা শাংনা কাযথোকপিদুনা মখোযনা খঙনিংবা কযাদু অখঙবমখৈ অখাকপা লৈতনা তাকপী, ৱারী লিথোকপী।

ৱাবেং ইজবিবা ঐহাকসু পণ্ডিতকা মতমশাংনা লোযনজবকই। গুরুগা শিষ্যগগী মরীনি। খঙনীংবা অমা লৈরদা ঐনা খুবাইবুংঙোগী (পণ্ডিততা ঐনা খুবাইবুংঙো কৌজৈ) যুমদা চৎতুনা হংজরুই। সাহিত্যগী, কলচরগী ওইবা থৌরম কযাদা পণ্ডিত অসিগা লোযনবগী তাঞ্জা ফংজবকখি। মণিপুরগী হেরিটেজ সাইট ওইবিবা কংলাদা পুরীদুনা কংলাগী লাইফমশিং গোবিন্দ মন্দির, বৃন্দাবনচন্দ্র মন্দির, ইতিহাসকা শাগোন্নববা নিংথৌগী সনা সঙ্গাই লৈরম্বা মফম, কংলামেন

তোংফম, মেবা হাওচোংবা মফম, নুংগোইবী, কংলা শুকুংনচিংবদা পুবীদুনা মফমশিংদু তাকপিখি। লোযননা মদুগী মবমদা ৱাবী লিবীদুনা তাহনবিবমখি। মদুদা মীওই কযাসু লোযনৈ। মদুগীদমক শীনবীবনা ঐগী ইবুং চোংথাম সমবেন্দ্রননি। মহাক মতমমদুদা মনিপুবগী আর্ট এন্দ কলচবগী দাইবেক্তব ওইবিগুনি। মহাক্কা শীনবীদুনা অমুকসু ঐখোয খব পণ্ডিত খেলচন্দ্রগা লোযননা খোংজোমগী তেঙ্গোল লম্পাক্তা চৎতুনা মণিপুবগী নীংতম লাল শোক্লফম খোংজোমদা মৈতৈ লাম্মীগা বৃটিশ লাম্মীগা শোক্লখিবা ইতিহাসকা মবী লৈনবা মফমদুদা যেংশিল্লুবগী তাঞ্জাসু ফংজবকখি। খোঙচৎ অদুদা মহাবাজকুমাব প্রিযোবর্ত সিংহসু যাওখি। মহাক মশামক্লা ইতিহাস ওইববা স্কোলাব অনীগা লোযনজবা ফংজহৌবদুসু ঐগী লাইবক ফবনি খঞ্জে। পণ্ডিত অনীনা লুচিংদুনা খোংজোমগী তেঙ্গোল লম্পাক্তা কোম তৌদুনা মণিপুবী লাম্মীনা শেম্বা লানবন ওইখিবা মফম খোংজোম তুবেল মবীল-হৌজিক্লা মবীলগী অযাম্বা শকক ফুনজিন্দুনা কৈথেল ওইখ্রবা অমসুং যুম শাজিন্দুনা লৈখ্রবা মফমদা পুখ্রী ওইনা মচি মচিদা লৈবিবা মফম, বৃটিশকী বোম খিনফম লানগুম চীংদা খোঙনা চৎতুনা যেংবা ফংহনবীবকখি। খোংজোম লালগী মবীক চুম্বা ৱাবী লিদুনা তাহনবিবকখি। মহাবাজকুমাব প্রিযোবর্ত সিংহ ঐনদি অজ্ঞা কাকা (কৌজবা) না উপাম্বী চাব খবসু পুবীবক্তুনা চৎলিবা ঐখোযনা উচাবশিংদু তেঙ্গোল লম্পাক্তুদা থাবমই। মহাবাজকুমাবনা চীঙদগী চিংলক্লগা তেঙ্গোল লম্পাক্তা যুংলিবা নুংপাক্তুনা মশক খঙহৌদ্রবা খোংজোম লান্দা থৱায কৎথ্রবশিংদা কখোকপগী ৱাবোল ইবিবদুসু উবা ফংজবকখি।

ওজাগা লোযনজবকপদগী খঙজবদি মহাক্কী নীংশিংবগী শক্তিসি ওস্থোক্লা লৈখ্রে অসিনি। ৱাফম অমা হংলুবদা লাইবিক যেংদনা ইবায লাযনা হাযদোবকই -মদুদি চৈথাবোল কুম্বাবগী, নিংথৌবোল লম্বুবগী, সঙ্গাই ফম্মাংগী লামায অদুদা যাওবনি অসুম্মা। কবিগুম্বদনা অখন্নবা খুৎই লাইবিক ফাক্তুনা অযাওবদু উহল্লি। নুংঙাই নুংঙাইববা অহল লম্মননা হাযবম্বশিং, লম্মিৎ তুম্মিৎকী ৱাবী কযা লীবিবম্বশিংদুনা ঐহাক্কী মীৎ-নাকোং শিংহনবীবমই। মহাক অসি মণিপুব ইমাগী তাংলবা মপাবীনি। অদুনা পণ্ডিত অসিনা লৈখিদবদা মণিপুবগী শকনাইবা মীওই কযানা ফোংদোক্লখি অসুম্মা -

"লমযানবা অমদি লমজিংবা ওইবীদুনা মণিপুবী সংস্কৃতিবু মালেম শীনবা থুংনা মঙাল শন্দোকপিবম্বা পাবুংনা থুপখিবদা ঐখোযগী সংস্কৃতিগী চাওববা পন্দুপ

অমা থুপচিনখ্রে। কনাদা হংলুনি অমুক খুন্নাই অসিগী ফজবোল, চৎনবোল? মশামক্লা পুযা ওনখ্রবা মী অমগী ৰাবীবু মফম অতৈ কদাযদা লৈবিগবা।"

-বতন থিযাম

দা নোংমাইথেম তোম্বী (নোংমাই পণ্ডিত) নসু অসুন্না ফোংদোকই - খুবা ইবুংঙোদি "লিভিং এনসাইক্লোপেদিযা অমনি। অবিবা মণিপুবী সাহিত্যগী খৃৎমাবা ওইবতা নত্তনা মণিপুবী জাতিগী তাংলবা লন অমসুনি।" শ্রীহিদংমযুম নন্দকুমাব শর্মা, ভাইস চাঞ্জেলব মণিপুব ইউনিভবসিটিনসু অসুন্না ফোংদোকই - "মণিপুব অমদি ভাবতকী সভ্যতা সংস্কৃতি অমদি মকওইনা মণিপুবগী ইতিহাস, অবিবা পুৰাবীগী তুংনফম ওইবিবা পাবুংনা প্রজা, ছাত্র অমদি ইবৈবাক মচাশিংদা থৌনা পীবিবম্বতা নত্তনা লমজিংবীবম্বনি।"

মতাং অসিৰাইদা পণ্ডিতকী মবমদা খবদং হাযজবসি তেনশিনজবগে।

হৌজিক অমুক মণিপুবী লোনগী মতাংদা লাকচগে।

মণিপুবীলোন হাযনা খঙনবিবসি মণিপুব তম্পাক্কী লমদমদা মপূং ওইনা তাবিবা কাংলুপ মৈতৈশিংনা ঙাংনবা লোন অসিনি। মণিপুবদা মমাংঙৈদগী লৈবকপা কাংলুপশিং - অঙোম, লুৱাং, খুমন, মোইবাং, খাবা ঙানবা চেংলৈ, শবাং লৈশাংথেমনচিংবগী তোঙান-তোঙানবা লোন লৈজে। অসিগী মতাংদা পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা হায - 'মণিপুবদা মমাংঙৈদগী লৈবকপা মী কাংলুপ কযানা লোন্নবা মখোয মখোযগী লোন কযামুক লৈবমই।" ৰাফম অসি মহাক্লা অবিবা লাইবিক চাযনবোল, খুমন কংলৈবোন, নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা, চাদ-লাইহুই মোইবাং ফমলোন, মোইবাংনিংথৌ লম্বুবা, নিংথৌবোল লুম্বুবা, নোংমাইজিং চিংগোইবনচিংদগী প্রমান পীদুনা উৎলি। অসিগুম্বা কাংলুপ খবতগী ওইবা লোন অযাম্বদি হৌজিক্কী মতমদদি ইখঙ খঙনদ্রে, লাইবিক্তা ইদুনা লৈবা ওইনা তৌবে হাযবি।

মতমগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা মীওই কাংলুপশিংনা মৈতৈদা তিনশিনখিবগা লোযননা মখোযনা শীজিন্নবম্বা ৰাহৈ ৰাতাশিংসু মৈতৈলোন্দা তিনশিনখি। "মৈতৈলোন অসি মশাগী শাংলবা ইতিহাস, অমদি ঈচেল লৈজবা লোন অমনি। মীওইবগী অৰাংবা ৰাখল, নুংশি-নুংওল, থৌনা লিংজেল অমদি মহৌশাগী ফজবা মশক ফোংদোকপা ঙম্বা লোন অমনি হাযবসিসু চীনথাং যৈনা লাক্লিবা যেলহৌঙৈগী ওইবা অবিবা ৰাবী শীংবুল, ঈশৈ অমদি হৌজিক ফাওবদা

ঐখোযনা খোমজিনবদা ফংলিবা অবিবা খূৎই লাইবিক লিশিং অমবোম হেনবা অসিনা উৎলি" এন খেলচন্দ্রনা ইদিত তৌবা "এ কেটলোগ অফ ওল্ড মণিপুরী ম্যেনুস্ক্রিপস, ১৯৮৪ দা হাযবি।

মণিপুরী লোন অসি টিবেতো-বর্মন শাগেগী মনুংদা লৈবা লোন অমনি। লোন অসিগী শাগে, হৌবকফমগী মতাংদা দা. গ্রিযর্সননা ফজনা নৈনবমই। মণিপুবগী এসিস্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবম্বা টি সি হূদসন্না মণিপুবীগা বর্ম্মিজ অমসুং টিবেতান লোনগা লৈনবা নক্লবা মবী পুথোক্লুনা নৈনবমই।

মণিপুবীশিং মশীং যামজদে। মণিপুব হাযবা লমদমসি পীকচববসু, মণিপুবীশিং মশীং যামজদ্রবসু মশাগী লোন অমসুং মযেক লৈজে। লোনগী মতাংদা স্কোলব সনসম গৌবহবিনা অসুম্না ফোংদোকলমই-

> "The world has 2796 languages as total,
>
> Minus dead ones as statistics does tell, of these
> only 5% the written have mounted,
>
> And Manipuri is one
>
> of the 140 counted" Sanasam Gourahari -
> "Manipuri and Second World Ward II" - 1983

পাক চাউখ্রবা মালেম অসিদা লৈবিবা লোন লিশিং কযাগী মনুংদা খনগৎলবা লোন ১৪০ গী মনুংদা পীকখ্রবা লমদম মণিপুবগীলোন অসি অমনি হাযবি। কযাদা চাওথোকচনীংঙাই ওইখ্রবনো। ব্রাফম অসি অযাম্বা মীনা খঙনদবনি। মখোযনা খল্লম্বদি পীকখ্রবা লমদম অমদা মীওই খবদনা লোন্নবা চাওখৎতবা লোন অমনি হাযবসিনি। অমবোমদা, ইতিহাসকী মাযকৈদগী যেংলুবগদি মণিপুবীশিংসি লান শোক্লদুনা লৈবা জাতিনি হাযনা লৌনবি।

লোন অসিগী মতাংদা কুপ্লা থিজিন্দুনা পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা ইবাংজী লোন্দা ইবা Manipuri Language Status and importance" হাযবা লাইবিকসি খ্ কুম ১৯৭৪ দা ফোঙখ্রে। মহাক্লা ইবা "অবিবা সাহিত্যগী ইতিহাস" হাযবসিদসু মৈতৈলোনগী মতাংদা মবীকচুম্বা পন্দুপ অমা যাওবি।

অসিদসু নত্তনা লোন অসিগী মতাংদা নৈনবা যাবা লাইবিক অতৈসু লৈবে। খবদং পল্লবদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা লোনগী মতাংদা স্কোলবশিংগী মতেং লৌদুনা থিজিনবগী বির্পোট "Manipuri Language and literature

(A Survey) হায়বা লাইবিক অমা ১৯৬৯ দা ফোঙখ্রে।" এল অশোককুমাবনা ২০০০ দা "অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পবীং", ডা· থোকচোম ইবোহনবীনা "অঙনবা মতমগী মনিপুরী সাহিত্যদা ইমেজবি" ১৯৯৭, প্রো. ছি এচ মণিহাবনা ২০০৩ দা ' A History of Manipuri Literature হায়বা লাইবিক পুথোকখ্রে। ৱাবেং অসি ইজবিবা ঐহাক্লসু ঐগী লাইবিক "Education in Manipuri" ১৯৮৯ দা ফোঙখিবা অসিদা মণিপুব লোনগী মতাংদা পন্দুপ অমদা নৈনজবি। মদুদা নৈনজবনি "Importance of Manipuri Language in the Spread of Education" হায়দুনা।

মণিপুবী লোন অসি অঙনবা মতমদগী হৌনা শিক্ষা শন্দোকপগী মতিংলৈববা লোনশিংগী মবক্তা অৱাংবা ফিদা অমা কন্দুনসু লাক্লি। লোন অসিগী মশাগী মযেক লৈজে। মযেক অদু শীজিন্নদুনা পণ্ডিতশিংনা, অখণ্ড অহৈশিংনা হীবম কযাবু কোনশিন্দুনা লাইবিক ইবমখি। মতম অদুদদি প্রিন্টিং তৌনবা হায়বদি লাইবিক নম্নবা মেছিননচিংবা লৈবন্দ্রা নত্তে। মণিপুবীশিংনা মশানা শাজবা মৈতৈ চে, আগব পান্নীগী মকুদগী শেম্বা আগববাক, তেংনা, কোনানচিংবদা মশানা শেমজবা মুক্রা পযানা শেম্বা, উচেক মতুনা শেম্বা কলম শীজিন্নদুনা লাইবিকশিং ইবম্বনি। অদুগুম্বা লাইবিকশিং হীবম ২৩ দা ইবম্বা অদু খোমজিল্লে হায়না পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা ইবা "অবিবা মণিপুবী সাহিত্যগী ইতিহাস" তগী খণ্ডবা ঙমই। খ্ ১৯০২ দা গ্রিয়াসননা লিঙ্গুইষ্টিক সবভে তৌবা মতাংদা মণিপুবী লাইবিক ইবৈ লৈতে হায়খি। বাজকুমাব ঝলজিৎ সিংহনা মাগী লাইবিক, "A Short History of Manipur" দা সবভে তৌবা মতমদুদা লাইবিক ১০০ হেন্না লৈবনি অদবু সবভে তৌবা কাংবুদা লাইবিক তবেৎ নিপালদংদা ফংহনখিবননি হায। মপালগী মীশিংনা খঙনবা লাইবিক খবদি চৈথাবোল কুম্বাবা, 33 AD, নিংথৌবোল লম্বুবা মবীশুবা চহীচাদগী হৌবা, সমজোক ঙম্বা, চিংথংখোম্বা গঙ্গা চঙবা, অঙোম খুম্হোক, পোইবৈতোন খুম্হোক, শঙ্গাই ফম্মাং, লৈবোন, পাখংবা নোংগাবোন, পান্থোইবী খোঙকুলনচিংবা খবা অসিতনি।

অদুগা নিংথৌ গবীবনিৱাজনা পানবা (১৭০৯-১৭৪৮) গী মতমদা নিংথৌদা শান্তিদাস গোসাই হায়বা হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা নুপা অমগী থৌইনশিন্দগী লাইবিক ১২০ লোম মৈ থাদোকখি হায়বসিসু অচুম্বনি।

মতমগী যাওলদা কলা সংস্কৃতি, সাহিত্য ঙম্নমক শকলোন অমমম লৌবকপগুম মণিপুবী লোন অমসুং সাহিত্যদসু অদুম মথোকই। মণিপুবীশিংনা মশাগী লোন অমসুং মযেক শীজিন্নদুনা লাইবিক ইদুনা পুথোক্লম্বদু ইতিহাসকী

চেম্ন্বক্লিবা ঈচেলদা তাওথদুনা মতম খবা শিঙ্খকবে হাযবা তাই। বাংলা লোননা মীযামদা অকনবা শাফু পীবকখি, নিংথৌমক্কী অপাম্বা ওইবনা। বাংলা লোন অসি খঙবা খঙদবা ঈশৈ শকপা, মন্ত্র শোনবা চৎনবকই। মৈতৈলোন শীজিন্নববদি মাংই হাযদুনা নিংথৌনা ইম্লোকপগী ব্রা লৈবিবনি। মীযামনা ল্প ভাংনবদসু বাংলা লোল শীজিন্নবসি ফজবা, অবেম্বনি লৌনৈ - খুদম ওইনা ঈশিং খুজাইবু জলপাত্র, তুলসী মনাবু তুলসী পত্র হাযবগুম্বসি হৌজিকসু অদুমক শীজিন্নবি। তৌবগীদি মালেমগী চাওখৎলে হাযনবিবা ইংবাজী লোন্দা গ্রীক, লেটিনগী লোন যাওবকলিবনি। অদুগুম্না মণিপুবী লোন্দা বাংলা, সংস্কৃত, ইংবাজী লোন ফেনজিল্লকপদা থোযনা ব্রাবৌনীংঙাই ওইদে।

অদুম ওইনমক নিংথৌ গবীবনিব্রাজগী হাতক্তা মৈতৈ মযেক্কী মহুত্তা বাংলা মযেক শীজিন্নহল্লকপা অসিনা মণিপুবী সাহিত্য চাওখৎহনবদা থিন্থবা খবদি মথোকখি। অদুবু অনৌবা মীবোললনা কন্না হোৎনদুনা মণিপুবী সাহিত্য অমসুং লোন অসি নৌনা মথব্রায হাপকৎলকখি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা খৃ ১৯৬৯দা সবভে তৌবদুদগী ফংলকপদি তোঙান-তোঙানবা হীবমদা ইবা অঙনবা মতম, মযাযথংবা মতম অমসুং হৌজিক মতমগী ওইবা লাইবিক লিশিং অনী হেন্না লৈ হায। চহী খুদিংগী লাইবিক ২০০ হেন্না পুথোকই হাযবি। হৌজিক্তি চহী অমদা শৈবেং, ব্রাবেং, ব্রাবীমচা, নোভেল, লমকোয ব্রাবীনচিংবা লাইবিক মশীং যাম্না যাম্না মণিপুবী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিনবা ঙমলে।

মণিপুবী লোন নৈনবদা মণিপুবী সাহিত্য মশক খঙনবা নৈনবা তাই। কবিনা লোননা সাহিত্যগী শাদোংনি। অনী অসিদি তৎন-থানদবা মবী লৈনবিবনি। মণিপুবী সাহিত্যগী থাক কদাযদা লৈবগে হাযবসিগী মতাংদা পণ্ডিত অচৌবা মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহ, সাহিত্য ভুষন্না, অসুমনা ফোংদোকলমই -

"ঐখোযন খঞ্জবম্বনা সাহিত্য হাযবা অসি ইংবেজী, বঙ্গলানচিংবা লোলতমক ফজবা সাহিত্য লৈবা ওইনা খল্লমই। মৈতৈ লাইবিক খব খব পাবা ঙমজবকপদগি মৈতৈ ঐখোযগীসু সাহিত্য যাম্না ফজনা লৈবমলে।" ব্রাফমসি মহাক্না মৈতৈ মযেক্তগী ইথোকপা লাইবিক "খোংজোমনুবী নোংগাবোল"গী অহৌবমক্তদা ফোংদোকলি। খোংজোমনুবী নোংগাবোল হাযবসিমক জাতি অসিগী সাহিত্য ওইবিবনি।

কবি এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা অসুম্না হায় - "কুমগী নোং হৌবকপদা থাযনগী ইপা ইপুশিংদুনা নোংপোকথংবা অতিয়াদা যেংখৎপদা লংলবা থব্রানমিচাক তরুকখক পুন্না উবকপা, হবি নোংনাং খোঙলকপা, হঙোই খোঙবা

পূম্নমক অসি কল্পনা শক্তিনা মাঙফদ্রবা সাহিত্য ওইনা পুথোকপিবমই। দা থোকচোম ইবোহনবীনা মাগী লাইবিক "অঙনবা মতমগী সাহিত্যদা ইমেজবি" হাযবসিদা অসুম্না হায - "অঙনবা মতমগী মণিপুবী সাহিত্য নৈনবদা লোনগী তোপ তোপ্না মশক, অর্থ মান্নানা পুবা শীজিন্নবা মদু ৱাহৈ লৈতেং ওইনা, তাবদা নুংঙাইবা মওংদা শীজিন্নবা ইমেজবি যাওবি"

মণিপুবী লোন অমসুং সাহিত্য ইনাক খুনবা, মশাগী পবম্পাবা লৈজবা, অঙনবা মতমদগী হৌনা মশাগী মতিং লৈনা চাওখৎলকপসি খঙলগা, অনৌবা মতমগী সাহিত্যগী পোথোকশিং অসি উবগা, ভাবত সবকাবগী সাহিত্য অকাদেমিনা মণিপুবী সাহিত্যসি ভাবতকী শকনাইববা লোনশিংগী মনুং চন্না শক খঙলকপনি।

মণিপুবী সাহিত্য নৈনবদা মশক খবা খঙজিন্নবা তেনতক্লা খবদং থমজবি।

পণ্ডিত খেলচন্দ্রগী মোত মতুংইন্না অঙনবা মতমগী মণিপুবী সাহিত্যগী লাইবিকতি ঔগ্রী (শৈবেংদা ইবা লাইবোল ঈশৈনি) মসি অহানবা চহীচাগীনি হায। বাজকুমাব ঝলজিৎ সিংহদি পোইবৈতোন খুন্থোকপা হাযবসিনা মণিপুবী সাহিত্যগী অহানবা মণিপুবী ৱাবেংদা ইবা লাইবিকনি হায। চৈথাবোল কুম্বাবসি নোংদা লাইবেন পাখংবনা পানবা খৃ ৩৩ দগীনি। অসুম্না মথং মথং ইবকপনা ৭ শুবা চহীচাদা ইবা "নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা", ৯/১০ শুবা চহী চাদা ইবা "লোযুম্বা শিলযেন" ১১ শুবা চহী চাদা ইবম্বা "থৱান থাবা হিবান" লাইবিকশিং অসি মপাল লমগী ইথিল যাওদবা অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোন ফোংদোকপা, মৈতৈ মযেক্তা ইবা লাইবিকশিংনি। লাইবিকশিং অসিদা অইবশিংগী মিং যাওদে।

১৮ শুবা চহী চাদদি অহোংবা যাম্না লাক্লে। লাইবিক মশীং যাম্না পুথোকলে। অইবগী মিং, ইখিবগী মতম পন্দুনা ইনবে। বাংলা, সংস্কৃতি লোলনা মবক্তা থেৎতুনা ইনবে। হিন্দুগী লাই, লাইনিং লাইশোনগী মবমদা ইবা লাইবিক মহাভাবত, বামাযনগী ৱাবী পবীং মৈতৈলোন্দা হন্দোকতুনা ইবা হৌবে।

মৈতৈ মযেক্কী মতাংদা পণ্ডিত খেলচন্দ্র অথবিটি অমনি। মহাক্কী মোততি মযেক অসি চৈতপ থাদনা ৩৬ নি হায। মযেক ৩৬ নত্রবদি নুংদা, কোবী কোমপাকনচিংবদা ইবম্বা ৱাবোল পাবা যাদে তাকপিবমই। মসিগী মতাংদা মবৈ যাম্না যেৎনখি। অদুবু মাগী ফিবেপতি হোংখিদে।

মৈতৈ মযেক লৈবা কুইবে। মপাল লমগী মীশিংনা খঙদনা পাংহায হাযবনি। মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবম্বা G.H Damant না মযেকসি

খৃ. কুম ১৭০০ তগীনি হায। TC Hodson না খৃ: কুম ১৫০০ দগীনি, চাইনিজদগী তমহৌবনি হায। চৈথাবোল কুম্বাবদা শকাব্দ ১৫৩৮ (১৬১৯) দা খাগেম্বা নিংথৌগী হাতক্তা লাইবিক যাম্না পুথোকই হাযবি। সাহিত্যকাব বাজকুমাব ঝলজিৎ সিংহনা হাযবিবনা মণিপুবনা লোন অমা ওইবক্তনা মশাগী মযেক লৈবকপসি খৃষ্টগী ৭শুবা চহীদগীনি হাযনা লৌবগা মসিগী সাহিত্যগী খৃৎশেমদি ৮ শুবা চহীচাদগী লৌই (R K Jhaljit Singh - A history of Manipuri literature 1987) মহাক্কী মোততা কোবী কোমপাক্তা, নুংদা হকতুনা ইবম্বশিং অসি সাহিত্যগী মনুং চনগনি হাযবি। W Yumjao না পুথোক্লম্বা কোবী কোম্পাক (Copperplate) অদু শকাব্দ ৭২১ (799 AD নি) নিংথৌ খোংতেকচাগী মতমদনি। অদুবু নিংথৌ খোংতেকচাগী মতমদি (৭৬৩-৭৭৩ AD) নিসু হায।

পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা হাযবনা খাগেম্বগী মমাঙদা মৈতৈনা মশাগী মযেক্লা মৈতৈ চে, আগববাক, কোনা মনাদা ইবা লাইবিক যাম্না লৈবে অসিনি। অসিগুম্বা মেন্যুস্ক্রপত কযা পণ্ডিত অসিগী হোম লাইব্রেবীদা লৈবি বেকোর্দ ওইনা।

অমবু ওইবে অমবু ওইবে, লোন অসিদি মণিপুবগী মনুং অমসুং মপাল লমদা লৈবা ত্রিপুবা, ৱেষ্ট বেঙ্গল, বাংলাদেশ, আসাম, ম্যেন্মাবদা লৈবা মী কযানা ঙাংনবিবনি। মণিপুবদা ট্রাইব ৩৬ লোম লৈবে। ট্রাইবশিং অসিগী ফাওনলোল (Lingua Franca) সু মণিপুবী লোননা ওইবিবনি। অঙনবা মতমদগী হৌনা মণিপুবী লোন অসিনা ষ্টেটকী লোন ওইনা চৎনবল্লিবনি। শেল মযেক্তা, নুংদা, কোবী কোমপাক্তা হকপদা মৈতৈ মযেক্তা হকনবমলিবনি। মণিপুবগী নিংথৌবোলগী ৱা, পুযানচিংবা মৈতৈলোন্দা ইবমলিবনি। কোর্টকী বিচাবগী বাই ইবদা মণিপুবী লোন শীজিন্নবিবনি। মসিনা বিজনেল লেংগুযেজ ওইবি, স্কুলগী পবিক্ষা পীবদা লোন অসিদা ইবি। তোঙান-তোঙানবা সবজেক্টকী লাইবিক, লোন অসিদা ইদুনা পুথোকলি। আসাম, বেঙ্গোলগী সেকেণ্ডবী বোর্দনা Major Indian Language অমনি হাযনা শক খঙলি। কোলকাতা, দিব্রুগড ইউনিভবসিতিনা Modern Indian Language ওইনা শকখঙদুনা বি এগী থাক ফাওবা তমহল্লি। মণিপুব ইউনিভবসিটিদা পোষ্ট গ্রেজুযেট তমলি অমসুং পি এচ দি পীবি। মণিপুবী লোনগী থাক ৱাংবা অসিনা ভাবতকী সংবিধানগী ৮ শুবা সিদ্যুলদা চল্লবনি, সাহিত্য অকাদেমিনা শকখঙলিবনি।

ঙসিগী মণিপুবী লোনগী থাক অসি যৌবকপসি মীওই কযানা হোৎনবীবম্বদগীনি। পণ্ডিত খেলচন্দ্রগা লোযননা চৈথাবোল কুম্বাববু ইদিত

তৌবীবন্থা লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা অসুম্না ফোংদোকই -

"চৈথাবোল কুম্বাবা কৌবা লাইবিক অসি মৈতৈ মযেক্তগী বাঙ্গলা মযেক্তা ইং শোক ১৯২৫ গী অদুব্রাইগী হৌনা পণ্ডিতশিংদগী ফংবা হৌই। মসি মপুং ফান্নবা হোৎনবদা চহী ৩১ বোম চংই।"

পণ্ডিতশিং অসিনা অঙকপা তপস্যা, অকনবা সাধনাগা লোয়ননা হোৎনবীদুনা থম্বীবন্থা লাইবিক অসি ঐখোযগী ইবল ওইহৌবে। চুম্নগী অবিবা খূৎইদগী হৌজিক মতমগী লোন্দা ইথোকপিবতা নত্তনা লাইবিক অসিগী ফুটনোটতা পীবিবা তোঙান তোঙানবা লাইবিক্তগী, পুযাদগী, বৃটিশনা ইবন্থা যাওনা ব্রাবোলশিং শব্দোকনা অর্থ পীদুনা থম্বীবন্থসিনা ঐখোযগী লৌশিং হাপকৎপিবন্লে। ঐখোয খুদিংনা পণ্ডিতশিংদা তৌবীমল খঙবা উৎফম থোকতববা ?

# মনিপুরী সাহিত্যদা নুপীনা খুদোল তমলকপা

চহী ১০০ বোমগী মমাংদদি মনিপুরী নুপীশিংনা সাহিত্যগী লমদা খুদোল তম্বা ঙমলমদে। নুপীশিংনা মখোযগী পুক্নীং ৱাখলদা সাহিত্যগী ইহুল ফাওবগসু মদুবু ইথোক্নুনা মীযামদা যৌহনদবনা ওইবা যাই। নুপীশিংনা সাহিত্যগী ফজখ্রবা ৱাখল্লোন ফোংদোক্নুনা ঈশৈ নোংমাই শকপদি ঐখোযনা থেংনবি। খুদম অমতং পল্লবদা অন্দ্রোগী লাইহবাওবদা নুপীমচাশিংনা শকলিবা ঈশৈসি যেংসি-

নোংদোল লাইবৈপাক্তা
লুপাগী পৌবোল লোন
সনাগী শোজৈ লোন
লৈবীবিবা হে ইবুংঙো
লুপাগী পৌবোল শৎপীবো
সনাগী শোজৈ হাংবীবো
পীনবীযু ননাইনা উজবা।

কযাদা ফজখ্রবা, কযাদা ৱাংখ্রবা ৱাখল্লোননো'? মসি কবি মিলটনগী The Golden key that opens to the palace of eternity হাযবসিগা চাংদম্নবা যাই। অন্দ্রোগী নুপীমচাশিংগী ঈশৈ অসি পূন্সিগী ৱাংলবা ফিব্দম ফোংদোকপা শৈবোলনি।

অসিগুম্না ব্রাখল্লোন চেনবী মনিপুবগী নুপীশিংনা নোংচুপলোনগী শিক্ষা মোর্দন এদুকেশন হাযবগা খঙনবা অসি ফংলকপদগীনি মখোযনা ব্রাবেং, শৈবেং, ব্রাবীমচা, উপন্যাসনচিংবা ইদুনা সাহিত্তাদা খুদোল চাউনা তম্না ঙমলকলিবসি। অদুনা মণিপুবদা নোংচুপকী শিক্ষা মোর্দন এদুকেশন কবম্না যৌবকপগে হাযবসিসু খবদং নৈনবা চুমগনি খল্লি। মনিপুবদা নোংচুপকী শিক্ষা যৌবত্রিঙেদী মমাংদা লমদমসিগী মীশিংনা মশাগী ওইবা শিক্ষা পথাপ, নীতি নিযমগী মতুং ইন্না মহৈ তমলম্বনি। মণিপুবদি নিংথৌপানবা নীংতম্না লৈবাক ওইবম্বনি। মশাগী লৈঙাক শাসনগী নীতি নিযম লৈজবা, কলা সংস্কৃতি ইনাক খুনবা লমদমনি। মশাগী শিক্ষা পথাপ, মশাগী লোন, মযেক লৈজবা লমদমনি। মশাগী মযেক শীজিন্নদুনা মীশিংনা পুযা কযা ইবমই, সাহিত্যগী, লম্মিৎলোন নচিংবগী লাইবিক কযা ইথোক্লুনা থম্বিবমই অখণ্ড অহৈ মাইচৌশিংনা।

নুপীশিংগী ওইনদি মতমদুদা স্কুলদা চৎতুনা লাইবিক লাইশু তম্নবম্না নত্তে। নুপীমচাশিংবু যুমদা মমানা, মবেলনা যুমদা শিনতাক ফিতাক তৌনবম্বনি। তাকপিবিবনা ফিশা লোনশা, লোনবা খোৎপা, চৎনবোল ব্যবহাব অসিনি। নুপাশিংনা কোনুংগী লোযশংদা লাল্লুপ কাখ্রবদা নুপীনা যুম পুবা, অঙাং, অহল শেন্নবতা নত্তনা কৈথেলদা কাদুনা লল্লোন ইতিক তৌদুনা শেঙ্গোক লৈনবসু নুপীশিংনা হোৎনবনি। নুপীশিংনা ইংখোল কোইদুনা মনা মশিং থাবা, শীং চনবা, লবুক্তা চৎতুনা লৌ কুম্বা, পাৎতগী ঙা ফাবনচিংবদসু থৌদাং লৌবনি। মসিগী থবক শিল্লমসু নুপীমচাশিংনা মমা মবেনদগী তমই। অদুনা মখোযনা হীবম অসিদসু যাম্না হৈথোই শিংথোইবা ঙমই।

অদুগা নিংথৌকোলগী অমসুং যাইফ নুংঙাই অচৌ অশাংগী মচামশূ ওইবা নুপীমচাশিংদি যুমদা ওজা থমদুনা ইবা পাবা তম্বীহল্লি। অদুতসু নত্তনা ঈশৈ, জগোয লাইযেকপা, নিংথৌকোলগী চৎনবোল বাবহাব, থাংতা শবীৎ শাবাক ফাওবা নুপীমচাশিংদুদা তাকপি তম্বীবা যাওই। অদুননি মনিপুবী নুপীশিংনা লৈঙাক সাসনগী লমদা, ফিশা লোনশাদা, জগোয ঈশৈদা শিংথাবা যানা থৌদাং লৌবা ঙমলমলিবসি। অদুগুম্বী শকনাইবী মনিপুব ইমাগী মমোমলোই খবদং পল্লবদা লিম্থোইঙাম্বী, শিজ লাইওইবীনচিংবা। লিম্থোইঙম্বী, শিজ ফোংদলোকপী (কুবঙ্গ নযনী) না যেক্লববু লাকশিবা ঙমখ্রিবা, মোইবাংগী থোইবীনা শগোল তোংবা হৈবিবা, মোইবাংগী নুপীশিংনা লোতাক্তা হি হোন্দুনা ঙা ফাবিবা, কাং শান্নবিবা, শিজ লইওইবীনা জগোয বাসতা হৈশিংনা নিংথিনা শকক যাবা ঙমলিবা পূন্নমক

অসি মখোযনা ফংলকপা মহে মশিং, ট্রেনিং অদুননি।

মনিপুবগী নুপীমচাশিংনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা. মোর্দন এদুকেসন ফংবদি কাইনথংদনি। মনিপুবগী নুপীমচাশিংনা লমদমসিগী ওইবা মওংদা তমদুনা হৈবা মহয মশিং অদুতনা হোংলকলিবা সমাজদা চুশিন্নবা ঙমলকতবনা মোর্দন এদুকেশন ফংবগী তঙাইফদবদু লাকই। ইবা পাবা হৈতবা মীনা শেঙ্খোক লম্বী থিবদসু খুদোংচাদবা মাযযোক্লে। অফিসতা, ফর্মদা ফেক্তবীদা থবক তৌদুনা তলব চাবা থবক ফংবসু ঙমদে।

নুপীনা লাইবিক হৈবদা কান্নবগী মতাংদদি শন্দোকনা হাযদ্রবসু কোথাবী কমিশন (১৯৬৪-৬৬) কী রিপোর্টতা হাযবিবদুনা নিংথিনা ফোংদোকই। মদুতং পঞ্জনিংই-

"The significance of the education of the girls cannot be overemphasized For full development of our resources, for the improvement of homes and for moulding the character of children during the most impressionable years of infancy, the education of women is of ever greater importance that that of men"

নুপীমচাশিংনা লাইবিক হৈববদি মশাবু মতিক চাবা মী ওইবগা লোযননা মচামশূবু নীংথিনা শেমদুনা অফবা নাগবিক ওইহনবা ঙমই। শেন্দাল লম্বীদসু নীংথিনা থৌদাং লৌদুনা ইমুংগী অমসুং লৈবাক্কী শেম্বুমগী ফিভম ফগৎহনবা ঙমই। অদুনা নুপীবু লাইবিক লাইশু হৈহনবা হাযবসি নুপাশংবু হৈহনবদগী হেন্না মকওই। অসিনি।

মনিপুবদদি নুপীনা স্কুলদা কাদুনা লাইবিক তম্বদা পূক্লিং থৌগৎনবমদে। খুন্নাই অসিগী চৎনবী, থাজনবী কযানা ফাজিন্দুনা নুপীশিংনা যুমগী মপান্দা থোক্তুনা স্কুলদা কাদুনা লাইবিক তম্বা চৎপসি ঙম্নবমদে, পান্নবমদে। মসিগী প্রমান হায়ববু মনিপুবদা নুপীগীমক্তা ওইবা এল.পি স্কুল অমা মোইবাংখোমদা ইং কুমজা ১৮৯৯ গী দিসেম্বব থাদা লিংখৎলবদা নুপীমচা ১২ থক মিং চনখি। অদুবু ছাত্রী অযাম্বা স্কুল কাবকখিদে। ইংবাজী তম্বা মাংই হায়নবমই। খবনা অমুক শন্দোকই - ইবা পাবা হৈবা নুপীমচা মখৈ বিলাটতা পুশিনখিগদৌবিবনি।

অদুগী তুংদা ইং কুমজা ১৯১২-১৩ দা আসামগী চীফ কম্মিস্নাব আবলে সাহেবনা মাগী নুপীগী মীংদা বাবুপাবাদা লেদি আবলে গার্লস স্কুল হাযবা

মিদল ভবনেক্যুলব স্কুল অমা লিংখৎলমই। অদুদা অঙম অথৌ, ফম্নাইবগী মচা-মশু নুপীমচা খব মিং চন্দুনা লাইবিক তম্বা হৌখি। মশিংদি যামখিদে।

মনিপুবদা নুপীমচা লাইবিক তমহন্নবগীদমক্তা মপাল লমদগী লাকপা মীওইশিংনা অযাম্বা হোৎনবীবমই। নীংশিংবা যাই বেভবেন্দ ব্রিলিযম পেটিগ্রুনা মনিপুবদা নুপীনা লাইবিক তম্নবা চীংগী লমদা স্কুল লিংখৎলমই। মদুদা নুপীমচা ৩০০ লোম মিং চন্দুনা লাইবিক তম্বা হৌবকখি। অসুম্না তপ্না তপ্না নুপীমচাশিংনা মনিপুবদা লাইবিক তম্বা হৌবকপগী খোঙ থাংজিনবা হৌবকখি।

অদুগী তুংদা শ্রীযুৎ চুবাচান্দ মহাবাজগী লমজিং মখাদা নুপীমচাশিংগী অরাংবা থাক্কী মহৈ তমফমশঙ স্কুল অমা লিংখৎলি। মদু ইং কুমজা ১৯৩৫ গী মেগী তাং ১৫দগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডব বাস মণ্ডলদা তম্বা হৌখি, নুপীমচা ৩ খক্কা। মদুদা থব্রায যাওনা হোৎনবীখিবা মীওইশিংদি লৈখিদ্রবা হাওবম ইবোতোম্বী সিংহ, থোকচোম মধু সিংহ, নোংমৈকাপ্পম ইবোতোম্বী সিংহ, নোংথোম্বম ইবোমচা সিংহ, সলাম তোম্বী সিংহ শিংথাবা যাই। মখোযনা মকপ-মপাং, যাইতোং খমদোংবা মীশিংগী মযুমদা চৎতুনা মখোযগী মচা-মশূ নুপীমচাশিং স্কুলদা থাবিবক্লবা ছাত্রী খোমখি। অদুগা লোযননা মখোযনা স্কুল অদুগী ওজা ওইদুনা নুপীমচাশিংদা তাকপি তম্বীবা হৌখি।

অদুম্না হৌবকপা স্কুল অদু ইং কুমজা ১৯৩৬ গী এপ্রিল ১দা শ্রীযুৎ চুবাচান্দ মহাবাজগী মচাইবেম্মা তম্ফাম্না (১৯০৯-১৯৩১) গী মিং লৌদুনা তম্ফাম্না গালর্স হাযস্কুল হাযনা ওল্লকখি। অসিগী মমাংদা মনিপুবদা প্রাইমাবী থাক্কী ওইবা নুপীমচাগী স্কুল অহুম লৈখ্রবনি।

ইং কুমজা ১৯৩৮ দা তম্ফাম্না গালর্স হাযস্কুলদগী নুপীমচা অমা মেত্রিক পবিক্ষাদা ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌখি। ছাত্রী অদু থাংজম নিঙোল বেদমনি দেবীনি। মথংদা মখা তমথদুনা মনিপুবগী অহানবা নুপী দাক্তব ওইখি। খৃ ১৯৩৯ দা তম্ফাম্না গালর্স হাযস্কুলদগী নুপীমচা অনী মেত্রিক পবিক্ষাদা ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌখি। মখোয অনীদুদি শৌগাইজম নিংঙোল সবোজিনী দেবী অমসুং দাক্তব ওইখিবী সতাবতী দেবীনি। খৃ ১৯৪১ দনা ছাত্রী অহুম (১) হাওবম অমুম্না দেবী, চীংঙামথক (২) যেন্দ্রেম্বম যাযাই (দা ইবেম্মা), যাইস্কুল লোকলাওবুং, (৩) লাইতোঞ্জম খুবাইলৈমা দেবী, উবিপোক খোইম্নাম লৈকাইনা মেত্রিক পবিক্ষাদা ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌখি।

তপ্না তপ্না মনিপুবগী নুপীমচাশিংনা স্কুলদা চৎতুনা লাইবিক তম্বা মশীং হেনগৎবকখি। অদুবু পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও থোবক্লবদা মদুগী চৈথেংনা নুপীমচাশিংগী লাইবিক লাইশু তম্বগী খোঙথাংসি খব অমুক তপথকুবে। লাল হঞ্জিল্লক্লবা তুংদা ফিভম খব ফগৎলকখি। লাল অদুনা মীশিংদা লাইবিক হৈবগী কান্নবা পাবা তম্বীবকখি। অদুমক্লা নুপীগী শিক্ষাদা ইনোৎ হাপচিল্লকখি।

খৃ· ১৯৪৯ দগী মনিপুবসি ভাবতকী লৈঙাক শাসনগী মখাদা পুশিনখবে। ভাবতকী শরুক অমা ওইবে। ভাবতকী সংবিধাননা পীবা খুদোংচাবশিং, মনিপুবগী প্রজানসু ফংবা যাবে। সংবিধানগী আবটিকল ৪৫ গী মতুংইন্না নুপা নুপী জাৎ বিজাৎ খাযদনা ফ্রি এগু কমপলসবী এদুকেশন ফংবগী খুদোংচাবদু মহৈবোইশিংনা ফংবা হৌবকই। মসিমক্লা মনিপুবগী নুপীমচাশিংনা লাইবিক তম্বদা অচৌবা ইনোৎ অমা হাপকৎলকখি। নুপী লাইবিক হৈবগী চাং মথং মথং হেনগৎলকখি। মসিগী মতাংদা ষ্টেটিসটিক্স অমা থমজবি। খৃ ১৯০১ দা মনিপুবদা নুপী লাইবিক হৈবগী চাং অসি ০ ০৪ নি। খব খব হেনগৎলক্তুনা খৃ ১৯৫১ দা ২ ৭৫% যৌবকখি। খৃ ১৯৬১ দনা ১৮ ৮৭%নি। খৃ. কুম ১৯৬১ দগীদি মনিপুবদা নুপী লাইবিক হৈবগী চাংনা ভাবত পুম্বগী ওইবা নুপী লাইবিক হৈবগী চাংদগী হেনগৎলকখি। অদুম ওইনমক নুপাগা নুপীগগী মবক্তদি চাউনা খেন্নবি। খৃ ১৯৯১ গী মীকোক থিবগী মতুংইন্না মনিপুবদা নুপা নুপীগী লাইবিক হৈবগী খেন্নবসি ২৪ ০৩ নি।

হৌখিবা চহী ১০ গী মতম অসিদা মনিপুবদা হান্না লাইবিক মযেক চৎলমদবা মীওই ৪,৫৭,৬৪৭ লাইবিক মযেক চৎতুনা লিতবেসি বেত অসি অপুনবা মীশীংগী চাদা ৭৯.৮ ওইদুনা ইন্দিযাগী লিতবেসি বেত চাদা ৭৪ ০৪ দগী হেল্লে। ২০১১ গী সেন্সসকী মতুংইন্না মনিপুবদা নুপাগী লিতবেসি বেতনা চাদা ৮৬ ৬ ওইবদা নুপীগীনা চাদা ৭৩ ২ ওইবে। মনিপুবদা নুপীনা লাইবিক হৈবগী চাং অসি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি।

অসুম্না মনিপুবী মচাশিংনা মোর্দন এদুকেশন ফংলবদা সমাজদা মখল মখাগী থৌদাং লৌদুনা মখোযনা শিংথনিংঙাই ওইবা মওংদা কলা সংস্কৃতিগী, শেক্সুমগী সাহিত্যগী লমদা খুদোল তম্বা হৌবকই।

অঙনবা মতমদা থোবকখিবী মণিপুবগী অইবী খবগী মিং পনবা তাববদি (১) কুমাবী খাইদেম প্রমোদিনী দেবী (১৯২৪-২০০৬) (২) মহাবাজ কুমাবী

বিনোদিনী দেবী (১৯২২-২০১১) (৩) কুমারী থোইবী দেবী (১৯২০-১৯৯৬) নি। মখোযনা মীওইবগী নুংশি নুংওলগী, সমাজ সংস্কারবগী মতাংদা পূক্লিংদা ফাওবা ৱাখল্লোন কয়াবু ৱাবেং, শৈবেং ৱাবীমচা উপন্যাসনচিংবা ইদুনা পুথোবকই।

নীংশিংবা যাই খৃ ১৯৫৮ দনি প্রমোদিনী দেবীনা "পুন্সি মৈবা" কৌবা ৱাবীমচাগী লাইবিক অমা ইহান হান্না ফোঙদোকলকখি। মদুগী তুংদা অইবী অসিনা ৱাবেং, শৈবেং, লমকোয ৱাবীনচিংবা সাহিত্যগী বিধা কয়াদা খুৎ থাদুনা লাইবিক কয়া পুথোবকখ্রে।

অইবীশিংগী খুৎই, ষ্টাইল, মচলগী মতাংদা নৈনবদি ইজবিবা ৱাবেং অসিগী পান্দম নত্তে। চুম্লতা মণিপুরী অইবী খবদং থোবকপদু পঞ্জবগী ৱানি।

এম. কে. বিনোদিনী দেবীনা খৃ. ১৯৬৫ দা ৱাবীমচাগী লাইবিক "নুঙ্গাইবক্তা চন্দ্রমুখি" পুথোবকখি। অইবী অসিগী উপন্যাস "বড সাহেব ওংবী সনাতোম্বী" দা খৃ. ১৯৭৬ তা সাহিত্য অকাদেমি এৱার্দ ফংখি। মহাক্লা বেদিও লিলা কয়াদসু খুৎ থাই। কুমারী থোইবী দেবীনা খৃ· ১৯৬৫ দা "বাধা" মিংথোনবা উপন্যাস অমা পুথোবকখি। অইবী অসিনা ৱাবীমচা অমসুং মেমোইবসদসু খুৎ থাই।

খৃ ১৯৬৭ তা খ্বাইবাকপম আনন্দিনীনা শৈবেংগী লাইবিক "শজিবুগী লৈবাং" পুথোবকখি। তুংদা নুপী লাইবিক হৈববী কয়ানা সাহিত্যগী বিধা কয়াদা খুৎ থাবকখ্রে। অইবী খবগী মিং পল্লবদা যামিনী, ভানুমতি, ববকন্যা, মেমচৌবী, কুঞ্জবানী, ইবেতোন, ইবেমপিশক, সুবদনী, চন্দ্রকলা, যমুনা, মিনা, মুফিদুন. নিসা, বীনাপানি, বীমাবতী, জাম্বো, পুন্যবতী দেবী, নিংঙোম্বম সুনিতা, সত্যবতীনচিংবী কয়া থোবক্লি। পূম্নমকপু থাবদি নত্তে। নহা ওইবিবী নুপীমচা কয়াসু তুং ইল্লকলি।

মণিপুবগী নুপী অইবী কয়া মথং-মথং থোবকলিবসি মোদর্ন এদুকেশনগী ইথিল ফংবদগীনি হায়বসিদি লানবা ওইববোই। মখোয়না লাইবিক পাবা হৈবদগী অতোপ্পা লমগী সাহিত্য পাদুনা নৈনৈ। ইবা হৈবদগী অমুক মশাগী ওইবা মওংদা ইদুনা পুথোবকই। নুপী খবদি সাহিত্য নৈনবদা খুৎ থাবকই। কোইজম শান্তিবালা, নহাকপম অরুনা, চুংখাম শীলাবমনীনচিংবা নৈনবোয কয়া থোবকলি।

মণিপুবগী নুপী অইবীশিংনা খুদোংচাদবা কয়াদি ইমুংদা, সমাজদা মাযোক্লবি। মখোয কয়ানা ইমুংগী লৈত-লাইবগী অৱাবা থেংনদুনা লৈ। ইমুংগী

মীশিংনা মখোয়না লাইবিক লাইশু ইজবদা পূক্নীং থৌগৎপিদে। মখোযনা ইজবা লাইবিক ফোঙদোকপা ঙমজদবা কয়ানি। অসিগুম্বা লিপুনদগী নাম্ফোকপা ঙম্নবদি নুপীশিংনা সাহিত্যগী লমদা অৱাংবা থাক্কী পোথোক হেন্না হেন্না পুথোবকপা ঙমগনি হাযবগী থাজবা থম্মি।

---



*খ্ কুম ১৯৫৬ তা মেত্রিক পরিক্ষা থাখিবা তম্ফাম্না গার্লস স্কুলগী ছাত্রীশিং ওজাশিংগা লোযননা।*

১৫৪

মীশিংনা মখো
লাইবিক ফোঙ
নুপীশিংনা সা
ঙমগনি হাযব



ঝ্য কম ১৯৫২

## অইবীগী কোঞ্জব্রা লাইরিকশিং:-

**ক) সাহিত্যগী লাইরিক**

খোমজিনবা ৱারেং (রেডিওদা অইবীনা ৱাংথিবশিং) ১৯৭৩; ফিজিকেল এডুকেসন (নুপীশিংগী হকচাংগী শক্তি হেনগৎহন্নবা ইবা ৱারেং) ১৯৭৫, ঐ অমসুং সমাজগী থাইরবা (তোঙান-তোঙানবা হিরমদা ইবা ৱারেংশিং)-১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল (অঙাং শেমগৎপগী মতাংদা ৱারেং) ১৯৮৩, শঙনিংবশিংদে (অঙাংগী লাইরিক মনা কংব্রবা) ১৯৮৩; খুনগী জৈবাকুন্দা (লমকোয় ৱারী) ১৯৯৪, কোন্দীং ওপরেসন (ৱারীমচা) ১৯৯৬, নুপীগী য়াকায়রোল (ৱারেং)-১৯৯৭, কোরৌহনবনা ঈরোঙুংদগী খোঙদোহিরকপা লমদমদুপা (লমকোয় ৱারী) ১৯৯৮, লোইনাইদ্রবা ৱারী (ৱারীমচা)১৯৯৯, কোহিনুরগী মশাইগোন্দা (লমকোয় ৱারী) ২০০০, অমেরিকাগী খোঙচৎতা (লমকোয় ৱারী) ২০০১, খুরোই হাওবা লমলাংতোং(লম্মাংদোং বিষ্ণুপুর (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা ৱারেং) ২০০৪, পর্বত কে পার (চিংলোন্দুগী য়াংমদা) (হিন্দিদা ৱারীমচা) ২০০৫, গঙ্গাগী মতমবাক্তা (মেমোইরস) ২০০৫, শিজলাইওইবী অমসুং মহারাস (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা ৱারেং) ২০০৫, নুংশি খুদোল (ৱারীমচা)-২০০৬, মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মণিপুরী নুপী (ৱারেং) ২০০৭। লৈনম চেন্দ্রবসু লৈরাং শাংলি (শৈরেং) ২০০৮। রাসেশ্বরী পলাগী পরম্পরা (কলচরগী মরমদা ৱারেং) ২০০৯। আকাশি গঙ্গাগী তোর্বান্দা (লমকোয় ৱারী), ২০০৯। মণিপুরী কলচর এন্দ মণিপুরী ৱুইমেন (ইংলিসতা ৱারেং)২০০৯, নুপীগী য়াকায়বোল (অনৌবা ইদিসন - ৱারেঙ) ২০০৯, চেক্লাদুগী অবোইবা বিদাই (ৱারীমচা) ২০১০, কলচরেল হিস্টরী অফ মণিপুর (ইংলিসতা ৱারেং) ২০১০, তাবো ৱারীসে সিনাইগাং (শৈরেং) ২০১১, তীর্থ যাত্রিক (মেমোইর) ২০১৩।

**খ) রিসার্চ পব্লিকেসন ওইনা**

এডুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১, ফিজিকেল এডুকেসন ইন দি স্কুল অফ মণিপুর (ইংলিস) ১৯৮১, ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ এডুকেসন এন্দ এদজসমেন্ট ১৯৯১, ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ স্পোর্টস (ইংলিস) ১৯৯২।

**গ) তম্বা লাইরিক (টেক্স বুক) ওইনা**

ফিজিকেল এডুকেসন (ক্লাস ৱানগী) ১৯৬১, ক্লাস থ্রীগী ১৯৮১; ক্লাস ফোরগী ১৯৮২, ক্লাস ফাইভকী ১৯৮৩, ক্লাস ঐইটকী ১৯৮৩, ক্লাস ঐইট (ইংলিস) ১৯৮৪, ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী ১৯৯১

- অঙাংগী বিজ্ঞান: ভূগোল অনৌবা ১৯৬৮
- এদুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) ক্লাস XI & XII কী ২০০৬ (রিভাইস ইদিসন)।

